# চায়নরোল

অশেংবা পুয়াগী খূৎইগা লোয়ননা বাংলা ময়েক্না
মনিপুরী লোলদা হন্দোকপা অমদি
লাইথোকহল্লবা

হন্দোক-ইথোক্লিবা
চনম হেমচন্দ্র

**CHAINAROL**, (The Way of the Warrior)
Transcribed & Rendered into
modern Manipuri by
Chanam Hemchandra
Published by
Lamyanba Publishers, Konung Lampak




চায়নরোল
মৈতৈ ময়েক্কা খুৎইদা ইরম্বদগী
বাংলা ময়েক্তা ওন্থোকপা অমদি লায়থোকহনবা

খুৎই লাইরিক থম্লিবা
শ্রীনামৈরাকপম ইবোচৌবা সিংহ
পণ্ডিট অচৌবা, সনা কোনুং পণ্ডিত লোয়শঙ, মনিপুর

হন্দোকপা অমদি লায়থোকহনবা ঃ
চনম হেমচন্দ্র

অফোংবা ঃ
লময়ানবা পাব্লিসর্সকী মহুৎ শিন্না
ডাঃ লাইশ্রম ইমোবা
কুম ২০০৬



মমল ঃ লুপা ৯৫ (পেপরবেক ইদিসন)
লুপা ২৫০ (হার্দকোভর ইদিসন)

**নম্ফম ঃ**
লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক ইম্ফাল, ৭৯৫ ০০১

Stockist
**SINDAM BOOK HOUSE**
Publisher & Distributors
H.O Singjamei Keithel
Imphal - 795008

MANIF

# নামৈরাকপম ইবোচৌবা সিংহ

নামৈরাকপম ইবোচৌবা সিংহ শকাব্দ ১৮৪৪গী চৈরাওবা, ইবাই নুমিৎতা হাওবম মরক ইরোম লৈকাই, ইম্ফালদা পারোল পুরোলদগী পণ্ডিত ওইরক্লবা ইমুং অসিদা পোকখি। অপোকপগী মিং শ্রীনামৈরাকপম দিনচন্দ্র সিংহ, অপোকপীগীনা থৌনাওজম নিঙোল নামৈরাকপম ওংবী ইবেমহল দেবী কৌই। মহাক্না পোকপা নামৈরাকপম দিনচন্দ্রা শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র (বোধচন্দ্র) মহারাজগী সনা হাক্তক্তা (শকাব্দ১৮৭৭, খৃঃ১৯৪৯-১৯৫৫) সনা কোনুংগী পণ্ডিত লোইশঙদা পণ্ডিত অচৌবা ওইনা লৈবাকসিগী থৌ পুরম্মী। দিনচন্দ্রবু পোকপা নামৈরাকপম অমুখোম্বা সিংহ শ্রী যুৎ চন্দ্রকির্তি মহারাজগী (শক ১৭৫৫-১৭৬৫, খৃঃ ১৮৩৪-১৮৪৪)সনা হাক্তক্তা সনা কোনুংগী পণ্ডিত অচৌবা ওইনা থৌ পুরম্বা লৈবাক্লা শরাং পণ্ডিত হায়না খঙনখিবা শ্রীশরাংথেম সুবপানন্দা সিংহগী অচানবা সেবক অমনি। শরাং পণ্ডিত্না চানবিবদগী মহাক্কী লাইরিক-লাইশু অপুম্বা অমুখোম্বদা শিন্নরমখী, লোয়ননা সনা কোনুংগী পণ্ডিত অচৌবা অমা ওইবনু ফংজখি।

পণ্ডিত অচৌবা নামৈরাকপম অমুখোম্বা সিংহগী মচানুপা অনি পোকই। মখোয়দুদি নামৈরাকপম তর্পন সিংহ অমসুং নামৈরাকপম দিনচন্দ্র সিংহনি। অনিমক শ্রীযুৎ চুরাচান্দ মহারাজগী সনা হাক্তক (শকাব্দ ১৮১৩-১৮৬৩, খৃঃ ১৮৯১ ১৯৮২) অমদি শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজগী সনা হাক্তক্তা সনা কোনুংগী পণ্ডিত অচৌবা মথং শিংনা ওইখি। অসুম্না পারোল পুরোল হাক্তক্তগী পণ্ডিতকী ইমুংদা হৌরকপনা মপাবুংদগী লৌশিং জ্ঞান পুম্বা তানশিঙ্গদুনা পণ্ডিত অমা হায়বদুগী চপ চাবা লৌশিং খরা লৈরবদা শ্রী যুৎ ওকেন্দ্র মহারাজগী সনা হাক্তক্তা পণ্ডিত অচৌবা ওইনা থৌ পুরম্বা খোংমন্দগী শ্রী খুমনলম্বম য়াইমা সিংহনা মহাক্কী মতেং পাংনেনবগীদমক নামৈরাকপম ইবোচৌববু সনা কোনুংদা পণ্ডিত য়াইমা ওইনা থৌ পুহল্লকখি। মতুং ইং ২০০৪ গী সেপ্টেম্বর অনিদা গোবিন্দ তেম্পল বোর্ডনা থোকপা ওর্ডর নম্বর ৫/৬০/জি টি বি ২০০৪/২২৯-৩১ গী মতুং ইন্না পণ্ডিত অচৌবা ওইখি। মহাক্না শ্রীমতি হাওবম নিংঙোল গম্ভীনি দেবীগা হায়ন-শিঙনদুনা লুহোংখি।

হৌজিক ফাওবদা মহাক্না সম্পাদক ওইদুনা থিরেল লায়াৎ (খৃঃ ১৯৮১, এপ্রিল), থিরেল মৈরম লীবা (খৃঃ ১৯৮২ এপ্রিল) অমদি থারোল (খৃঃ ১৯৮২ আগষ্ট) কৌবা লাইরিক অহুম ফোঙখ্রে। ইং ১৯৯৯ গী মে থাগী তাং ৫দা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদনা *গবেষনা ভুষণ* হায়বা উপাধি পিখি। সাহিত্য একাদেমীনা ইং ১৯৮২ দা অনিরকশুবা ওইনা পাঙথোকখিবা অরিবা লাইরিক্কী মেলাদা মতেং পাংখি। সাহিত্য পরিষদনা ফোংবা শাগৈ শল্লাই কৌবা লাইরিক অমা ইং ১৯৯৪গী ফেব্রুবারী থাদা ফোংখিবদুদসু মহাক্না শল্লাই কয়াগী য়ুম্নাকশিং থিগৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। মহাক্কী কষ্টদিদা অরিবা মৈতৈ ময়েক্তা ইরম্বা খুৎই লাইরিক চহুম মরিফুনিপান অমদি য়ুমদাবা পুয়া চাম্মঙা য়াদ্ধেতরুক লৈরি।



নামৈরাকপম ইবোচৌবা সিংহ, পণ্ডিত অচৌবা

# পুয়া থম্লিবগী ৱারোল

মীওইবা খুদিংমক্লা মশাগী চৎনলোনচৎ লৈনৈ। লৈবাক অসিগীসু মশাগী চৎনলোন, ময়েক অমসুং হৌরকলোনশিং নিংশিঙবা ঙমগ্রিঙৈদগী হৌনা ইপু-ইপাশিংনা লৈবাকসিগী ওইবা মরোমদোম ময়েক্লা ইদুনা থম্বিরমই। অদুবু মতমগী খোঙচৎ অমদগী লোন অমসুং ময়েক পুম্বা মমি শাম্মুরে। চায়নরোন মী অনী চুঙ-তা পায়নদুনা অঙম্বা মশেল অকন অথৌশিংনা লেঙবাম্লবগী মরমদা নিংথিনা ইদুনা থম্বিরম্বা খুৎই লাইরিক্কী মনুঙদা থোইদোক হেন্দোক্লা মমিং লৈবা লাইরিক্লি।

মৈতৈ, মোইরাং, খুমন, হৈরেম খুঞ্জান, থাঙঙা কম্বোং, খেন্দে, চাইরেল্লচিংবা লমদা লৈরম্বা, তারম্বা খুনবু, লমবু-তুবুশিংগী মীওইনা মিংচৎকীদমক মশা শিদোক্লবদা কিন্দবা, অকন অথৌশিংনা মাগী মাগী মথৌনা মরিংজেন উৎনদুনা চায়নরম্মী। শিঙনা-হায়ননা তিম্নেন তা নৎত্রগা তেনদুনা মশাদা শোক্লুনা ঈ খিত্তং পামু হকচাংদগী শিহ্বদা তেন কাপ্লকইবা নৎত্রগা তা লংলক্লিবা তম্বা নিপা অদুগী ৱাইরা শাফা ওইরে। শাফা ওইরবা মী অদুগী লুরেন চোমাই ককনা লৌবদা অথৌবশিংদি নাচুঙনদে, অসুম্না অকন-অথৌশিংগী ৱারী শিংবুননা মপুম ওইনা ইরম্বা খুৎই লাইরিকপু চায়নরোন কৌনা থেংনরি। চানবা, মায়োক্লবা, হকথেঙনবা, শাফা লানফাদা করি লোইনগনি, ফিজেৎনা করি শেৎ ইনগনি, করি থৌদোক্তগী করি লম মমিং থোনখিবনচিংবা খুৎই লাইরিক ওইনা ইবিদুনা থম্বিরম্বা অসিমক লমদমসিগী মচৎ মনাৎ উৎপা তুংগী মীওইবশিংগীদমক অখন্নবা খঙনবা থম্লম্বা লাইরিক্লি।

ঙসিগী মীরোন মাঙলমচত্তগী থাজনা লুনা ঙাক্তুনা লৈরক্লিবা অরিবা খুৎই লাইরিক, কয়া লমদম অসিদা হীক্তোম্লরকপনা মাঙপ্রগগ্রা খনজরুরবা খুৎই লাইরিক অসি খোঙ্গুল লীরকপশিংনা শিজিন্নজনবা লমদমশিগী অহল লমম্না তাবুনুঙদা লাইরক কয়া লিদুনা থম্লরক্লিবনি। মতম কয়া কুইনা লিদুনা তাদুনা লৈরক্লবা খুৎই লাইরিকসিংগী মশক্ত হেক ঙম্বা মখৈ কায়দনা উহল্লবা তাবু মখুম হাঙদুনা মীওইবগীদমক পুথোক্লবা হোৎনরিবশিংনা খুৎই লাইরিক অদুমক উহনবা ঙমদ্রবসু অনৌবা খুৎশু খুৎলাইগী মতেং লৌদুনা খুৎই লাইরক্কী শক্তম কায়দনা য়াওহন্দুনা পুথোকলে। মসিমক্তি লমদমসিগী অনৌবা য়াওম্নি।

লাইরিকসি অরিবা খুৎই ময়েক্তগী বাংলা ময়েক্তা শিন্দোকপা ইথোকপা মতমদা অমতা কায়দনা থম্লবা হোৎনরিবা ইবুংঙো হেমচন্দ্রনা লমদমসিগী খুৎই ময়েক্কী লোলদা মরাঙ কায়বনা অমসুং মফম চাবা ৱাহৈগী লোলচন লৈজবা লোল ওইবনা লাইরিক অসিবু পাবদা নুঙাইগদবা মওংদা ইথোকলিবা অইবনা হৌজিক চৎনরিবা বনান অমসুং ৱাহৈ ৱাতা থৈরপ থৈরপ ইদুনা অরিবা খুৎই ঙাক্লা ইবা থেংনৈ। লৈশেমঙৈদগী হৌজিক ফাওবদা তত্তনা লাকখিবা অহোংবা অদুগা লাই ওইশ্লবা ইপু ইপানা পামজনা শীজিন্নরম্বশিংগী অপাম্বদু ঙাকপা অসিমক অখং-অহৈ ওঝাশিংগী মফমদগী মতম কয়া চংনা তম্লুরগা মচৎ খুৎই ঙাক্তুনা তুংকোইনা লৈহৌনবা ইথোকলিবা ইবুংঙো অসিনা অচৌবা থৌদা অমদি লৌবগুম উরি। পুথোকলিবা লাইরিকসিনা ঙসিগী মীওইশিংদা অচৌবা মতেং অমা ওইরগনি, অইববু পুক্সি নুংশাংনবা চীঙগু লাইদা থৌনিজরি।

এন. ইবোচৌবা সিংহ

নামৈরাকপম ইবোচৌবা সিংহ
পণ্ডিত অচৌবা, সনা কোনুং পণ্ডিত লোয়শঙ, ইম্ফাল

MANIP

# শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ

শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ ইং ১৯২০ গী সেপ্তেম্বর তাং ১ দা উরিপোক নিংথৌখোংজম লৈকাইদা পোকই। মহাক নহা ওইনা মনিপুরগী মশক নাইরবা গুরশিংদগী গুরু শিষ্য পরম্পরাগী মখাদা মৈতৈ ময়েক য়াওনা মনিপুরী সাহিত্য অমদি কলচরগী মতাংদা থবায় য়াওনা তম্লকখি। মহাক্না লোয়নহৌবা গুরু অমদি পণ্ডিত খরগী মমিং পনবা তারবদি, শর্বশ্রী নামৈরাকপম ˚দিনচন্দ্র (পণ্ডিত),˚পরশুরাম সিংহ (পণ্ডিত),˚মাধোব সিংহ (পণ্ডিত), মোইরাংথেম˚চন্দ্র সিংহ (পণ্ডিত), ˚দেব সিংহ (পণ্ডিত) অসিনচিংবা অসিনি। পণ্ডিতশিং অসিগী থৌজান্দগী মহাক্না মনিপুরগী অরিবা লোল অমদি ময়েক নিংথিনা খণ্ডুনা লমদম অসিগী অরিবা লাইশোন-তিনশোন, শৈরেং ৱারেং, ৱারী-শিংবুলনচিংবা কয়া অমা নিংথিনা খণ্ডবা ঙমহৌখি।

শ্রীখেলচন্দ্র নহা ওইনা মনিপুর সেক্রেটরিয়েট সার্ভিসতা চংদুনা মনিপুর সরকারগী অন্দর সেক্রেটরি ওইনা থবক্তগী পোথারকখি। থবক্তগী পোথারবা মতুংদা মহাক্কী পণ্ডিত অমা ওইবগী মতিক ময়াই অসি থবক ওইনা উৎপা হৌরকখি। মহাক্না মনিপুর য়ুনিভর্সিটি পোক্তিংডৈ জবাহরলাল নেহরু য়ুনিভর্সিটি সেন্তর ওইনা লৈরিঙৈদা মনিপুরী লেঙ্গোইজ এন্দ লিটরেচর বিভাগতা ভিজিটিং ফেলো ওইখি লোয়ননা তোঙান তোঙানবা সেন্টরশিংদা মনিপুরী লোল অমদি সাহিত্য তম্বীরকখি। মহাক্না মনিপুরী সাহিত্য অমদি কলচরগা মরি লৈনবা ইন্সটিট্যুসন কয়াদা মরু ওইবা থৌমী ওইখ্রে অমদি ওইরি। খরা পল্লবদা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদকী প্রসিদেন্ট, জে এন মনিপুরী ডান্স একাদেমিগী ভাইস চিয়ারমেন, মনিপুর হিস্টরিকেল সোসাইটি, মনিপুরী মার্সিয়েল আর্টস এসোসিয়েসন, অতোমবাপু রিছার্চ সেন্টরনচিংবগী প্রসিদেন্টশু ওইরম্মী। মনিপুব ষ্টেট কলা একাদমি, দিপার্টমেন্ট ওফ আর্ট এন্দ কলচর, মনিপুর য়ুনিভর্সিটিনচিংবগী এক্সপার্ট কম্মিটিগী মেম্বরশু ওইরি। মহাক্না মনিপুরী সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী লমদা পাঙথোক্লিবা থবকশিংবু খঙবীদুনা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদনা গবেষণা ভূষন, মনিপুর ষ্টেট কলা একাদেমিনা ফেলোশিপ, ভারত সরকারনা পদ্মশ্রী অমদি সাহিত্য একাদমিনা মসিগী খ্বাইদগী বাংলবা ফেলোসিপ পিরকখ্রে। মহাক্না মনিপুরী সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগা মরি লৈনবা লাইরিকশিং সম্পাদক ওইবা য়াওনা মনিপুরী অমদি ইংলিসতা কুনথ্রানিপানগী মথক্তা ফোংখ্রে। চৈথারোল কুম্বাবা মনিপুরগী অমত্তা ঙায়রবা রোয়েল ক্রোনিকল অসি লৈখিদ্রবা লাইরেলময়ুম ইবুংঙোহল সিংহগা লোয়ননা মহাক্না সম্পাদক তৌরগা সাহিত্য পরিষদ ইস্ফালনা ফোঙবনি।



শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, পদ্মশ্রী

MANIF

# ৱাহায় খরা

চায়নরোল কৌবা লাইরিকসি লৈবাকসিদা লৈরম্বা তোংঙান-তোংঙানবা কাংলুপশিংগী চাদাশিংনা মতিক মথৌনা লৈনা খুন্দারিঁডেদগী হৌনা নিপা থোক্লা চাংয়েংনখিবশিংগী মরমদা মপুং ওইনা ইবা অরিবা খুৎইই লাইরিকনি।

লাইরিকসি ইবদি মৈদিংঙু শেনবী মুংয়াম্বা স্না মহাকথক খৃঃ ১৫৬২-১৬৯৭ অসিবাইদা ইরম্বা ওইরমগনি হায়বসি খুৎইই লাইরিক অসিদা অসুম্না পললি - "ৱাংঙমলোন লাইসাংথেম লইমা কাপুখোমবী মেনোঙ ফাপী লাললোই সীঙপৈথেন্দা। চায়না খোংফেলনাপাপু লৈয়ে। নিংথৌ লাইতোঙ পুরাংসুকি। খুমল পুয়াঙপুরমসুকা। "মরোং চুঙ ফুনবতি . . .!" লাইরিকসিদা পল্লিবসিনা থৌদোকসি মৈদিংঙু মুংয়াম্বগী হাকথকতনি হায়বসি শলকাও কৌবা পুয়া লাইরিক্তা নিংথিজনা পীরি - লৈমা কাপুখোমপী ৱাঙমলোল মুতুম চনু নিংঙোলনি অদুগা নিংথৌ লাইতোঙ পুরাংশু মৈদিংঙু মুংয়াম্বা মতমগী খুননিংথৌনি হায়বসি শলকাও পুয়াদা পীরম্বা মরম্না লাইরিকসি ১৬ শুবা শকাব্দীতা ইবা ওইরমগনি।

লাইরিকসিগী থোইদোকপদি - মালেমসিদা লৈরিবা মীওইবশিংনা শীঙনদুনা অঙম্বা চাংয়েংনবগী ৱারীশিং ফংনরি। অদুবু লমদমসিদা শীঙনদুনা অঙম্বা চাংয়েংনখিবশিংনা মাগা মাইয়োকনদুনা লেংবানগদৌরিবা শামালনবা অদুনা হাননা খুৎচাবা খুৎলাই থাং তেন নৎত্রগা তানচিংবদা খুৎলাই শিজিন্নবগী অয়াবা পিবা অসিনি। মাইয়োক য়ারিবা অদুদগী ঈ তানা শোকহনবা ঙমলবদি মহাক্কী মঙক কক্পগী অয়াবা চিংনবা লৈতনা পী। পুকমেল পাউমেন্নদুনা চাম্মীন-থকম্মিনরবা তুংদা মকোক কক্হনলি। ঈতানা শোকহনবা ঙমদ্রবদি অতোপ্পা লেংবানরিবা অদুনা অমুক মহাক্কী পুরকলিবা খুৎসু অদুনা মাইয়োনরিবদুদা খুৎ থারকনবগী অয়াবা পীদুনা মায়োক য়ানা লৈ। মদুদা ঈ তানা শোকহনবা ঙমল্লবদি ঙমলিবা মী অদুনা অমুক মঙক ককপগী অয়াবা পীদুনা শিদোক্নবগী অয়েৎপা লৈনদে। অকন অথৌ ওইনবগী হৌনশা ওইনা উৎনদুনা অসুম্না ইরমলি "পাথৌ হয়রেম্ আ-কাঙয়াঙ্ খুনচাল্ মাকুয়াঙ্ অথৌপাআো। থাঙ্লেন্ চেপ্না চল্পাপু মচল্ ফাপীআো খাওনাও লেন্থোঙ্ লেন্পাপু মরেল্ ফাপীআো। লোইপী কাক্ অমুপা সীঙ্লেল্ লৈপামচুচিল্পা চেকলা হাম্মোইপান্ থাঙ্চী মিতম্ চেল্ সারেল্ হিংমোঙ্ সায়না পাওতোয়্নাপাপু সোংকিয়ে"

মসিনা তাকলিবদি মশাগী মকোক কক্হনবদি নাচুংবা লৈতে অদুগা শীরবা থবায় য়াওদ্রবা হকচাং অদুনা মীওইবশিংদা নুংঙাইরোইদবশিংদু ফাওনা উবগা লোয়ননা থৌনা ফবগী ৱাহনথোক লৈবা ৱাহৈশিং ফোংদোকলিবা অসিমক, তোঙাল-তোঙালবা মীৎয়েং অমসুং ৱাহনথোক পীনবা য়ারিবা অরিবা খুৎইই লাইরিক, অসিমক ভারতকী লৈমাইদা লৈরীবা গীতাগী শ্লোকপু তোঙাল-তোঙাল ৱাখললোল পীদুনা মনিপুরী লোন্দা মীওই কয়ানা গীতাগী শ্লোক অরেপ্পা ওইহন্দুনা মীওইবগীদমক হনদোকনবগুম্না চায়নরোল অহানবা ওইনা ঐ ইশানা খুৎইই লাইরিক অনী চাশিন্নদুনা ১৯৬৮ ইং দা ফোংখ্রে। অদুবু হন্দকক্কী ফোংলিবা চায়নরোল অসিদি, খুৎইই লাইরিক অমৎতদগী শকতমদুমক য়াওনা অহমথোক্লা অকক্নবা মওংদো ইরৈপাক পাউচেগী কাংবুনা পুথোকলিবা, অদুগা অরিবা খুৎইই পুয়া লাইরিকপু পীরকলিবা পণ্ডিত নামৈরাকপম ইবোচৌবা সিংহনা লৈবাক্কীদমক খুৎইই লাইরিক পুথোরকপা অসিমক চাওখৎলবা মতমসিদা লমদমসিগী মীওইশিংনা খুৎইই লাইরকতা য়াওরিবা কান্নরবা ৱাখনলোলশিং থিজিনহৌনবগী থোং ফাৎপা হৌরে। লাইরিকসিবু শিনদোকতুনা হন্দোকলিবা ইচাগুম্নবা চনম হেমচন্দ্রনা অচৌবা থৌদাং অমা লৌদুনা মহাক্কী অঙম্বা থাক্তা ওঝা গুরু অখণ্ড অহৈশিং তান্নদুনা অরিবা খুৎইই ৱাহৈশিংগী চৎনলোন লিচৎ কায়হন্দনা পরম পারাগী লিচৎ ৱাহৈ ৱাতা খোম্থোক্লা লোয়ননা হনদোকলিবা অসিমকনা পারীবশিংদা কয়া নুংঙাইবা পীবা ঙমদ্রবসু লমসিদা রিসার্চ তৌরকলিবশিংগীদি খুদোংচাবা অমা পীবদা নৎতনা পুথোক্লিবা লাইরিকসিনা অরিবা পুয়া খুৎইই লাইরিকশিং লৈরম্বগী কান্নবশিংবু মখা তানা থিজনহন্নিংবগী ৱাখনলোন পীবা হৌরগনি।

লাইরিক অসিবু পুথোক্লবদা য়াওরিবা মীওই খুদিংমকপু ঈশ্বরনা মতম খুদিংগী থৌজানবীবা ওইরসনু।

শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, পদ্মশ্রী

## বারোল খরদং

হয়া হে তেংবানবগী মপু-ও চঙজরি তোল্লবা নচানা। ছয়েল লালশীংনগে লৈপুঙ থোলম্বা, ঈঙাং ঈখেং উবদা পুক্রিং অশাও অফিং য়াওদবা। থীক্রি লালপাও খোল, হুঙঙা মীকপখোল, কাক্কী লালচেল খোল, নাচুংদা থাঙলেল নোংথাং কুপ, তিমেল তাপাক খেরাং থাং তেন্দোং নবোনরম্বা অথোইবা, মীপোকপা, অথৌবা ঙাকপী য়োকপী শেনবী, লাংগোনবীবা, শারাও লাললাওখোলবু হাংবা লৈতবা; তিমেলতা তাশিংনা, থিনদৎ লেংথৎনা, থাঙলেল মখুৎসুনা ককথৎ য়ানথেকনা, লিরি তেনদোং তেনকাপনা, চুঙলেল ঙকতা ছক, চুংগোই নমদা পো, শামাল লেংমাল্লবা মপাথী চাংয়েংনিংবা লিংজেল খাবশিং পানবা কৈরেল কৈগুম থৌবশিং খুদাং য়াইচাও-শিবা খুবোম য়াইশী লোনবা, শয়েঙ পাম্বোম তানজাও শি, ঙককোই লিকলাং শি, লুরেল কোকথোল কোকয়েৎনবদা, লুপা লৈখম, সনা লৈখম ফিরানখাই, পজেং ফিরাল, ফিরাল থোন থকতা থোলবা, উরেকশেক, নোংনিংখোইনচিংবা চেপথেৎনা, চৈরৈ ফিদি অঙাঙবা ফিদা কৈরোল, কৈয়েক লাবা, ফিতুং খাওননা, চৈরৈ ফিকন কল্লং ফি তুংথানা, তুপী-লাইরেল ময়েক থোকপা নমকুপনবা, চীঙখোঙ লালহৌ ফি পুনুং লালপোৎসেৎ, খুদাং য়াইচাও শিবনা তলা উরা থুৎকুম ওই। খুপোম য়াইশি লোনবনা লৈরাইদা য়ুংবা থোংখোংগুম্বা, শাফম লানফম কবি নাচুং লৈতবা, শারাও লাললাও, মরৈ মরা, নিপা থোকপা বায়াম ঙাঙদবা। কংলা ঈফাৎ থৌবশিংনা শিংনবা ককথৎনবা য়ানথেকনবা থিনদৎনবা হাৎতোক্কবদা নাচুংবা লৈত্রবা অকন অথৌশিংগী মরমদা লাইরিক ওইনা ইদুনা থম্বীরম্বা লমদমসিগী মমিং ফাওবা পনবীরমদ্রবা লাই ওইথ্রবা ইপুথৌশিংগী মফমদা চঙজরি, লাই গুরু অহল লমনশিংগী মফমদা খুরুমজৈ। লিখুন মাংদনবা তাবুনুংদা মতম শাংনা লীদুনা ঙাকতুনা থমবীরিবশিংগী মফমদা ইকোক নোনজরি। মখোয়না থম্বীরম্বশিং থেংনজরবদা হৌথ্রবা থৌদোক বাথোকশিংগা লোয়ননা মাংদা চোংথোরকরতুনা লৈরম্বগুম থম্মোইদা ফাওহনলি। নখোয়গী বারী শিংবুলশিংনা মালেমসিদা মতম চুপ্পগী ওইনা মৈরি থোক্লা চাকনা ঙালনা লৈবনা ঙসিসু মৈরিগী মৈশা ইহকশাংদা ফংলরি।

চায়নরোল লমদমসিগী লৈবাক লৈহাওগা চুনরবা লিচৎকী মতিক মথৌনা লৈবশিংনা শিংনদুনা শামাল লেংমাল্লবা মশেল অঙম্বা চাংয়েংনদুনা চায়নরমবগী বারী শিংবুলনি। অদুম্নদি ওইরগা নুপীশিংগী অচৌবা থৌদাংশিং লাইরিকসিগী মনুংদা ফুমদুনা ইরি। নুপীগী বাথোক্লা অহৌবা ওই, নুপী বাথোক্লা লোইশিনলি।

পণ্ডিত ইবোচৌবা সিংহগী শিল নম্বা চায়নরোল কৌবা জেরোক্স কোপি খুৎই লাইরিকসি লৈবাক্কীদমক অমুক ফোংনবা ডাঃ এন দেবেন সিংহনা শিন্দোক হন্দোক্লবা হায়রম্মী। ইতিক ইপা নৎতবনা য়াবা ঙমখিদে। নুমিদাংদা ঐবু তাকপী তম্বীবা গুরু শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, পদ্মশ্রী ওঝাগী মফমদা বাফমদু হংগৎচরুবদা হায়বীরকখি, হোংনৌ ঐনা ফোংথ্রবসু অমুক হন্দোকপা হায়বসি লৈবাক্কী চাওখৎনবনি। গীতা লৈবাকসিদা পীকথন্না হন্দোকনরিবা অসিনি ঐখোয় লৈরিঙৈ হোৎনহৌ খঙদবদি তানরগা লোইরে” য়াথংদু হিকথোকপা ঙমখিদে, পোৎলুম অমগুম্না য়ুম য়ৌরকখি। হন্দোক্লবা হোৎনখি খংদবা ওঝা গুরুগী মফমদা হংজখি। হৌগৎলকপদা অমুক পণ্ডিত শ্রীইবোচৌবা সিংহগী মফমদা চৎতুনা পাদুনা তাহনজখি। পরম পরাগী খুৎই চৎনলোন লোনচৎ ঙাক্লা ইনবা চুমথোকপীরকই। মতুংদা ওঝা থোকচোম থোইবা শামুশং উকুদা লৈবনা বাহৈগী হেন্দোক হেনজিন ককপা হৌরকই। মথংদা শকনাইরবা ওঝা ইবুংঙো শ্রীবীরেন সিংহ উরিপোক অচোম লৈকাইদা লৈবনা বাহৈ অমামমগী বাহনখোক পীনবা অমসুং মসিদা য়াওরিবা খুদিংমক শকতাকতুনা ইনবা হায়রকপবদা অমুক থিজদুনা অঙম্বা খরদি হাপচল্লে। পাংদ্রবা খংদবা ওইখিবনা ওঝাগী নিংবা থুংহনজবা ঙমজখিদ্রে। পারিবিবশিংনা অরান অহুই থেংনবীদুনা হায়বীরকলবদি হরাওনা লৌজরগা মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচগে। অতোপ্পনা হেন্না ফবা অমা পুথোরকপা ওইসনু। গুরু পণ্ডিত ওঝা অহন লমনশিংগী অমদি পারিবিবশিংগী মফমদা অশোই অঙাম কয়াবু ঙাকপীনবা চংজরি। শকনাইবা কয়ানা লাইরিকসিদা মমল য়াম্নবা বাহৈ কয়া ইরৈপাক চেফোংদা ফোংদোপীরকপশিং অমসুং ইনাকতা লাকতুনা অকনবা, অমেংবা বাহৈ, অরাল অহুই তাকপীরম্বশিংগী মফমদা খুরুমজরি। লাইরিক ওইনা পুথোকপদা অচৌবা থৌদাং লৌবিরিবা ইরৈপাক পাও-চেগী কাংবুশিংবু ঈশ্বরনা তেঙবাংবীবা ওইসনু।

শিন্দোক হন্দোকচরিবা

চনম হেমচন্দ্র

চনম হেমচন্দ্র

তাং ২-১২-২০০৬ ইং

# অফোংবগী ৱারোল

মনিপুরী সাহিত্যগী পুক্কেদা মৈতৈময়েক্তা খুৎই ওইনা নৈরম্বা লাইরিক কয়া লমদম অসিগী শক্লাইরবা ওঝা, পণ্ডিতশিংনা বাংলা ময়েক্কা ইথোকপগা লোয়ননা মতমসিগী ৱাহৈ ৱাতাদা লায়থোকহনবগা লোয়ননা হন্দোক্লগা ফোংবা মনিপুরদা চৎনরকই। অসিগুম্বা লাইরিকশিং অসি কলেজ অমদি য়ুনিভর্সিটিগী থাক্তা টেক্স বুক অমদি রিফরেন্স বুক ওইনা প্রেসক্রাইবশু তৌরি। হায়রিবা লাইরিকশিংসিগী মনুংদা চায়নরোল লাইরিক অসি অমনি। লাইরিক অসিমক শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ না কুম ১৯৬৮ তা ফোংথ্রবনি। অদুবু হৌজিক মাংদা তারিবা ৱাফমদি অরিবা মৈতৈ ময়েক্তা ইরম্বা লাইবিকশিং অসি বাংলা ময়েক্কা শিন্দোক্লগা ফোংনরগসু অশেংবা খুৎই অদুগা চুমশিন্নদুনা য়েংবগী খুদোংচাবা অদুমদি হৌখ্রবা অমদি হৌজিক ফাওবগী মহৈরোয়শিংনা ফংদ্রি। মসিগী মথক্তা ময়েক অসি থওইনা তম্বা হায়বসিমসু মনিপুরী সাহিত্য শুরিবা কাংবু য়াওনা মহৈরোয়শিংনা কয়া থৱায় য়াওনদে। অদুনা ফোংনরক্লিবা খরা অদুদগী হেন্দোক্লা অশেংবা খুৎইদুগা চুমশিন্নদুনা য়েংনবা হায়বসি মীওই খরখক্কী ৱানি। মসিনা মবম ওইদুনা মৈতৈলোনগী ৱাহৈগী পুক্কেদা কুমজা খরগী মমাংদা শিজিন্নরম্বা ৱাহৈ ৱাতাশিং খঙবা ঙমদবগী চাং ৱাংখৎলক্লি। ৱাফম অমনা খরা কুপ্পা নৈনগে খনবা মীওইশিংনা পুয়াশিং অসি হেক্তা পাবা ফংদবসু য়াওবনিনা ফোংলক্লিবা খরা অদু ফাওবা হন্দোক-ইথোক্লিবা অদুনা মতমদুগী মীওইশিংদুগী ঙমজবা থাক্কী হোৎনমলনি হায়বদু কাওথোক্লরি।

ফিভম অসিদা অনৌবা থোরক্লিবা প্রিন্টিং টেক্নোলোজি অসিগী মতেং লৌরগা ইরৈবাক পাউ চে অসিনা করিনো খরদি চাংয়েং তৌফম থোকই হায়না ইদিটরিয়েল বোর্ড অমদি মেনেজমেন্ট কম্মিটিনা খন্নখি। কুপ্পা খন্নরবা মতুংদা হৌজিক টেক্স বুক ওইরগসু কপি মরাং কায়না ফংদ্রবা চায়নরোল অসি লৌখৎলগা মসিগী অশেংবা খুৎই অদুমক্কী শরুক খরগা মদুগী হন্দোক্লবা অমদি লায়থোকহন্নবা ৱারোলদা তুনা নুমিৎ খুদিংগী ইদিট পেজদা ফোংবা হায়না লেপ্পখি। মদুগীদমক ইদিটরিয়েল বোর্ডনা খুৎই অদুগী খোঙ্গুল লীরকপদা শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ পদ্মশ্রী মশা য়াওনা নামৈরকপম ইবোচৌবা সিংহ পণ্ডিত অচৌবদগী খুৎই লাইরিক্কুগী ফোটো কপি লৌননবা লেপ্পখি। অদুগা মসিবু হন্দোকপা অমদি লায়থোকহনবগী থবক অসিনা পদ্মশ্রীনা মহাক্কী পরুবা চমনম হেমচন্দ্রদা শিন্নরকখিবনি। মসিবু পাউচেগী লমায়দা ফোংদোকপা লোয়থ্রবা মতুংদা লাইরিক ওইনা অশেংবা খুৎইগী লমায় অদুগা শাগোন্নুনা ফোংবা হায়না য়ানখিবা অমসু মমাংথক্তা লৈখিবনা লাইরিক ওইনা পুথোক্লবা লময়ানবা পাব্লিসরস দাইত্ব অসি লৌরকপনি। থবক অসি ওইনবা হোৎনবদা মেছিন্নরি অমদি ৱাখল-লৌশিংগী মতাংদা ইরৈবাক পাউচেগী দি টি পি তৌবিখিবশিং য়াওনা লমদম অসিগী শক্লাইরবা লোল অমদি ময়েকপু নুংশিবীবা কয়ানা মতেং পাংবিরকখি। মদুগীদমক অফোংবগী মাইকৈদগী থাগৎপা ফোংদোকচরি।

মরু ওইনা এন দিনচন্দ্র মেন্যুস্ক্রিপ লাইব্রেরি হাওবম মরক্তদগী চায়নরোলগী ওরিজিনেল মেন্যুস্ক্রিপ ফংহনবিখিবা নামৈরাকপম ইবোচৌবা সিংহ, পণ্ডিত অচৌববু থাগৎচরি। মসিবু ফংনবা লীখুন থিবদগী হৌদুনা হন্দোক ইথোকপীগদবা মতিক চাবা মীশক অমা ইরৈবাক্কীদমক ফংহনবিবগীদমক শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, পদ্মশ্রীবু তৌবিমল খঙবা উচ্চরি। অফোংবগী মাইকৈদগী খ্বাইদগী হেন্না থাগৎচনিংবদি অসিগুম্বা অরি-অনৌ শিন্নবগী লাংদাই ওইবা মতম, অরিবা ময়েক, লোল, ৱাহৈনচিংবগী ৱাহম্থোক খঙবা মী তাংলক্লবা মতম অসিদা খুন্নাই অসিগীদমক চনম হেমচন্দ্রনা মস্তিক্লবা তৌদনা হন্দোকপা অমদি ইথোকপগী থৌদাং লৌবগী মথক্তা, প্রুফ লৌবগী থৌদাং ফাওবা লৌবিরকপগীদমক থম্মোয় শেংনা থাগৎপা ফোংদোকচরি। মতুংদা পাব্লিসর অসিনা পুথোকচরক্কদবা মখল অসিগী লাইরিকশিংদসু হেমচন্দ্রনা মতেং পাংবিরকখিগদৌবনি। হৌজিকমক্ত ইরৈবক্কী লৌশিংগী পুক্কে গীদমক অচৌবা থৌদাং অমসু লেংথোংনরিবনি। অসুম্না ঙমজবা থাক্তা হোৎনজদুনা লাইরিক অসি মীয়ামগী খুত্তা শিন্নজরি। অয়োল অরাঙ্গ খুদিং লৌথুপ লৌকোই নৈনদনা তাকপিরক্নুনা হেন্না ফজবা মওংদা মতুং পুথোকপা ঙমজনবা পাউতাক ইরৈবাকচা খ্বাই তরাগী মফমদগী নোল্লুক্লা নিজরি।

**ডাঃ লাইশ্রম ইমোবা**
**লময়ানবা পাব্লিসরগী মহুৎ শিন্না**

MANIF

## চায়নরোল

ঁ হায়া হে লীক্লাইঅো।। য়ীপুংথৌ নোংথৌরেল্ পুমাপাঅো।। লাহাল্ নোং হায়ী চক্ঙইকি।। নাতাইরেম্ তল্পা মীখন্থাই।। অথৌ লীচাহেপ্পা।। থায়াঙ্ কোল্তাইলোন্পা।। থীক্ক্ লম্পাওখোল্। হঙ্ঙা মীকপ্খোল্ য়ুমীৎ লাল্চেল্খোল্।। কাক্ লাল্ পাওখোল্ চীঙ্নুং য়ীরাওখোল্-। চীঙ্সাং নায়ইখোল্।। তাম্না হুইসোন্খোল্পু নাচুংতাপা। সাইপা পল্য়ইথা লাংখোং য়ীতাসি। পানম্ খোময়া ইখাইপু সোংকিতাপা মাসেল্পু।। মারোং চুঙ্ ফুনা।। তিমেল্ তা চনাপা মসেল্পু। তায়ম্ চীন্কোই য়ীবাক্মানা। হায়া লাওনা তেংথারক্কে।। ꯁꯨ।। হাওরৈ খানাপাংপারম্, লাবাই পোল্পীখোক্। চাইরে[১] থইচংপুঙ্।। হইরেম্ লইম্তাক্ খুন্চাল্ ১০ খঙ্অো।। কৌপাতী কাতৌনোংকিনু। হইরেম্ চানুরা আতেংপী।। লাইচা য়ীতাসিপীপু।। মাপল্না ক্রাও নুমিৎ ৯ নি সুনা।। থিপাপু খঙ্তারাপাতা ক্রাও নুমীৎ ১০ নি সুরাপাতা।। খোইনৌ মাতা ঙাইরোইনাইনা তাক্লায়ে। আতু নোং কিপু হয়রেম লয়্মাতাক্অো।। তৌনা কৌয়ে। মামোম্ লাইচা য়ীতা সিপীকি।। চারয় ময়িলফিপু হকতা থোংতা।। কৌপা য়েন, লাইচাই লয়্তাঙ্ থার মাখোক্ লোয়্কুম্না।। নোংমল্ঙাম্লে আতু নোংকিপু।। লাবাই পোল্পী খোক্ থোল্নায়ে।। মাপল্ পল্থৌ নিংথৌনা ১০ নিতা খঙয়ে।। হায়্পকিপু লমলেল ১০ খঙঅো তৌনা কৌয়ে। লমলেল্ লবাই পোলপীখোক। চাইরেল থৈচংপুঙ। হয়রেম্ লয়্মতাক খুন ১০ খঙতা। বায়্রা তেলপুমমানা চায়্না খোংফেলনাপাপু লৈয়ে। লাহাল নোং চাইরেল নিংথৌ য়াফুরাকপানা। লময়াই সানাপা কোইরেল লমচাও সাতালপাতা। লাপা খুমলপু য়াংতৌ সারম লীপাতা খেলতে নিংথৌ হাওতক্লাইপা। মোমনু তানলোই মরুমপী। সেতও তওঙাম হোইহোইপী। ১০ লেপচানা বাংলই লেপথকনপীকি। মোমনু খুৎফাং চাংচও ৫ মানা খোইরেনয়ু। খারী ফৈফম হোংতাপা য়ু ময়মীৎপীতাপা।। মারোয় হাওপা সেক্সা য়ু। নাল্তা তোল্কোন্ য়ু খারুঙ্ লইমেল্য়ু।। বাংলৈ আয়াক্পা হাওতৈ আথুম্পাপু। চাইরেল্ হাওখামতারী।। মল্তে লাল্তারী চাইরেল্ লীনুংচঙ্



## চায়নরোল

ঁ হায়া হে হে তেংবানবগী মপু - ও। পুন্নমকপু শেম্বিরিবা মপু- ও। থায়না মমাংঙৈ হয়ি চক কৌঙৈদা নহাক্কী ননাই ওইবা শক্লাইবা অথৌবশিংনা নিপা থোক্লা লিংজেল থাবশিংনা থাংহাই খুৎলোন হৈনবা থীঙকি লমপাও-খোল। হঙা মীকপ মীরাওখোল, শালাও, লানলাও, খোল,। কাক্কী লালপাও খোল, চীঙনুংগী অকনপা ইরাওখোল চীংশাং নাপোম য়েনা খোল তমনা নাহেল হুইশোন খোলবু থোইনা খননা নাচুং থওইনদবা, অথৌবা মশেল থেংনবদা লাঙ্খোং খোংলম অঙাংবা ঈখেং ঈনা খোংগুম চেপ্পনবা, ককথৎনবা য়াম্বেকনা ফোইদৎনবদা কিনবা লৈনদ্রবা মশেলশিংনা মরোং তাগী চুঙ্ঙোই ফুনা তিমেন তা খুৎচাবা পায়নদুনা থিনদৎনদুনা অঙম্বা চায়েংননা চায়নবিখিবা, অথৌবশিংগী মরমদা পাংদ্রবা অইবা ঐহাক্লা হায়া লাওনা তেংনা অখাকপা লৈতনা মথংশিংনা হায়থরককে।

১
নিংথৌ য়াফুরাকপা
১সুং নিংথৌ হাওতক
লাইবা, চায়নবা

হাওরৈ খানা পাংবা মাইকৈ লম লবাই পোলবীখোক চাইরেল[১] থৈচংপুঙ, হৈরেম লৈমতাক খুনচান তরা খঙ-ও কৌখিবদি, করি তৌখিবদগী থোনখিবনো হায়বদা - হৈরেম লমগী চনুরা থোইনা হেননা শকতা চুদা নিংথিজবী মিৎচুননা ফজবী লৈশাবীনা লাইজ ঈশিংদা শিনা তাউদুনা লৈরম্ববু মপানা কোরৌ নুমিৎ মাপলনি শুরবা ফাওবা খংঙমদ্রববু কোরৌ নুমিৎ তরানি শুরকপদা মহাক্লা তিন্নজবী মমান্নবী লোইনবী মতারোইশিংনা তাকলৈয়ে। অদু নোংদগীবু হৈরেম লৈমাতাক-ও তৌনা কৌয়ে। মমোম মচানুপীদি লাইজা ঈশিংদা মহাক্লা শেৎ-ইনখিবা মফিজেৎ অমত্তা মশাদা থোংদনা লাইজা ঈশিং ঈপাকথক্তা লৈশাৎ তমজবী লৈতাং থরো নিংথীবীনা লৈখোক লোইরদুনা পৎনা তাওবগুম্না শিনা লৈরম্নে। অদু নোংগীবু লবাই পোলবী খোক থোননৈয়ে। অপোকপা মপানা তরানিদা খঙয়ে হায়বগীবু লমলেন মফম অদুবু তরা খঙ-ও তৌনা কৌয়ে। লমলেল লবাই পোলবীখোক। চাইরেল থৈচংপুঙ হৈরেম লৈমতাক খুন তরা খঙদা। বাইরা তেলসু কাপনদনা অঙমবা মশেল শিন, চায়না খোংফেননববুসু লৈয়ে। লহাননোং চাইরেন নিংথৌ য়াফুরাকপা কৌবনা লমজাও শারম লিনা শারম তুংবু ইম্নরকপদা খেলদে নিংথৌ হাওতক লাইবগী মোমনু তানলোই নুপী মারুম্বী শেতৌ তৌঙাম হোইহোইবীনা তরা চাকপু লেপচানা বাংলৈ য়ুবু লেপথকনবীদি, নুপী ওইবীগী মখুৎমক্লা শুঙজবা খোইরেল য়ু। খারী ফৈফম হোংদবা, য়ুপা মৈমিৎ কলনা পীদবা, মরোই হাওবা, মরুপ মপাংশিংগীদমক পীথক্লবা হাওবা শেকশা য়ু। নালদা তোলকোন য়ু খরুঙ লৈমেল য়ু। বাংলৈ অয়াকপা, হাওদৈ অথুমবা য়ুবু শাদানলকপা চাইরেল নিংথৌদা মরুপ মপা য়েংনা অৱা খাংনবা শাদানলকপা চাইরেল নিংথৌদা য়ুবু হৈরদনা বাংলৈ য়ু

১ হৈরেম ঃ হৈরেম খুনচালদি কিরি চীঙদা খুন্দানা লৈরম্মে, চাদা নাওদাদি কৌবরোল নামোইনুগী চাদা নাওদানি। হৈবেম খুঙ্গাল লোন হায়রগৎ খঙনৈ। (খুন্দাবোল/ চেখোং ৮০/ শঙ্গাই ফম্মাং ২৯৯,)

**পুয়াগী চপ চাবা বারোল**

তা। খারী খোমকা হাললা। বাংলই য়ুরালঙামপকিতামকপু। হায়েং লোইতাম লাঙহৈ কুম আেন্‌লকলাপাতা।। খেল্‌তে[1] নিংথৌ হাওতক্‌ লাইপাকি।। মোমনু তান্‌লোই মারুপী।। সেতৌ তৌঙাম্‌ হোইহোইপীনা।। মোমনু য়ীনফুই মাইরংশোন।। তিল্‌লাং হাইসীৎনা ২।। লেমলই ঙাচোপ থেম্‌পাতা।। লাহাল্‌ মোমনু য়ুরাল্‌ মলকি।। চাইরেল[2] নিংথৌ য়ায়্‌ফুরাকপানা।। ১০ লুকমাইলেম সারেল্‌ ফাহাপ্‌না ২।। মাইখঙ্‌ঙাম্‌পাপু।। খেল্‌তে নিংথৌ হাওতক্‌ লাইপানা ।। বাতাথীখিয়ে।। পাথৌ চাইরেল্‌ নিংথৌ য়ায়্‌ফুরাক্‌পাআে।। মোমনু অইকি।। তানলোই য়ীরুম্‌পী অসীপু-। নঙ্‌না সোইখোঙ্‌ তাইথেৎনা।। লম্‌লক্‌ লুথুম্‌না।। থোংখাপানা পানারিঙই নে।। কাওরেল্‌ সলসাআে তাইয়ম নাইসাআে।। য়ীম্‌লক্‌ নাইফাকে পানম্‌ সল্‌তাল্‌কে।। হায়্‌না বাআেইপাপু।। চাইরেল্‌ নিংথৌ য়ায়্‌ফুরাক্‌পানা।। পাথৌ খেল্‌তে নিংথৌ হাওতক্‌ লাইপাআে।। অইনা লাহাল্‌ নোং লময়াই সানাপা।। কোইরেল্‌ লম্‌চাও সাতাপাতা।। মোমনু তানলোই নারুমপী অসীনা।। বাংলই য়ুরাল্‌মল্‌কিপু লল্‌সিংপীকে।। হায়না ১০ লুক্‌মাইলেম্‌ সারেল্‌ ফাহাপ্‌না ২ ।। মাইখঙ্‌পানে।। অয়্‌তী সোয়্‌খোঙ্‌ তাইথেৎতে।। লম্‌লক্‌ লুথুম্‌পাপু  পূম্‌না লৈতে।। হায়্‌না ক্রও নোংসোন্‌ পামাল্‌ লয়্‌সোন্‌পু।। খেলতে নিংথৌ হাওতক্‌ লাইপানা বাচুনাতে।। ১ রক চাইরেল নিংথৌ য়াফুলাকপানা।। সারী মখৈ ফং নামুং মাতোল্‌ লোম্‌না বাসক্‌পু-।। থাচাপীতে।। ১রক্‌ চাইরেল নিংথৌ য়াফুলাক্‌পানা।। পাওমেললকলে।। তৌয়ীকিতী পাথৌ খেলতে নিংথৌ হাওতক্‌ লাইপাআে।। বাইরা তেলপুম্‌ ১ কাপ্‌না।। চায়্‌না খোংফেল্‌নারাসে।। নাপায়ীপা লাইনা চুম্‌লাসুনু-।। হয়েল লাল্‌ সীঙ্‌নখিয়ে।। লমলেল্‌ লাবাই পোল্‌পীখোক্‌।। চাইরেল্‌ থইচংপুঙ্‌তা।। বাইরা তেচায়্‌নখিএ হায়্‌তাপারা।।

**লায়খোক্রুবা বাহন্থোক ঃ**

পীথক্রকপগীদমকপু নিংশিংনা। ঙসি হৌখিবদুনা হয়েং লাকপগুম লোইদাম চহী অমা ফারকলবা মতমদা খেলতে[1] নিংথৌ হাওতক লাইবগী মোমনু তানলোই নুপী ওইবী, সেতৌ তৌঙাম হোইহোইপীনা ইনথা ইনশোলনা, মতিন তিললাং শিৎনা ঙামি কৌনা ঙাফারিঙৈদা, নহাল মোমনু নুপীদুনা  য়ুবু লাননা পীথকলকপা অদুগীদমক চাইরেল[2] নিংথৌ য়াফুরাকপনা ১০ চাকলুক শেমনা অপোংবা শাবু নিংথিনা হাপ্লদুনা শকখং-মাইখংননবা পীববু। খেলতে নিংথৌ হাওতক লাইপনা বাতাথিনা হায়খিয়ে। পাথৌ চাইরেল নিংথৌ য়াফুরাকপা-ও। মোমনু ঐগী নুপী য়ুম্বান্নদুনা লোইনবিবীবু নঙনা নৎতা চিরোল লমচৎনা লমলক্তা ওক্ত লমচৎনদুনা উনরিবা ঙাংনরবা ওইরিনিনে। লমচৎতুদি কাওরেল শল-শারমচৎকী মতৌ, তাইয়ম নাই লমকেৎপা শাগা পাঙ্খকপশিংবু ময়ুম চংনা খঙলগে, শারম থিনা শাফারগে হায়না হায়রক্রুবদা চাইরেল নিংথৌ য়াফুরাকপনা পাথৌ খেলতে নিংথৌ হাওতকলাইবা-ও। ঐনা নহাল নোং লমজাও লময়াই শাদাল্লকপদা। লমহাং লমজাও শাদালঙৈদুদা নহাক্কী লোইনবী নুপী অসিনা অবা অরাম-খৌরাং খাঙনবা বাংলৈ য়ুরানখি। মদুগী লমন অমুক্তি শিংগে খনখিবনা তরা চাকলুক শেমনা শারেল শাবু ফানা হাপ্লদুনা শকখং মাইখংনবা লৈ। ঐদি মাবু ঙাঙনবা নৎতে, লমলক্তা লোননা নৎতবা লমচৎ লিচৎ চৎখিবসু লৈনদে হায়না কোরৌ নোংদোল পলনা বাশকচরিবসিনে। অদু ফাওবদা খেলতে নিংথৌ হাওতকলাইপনা থাজবা লৈতে। মদুদসু নৎতনা অমুক হননা চাইরেল নিংথৌ য়াফুরাকপানা শরি মখৈ ফংনা শরি নামুং মতোল লোমনা বাশকপবু থাজবীবা লৈতে। চাইরেল নিংথৌ য়াফুরাকপনা অমুক হননা হায়রকয়ে। অদু ওইরবদি পাথৌ খেলতে নিংথৌ হাওতকলাইপা-ও। লিরিদগী তেনজৈ অমমম কাপ্লদনা অঙম্বা চাংয়েংনসে। নঙবু ঐবু পোকপা লাই ইপুথৌনা বায়েনবীবা ওইসনু হায়না হয়েল লাল শিঙনখিয়ে। মফম অদুদি লমদম লবাই পোলবীখোক, চাইরেন থৈচংপুং কৌবদা বাইরা তেজৈ কাপ্লদুনা অঙম্বা চাংয়েংনা চায়নখিযে হায়য়ে।

---

১, খেলতে ঃ কংলৈগী বা-নোংচুপ থংবা মাইকৈ খুননিংথৌ ওইনা পানলম্বা লম অমগী মমিং।

২, চাইরেল ঃ খাবনা খাকিগা চাইরেলগা পোকএ; *(চাইবেলসু খুলনিংথৌ ওইনা পানলম্বী)*। চাইরেলদি নিংথৌ কাংবা লৈমা তানুগী চাদা নাওদানি। (খুম্দারোল/খাগেম্বা য়ুম্বী ২)

**পুন্নাগী চপ চাবা ৱারোল**

খেল্তে নিংথৌ হাওতক্ লাইপানা।। হাল্না লীরী থামোইতিং।। লাকা তেল্মই লাক্না ক্রও নোংঅো য়েংঅো।। মাল্লেম্ লইঅো খঙঅো।। হয়রেম্ য়ীপল্ লম্ নঙ্ চুম্অো হায়্না।। ৱাইরা তেলথাপাপু।। সোইরেল্ ফুম্পী তুনা তেল্পাল্য়ে।। চাইরেল্ নিংথৌ য়াফুরাক্পানা।। লীরী থামোইতীং লাকা তেল্ময়্ পায়্না।। ক্রও নোংঅো য়েংঅো।। মালেম্ লইঅো খঙঅো।। হয়রেম্ য়ীপল্লম্ নঙ্সুঙ্ চুমঅো হায়্না ৱায়্রা তেল্থাপাতী।। খেল্তে নিংথৌ হাওতক্ লাইপাকি।। ফয়রা মাতাল্ পাংমা তুরে।। সেল্লোই মাপাতাও ২ মাতী।। লোয়্না আপামপানীকিনা।। লূরক কাঙ্তৈ থিতা।। খৌনাও লোন্থোঙ লেন্তা।। হক্চেং সম্মা মাল্লওপিতানা।। ২ মা সামু লোংকোল্নানা হলৱাইখিয়ে ।। খেল্তে নিংথৌ হাওতক্ লাইপানা।। পাথৌ য়ীপীঙ্ঙাতী।। সীঙ্লেল্ আরেম্পা লৈরাং অতিংঙাপু।। ৱাঅোইনায়ে হায়না খোয়্রুম্ মোল্মোন্ নোক্না।। ১০ খুৎপুন পীমানা ৱাংলয় চীন্খুল্ য়োংমানানা।। লাংকোল্নাখিয়ে হায়্তাপারা।। লমলেল্ লৱায় পোলপী খোক্তা।। চায়না খোংফেল্নাপা আতুসুঙ্ মাতোম্তে।।১।। ⚹ ।। ১।। লম্লেল্ মাতাইমা।। মাহুয় পোন্পুরম্ হামই তাংগারম্-।। লম্লেন্ লেংপায় নওরেংপায়।। সম্পুঙরোল্পা চীঙ্।। চুম্পং লম্নামুং তুমিল্ লম্নুংসি।। লম্লেল্ ৱায়াখোংতা চায়না খোংফেল্নাপাপু লৈয়ে।। নোংয়ায়[১] থোঙ্পু ৱাইনুচা আথৌপা।। তল্পা মীখন্থাই।। কাওরেল মাপা তাম্পা সল্কুম্পাকা। মারোই মাক্পীতেং হাওমিয়াচাকা।। লম্লেল্ ৱায়াখোংপু লমলোক্কে হায়না।। চুঙ্লোং ঙকতা হুক্।। খোক্লাং তুংসোল্না।। খেরে মাঙয়ীন্নানা।। মারাল্ থৌচৎলক্পাতা।। কে কে মোইরাং খোইরী তেন্চাওসু[২]।। মাতোম্ তল্পা মীখন্থাই।। মাল্পী মাতুপ্ হাঙ্পা সল্কুম্পাকা।। কে কে মারোয়্

**লায়খোক্রুবা ৱাহন্থোক :**

খেলতে নিংথৌ হাওতক লাইপানা হাল্না তেন কাপনবগীদমক তেন্দোঙ খুদুম চেৎনা পায়, তেলচৈ তলনা হাপনা তেলমৈ পায়, লিরি চিংনা কোরৌ নোং-ও নঙনা য়েংবী-ও। মালেম লৈ-ও নঙনা খঙবী-ও। হৈরেম ইরমদম লমদম নঙ ৱাচুম্বী-ও, হায়না ৱাইরা তেল তেলকাপ তেলথারকপবু। শোইরেল ফুম মথক্তবু ওইনা তেলনা পাল্লরে। চাইরেল নিংথৌ য়াফুরাকপনা অমুক তেন্দোংদা তেলচৈ হাপ্লদুনা লিরী থম্মোই য়ৌনা চিংলদনা তেলচৈ তেলনিং পায়না, কোরৌ নোং-ও নঙবু য়েংবী-ও। মালেম লৈপাক-ও। নঙনা খঙবী-ও হৈরেম ইপল্ লমদম নঙনাসু ৱাচুমনবী-ও হায়না শোল্লদনা ৱাইরা তেলবু কাপনা তেলথারকপদি খেলতে নিংথৌ হাওতক লাইবগী মফৈ ফৈবাক্তুদা পান্দুনা য়ুংলেদো। শেল্লোই মরুপলোই অনিমক্তি মহৌশাদগী লুনা চাল্লবা ওইনা তিল্লরকপনা লূরেল মকোক কক্তা খৌনাও লেন্থোংসু লেন্দ, হক্চাং শাম্মা মাললৌবীদনা অশোকপদুবু শামু মহকচাং লেংগোনখৎপীদুনা অনিমক্লা চৎমিন্নখিয়ে। খেলতে নিংথৌ হাওতকলাইবনা হায়রকএ। পাথৌ মরুপ ওইবা-ও! ঐথোয় অনিদি অরেম্বা করিসু কান্নদবদা শাওনরুরেদো হায়দনা খোইরুম মোমোন নোকনা তরা চাকপু পীনরদুনা ৱাংলৈ য়ুবু চিন্দমমীন্নবা থকমিন্নদুনা লেংগোননা চান্নখিয়ে হায়দবরা। লমলেম লমদম লৱাই পোনবী খোক কৌবা মফমসিদা চায়না খোংফেন্নবা অসিনসু লোইবা লৈতরি।।১।। ⚹ ।।১।।

**২**

**মাকপীতেং হাওমিয়াচা ১সুং খোইরী তোনচাওসু চায়নবা**

লমলেন লমদম মফম অমদি - মাহুই পোনবু লম হামৈ তাংগা- লম। লমলেল লমদম অথোইবদি লেংপাই নৌরেংপাই শমপুঙরোলবা চীঙ্, চুম্বং লমনামুং তুমিল লমদি লমনুংশি-। লমলেম-লমদি ৱায়াখোং কৌবদা চায়না খোংফেলনা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনখিবসু লৈরিয়ে। নোংয়ায়[১] খুমলচা থোঙবুৱাইনুচা কৌবা অথৌবা নিপা থোকপা তম্বা মীখলনথাই ওইবনা কাওরেল অথোই শল্লুপ পুবা শলশিংনা ৱাইনগে হায়না শামাম্নবশিংবু লৈবরা হায়না মচি চিরেল ফেংনা খোংন-না থিবগুম মাগী লোইনবা মাকপীতেং হাওমিয়া-চাগা লমলেন লমদম ৱাইখোংবু লোককে ঙমগে হায়না মরোং তাগী চুং ঙকতা হুকনা য়ানশিন্দুনা খেরে কৌবা তাগী তাজিলনা মাংদা থা। তানিংনা তুংদা থম ময়ুমদগী লাকপদা কেগে মোইরাং লমদা লৈবা খোইরীতোনচাওসু[২] কৌবা, অথৌবা নিপা থোকপা মানবী কাওরেলনা মপাথিনা চিরেল চিখেৎনবাদা হনখিবা লৈতবা শনগুম অথৌবা মাসু কেগে লমদা মাগী খোংলোই শিংগা

---

১, নোংযায় (খুমল) খুমলনা তারম্বা য়ুম্ফমদি কুমসঙতা লৈরময়ে। অতুতাকি য়াইরিপোকতা লৈরময়ে। আতুতকি মুংখোঙতা লৈরময়ে। আতুতাকি লৈক্কোয়্পুঙ্তা হোংতুনা লৈরে। (খুম্মারোল/থেলোন)

২, কেকে মোইরা খোইরী তেনচাওগু : কেকে মোইবাং নিংথৌ থীয়াং মীচাওবগী মতমদা লৈরম্বা মনাই লেমলৈ ঙা শেনবা মনাই অথোইবা অঙম্বা খোইরী তেনচাওগু কৌবা নিংথৌগী মনাই অমনি। (মোইরাং নিংথৌরোল)

## পুয়াগী চপ চাবা খারোল

কে কে খোয়্রী লম্সিংপাকা।। লম্লেল্ বায়াখোংপু কে কে লম্ লোক্কে।। মোইরাং লম্চল্কে মারোং চেপ্য়াল্না।। খোক্লাংতুং সোল্না খেরে মাঙ্য়ীন্নানা।। মরাল্ থৌচংলকপাতা।। লম্লেল্ বায়াখোংতা লম্আক্নারে।। পাথৌআে য়ীপীঙ্ঙাতী।। য়ীতোম্ তল্পা মীখন্খাই মাসেল্নে।। আসী কোরৌ নুমীৎমাতী।। চায়্না খোংফেল্নখিসে।। নাপায়ীপা লাইনা বাচুম্সুনো।। ঙম্তাপানা থমকুম্ আমল্তা।। আঙম্পানা লম্লেল্ বায়াখোংপু।। লম্চল্নাসে হায়্না।। ছয়েল্ লালসীঙ্নাখিয়্।। তল্পা মাতুপ্ হাঙ্ কাওরেল্ মাপা তাম্পা সল্কুম্পা মাসেল্নীকিনা।। খোয়্মা মামাই আেন্তা য়াম্চেং মানম্ মুক্নাতখিয়ে।। আতোন্ লম্থোই পা মোইরাং লম্কেংপা মাসেল্নীকিনা।। সায়েঙ পাল্কাতীংতিংনা পাওয়ানখিয়ে।। কে কে মোইরাং[1] খোইরীতোন্চাওসুনা।। তীমেল্ মানুংচঙ্পু।। খুংপাক তিল্লাইমেল্।। খোক্লাং পুম্সীংনা।। লাপা খোঙ্ফম্ লয়্তা থীনা।। চীন্পাল্ কোইহ্ওনাল্।। হক্সাং চেপ্ চেপ্ লোয়্খোয়্নানা।। তিমেল্ তাঙ্গলখিপু।। খোয়্মা লাংতোল্ সম্না।। সোইরেল্ ফুম্পী তুনা তাপাল্লে।। নোংয়াই থোঙ্পুবাইনু চানা।। খুংপাক্ তিল্লাইমেল্না।। তিমেল্ মাতাচাপু ফেল্লাপাতী।। ককল্ সেংসৌলেংনা।। মাল্লেম্ লইকং তুরে।। সেল্লোয়্ মাপাতাও ২ মাতী।। পান্পা কৈচেংলাংকুম্পা মাসেল্নীকিনা।। নোংয়াই থোঙ্পুবাইনুচানা।। পাওমেল্লক্লে।। পাথৌ খোইরীতোন্চাওসুআে।। কোক্লাং পম্সীংনাপাকি।। তীমেন তা পাল্তাপাতী।। অুলপী পুক্নীঙ্ পেন্ফাংতারিয়ে।। সামু খুংনা ফংনা।। হাওমুক্না লেংফাই চল্খিসে।। হায়না তেল্সীঙ্নাখিয়ে।। তল্পা মীখন্থাই ২ মাতী।। সারেল্ নোংসা লাল্ লাওখোল্কুম্।। সামু খুংনা ফংনা লাক্নরে।। মোংপা তাচিল্ খুরৌ য়েংনারাপাতা।। কে কে মারোয়্ খোয়্রীলম্সিং অসিংপানা।। চেংলও মীংনা য়েং সামু খুংনা থিল্না।। লোন্না পাওতাক্খিএ।। য়াম্মা খোইরী তোন্চাওসুআে।। অসাইঙয়্কি হায়্নাপাপু।। থৌকাওরাপারা কাওকুনো।। চয়্রয়্ ফিকোল্নুংকি।। পাথৌসান্ফোংতাপাপু।। কে কে খোইরী অথৌপানা।। নোংয়াই থোঙ্পুবাইনুচাপু।। য়ারেন্ খোংখৈতোল্না।। মসা মাহাক্ ফংনা চীক্থায়্রে।। চীক্পীআে থোল্নায়ে-।। খোংনা সীরে বাইখোংআে থোল্নায়ে ।। আতু নোংকিপু।। থোঙ্পুবাই

## লায়খোক্পবা বাহস্তোক ঃ

কেগে খোইরীলমশিংবনা। লমলেল্ লমদম বায়াখোংবু কেগে লমবু লৌগে, মোইরাং লমবু মাগী ওইগে হায়না মারোং চুঙগা চেপনা য়াল্লনা, তানিংনো তুংদা থম, খেবে তাপাকনা মাঙদা থানা মবাল যুমদগী লাকপদা, লমলেন লমদম বায়াখোংদা অথৌবা অনি উনরে। পাথৌ-ও ঐখোয় অনিমকতি, ইদোম ইদোম অকনবা থৌনা লৈবা লক্কাইরবা অথৌবা মাশেলনে। ঙসি কোরৌ নুমিৎ অসিদি অঙম্বা চাংয়েংনা চায়না খোংফেলনখিসে। নঙবু পোকপা ঐবু পোকপা ইপা ইপু লাই ওইখিরবশিংনসু খঙহন্না কোরৌ থঙ্গী য়েংনা বাচুমসুনো। ঙমদবনা মায়থিদুনা অশিবগী লম্বীদা চংপগুম্না শিদোক্লসি। অঙম্বনা, লমলেন লমদম বায়াখোংবু মহাক্কী লম ওইনা লৌনসে । হায়রদনা ছয়েল লালবু লালশিংনখিয়ে। নিপা ওইবা শামান লেংমানবা শায়েং পাম্বোম ঙাননিংবা, মচুম তারবা কাওরেল শলনা লেংমানবা উবদা মালেম নৈদা মচি চিবেল ফেংনবগুম্না অথৌবা চাংয়েংনিংবা মশেল ওইখিবনা মমাই ওননা মরৈ মবা তৌনা থেংনরোইদৌবগী হোৎনখিদে-। শামাল লেংমালবা মশেল থিনদুনা চায়ননিংবা চাংয়েংনিংবা মোইরাং লমকেংপা লিংজেল খাবা লেংগা চাবা মশেল ওইবনা থোইনা হেন্নদুম শায়েঙ পামবোম তিংবু তিংনা হায়নবা খুদিংমক য়ানখিয়ে। কেগে মোইরাং খোইবিতোনচাওসুনা তিমেন মখুৎসু তারেল তাবু খুংপাক খুংথুম চেংনবা [illegible]লাং মতিন থাকনা তাখোক খুংচানা পাই নিপা থোকনা মালেম নৈদা খোঙফম থীন। চীন[illegible]দা হৌবা কোইবু খুংনা নাল। হকচাং চেপ চেপ লোইরোই ঙমথনা তিমেল তাবু চিংনা তাঙ্গলখিববু খোয়মা নাপী মরক নাপী মতোন ককনা শোইরেল ফুমবী থিনথংনা তাপালুরে। নোংয়াই খুমল থোংপুবাইনুচা কৌবনা অমুক খুপাক তিললাং মতিন থাকনা খুংপাই চেংনা তিমেল তাবু পাইনা মাগী তাবু অমুক অনলকপতি, মালেম থকতা হৌবা ককলু শেংলৌ লেংথংতুনা মাললেম লৈকংদবু যুংলে। শামাল লেংমানবা মখোয় অনিমকতি। পানবা কৈচেংলাংগুমনা অথৌবা মশেল ওইনবা ওইবনা। নোংয়াই খুমল থোঙ্পুবাইনুচানা পাওমেননা হায়রকয়ে। পাথৌ খোইরিতোনচাওসু-ও। তাগী মখোক নানবা ওইখিবনা তিমেল তা লংবা পানদবসিনা উনবী থম্মোই পুকনিঙ্সি পেনফাংনদরিয়ে। শামু খুংনা ফংনা পাইনদুনা হাওমুকনা লেংফাই চলনা মুকনা শান্নখিসে।। হায়না অমুক শিঙনখিয়ে। নিপা থোকপা অথৌবা অনিমকতি। অথোইবা শা, নোংশা লালওখোনগুমনা শামু মখুৎ মখুৎ পাইনা চিংনা লাকনরে। খোংলোন খুংলোন লৌশ্রৌ য়েংনরবদা কেগে মাগী খোংলোই খোইরীলমশিং থোইনা হেননা লৌশিংবনা, চেংলৌ মীংনা য়েংনা শামু খুংনা থিলনা, অরোল বাহৈনা পাওবু তাকখিয়ে। ইয়াম্বা ওইবা খোইরিতোনচাওসু-ও। ঙশাইঙৈ হায়নখিবা বাশিংবু কাওরবরা কাওগনুনে। চৈরৈ ফিনুংগী পাথৌ নঙনা কনাদসু উহনদবা অদুবুনে, কেগে খোইবী অথৌবনা লংলা লংজিং ফংনা, নোংয়াই খুমল থোঙ্পুবাইনুচাবু ময়া য়ারেল খোংখৈ য়াতোলনা লুম মশা মহাকশাং ফংনা চীকখায়রে। চীকপী-ও তৌনা থোলনৈয়ে। খোংনা লাওনা শিরে হায়বগী বাইখোং-ও তৌনা মিংথোলনৈয়ে। অদু নোংদগীবু

১ কেকে মোইরাং ঃ মোইরাংনা লৈরম্বা মফমদি সনা কৈথেলগী নোংচুপ পাংপা সঙসাংনা লৈরম্বা যুম্ফমদা লৈবময়ে। মতুংদা লৈকোইপুঙদা হোংখিবে। লৈয়াং লৈকাই তরেৎ থোক্না খায়য়ে, উমংলাই মাপল লাংলি। কেকে মোইরাং লাইখোংশিংদি থীপী থিরেল, থীরেল, চাউরেল, লৈকাচেং, নোংকাচেং, নুংকাপাক, নুঙচোংবকা, মাকুরোনগা, লাইরুপ মাপলমকপু কেকে মোইরাং লাইখোংশিনঙৈদা কেকে মচেৎ অমনা নুমিৎ খোকরুম তাইয়ে, মোইরাং মচেৎ অমনা কোরেক তুম্বা কংনা লৈখোং তাইয়ে, কেকে মচেৎ অমনা হীপু য়াইপুঙ লাংলে, মোইরাং মচেৎ অমনা শৌক্রি হংকেল লাংলে, কেকে মচেৎ অমনা লৌকু লৌকা লাংলে,

**পুয়াগী চপ চাবা বারোল**

নুচা নোংমল্বাই।। থোঙ্পুবাইনুচাকি।। মারোয় মাক্তিংহাওমিয়াচাতী।। পীরেম্ থারুক্নানা নুংসি চীঙ্।। কে কে খোইরীতোন্চাওসুতী।। বাখোং লম্চল্ লম্।। মারোয় খোয়রীলম্সিং অসিংপাতী।। থৌতোং চীঙ্আে তৌনা কৌয়ে।। খোয়্রী আথৌপানা।। নোংয়াই থোঙ্পুবাইনুচাপু-।। লুরক্ কাঙ্তৈথি।। থৌনাও লোন্থোঙ্ লেন্।। থাঙ্লেন্ চেপ্না চল্।। তওথোপ্ খল্থাংনা।। লাল্লু পোল্লেম্ হাল্না।। কে কে খোইরী তোন্চাওসুতী।। মারোয় খোয়্রী লম্সিং অসিংপাকা।। ঙাইরোয়্ননা।। মোইরাং মাপা লম্তা।। তল্পা মাচী হেন্ লাপা মরাই লাংনা হল্বাইরক্য়ে।। লম্লেল্ চীকপী বায়াখোংতা।। চায়্না খোংফেল্নাপা আতু সুঙ্ মাতোম্তে।।২।।⁕।।২।। লম্লেল্ মাতাইমা।। হয়্রেম্ মারক্সী কোল্য়া থয়্তিংপাল্তা চায়্না খোংফেল্নাপাপু লৈয়ে।। লম্লেল্ হয়্রেম্ মারক্সী।। কোল্য়া থয়্তীংপাল্আে।। কৌপাতী কাতৌনোংকিনো।। নোংয়ায় খুমল্ নিংথৌ পুল্সীপা মাসানৌ লোয়াম্পানা।। য়াওরও সাতাল্পাতা।। আতোল লোল্য়াম্পাতী।। তান্লোয় খাচীক্না।। লুম্লেল্ খাফাংনানা লোল্পানীকিনা।। লুম্লেল্ খন্পল্বাকি।। ১০ চাক্য়োম্তা।। বাংল্ই খোম্হাল্তাপা বাকিপু।। তাংচা নোংয়ায় লোল্য়াম্পাতী।। আতোন্ মাপাচা খুমল্ মায়েল্লুপু।। তাংচা য়ীঁকাইখি হুয়াই সেন্খোয়্খিয়ে।। মায়ুম্ নোংয়ায়্না তেংথানা খুমল্না মীকৌপাতী।। পাৎপু কোল্আে কৌয়ে।। কংপাল্পু য়াআে কৌয়ে।। কোল্য়া আচলপাতা।। হুপ্লেল্ নম্ঙানানা ১০ চাপুক্ লাম্ পায়্মা খোম্নীতিং।। অুলপী চাফম্ তিংলাপাকিতামক্।। মারক্ আেইনা সিরে। আতু নোংকিপু হয়রেম্ মারক্সি।। কোল্য়া থয়্থোক্পাল্আে।। কৌয়ে হায়্তাপারা।। হয়্রেম্ মারক্সী কোল্য়া থয়থোক্পাল্তা ।। চায়্না খোংফেল্নাপাপু লৈয়ে।। আতোল্ নোংয়াই খুমল্ নিংথৌ পুল্সীপা।। পুয়াম্ য়ীম্লেল্পা তাল্তু লাল্থাপা।। লেম্লয় নিংথৌ হায়হৈপানা।। য়ীতাইরেম্ নোং খুমন্ খাথা লাইথা, থল্পসিংআে।। হয়্রেম্ কাঙ্পীসু সামু খোঙ্সেক্পা।। লাংলেল্ কোঙয়াঙ্ চয়্সুপাল্না।। থৌপানা।। মায়ীম্ নোংয়ায়্ সীঙ্চা বাইকোই ফাতা।। য়েন্লাং থৌচৎফাতে হায়পাপু।। তায়ম্ খুল্চা নুপিশিংকি।। লয়্

**লায়থোক্লবা বাহস্থোক :**

থোঙবু বাইনুচা নোংমনবাই, থোঙবুবাইনুচাগী খোঙলোয় মাকতিং হাওমিয়াচাদি পীরেম থারুক্না নুংশি চীঙ্ কেগে খোইরিতোনজাওসুদি বাইখোং লমচল-লম, খোংলোই খোয়রীলমশিং অশিংবদি থৌদোং চীঙ্-ও তৌনা কৌনখিয়ে। খোইরী অথৌবনা নোংয়াই থোঙপুবাইনুচাবু মকোক সুরেল কক খৌনাও লেলথোঙ্ লেনদুনা। থাঙলেন চেপনা য়ালনা। তৌগী পোলাং শানা অককপা লালু কোকপু পোলাংদা হাপলদুনা কেগে খোইরীতোনচাওসুদি খোঙলোইশিংগা খোয়রীলমশিং অশিংবগা লোয়ননা মোইরাং ময়ুম মাইকৈরোমদা হরাও মথোই ময়াই কানা হল্লকলে। লমলেল লমদম চীকপী বায়াখোং কৌবা মফমদা চায়না খোংফেননবা অসিনসু লোইবা লৈতরি।। ২।।⁕।। ২।।

৩
হৈরেম কাঙবীও ১সুং চাথামোইরেম্বগা চায়নবা

লমলেন লমদম মফম অমদি - হৈরেম মারকশি কোলয়া থৈদিংপাল কৌবা লমদম মফমদা চায়না খোংফেলনবসু লৈরিয়ে। লমলেল লমদম মারকশি কোলয়া থৈদিংপাল—ও কৌনখিবদি করি তৌখিবা নুমিৎতগীনো হায়রবদি - নোংয়ায় খুমল নিংথৌ পুনসিবগী মনাউনিপা অদোন খুমন লোয়াম্পা কৌবনা য়াওরৌ শাদানঙৈদা- খুমল লোয়ামপগী তানলোয় মতু শাওনাঙৈ, নুপী নৈনা নুপী অমা থিরকপনা নুপী লোননা বাদগী তরা চাক চাকয়োমদনা, বাংলৈ য়ুবুসু হানদা বাহৌগীদমকপু। নোংয়ায় লোয়ামপদি মপা মতোন মচা মনাও খুমল শাদানমিন্নবশিংগী মমাংদা মমাই ঙাংনা মদোম ইকাইজখিয়ে। ময়ুম নোংয়াইনা হায়নবা খুমলনা মিংকৌনবদি পাৎপু - কোল-ও কৌনেয়ে।। কংফালবু - য়া-ও কৌয়ে। কোল-য়া, পাৎপালগী অকংবা মফমদা হুপনা নিংথিজনসু হৌবা মফম খলনা লোংনা হিপথরদনা তরা চাকপু লামমনখিবনা চরি-তৎ, চনিং চামাং শম্নদা উনবী চফম পুক্রি তিংলবদগী হুপলেল মরক্তা ওইনা শিরে। অদুনোংদগীবু হৈরেম মরকশি, কোলয়া থৈথোপপাল-ও তৌনা কৌনখিয়ে হায়নদবরা। হৈরেম মারকশি, কোলয়া থৈথোকপাল কৌবা লমদমদা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনা চায়না খোংফেলনবসু লৈরিয়ে। অদোন নোংয়াই খুমল নিংথৌ পুনশিবা, পুয়াম ইমলেলবা তলদু লালথবা, লেমলৈ নিংথৌ হায়হৈবা কৌবনা - ঐগী ইনাই খুমল অকন অথৌ অঙমবশিং-ও। হৈরেম কাঙবীসু শামু খোঙশেকপা লাংলেন কোঙয়াং বাবু থোইনা শিজন্নদবা ঙমদবা থৌবনা, নোংয়ায় ইরমদনগী মনুংদা, ইয়ুম নোংয়াই খুমলশিংনা শীং চনবা চৎফদে, য়েনশাং নাপী থিবা চৎফদে হায়ববু, থিংলে হায়না তায়ম ইনাই খুল চানু নুপীশিংনা

কেকে মচেৎ অমনা উতোম উফাং লাৎলে। লোঙাক ঈশাই মাপলনা কোযবা খুনদা লমনে কেগে মোইবাং কংলা ফমথোল নাই, য়ুম্নাক চাতবেং ভম্ফুমাথোই, নিংথৌ মনাই লুপচিংবা খুলবা চাতবেং য়াম্খে মোইরাং পাইলৈ ভাইবা সনা চিলবা খুলথক ৭৫০ লাংমৈ মতু চিলবা চাতরেং য়াম্খে পোৎতু লৈখাম থেৎপা চাতরেং য়াম্খে উবা পামতু চিলবা চাতবেং য়াম্খে পাম্খোমদা তালজাও শিবা ৭৫০, খবোমযাই হাম্না খুদাং য়াইচাও শিবা চাতবেং য়াম্খে কেকে নিংথৌগী মনাই ফমথৌ ওইনবা লিশিং অমা চাতরেং ভম্ফুমাথোইগা লোয়ননা পালখিবা কেকে মোইবাং পুঙনে। (*থেলোন, ১/কেগে কংলৈরোল,* ৩৬–৩৯)

**পুয়াগী চপ চাবা ৱারোল**

রককোল্সাং বাপু নাতায়ে।। মারোং কানানা চুঙ্ফুনা।। তিমেল্ কানানা তা চায়নারুকাপানু।। কংলা থল্পা পাওখুম্লক্অো।। হায়না পাওহংখিপাপু।। নোংয়ায় খাথা থলপানা পাওখুম্গাপারা।। পাওখুম্তে।। আতোল লাইথা থল্পানা।। পাওয়াগাপারা পাওয়াতে।। আতোল্ চকলাই ফাল্তোলকি।। কংলা ফম্গা থেঙ্পা।। লাংলেল্ কোঙ্য়াঙ বুনৌ কোন্তে।। কোল্না হুল্পানা কোঙয়াঙ্ বারেপ্ ফাপাকুম্।। নাওৱা লাংচেং মাথোকলপা হুয়েল্ লাল্পাম্ মাহৈরকলিপা।। নোংয়ায় চাথা মোইরেম্পা আথৌপানা।। কোল্না পাওখুম্নকয়ে।। সাপল্ লাল্থোঙসীন্-।। হুয়েল্ লাল্লম্ খঙতায়ীকুম।। মাপু কোন্লোন্ নায়াথাংপু-।। তাঙ্চা লুতা থোংনা।। নাতহিরেম অয়না থোক্লাং পম্সীংনা।। তিমেল্ তা চায়নারুকে।। হায়না পাওয়াখিয়ে।। নোংয়ায় খুমল্ নিংথৌ কে কে হাওতক্ সল্পল্যাকি।। হেনু থরোন্চাবু কাইনা হুল্পানা।। যীতাইরেম্ নোংয়ায় চাথা মোইরেম্পাঅো।। কংলা লয়্পাক মায়েং তাহল্তানা।। কোন্লোয় পাওখুম্নক্পা আসিপু।। আথৌপা নাতুকনাপা মাহাক্ আরেপ্পানে।। নিংথৌ কাকোক্ চীন্তাইনুংকি।। পানা চাতুম পীনা থৌতোংখিয়ে।। হায়্তাপারা।। নোংয়ায় চাথা মোইরেম্পা।। আথৌপানা ১রক পাওখুম্লক্য়ে।। হায়েং যীনুং কৌবা সোয়্রাপাকা।। হয়্রেম্ কাঙ্পীসুপু মাল্পী চীয়াইনা।। কাওরেল্ লাইথেংনারুকে হায়না।। মারু লয়্তা তানা ঋুমলাপাকা।। মারাল্ থৌকুম্থাখিয়ে।। নোংয়ায় চাথা মোইরেম্পানা।। নুমিতাং ফমকুমলকপাতা।। মোমনু তালোয় মারুম্পী।। কে কে মোইরাম্পা চানু।। লয়্মা নামুল্খাম্পীত পাওতম্খিয়ে।। য়োয়্পুনাই যীনেম্ মাচা।। লয়্মা নামুল্খাম্পীঅো।। নাথংলেল্ অয়না কংলা থৌগারুপাতী।। য়াম্মা নিংথৌ আতোল্ পুল্সীপানা[১]।। হয়্রেম্ কাঙপীসু আথৌপা।। নোংয়ায় সীঙ্চা বাইকোইফাতাপাপু।। মারোং চুঙ্ ফুনা তিমেল তা চানরুঅো।। হায়পাপু।। নোংয়ায় খাথানা পাওখুমতা।। আতোল্ লাইথানা পাওয়াতে।। নাথংলেন্ অয়না পাওয়ারক্লে।। য়োইপুনাই যীনেম্ মাচাঅো।। ১০ চাক য়োমঅো।। বাংলয় খোম্হালঅো।। হায়না পাওমেলখিয়ে।। থংলেল্ যীপুংঙু তাঅো।। কেকে যীপল্ লম্ মোইরাং যীতু লমতাকি।। যীরাল্ লুহোঙ্ খোঙতোংলক্পা।। লোইতাম্ থা সিতা লাঙ্হৈ কুম্ অোন্তারিয়ে।। যীথংলেল্ নঙ্তী হয়্রেম্ কাঙ্পীসুপু।। চায়না খোংফেল্ নাকে কারি।। পাওয়ারুপানু হায় বাঅোইঙাম্য়ে।। নারুম্ অয়কি আরাং খোম্লেল্ মঙ্লাংচাল্তা।। তুরেল্ নাম্তু কুম্ লাইরাই খায়িতাপাতা।। চোম্লাং কাওপী যীনাসিপু।। লাই

**লায়থোক্রুবা বাহস্তোক ঃ**

লৈরক কোলশাং খুনলক্তা ঙাংনা শরুহৌবশিংবু তারকয়ে। অঙম্বা ফনানো নখুংতা মরোং চুং, তিমেন তা খুদুম চেংনা পায়দুনা থেংনবা ঙমগদবনো, খুমল কংলা থলনা ফমলিঙৈসিদা পাওখুম্নকউদনা, হায়না পাও হংলকখিববু-। নোংয়ায় খুমল অঙম্বা খা থলনা ফম্বা মীওই অমতা পাওখুমলকপরা পাওখুম অমত্তা পিরক্তে। অদোন নোংয়ায় লাই অবাং থলনা ফম্বা অঙম্বা অমত্তা থেংনগে হায়না পাওয়াগনবা পাওয়াদরে। অদোল নোংয়ায় অবাং লাই মাইকৈ ওইরোম ফমথৌ মতোল ফম্বা কংলা থৌগন কুইম্রিবা , লাংলেন কোঙয়াঙ বানা উনৌ কোননা অনবগুম অনৌবা অনবনা কোঙয়াঙ বানা মরেপ তাল্পনা মরেপ ফারকপগুম্না মথোক কারকনা ইনখংলক্রিবা, হুয়েল লালবু পাম্নিবা তমদুনা হৈসু হৈরক্লিবনা নোংয়ায় খুমল চাথা মোইরেমবা অথৌবনা কাইনথংদা পাউখুম পীবক্তে। শাপল লালগী লালথোং শিন্দুনা, হুয়েল লালগী লাল্লম কবি খঙদবা ঐবু - মপু নহাক্পী নয়াথং তাংজা কোকথক্তা থোংজদুনা ননাই ওইবা ঐনা তাখোক খোক্লাং পমশিংনা তিমেল তা চায়নরুগে হায়না পাওবু য়াজখিয়ে। নোংয়ায় খুমল নিংথৌ কেগে হাওতক সলবলয়াগী হেনু থরোনচাবু কাইনা হুলনা ঙম্বনা। ইনাই অচানবা নোংয়াই খুমল চাথা মোইরেমবা-ও।। কংলা খুমল লৈবাক মায়েং তাহনদনা কোলোয় নপাওখোল হায়রকপা অসিদি অথৌবা ওইবা হৌনশা অরেপ্পনে হায়না নিংথৌনা কাকোক মনুংদগী পানা চাদুম লৌথোক্তা পীরদুনা অঙম্বা মতিক হাপখিয়ে হায়নদবরা। নোংয়ায় চাথা মোইরেম্বা কৌবা অথৌবনা অমুকসু বাহৈ মপাউ হায়জরকলে। হয়েংগী নুমিৎ নোং ঙালবগদি হৈরেম কাঙবীশু কৌববু শলনা মচি খংনা কাওরেল শলনা ইনদুনা বাইনবগুম্না অঙম্বা লেংবা তৌনদুনা থেংনরুগে হায়না মকোক লৈপাক শোকনা খুরুম্নবগা ময়ুম মাইকৈ তমনা কুমখিয়ে। নোংয়ায় চাথামোইরেমবনা নুমিদাং কংলা ফমদিম্নরুবগী কুম্নলক্রবদা, মোমনু মাগী নুপী তালোই লোয়নবী কেগে মোইরাং মোইরাম্বা চনু নিংঙোল লৈমা নামুলখাম্বীদা পাওবু তমখিয়ে। য়োইবু ইবেম্মা ইশানৌ নুপী ওইবী লৈমা নামুলখাম্বীও। নশাবী নপুরোইবা ঐনা কংলা থৌপুনা কারুবদি ঐগী ইয়াম্বা অদোন নোংয়ায় খুমল নিংথৌ পুনশিবনা হৈরেম কাঙবিশু কৌবা অথৌবা নোংয়ায় শীঙচা বাকোই ফদববু, মরোং চুঙ ফুনা পাইনা তিমেল তা থিম্নদুনা চায়নরু-ও। হায়ববু নোংয়ায় খুমন অঙম্বা খাথংবা ফম্ফমশিংসু পাওখুমদা, অদোন নোংয়ায় লাইথংবা ফম্বম্শিংসু পাউ য়াম্রবদা। নশাবী ঐনা পাউয়ারক্রে। য়োইবু শানৌ ইবেম্মা লৈমা চানবী-ও। তরা চাকয়োম য়োম-ও। বাংলৈ যুবু খোমহাল-ও হায়না মপাওমেলবাবু হায়খিয়ে। ইপুরোইবা ওইরিবা ইবুংঙো তাবিও। কেগে ইপাম লম মোইরাং পোরুফম লমদগী ইয়ুমদগী লুহোং খোঙদোংলকপসু লোইদাম থা ফাদা লাংহৈ কুম চহি ওন্দরিয়ে। ইশাবী ইবুংঙো নিপা ওইবা নহাক্তি হৈরেম কাঙবিসুবু অঙম্বা চাংয়েংনবা চায়না খোংফেন্নগে করিগীদমক পাওয়ারুবনো হায়না ওইনজবা ওইনা হায়রকয়ে। নহাক্পী নুপী ওইজরিবীদি ঐগী ঙরাং অহিংগী মঙদা তুরেল অচেনবা ঈশিংগী লৈরাই চপ য়ুংবদা নাদা চিনজবা চোমদাং লৈরাংবু

১, খুমল নিংথৌ অতোন পুলসীপা ঃ খুমল নিংথৌ লাইফেংবনা বাঙমলোন কাইরৈমা পাম্নদুনা খুমল নিংথৌ পুনশিবা পোকয়ে, পুনশিবনা ঙানুরোন পীয়াইবোক পাম্নদুনা খুমল নিংথৌ ওইখি। (লেংথাবালপোল লঃ ২০৯)

**পুন্নাগী চপ চাবা বারোল**

লাইচা য়ীতা তাওথাখিপাপু।। সীঙ্লাল্ কৌরোঙ্ সানা।। লাম্পাপু
লময়োন্‌য়ে।। মোমনু মাল্লও য়ীকাল্কসুঙ্।। লাইচা য়ীতা তুম্লম্‌য়ে।। মামনু
মাল্লও কোক্‌থোং ফিতাচাপা।। পায়খুরা লম্ফাংচাপাপু লাইচা য়ীরোয়নানা
তাওখিরে। খোম্‌লেল্ থৈনা মঙ্লাংচাল্পু ফৎতে।। থংলেল্ য়ীপুংঙু তাআো।।
লাল্লোই মীঙাথোক্ সারেল্ মীসুংলাংপু।। আোইরাগানে হায়না থৌখামপাপু।।
য়োইপু নাইআো নাথংলেল্ অইতি।। নোংয়ায় খাথা লেংনা ভিল্।। খুমল্ লাইথা
ফম্পালক্তা।। খোয়্মা য়ীমায় আোন্।। য়াম্চেং য়ীনম্ মুক্‌ফারোইয়ে।। অয়্পু
হায়েং নোংয়ায় য়ীপাচা।। খুমল্ য়ীয়েল্লুসিংনা।। মোম্‌নু মাসুংমাল্পা নুচা
মামাল্ লওপা।। আতোল্ চীন্‌নেন্পা খুমল্ নাবাংপানে।। হায়রাকানে।। তাঙ্চা
য়ীকাই হুয়াই সেন্‌খোয়্‌য়ে।। নোংয়ায় য়ীনিংথৌপু সোংকিয়ে।। তৌয়ীকুমসুঙ।।
আসীপাকা য়ীকাইপাকা ২ মাতী।। খম্লাংপা বারী য়ীরেং পুবারীতা হায়্রম্‌য়ে।।
আসীপানা মানাওনে।। য়ীকাইপানা মায়াম্মানে হায়্রময়ে।। অয়্পু মাইময়
চীন্‌আোনবারোইয়ে।। হায়্না য়াতাখিয়ে্।। লয়্মা নামুল্‌খাম্‌পীনা
পাওমেল্লকয়ে।। থংলেল্ য়ীপুঙু তাআো।। খোয়্মা য়ীহওকি য়াম্য়ীককি।।
থংলেল্ আয়্পু লোইপা য়ীপুংঙু তাআো।। নরুম্ অয়্কী খোম্‌লে অসি
মঙ্পাতী।। কাইরয় য়ীচেঙ্ চেঙ্চা য়েল্লুমাপু।। কংলয় য়ীসুমাঙ্ সুমায়
য়ীথৌপোম্‌কি।। লোইপী চীঙ্ ককলেল্ সৌকামুনা[১]।। য়েল্‌নাআো চঙ্না
চেল্‌খিপাপাপু মঙ্লম্‌য়ে।। থংলেন্‌আো তঙ্ঙায়্‌আো।। হায়্না থৌখাম্পাপু।।
নোংয়ায় চাখা মোইরেম্পাতী।। কাওরেল্ মাতুপ হাঙ মাল্পী মাপা তামপা
সলকুমপানীকিনা।। বাচাপীতে।। মোমনু তান্‌লোই মারুমপীনা।। ১০
চাকয়োমপা।। বাংলই খোমহালপাতা।। পাতমপাসুঙ পাচুতে।। থংলেল্ য়ীপুংঙু
তাআো।। তাঙঙায়্‌আো হায়্না।। খুৎচেং হংচি পায়্না থৌখাম্‌পাপু
থৌখাম্‌ঙ ম্‌তাখিয়ে।। চাখামোইরেংঙমতী।। থাঙয়াঙ কোল্‌তা
লোন্‌পানীকিনা।। আোকলেল্ তুকুম কাচক্‌হও।। লোক্‌লও মাথিনা

**লায়খোক্লবা বাহম্ভোক :**

লাইজা ঈশিংদা তাওথখিববু শিংনাং কৌরোং মপন্দনা লাম্ববু লামবা ফংখিদেয়ে। নুপীজা ওইবীগী চৈরৈ ফি শেৎন ইন্নবসু লাইজা ঈশিংদা তুম্নময়ে। মোমনু নুপীজাগী ফি কোক্তা থোংনফি ফিতা চাব পাইখুরা তানফংদববু লাইজা ঈশিংদা ঈশিংগা লোইনদুনা তাওথখিয়ে। খোম্লেন মঙ মংখিবা থৈনা মঙলানচানবু য়াম্না ফৎতে। ইথংলেন নিপা ওইবা ইবুংঙো তাবী-ও। লান্দারুবা মীনা ঙম্নিংঙাই ওই, শাথেনরুবা মীনা শুমনা ফানিংঙাইবু ওইরগনে হায়জদুনা খামজববু। য়োইবু ইবেম্মা লৈমা-ও নঙগী নপুরোইবা ওইরিবা ঐদি, নোংয়ায় খুমল লৈবাক্কী খাথা য়েৎতা লেংনাখলবা ফমথৌশিং, খুমন নোংয়ায় লাইথা ওইদা লেংনা খলনা ফমথৌশিংগী মরক্তা। খোইমা ইমায় অসি ওন্দুনা য়ামজেং ইনমশি মুকফররোইয়ে।। ঐবু হয়েং তুংদা নোংয়ায় খুমলগী পারী পুরীগী চাশিংনা খুমল ঐগী সন্নাইগী ঈদা পোকপশিংনা নিপা ওইরবসু নুপী মানবা নুপাগুম্না লৌনহৌরনি। অদোন নোংয়ায় মবাহৈ চিনথিবা ঙাংবা, নবাংবশিংনো হায়নহৌরগনিনে। তাঙচা ইমাইসি ইকাইবনা লৈফম লৈরোইয়ে। খুমল ইনিংথৌবুসু কিজেয়ে। মদুসু নৎতনা, অশিবগা ইকাইবগা অনিমক্তি। ইপা ইপুশিংগী বারীদা হায়বিরম্মী। অশিবা হায়বসিনা মনাওনে, ইকাইবা হায়বসিনা ময়াম্বনে হায়রম্মে। ঐবুদি ইমায় লৈদুনা হায়খিবা বা হোংলরোই হায়না থৌখাম বাবু য়াবা লৈখিদরে। লৈমা নামুলখাম্বীনা পাওমেলননা হায়রকয়ে। ইপুরোইবা ইবুংঙো তাবী-ও। থম্মোয়নুং খঙফম খঙদনা ফাওরিবসিবু শাবী ইবুংঙো ননাইবু লোইনবিবা ইবুংঙোনা অমুক্তা তাবী-ও। নহাক্কী নুপী ওইনা লৈজরিবী ঐগী খোমলেল মঙ ঙসি মঙবনা ঐখোয়না লোইজবা কাইরৈ য়েল মচাশিংবু খুমল কংলৈ ইশুমাংদা লোইবী চীঙগী ককলেল শৌকামু কৌবা উচেকনা য়েলবু চঙনা ফানা চেনখিববু উনা মঙ মঙলময়ে। ইথংলেন পামমুবা-ও অমুকতা খম্বী-ও। হায়না থৌবু খামখিববু নোংয়ায় চাখা মোইরেমবা কৌবদি কাওরেল মপা লৈতবা, মানবী মপা থীবা শঙ্গুমবা ওইবনিগীনা হায়রিবা পুম্বদো য়াবা কৌবা লৈখিদে। মোমনু নুপী লৈমা মতু ওইবীনা তরা চাক য়োমপা, বাংলৈ য়ুবু থকনবা হালবদা খুদম চাংদম য়েংবদসু পুক্রিংদা খনবগা চাম্নদে, থংলেন ইপুরোইবা ইবুংঙো তাবী-ও। খরা ঙাইখো-ও। হায়না মখুৎ খুৎচেঙ পায়দুনা থৌখামজ চৎতনবা কয়া হায়জববু খাম্বা ঙমখিদে। চাখামোইরেংঙম্বদি মথৌনা ফবা ওইবনা। তোমচৎনবা ওকলেল লাবা মচুম তারবা মথুম মরাং

১ *ককলেল সৌকামু(সুকামু) : মানলং নুংশিং অয়াংবা খমকোন অহনবগা ককয়েন সুকামু লাইওইবা নমু পোংঙম্বগা মানলং অয়াংঙবগা অনিনা লানশোক্লববু লৈয়ে। সুকামুনা মানলং অয়াংবা খমকোন অহম্বদা হায়খিয়ে। নঙনা কনলি য়াঙই হায়দুনা তাই বংপালসিদা নহাকপু থোইবা কনা লৈত্রে, ঐগী ইমাংদা কনা খাঙবা ঙম্বা লৈতে হাযববু সুকামু উচেকনা তাববগী সুকামুনা হায়খিয়ে-মালংবা নঙনা কনলি হায়ববদি সুকামু ঐগী ইশা শাকন পাংমানা মচিঙ খুমলিবসিগী তুপুম অমতা শৎচৌ ও। অসুম হায়না সুকামুনা মালং নুংশিংতা তেমশিংনখিয়ে। সুকামুগী তেমশিংনবা বাহৈবু মালং নুংশিংনা তারবগী মালং নুংশিংনা নুংশিং থোঙ তরেংমকপু হাংদোক্কুনা অশাওবগা লোয়ননা চম্নকুনা সুকামুগা অকনবা লালশোক্লববু সুকামুগী মতু তুবুম অমত্তসু শৎচবা কেলহনবা ঙমম্রবদগী, মালং য়াংবনা মপা ইবুংঙো শলথোঙ অরিবা শলথোঙ পুঙমায় লেপ্পগী*

**পুয়াগী চপ চাবা ৱারোল**

ইরে।। থীকক্ লাল্পাওখোল্ হুঙঙা মীকপ্খোল্।। য়ুমীৎ লালচেল্খোল্।। কাক লাল্চেল্ খোল্।। চীঙনুং য়ারাওখোল্ চীঙসাং নায়য়্খোল্।। তম্না হুয়সোন্খোল্পু।। নাচুংতাপা।। সায়্পাপলয়য়্থা ।। লাংখোং য়ীতাসি পানম্ খোম্য়াই খায়্পু।। সোংকিতাপানীকিনা।। নোংপোক্ খেপাল্ থোংনা নান্তয়্পা।। ৱুমু কোইরেং নিংথাং চুঙ।। য়ীঙেল্ লৈথেৎ লাইসম্ চুম্পুল্ খৌথাং চুঙ্ মারোং চুঙ্মীৎ হেন্পা। নোংচুপ কম্পোং[1] আতেরা।। সিল্হৈপা মাখুৎসাপু।। আয়্নাপা চুঙসেল্না।। মরোং ঙক্কা হুক্।। খোক্লাং তুংসোল্না। খেরে মাঙয়ীন্না।। খেৎথাঙ্ চারিখম্।। মাক্মরয় অুল্কোয়্থোং।। ৱুরেক্সেক্ লোইনিংখোই।। চেপ্থেৎনা খুৎতাং য়াইচৌসি খুপোম্ য়াইসী লোন্ আঙাঙ্পা সাতা কইরোল্ ফি।। আপা চীঙ্খোঙ্ লাল্হওফি চয়্রয় ফিতুং খাওআোন্না।। পুনুং লাল্পোৎসেৎ।। সঙ্তিঙ্ লান্নৈ থেম্না।। হাওরৈ খানা পাংপারম্তা।। হুয়েল্ লাল্তাখিয়ে।। নোংয়ায় চাখামোইরেম্পাকা।। হয়্রেম্ কাঙ্পীসু আথৌপাকা।। ২মা লম্লেল্ হয়্রেম্ মরক্সি।। কোল্য়া থয়্থোক্পাল্তা।। লম্আোক্নরে।। নোংয়ায় চাখা মোইরেম্পানা।। পাথৌ হায়্রেম্ কাঙ্পীসু অথৌপাআো ।। য়ীপীঙঙা অসি ক্রও নুমীৎমাতী।। মরোং চুঙ্ ফুনা তিমেল্ তা চায়্নাখিসে।। হয়্রেম্ কাঙ্পীসুনা পাওখুম্লক্য়ে। পাথৌ নোংয়ায় চাখা মোইরেম্পা অথৌবাআো।। আসী ক্রও নুমীৎমাতী।। মারোং চুঙসু তাম্ তিমেল তাসু ৱাৎয়ে।। মোমনু নুচালক্তা কাওরেল্ তুংনাওসোল্।। খুৎসু মিতম্ পায়্না মাল্পী মীঙ্থওথিল্।। কাওরেল্ মিংথারাও লওপুক্ নারিসোল্না।। খান্নৈ ঙম্থুং তাল্ঙাম্য়ে।। খোয়নৌ তেংকোক হয়্রোয়্না।। লওরায় কামু খোক্ আসীনা।। মারোং চুঙপু আোইফরোই।। চয়্পু খাংসুরাক্পা য়েল্নাও পাম্পা।। কাওরেল্ তল্পা লেংনাও চয়্।। মাচীন্ কোন্থাঙ্ চারল্লেংপা।। আসীনা তিমেল্ তাকা আোইফারোই।। পাথৌআো হয়্রেম্ আয়ীম্নাক্।। মোংপা য়ীসাইকোল্তা।। তিমেল্ তাচেন্লু মারোং চুঙ্ চেন্লুখিকে।। পাথৌ নোংয়ায় চাখা মোইরেম্পা আথৌপাআো।। খোয়ম্ য়ীমায়্ আোন্লোই ।।

**লায়থোক্লবা ৱাহন্থোক :**

হৌবগুম্না থীক্নি লালগী লালপাওখোল, হুঙঙা হায়না মীকপ্লবা খোঙ্গেল লালগী লাললাওখোল, কাককী লালপাও লালচেলখোল, চীংনুংদগী চেম্থবকপা ঈশিং ইরাওখোলনা চীঙশাং নাপোম খোম্থাং য়ৈনা খোল, তমনা হুইশোল খোলবু থৌরা শানদনা শৌ তিম্খং লাংগুম্না থিংববু নমখায়না . লাংখোঙ, পঞ্জাওগুম্না থৎ-থিংলবসু য়ানথেক্লবদা অকি তুজুংবা লৈত্রবা ওইবনা, নোংপোকলোমদগী হৌরকপা অমুবা মচুগী উমু কোইরেং নিংথাং - চুং। ইঙেল লৈথেৎ লাইশম চুমপল খৌথাং চুঙ, মরোং তাগী চুঙদি চুঙমিৎ হেননা থোইনা ফজনা চেকশিনবা. মতিক লৈবা চুঙ অসিবু নোংচুপ কম্বোং অতেরা, চুঙ্শাবা পোইনা হৈবনা. অশোয় অঙাম য়াওদ, খুৎ চঙনা শাশ্রবা চুঙ, অদুগুম্না মারোং তাগী চুঙবু ঙক্কা হুকনা, তাখোং তানিংনা তুংদা থম. খেরে তাতোননা মাঙদা থানা- খেৎথাঙ চারিখম নিংথম শমজিন লুখম তুংদা পুন থোং, উরোক তুনিংখৌ উরেকশেক, লোইনিংখোই, চেপ-চেপনা কোক্কা থেৎ, খুদাং য়াইচাও-শিনা। খুপোম য়াইশি উপনা, অঙাঙবা ফিশাদা কৈ শঙ্গম লোনবা-ফি, অপা চীঙখোঙ লালহৌ-ফি, চৈরৈ ফিদুবু, ফিতুং খাও-ওননা ইল. পুনুং ফুবিৎ লালপোৎ শেৎনা লিং শাপোৎ লানপোৎ শেৎনা হাওরৈ খানা পাংবা মাইকৈ লমদা। হুয়েল লালবু লানদাখিয়ে। নোংয়াই খুমল চাখামোইরেমবগা, হৈরেম কাঙবীসু অথৌবা অনিমক্তি লমলেম লমদম হৈরেম মরকশি, কোলয়া থৈথোকপালদা তকথেংনা উনা-থেংনবে। নোংয়ায় চাখামোইরেমবনা. পাথৌ হৈরেম কাঙবীসু অথৌবা-ও. ঐখোয় অনিমক ঙসি কৌবা নুমিৎ অসিদি মারোং তাগী চুঙ ফুনা, তিমেল তা চায়নদুনা অঙম্বা চাংয়েংনখিসে। হৈরেম কাঙবিসুনা মবাহৈ মপাও খুম্লকয়ে। পাথৌ নোংয়ায় খুমন চাখামোইরেমবা অথৌবা-ও। ঙসি কোরৌ নুমিৎ অসিদি ঐগী মরোং তাগী চুঙ, তিমেল তা ইখুৎও লোইনরগে, য়াওরক্তেয়ে। মোমনু নুজা নুপীশিংগা লোইননা কাওরেল শলগী মতুং ইন্দুনা খুৎসু লাংগোল পায়না শনপোৎ মতুং থং, কাওরেল তুংদা লাওনা হোইনা লৌবুক খোইনা খাননৈ লৌগী ঙমথুংনবা ক্ননা হোংনরিঙেনে। ঐগা নুংশিনা লোইনদুনতা লৈববা শনহোইচৈ। লৌরায় কামু খোকবা অসিনদি মারোং তাগী চুঙ্গোইদি ওইফরোই।। চৈশু ওইনবা য়েলবুশু তাম্নবা, কাওরেল শলশু হোইনবা চৈ, মচিন কোনথাঙ হুকনা তোপপা অসিনসু তাগী মঙৎ শিন্দুনা তিমেল তা ওইনদি শিজিন্নফরোই। পাথৌ মরুপ-ও। হৈরেম ঐগী ইয়ুম, মোংবা ইশঙ্গাই য়ুমদগী তিমেল তা মারোঙ চুঙসু লৌরখিগে। পাথৌ নোংয়ায় চাখামোইরেমবা অথৌবা-ও। খোইমা ইমায় ওননা চেনলোই।

১ কম্পোং (কম্বোং) : কম্বোং লোনগী চাদাদি কৌববোল নামোইনুগী চাদানি। (চেখোং, লঃ ৫২)
মনাক্তা চৎখিদুনা হায়জখিয়ে। ইপা ইবুংঙো নপাবি ঐনা সুকামুগা পাল শোন্নববু মাগী মতু তুবুম অমতা শৎপা ঙমদে, মতু তুবৈ অমম্বা কেনহনবা ঙমদবগী তাঙজা মায়সি ইকাইরে থমকোল মথাং হৌবা, য়াইবী মথিল নাইবা অকনবা নুংশিংপু পীনখীয়ু হায়জখিয়ে। মপানা হাযখিয়ে, নমা লোকচুম হওইবীদা হায়ক-ও। মালং অযাংবনা মমা লোকচুম হমোইবীগী মফমদা চত্নুনা হায়জখি, ইমা, নপাবি ঐনা সুকামু পোংঙম্বা অকনবা কনানো হায়না শিংনববু মাতু তুপুম অমৎতা শৎচধা ঙমদবে। নপীরি ঐ ইকাইরে। য়াইপী মনুং হৌবা নুংশিংপু পীনখীয়ো হায়জখিয়ে। মমানা খৌজানবিবদুনা নুংশিং মরিযুক্মদোইমফপু কৌদুনা মমানা পীদুনা হায়খিয়ে। ইচা মরিফুমরিমা নখোয়না সুকামু নামু পোংঙম্বু মশানা ম্নচিঙ খুম্রিবা অসিবু যৈথেক্নুনা ম্নচিঙ মচেৎ অমগা হমথোক্লগা শরোই লাললোইননা, তাঙজা মকতোলবু ককলও হাযখিযেধ মপাবি অহলবনা

## পুয়াগী চপ চাবা বারোল

য়াম্চেং য়ীনম্ মুক্লোইয়ে।। হয়বেম্ য়ীপল্ লম্ খুন্চল্ য়ীবও মাঙ্তা।। ঙাখঙ্ আবা পোৎথালম্অো।। হয়বেম্ কাঙ্পীসু আথৌপাতী।। মোংপা মাসাইকোল্তা রাইথুংলে।। মোম্নু তানলোয় মাকম্পী।। সংনৌ য়েন্খুবাংপীতা পাওমেল্খিয়ে।। সেল্লোয় য়ীপাতাও নোংয়ায় চাখা মোইবেম্পা।। আথৌপানা অয়্পু হুয়েল্ লাল সীঙলায়ে।। ১০ চাক্য়োম্অো বাংলয় খোম্হাল্অো।। হায়খিয়ে।। মোম্নু সংনৌ য়েল্খুবাংপীনা।। ১০ চাক্য়োম্পা বাংলয় খোম্হালপাপু।। ফায়ীকম্।। বুল্পী পুর্কনিঙ্ থুংফাৎতে সানীকিতী সাতোম্পোক্ লাল্নীকিতী লাল্তোম্পোক্পু পাচুয়ে।। থংলেল্ য়ীপুংঙু তাঅো।। খোয়্মা নামায় অোন্কুনো।। হায়না থৌতোর্খিয়ে।। হয়বেম কাঙ্পীসুতী।। লাপা পোৎলোই মাসিং সুনা থম্।। মাবোং ১৬তী ঙকতা হুক।। তীমেল্ তাতী খুৎতা পায়না।। হুয়েল্ লাল্তাবক্য়ে। সেল্লোয় মপাতাও ২ মাতী।। লম্লেল্ হয়রেম্ মাবক্সী।। কোল্য়া থয়্থোক্ পাল্তা।। খোক্লাং লম্সীঙ অোন্নাবে হায়্তাপাবা।। নোংয়ায় চাখামোইবেম্পা।। অথৌপানা।। পাওমেল্লক্য়ে।। অ।। পাথৌ হয়্বেম কাঙপীসুঅো।। হয়্বেম্ নাবমখৈনে।। নঙ্না হাল্না তিমেল্ তা হুল্অো।। হয়্বেম্ কাঙ্পীসুনা পাওমেললক্য়ে।। হয়বেম্ য়ীপল্ লম্নী কুম্পাসুঙ নোংযায় নঙ্না হাল্না হুয়েল্ লাল্সীঙ্লায়ে।। পাথৌ মোম্বেম্পা অথৌপাঅো নঙ্তুম হাল্না তিমেল্ তা হুল্লক্অো।। হায়্খিয়ে।। নোংয়ায় চাখা মোইবেম্পানা। খুৎপাক্ তিল্লাই মেল্।। খোক্লাং পম্সিংনানা।। তিমেল্ তা হুল্খিপাপু।। হয়্বেম্ কাঙপীসুকি সামু মাখুতোল্পু।। য়িচীক্ খেৎনা তিমেল্ লয়্তা।। তিমেল্ লয়্তা তেল্পাল্লে।। নোংয়ায় চাখা মাবেম্পানা পাথৌ হয়্বেম্ কাঙ্পীসুঅো।। সামু নাখুতোল্পু।। তিমেল্ য়ীনুংচঙ্না।। খেৎনা তেল্পাল্পানে। হায়না পাওমেল্খিয়ে।। হয়্বেম্ কাঙ্পীসুনা পাওখুম্লক্য়ে।। পাথৌ নোংয়ায় চাখামোইরেম্পাঅো।। সামু য়ীখুতোল্পু য়ীঙাঙ্ খিচীক্ থোক্পাতী।। আসাই বৎ হাকাসোল্।। তিতি

## লায়থোক্পা বাহস্তোক ঃ

মরৈ মবাসু তৌরোইয়ে। হৈবেম ইপা ইপুগী লম খুলচাল ইলৌ ওইনবা মফম অসিদা ঙাইহাক অবা পোৎথাবম ও। হৈরেম কাঙবীসু অথৌবদি মোংবা মহাক্কী ময়ুমদা লাকতুনা য়ৌবকলে। মোমনু লৈমা তানলোয় নুপী ওইনরিবী সংনৌ য়েনখুবাংবীবু কৌনা হায়খিয়ে। মরুপ মপাং শামাল লেংমানবা নোংয়ায় চাখামোইবেমবা কৌবা অথৌবনা ঐবু হুয়েল লালথেংনশি হায়না শিংনববে। তবা চাকয়োম য়োম ও, বাংলৈ য়ু খোমহাল হাল ও। হায়খিয়ে। মোংমনু লেমা নুপী সংনৌয়েলখুবাংবীনা তরা চাকয়োম য়োমবা বাংলৈ য়ু খোমহালববু ফায়ীগুম উলবী পুক্নিংদি থুংফাৎতে।। শাদালঙৈদি শাদোমপোকপু ফা, লালদাঙৈদি লালতোমপোক ওইনা ঙমবদা, খুদম চাংদম তাকলিবসিনা চুনৈয়ে। ইথংলেন ইবুংঙো তাবী-ও। খোয়মা নমায় ওনবীগনো, হায়ন থোইনা হেননা মথৌ হাপখিয়ে। হৈবেম কাংপীসুদি শাপোৎ লালপোৎ মশিং শুনা শেৎ-চা মাবোং তাগী চুঙদি ঙকশমদা হুকনা য়াল, তিমেল তাদি খুৎতা চেৎনা পাইনা হুয়েল লালবু প্ানদাবক্লে। শামাল লেংমালনবা অথৌবা মশেল অনিমকতি। লমলেল লমদম অথোইবা হৈবেম মবকশি কোলয়া থৈথোকপালদা, খোকলাংনা লমশিং মশিং থিনা লমগী অশাংবা ওননরে হায়দবরা। নোংয়ায় চাখা মোইরেমবা অথৌবনা হায়বকয়ে। আ, পাথৌ হৈবেম কাঙবীসু কৌব-ও। হৈবেম কৌবা লমদমসিদদি নহাক লৈরিবা মফমনে, নহাক্না হালনা তিমেল তা হুলক-ও। হায়বক্লবদা। হৈবেম কাঙবীসু কৌবনা পাওখুম পীবকয়ে। হৈবেম ইপা ইবমদম ওইবযনু, নোংয়ায় খুমল নঙনা হালনা মফমসিদা লাকতুনা হুয়েল লালবু লালশিঙনবৈয়ে পাথৌ মোইরেমবা অথৌবা ও, নাহাকতুম হালনা তিমেল তা হুলক ও। হায়খিয়ে। নোংয়ায় খুমল চাখা মোইবেমবা কৌবনা, খুৎবাক তিললাং মতিন থাক তাগী খোকলাং শিংনা নালদুনা তিমেল তা হুলকখিববু। হৈবেম কাঙবীসু কৌবগী শামু খোংশা খুদোলবু খজিক খেৎনা পানদুনা তিমেল তাদি মালেম লৈদা য়ুংনা তানা পালরে। নোংয়ায় খুমল চাখা মোইরেমবা কৌবনা পাথৌ অথৌবা হৈরেম কাঙবীসু-ও। নহাক্কী শমু খোংশা খুদোলদবু তিমেল তানা চঙনা খেৎতুনা য়ুংনা পালবনে হায়না বা হায়খিয়ে। হৈরেম কাঙবীসুনা য়াবা মপাওখোলবু খুমলকয়ে। পাথৌ নোংয়ায় চাখা মোইবেমব-ও শামু ঐগী খোংশা খুদোলদা অঙাঙ ঈঙাং খজিক থোকলিবা অসিদি, ঙাসাই রৎ হায়না লাওনা ঙাংনা শোলনা তিতি

---

মশানৌ মবিফুহমদোইগা লোয়নন্না ককয়েল সুকামুগা লালথেনবে। লাল শোক্পা অদুদা নুংশিং মবিফুমবিনা কন্না হন্না শিংলবদগী লৈবাক নোংথৌ নুমিং থা থরানমিচাক, বা, উপী উরেল নাপী শিংবী খোইয়ুম লাই পুন্নমক খাঙবা ঙমন্নবদগী নুংশিং অহন্না মালং অয়াংবদা লাই পুন্নমক্না হায়খিয়ে, মালং অয়াংবা নওবু করিতৌবগী নুংশিং মরিফুমবি হৈনা সুকামুগা লালশোক্পনো? ঐখোয়না হাযগে নঙ তাও ও। হায়খিয়ে। নহালনোং হয়ীঙৈ মালংবা নঙনা লালশোক অহানবদা নোংচুপ য়াচীঙ তাকুপচীঙ নঙখমচীঙ নকাপাক হমঙৈদত সুকামুগী মতু তুরুম অমা শৎপা ঙমদে, তুবৈ অমা কেললহনবা ঙমদে। সুকামুবু মালং যাংবা নহাক্না কবিগী তেমশিঙনুবনো? তাইবংপাল থবাই ওইবিবা থৌবিকপু নুংশিং নঙনা ঙন্না মাঙহনলগে হায়বা? হয়ী চকঙৈদা অঙাা ওরু শিদবনা মালেম লৈবাক শেমঙমদনা শেম্বা লৈবাকনে কোথৌ নোংহৌ ঙমদনা

## পুয়াগী চপ চাবা বারোল

ঙম্কা য়াৎপতা।। খুল্পী কাপ্তীং য়াইচানা।। য়ীমু তোংকা চিংপকিপু তৌপানে পাথৌআে।। হায়্না পাওখুম্খিয়ে।। নোংয়ায় চাখা মোইরেম্পানা।। পাথৌ হয়্বেম্ কাঙ্পীসুআে।। কবও নুমীৎ সীঙ্পুম্ ৫ নিতা।। হয়রেম্ নাপল লম্না চুম্সুনো।। হায়্না বাসক্নখিয়ে।। তৌয়ীকিত্তি পাথৌ হয়্বেম্ কাঙপীসুআে।। তিমেল্ তা হুললকআে।। হায়্না নোংয়ায় মোইবেমপাতী।। তল্পা থাপাক্ লোংনা যাখিয়ে।। খুন্চল্ আথৌপানা খুৎপাক্।। তীল্লাই মেল্না তিমেল্ খাঙতপ্ পায়না।। ফেল্লক্পাপু।। আতোল্ থানুংথেৎ বুল্পী চাফম্লেং।। সোয়বেল্ ফুম্পী নমঙানানা।। লুতুবে হায্তাপাবা মোইবেংঙম্পা।। নোংয়ায় চাখা মোইরেংঙম্পা আথৌপানা।। হয়রেম্ আ কাঙ্ খুন্চাল্ মাকুয়াঙ্।। কাঙপীসু আথৌপাআে।। ঙাইবাখিআে।। নোংয়ায় অয়্পু য়ীম্থই ঙাক্পা।। আতোল্ য়ীম্খায়্পানে।। খুমল্ লম্কেৎপা অতোল্ লমহায়্পা।। বায়রা সাসীঙ্সু হয়েল্ লাল্সীঙ মুৎলাপানে।। ফইরা তাল্না সামু লেংকন্বা মাহাক্নে।। য়ীনোং নোংসীঙ্সু য়ীকুম্ কুম্সীঙ্ সুরাপাকি তামক্।। বায়রা নাসাআোই হয়েল্ নাবাল্ আোইরাপানে পাথৌআে।। খোইমা য়ীমায় আোন্ য়ামচেং য়ীনম্ মুক্লাবোইযে।। নামোম্, লইআোনা চন্ঙাই।। য়োইপু নাই কেকে মোইবাম্পা চানু।। ১০ চায়োম্লক্ বাংলয় খোম্হাল্লক্পাপু।। লৈয়।। থংমানাখিসে।। তিমেল্ তামায় পায়্না খোক্লাং তাতোল্ থকতা।। লাল্থক্নাখিয়ে।। ১০ চাক্যোম্ মাসুঙ।। লাল্চানাখিয়ে।। বাংলয় চীন্খুল য়োংমানাবাপাতা।। নোংয়ায় চাখা মোইবেংঙম্পানা।। পাথৌ হয়্বেম আ কাঙ্ক্য়াঙ্।। খুন্চাল্ মাকুয়াঙ্ আথৌপাআে।। থাঙ্লেল্ চেপ্না চল্পাপু।। মাচল্ ফাপীআে।। খাওনাও লোল্থোঙ্ লেন্পাপু মারেন্ ফাপীআে।। লোইপী কাক্ আমুপা।। সীঙ্লেল্ লৈপাম্চুচিল্পা।। চেক্লা হামপোইপানা।। থাঙচী মিতম্ চেল্।। সারেল্ হিংসোঙ্ সায়্না।। পাওতোয়্নাপাপু সোংকিয়ে।। পামেল্ বুফই থক্তা সাচানারাকানে।। থাঙ্য়ি লয়রোল্ চল্।। য়াম্চেঙ্ লয়্কুপ্ সীপাপু।। মাসী ফাপীআে পাথৌআে।। হায়্খিয়ে।। হয়্রেম্ সামু খোঙ্সেক্পা।। চয়্সু পাল্না থৌপা।।

## লায়থোক্রবা বাহস্থোক ঃ

ঙমগা য়াং ঙসাই শলপোং খোইবদা, কাকফৈ মচানা চিকঙৈদা ঈ চুপখিবগী ঈ থোকপনে পাথৌ-ও। হায়বদনা পাওখুম মরাহৈ পিখিযে। নোংয়ায় খুমল চাখা মোইবেম্বা কৌবনা পাথৌ হৈবেম কাংবীসু কৌব ও। কোরৌ নুমিৎ শিংপুম মঙানি শুবা নুমিৎতা হৈবেম নপা লমদমনা বাচুম্নবা ওইসুনো হায়না বাশকনখিয়ে। অদু ওইববদি পাথৌ হৈবেম কাঙবীসু-ও। নহাক্কী তিমেল তা হুললক ও। হায়না নোংযায খুমল মোইবেম্বদি তমবা নিপা থোকনা থিকলেন মথাবাক লোংনা য়ানা লেপখিযে। খুনচালগীদি অথৌবা হৈবেম কাঙবীসুনা খুবাক তিনলাই মতিন থাকনা তিমেল তাবু খুৎতুম চেৎনা তাখোক ময়াইদা পায়না তা হুল্লকপদি অদোন নোংয়ায় খুমলগী থম্মোযদা লেংনা তানা যুংনা পাললে। শোয়বেল সুমগী মথক্তা নমবু ঙানা তুথবে হায়নদববা মোইবেম্বা কৌনদি। নোংয়ায় খুমল চাখা মোইবেঙম্বা অথৌবনা। হৈবেম অ-কাঙ খুনচাল লমগী অয়াঙবা অথৌবা কাঙবীসু অথৌবা ও। ঙহাক্তা ঙাইখো-ও। নোংয়ায় ঐদি য়ুম্বালনা য়ুমগী মপু ওইবা অদোল খুমল য়ুম্বুবেল য়ুমগী মপু ওইবা অদোল খুমল য়ুম্বুরেলবা অমতা ঙাইরবনে। খুমল অদোন যীনা হায়না অকি তুঙ্গুংনবদো বায়রা শাশিংগু হয়েল লালশিং শুরদুনা নুমিৎ মশিং শুনা লোইরবনে। ফৈবা তালনা শামু লেংকনবা মহাকশাংনে, কোরৌ নুমিৎ কুমশিং শুববগীদমকপু নহাক্লা ফাবা শাগুম, হয়েল লালফা ওইববনে পাথৌ-ও। খোইমা ইমাই ওনদুনা অমুক হননা চেম্নবোংদবনে। য়ুমগী নুপী কেগে মোইবাং চানু ওইবীনা তবা চায়োম য়োম্নকপা বাংলৈ য়ু হাম্নকপাবু লৈয়ে অমুক্তা থকমিম্নখিসে হায়না তিমেল তা মাই পায়না তাখোক খোকলাং তাতোল মথক্তা য়ু লান্দুনা থকমিম্নখিযে। তবা চাক চয়োমসু লাম্নদুনা চানখিয়ে। বাংলৈ য়ুবুসু অমত্তা ওইনা থকমিম্নববদা। নোংয়ায় চাখা মোইবেংঙম্বনা। পাথৌ হৈবেম অকন অয়াঙবা, খুনচালগীসু খোইনা অয়াঙ অথৌবা-ও। থাঙলেল্ চেপনা চলনা য়ানবা হুৎকক ফজনা নিংথিনা ককপী ও। খৌনাও তোংদম লেনববুসু মবেল মকক ফজনা লেনবি ও। লোইবী চীংগী কাক অমুবা, শিঙেল লৈনম চুশিনবগুম অশিবগী মনম খঙবা চেক্লা কোইনা পাইঙম্বনা, হকচাংগী শাদোং অসি শেৎনা চেন, শাদোং অহিংববু শেৎনা শেৎনা চাদুনা তোইনা তোইনা খোংবদো য়াম্না কিয়ে, অদুগুম্না পামেন উগী উশা থক্তা তোংদুনা ইশাগী শাদোংসি শোয়দনা শেৎতুনা চানবগনি। ইশা অসি লৈবাক তৌথোক্তুনা লৈবোল চলনা ফুম অকুপ্না লৈকুপ শিনা নিংথিজনা লৈবাক্তা ফুমবিও পাথৌ ও। হায়খিয়ে। হৈরেম শামু খোঙশেকপা চৈগুগী মতেংনা কনবা

নোংহৌবসিবু মালংবা নঙনা ঙমনা লাইজা তবং ওইনা মাঙহনলগে নিহলবরা হায়না খোইয়ুম লাই পুন্নমক্লা থাম্ববু য়াথা কৌবা লৈতনা মালং মবিফুমবিমক্লা অমুরক নুংশিং মবাং হৌনা হমদুম হমনা সিংনা লানশোক্লবক্তে, সুকামুগা। লাই পুন্নমকসু নুংশিং মাযোক মাঙদগী হয়েল লালচেন্নদুনা মালেম লৈখাবোমদা চংনা লোৎলে। লাই পুন্নমক্লা হাযনৈয়ে, ঐখোয় পুন্নমক ঈমা লৈমবেল অহলবীদা হায়জকসে হায়দুনা অত্তা ওক সিদবনা মমা লৈমরেল অহলপীদা খুরুমনা হায়চখিয়ে। তাইবঙ পালবগী উপী উবেল নাপী, শীঙবী, উ-বা থবায নিংশো হোনলিবা খৌপিক, খোইয়ুম লাই নুমিৎ পা থবালপীয়াক, অপকমা পুন্নমক মানলং অয়াংবা মাযোক য়াঙমদবদগী মালেম লৈখাবোমদা শানথুপলিয়ে। তাইবং অসিবু অমম অঙাল খায়দনা কবম মাঙহনলসি হায়বনো? মানলংববু খাম্বী ও হায়জববদা, লৈমবেলহলপীনা পাবিও, মানলং অযাংবদা হায়কও

**পুন্নাগী চপ চাবা ৱারোল**

হয়রেম্ আ কাঙ্‌য়াঙ্ খুন্‌চাল্ মাকুয়াঙ্।। হয়রেম্ কাঙ্‌পীসু আথৌপানা।। নোংয়ায় চাখা মোইরেম্‌পাপু।। থাঙ্‌লেল্ চেপ্‌না চল্ লুরক্ কাঙ্‌তৈ থি।। খৌনাও লেল্‌থোঙ্ লেন্‌লে।। লাললু পোন্‌লেম্ হাল্‌না।। হয়রেম্ খেরে চীঙ্।। খুনচাল লাল্‌লুথেল্‌তা ৱাইথুংয়ে।। হয়রেম্ মাপা লাই খুন্‌চাল্ মাপু লাইনা।। ৱাচুমলক্‌লে।। আসাইঙয়্‌কি।। নোংয়ায়্ চাখা মোমরেম্‌পাকি।। তিমেল্ মতাচানা পাল্‌পাপু। খুল্‌পী কাপ্‌তিং য়াইথংচানা।। য়ীমু তোংকা চিংপনে হায়্‌না ।। য়াথং ৱাপয় হায়্‌পাকি।। হেরওনানা নাফংলে।। পল্লেম্ পীসোল্ লেপ্‌লপী পাসোনয়ে।। আনা লাইপোৎ ফারাপাতা।। আসাইঙয়কি লাল্‌সোক্ ৱাসক্ ৱাতি।। হয়রেম্ মাপাচা খুন্‌চান্ মায়েল্‌লুপু।।য়িকাই সেন্‌কোয়্‌পাকি।। পাওতাক্‌তানা আনা লাইরম্ খঙ্‌তারে।। হায়তাপারা।। হয়রেম্ কাঙ্‌পীসু আথৌপাতী।। আনা লাইপোৎ ফাপাকি।। মীৎয়েং নাওসুম্‌তা।। য়ীনুং মীসেন্ খাঙ্‌না লৈখিসুনো। লাইচা তোপ্‌না হল্‌খিকে।। নোংয়ায় চাখা মোইরেম্‌পাপু।। মারুম্ লয়্‌মা নামুন্‌খাম্‌পীনা।। সুমাঙ্ মথৌপোম্ থৌপোম্ য়াংপারোয়্‌তা।। কওরও নুমীৎ মাল্লেম মানালোয়্‌না।। মাথংলেল্‌পু লাকপারা হায়না।। নোংহাম্‌পাপু লাক্‌তারে।। নোংয়ায়্ সীঙ্‌চা ৱাইকোইপানা।। নাতারক্‌য়ে।। মোইরাম্‌পা চানু লইমা নামুল্‌থাম্‌পীও।। নাথংলেল্ নোংয়ায়্ চখা মোইরেম্‌পা।। তী।। হয়রেম্ মারক্‌সী কোল্‌য়া থয়্‌থোক্‌পাল্‌তা সায়্‌পা পলয়য়্‌থা লাংখোং য়ীতাসি।। পনম্ খোম্‌খায়্‌পাপু লাল্‌নংলে।। হায়্‌না পাওমেল্‌লাপাতা।। লয়্‌মা নামুল্ খাম্‌পীনা।। ক্রও নোংপু য়েং মালয়ম্ লয়্‌পু থীন্‌না।। তক্‌লও সিতং সোল্।। নোংথম্‌পীচা য়ীরাল্‌না খোয়্‌চি নুংয়া পায় য়ীচাওপীচা থংমাঙ্‌না।। হেপ্‌ঙায় মাপাও চাও।। পিরেম্ থারুক্‌নানা নুংআোন্‌খিয়ে।। লয়্‌মা নামুল্ খাম্‌পীনা।। নোংয়ায় কংলা তোংলেঙ্

**লায়থোক্লুবা ৱাহন্থোক ঃ**

হৈরেমগীদি অকাঙ য়াঙবা খুনচালগীনা মাকু য়াঙ হৈরেম কাঙবীসু কৌবা অথৌবনা নোংয়ায় চাখা মোইরেম্ববু থাঙলেন চেপনা য়াল্লনা মকোক কক খৌনাও লেলথোঙ লেলনা মকোক ককলে। অককপা মকোক অদুবু পোলাংদা হাঞ্জিন্দুনা হৈরেম খেরে চীঙ, খুনচাল লাললুথেলদা য়ৌরক্লুনা থুংলরে। হৈরেম মপা লাই খুনচাল মপুগী লাইনা লাইগী ৱায়েল তৌরকলে। ঙসাইঙৈগী নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বগী তিমেল তানা পানখিবা অদুবু খুনবী কাকফৈ মচানা ঈ চিংদুনা চিকখিবনে হায়দুনা ওইদবা ৱা হায়খিবগী হেদৌ নাহেবা ফংনা অনা চৈথেং ফংলকলে। অয়ো ইমা হায়না, পম্বৌ মপা হায়না শোলকলে। অনা লাইপোৎ ফানা কননা নারক্লবদা। ঙসাইঙৈগী লালশোকনঙৈদা ৱাশকনখিবা ৱাদি হৈরেম মপা মচাশিং, খুনচালগী মরুপ মপাংশিংদবু থৌদোকতুবু ইকাইজবনা কনা অমত্তা হায়দোকতনা লৈবদগী অনাবা হায়বদু ওইদুনা অনাবগী লাইওং খঙঙকতরে। হায়নদবরা। হৈরেম কাঙবীসু অথৌবদি অনা মখৈ ফংনা লাইপোৎ ফারক্লবদগী, অহিং মীৎ ককল্লা অমতা তুমবা য়াবা লৈখিদ্রে। অহিং তুমদবা মখৈ লৈখিসুনো। লাইজা ঈশিংনা তোপ্পা থাইদোকতুনা থমবগুম্না মতাং অসি থমখিগে। নোংয়ায় চাখা মোইরেমবগী নুপী লৈমা নামুনখামবী কৌবী ময়ুমগী শুমাং মথৌপোমদা মশাৰী অয়াংবা মহাক্লা চৎখিবা মাইকৈদা কৌরৌ নুমিৎতুমা নুমিৎ মালেম লৈদা মঙাল পীবা লোইবা ফাওবা মপুরোইববু লাক্লবরা হায়না ঙাইজববু লাকতরে। নোংয়ায় খুমল লমগী শীং চনবা চৎপীশিংনা তারকয়ে হায়দুনা হায়খিয়ে। মোইরেমবা চনু লৈমা নামুলখামবী-ও, নঙগী নপুরোইবা নোংয়ায় চখা মোইরেমবদি, হৈরেম মরকশি কোলয়া থৈথোকপাল কৌবদা লালখোং থিংনবা পনখা থাখিবগুম্না পনখাদা পলখোঙ চেংনবা হাপ্পা নমবগুম্না লালনংহৌরে। হায়না য়াবা মপাও হায়রবদা লৈমা নামুলখাম্বীনা কোরৌ নোংথক য়েং, মালেম লৈবাকপু থিন, তকলৌ ভকশি চিন্দা শোন, অমংবা নোংনা কোরৌ থকপু কুপনা নিঙখায়রদুনা চুথরকপাগুম্না হেকঙাই মপাও চাওনা মপি তরং-তরং শিঙ্গু জরদুনা মপুক্লিং নুংশিনা কপখিয়ে।। লৈমা নামুলখামবীনা নোংয়ায় খুমল কংলা

হায়ববদা অত্তাসিদবনা হায়রকলে, মানলং য়াংবা নঙনা ককয়েল সুকামুগী মতু অমা শংপা কেলহনবা ঙম্রোই হায়বদগী নখোয় অনি লালশোক্লবনা তাইবংপাল অসি মাংহনলগে হায়বরা হায়না মানলং য়াংববু খৌখামখিয়ে। গুরুগী ম্না য়াম্বং কিল্লিবনা অত্তাসিদবদা হায়জখিয়ে গুরু-গু! সুকামুগী মমাংদা ইমাইসি ইকাইজেয়ে, ইমাই লৈদুনা চেননিংদে হনলোইয়ে মালংবা নঙ অদুম হায়গনো হায়না খামলিঙৈদা, গুরু ম্না ময়াথংবু সুকামুদসু হায়খিয়ে। সুকামু তাও-ও। তাইবংপালসিবু নখোয় অনিনা লালশোক থমখেনবদা করম্না মাংহনসি হায়বনো, নঙ তুপুম অমবু কাঙবীও, শমু খুংনা শংনা মালেম লৈদা থাথরমকে হায়না সুকামুদা হায়খিয়ে। সুকামু ঐগা মানলংবগা লালশোক্লবদা মানলংবনা ঙময়ে হায়না হয়েং তাইবংনা ৱারিনহৌগনিয়ে ইমাই অসি ইকাইজেয়ে খুশী। অত্তাসিদবনা তাইবংদা নঙমুক কনবা কনা লৈতে, নঙ তুপুমমাপু মালংবনা

## পুয়াগী চপ চাবা বারোল

যায়্তা।। বাহম্খিয়ে।। যীনিংথৌ অতোল্ পুল্সীপাঅো।। নাতাইবেম্ থংলেল্ যীনেম্মচা।। চাখা মোইবেমপাতী।। নোংযায় নিংথৌ নাথৌথাকি।। হয়্বেম্ মাপুঙয়ায়তা নোংমল্লে।। লয়কাই পুচাকক্ লাংপল্ আঅোন্লুক।। থোংনাং মায়তেকপা ফানাকক্কুম্।। চেঙপুম্ মানাওতোল্ কুমপাপু লল্সিংপীঅো।। নুচা মাতীক্ নাৎতনা ।। থংলেল্ নুংসী ময়না কংলা বাফোঙলুয়ে। নোংযায় খাথাথল্পা আতোল লাইথাতেম্পা।। সিংনা পাউয়াতাখিয়ে।। নোংয়ায় খুমল্ নিংথৌনা পাওমেল্লকয়ে।। কেকে মোইরাম্পা চানু।। লয়্মা নামুলখামপীঅো।। যীতাইরেম্ নোংয়ায় চাখা মোইবেম্পাতী।। আতোল্ লম্কেৎপা খুমল্ লম্হাইপানে।। নাথংলেল্কি তল্পা মাতুক্ মানাপাপু।। যাওতে। লাংপল আঅোন্ লুক।। লয়্কায় পুচাবুক্ কুম্পাপু।। লল্সিংঙম্লোইয়ে।। হায়না বাকন্খিয়ে।। লয়্মা নামুলখাম্পীনা।। চয়্বয় লুখুম্চাও পিবেম্ থক্মাতানা।। কেকে মাপল্ লম্ মোইরাং মাতা লমতা বাকয়য় থোঙ্আেইনানা।। বায়রা সানেক্খি।। হয়েল্ লাল্নেক্খিয়ে।। কেকে বুবা যীতেঙাই।। ঙাল্খম্ যীনাও ঙালসিংঅো ।। থংলেল্ যাই যীনেম্ মাচা।। চাখা মোইবেম্পাপু।। লম্লেল্ হয়্বেম্ মারক্সি।। কোল্য়া থয়থোক্ পাল্তা নোংহাঙলে।। থংলেল্কি তামক্পু।। লয়্কাই পুচাবুক্ থোংনাং মায়তেক্পা মল্নাবুক্কুম্পাপু লল্সিংপীঅো।। হয়্রেম্ কাঙ্পীসুপু।। চায়্না খোংফেল্নাপিঅো।। মোমনু অইতী তাইয়ম্ নানাই আেইকে।। হায়্না থৌনেক্পু। হোয়্যাতে।। যোইপু নাই লয়্মা নামুল্খাম্পীঅো।। নাথংলেল্ নোংয়ায় চাখা মোইবেম্পাতি।। ফইবা তাল্না চাও সামু লেংকন্য়ে।। হয়েল লাল্সীঙসু।। বাইবা সাসীঙ হাঙতাপাপু নৎতাপাবা।। হয়্বেম্ মাপুঙয়ায়্তা করম্ নোংমল্করপানু।। লাহাল্ কেকে যীথোয়্পু।। লোক্তাক্ নাবও আেইফাবোই।। সীঙ্চা বাইকোই ফাবোই।। য়েন্লাং থৌচৎফাবোই হায়্পা নৎতপাবা।। কেকে মাতুক্না।। মোইবাং মাপানাপাপু যাওতে।। হয়্রেম্ মাপুঙয়াতা ললসিংঙম্লোইয়ে।। হায়্না বাকন্খিয়ে।। লাহল্ নোং নোংয়ায়্

## লায়থোক্রবা বাহঙ্গোক :

ফমবদা বাকৎখিযে। ইনিংথৌ অদোল নোংয়াই পুন্সিবা ইনিংথৌ ও। নহাক্কী ননাই ওইবা, ঐগীনা নুংশিববা ইপুরোইবা চাখামোইবেম্বা কৌবদি, নোংয়ায় ইনিংথৌগী নহাক্কী থৌদাদগী, হৈবেম লৈবাক লমদমদা শিবে।। লৈকাইগী পুকবা অওনবা লুক, লাংপল থা অওনবা লুক, থোংনাং মায়তেক ফানা লুকক্কুম, চেঙ পুবা চেঙশিংবগুম ফৌ পুবগা ফৌ শিংবগুম্না তৌখিবা মপা য়েংনা ললশিং লমনশিংবী ও নুজা মতিক মপা নৎতনা মপুবোইবা নুংশি মৈচাকনা কংলা চংনা বাৎকৎ বাফোংলুইয়ে। নোংয়ায় ফমথৌ খাথানা থলনা ফম্বা অদোল খুমল ফমথৌ লাই অবাং থলনা ফম্না বায়েল বাতেস্বশিংনা বাকৎ অদো য়াখিদে। নোংয়ায় খুমল নিংথৌনা পাওমেলনা হায়রকয়ে। কেগে মোইরাম্বা চানু, লৈমা নামুলখামবী - ও। ঐগী ইনাইলঙ্গী নোংয়ায় চাখা মোইবেম্বা কৌবদি অদোল লমকেৎপা খুমল লমখৈ বাংমা লান্না লামহাইবনে। নপুবোইবগা মান্নবা অদুগুম্বা য়াওদে। লাংবল অওন লুক, লৈকাই পুজবা লুক কুম্না, চাংদম্না লালশিংবদি ঙম্নরোইয়ে।। হায়না বাকনদুনা হায়জবদু য়াখিদে। লৈমা নামুলখাম্বী চৈবৈ ফিনা মকোক মক খুমজবীনা মপী পীবাং শিঙ্গজনা কেগে মপাম লমদম মোইবাং মাগী পোক্নফম লমদা বাকয়ৈ হি তোংনা লাঙ্কুনা মপা চাবা য়েং বায়রা শানেকখি হয়েল লালগী লালনেকখিয়ে।। কেগে উবা লমগী ইতে ঙাই শেল, ঙালখম ইনাও ঙালবশিং-ও। ঐগী ইপুরোইবা নুংশিবা চাখা মোইবেম্বা কৌববু। লমলেন লমদম হৈবেম মরকসি কোলয়া থৈথোকপালদা হাংখে।। ইপুবোইবগীদমকপু। লৈকাই পুজা লুক, লুকতা তমনা শিংবগুম থোংনাং মায়তেক লুকতা ওননা লৌবকপা, লুকতুদা তমনা ললশিংনা পিথিবগুম্না, লমনশিংপী-ও। হৈবেম কাঙবীসু কৌববু চায়না খোংফেলনবী-ও। লালশিং লান্দা মাবু ঙম্লবদি। মোমনু নুপী ঐদি তাইয়ম অঙম্বা নহাক্কী ননাই ওইগে হায়না লালনেক থৌনেকপবু য়াখিদে। য়োইবুনাই লৈমা নামুলখাম্বী-ও। নপুবোইবা নোংয়ায় চাখা মোইবেম্বদি। থৌবাং মশা ফবা মঙক কনবা, শামু লেংবা থোইনা কনয়ে। হয়েল লালশিংনবসু বাইবা শাশিঙনবসু হাঙবা লৈতনা শাশিঙ লালশিংনবা তোয়বা নৎতবা? হৈবেম লমলেন লমদমদা চৎতুনা কবম তৌনা শিরুবিবনো। নহাল কেগে ঐথোয়বু লোক্তাক পাৎপু নলৌ ওইফবোই, শীংজা চনবসু চনফবোই, য়েঙ্গাং-নাপী হেকপা থৌচৎপসু চৎফবোই হায়খিবা নৎতববা। কেগেদা মাগুম্বা মোইবাংদা মগা মান্নবা য়াওদে। হৈবেম লমদম মাপুঙয়াইদা মগা মান্নবা য়াওদে। হৈবেম মরমদম মাপুঙয়াইদা লালশিংবা ঙম্লোইয়ে হায়না য়াখিদে। নহাল নোং হৌখিঙৈগী নোংয়ায়্

---

*সৎতে গুরু স্না য়াথংনা সৎপনে তাঙজা ইকাইগনো হায়ববদা সুকামুনা গুরু স্না য়াথংবু কিবদগী মতু তুপুম অমা কাঙলবদা অতোনা মখুৎনা শৎনা মালেম লৈদা থাদবৎবদা মানলংবসু অতোনা তৌবিবা মতৌ উববদগী মানলংবা নুংশিং থোঙপু শিংনা হলখিয়ে। সুকামুসু স্নাচিঙদা নুংঙাই মবাং কায়না চাকতানা লৈহৌযে। অত্যাসিদবনা মানলংবা অমসুং ককযেল সুকামু অনিংকপু থৌখামলবগা চিঙতু সিতাপা মালেম লৈখাবোমদা গুরু স্না খুয়াখাদা পাউদমখি। গুরু স্না য়াথংনা মালেম অমুবক মন্নবগু অমুক হন্না লৈশেমবা হৌনিংদুনা লৈনুং অমাইপী অমাইপা মীপাইবী মীপাইবা মাশমক কৌদুনা অমাইপী নখোযনা হয়ী চকঙৈদা মানলং অযাংবা অমসুং ককযেন সুকামু অনিমকনা লালশোক খমথেনঙৈগী হয়েল লালদি লালচেলখিবা মোইতং তাওতল অনিমকপু মালেম লৈখাবোলদগী থেমথোক্তুনা তাইনঙপালসিদা পালহনলো হাযখিয়ে। অমাইপী অমাইপা*

## পুন্নাগী চপ চাবা বারোল

কাচচাৎ।। আতোল্ মল্চাথেল্পা নোংকি। বাঅোইঙাময়ে।। লয়মা নামুল্ খাম্পীতী।। নোংয়ায় মাপুঙয়ায় তেবক্ হল্বাইবক্য়ে। থাঙ্ঙা মারয়্কোক্। লয়্কাই মাপাসাংকি। থাঙয়ী য়িখই ফৌ লাংপল্ য়ীখাঙ্ সীঙ্কুম্পী।। নাপা সেক্লৈসেক্ আঙৌপানা।। মাপা ঙৌনা সারাপী।। আহল মাতম্ অোইরাপী হানু মায়াই কারাপী ১ তং।। থাঙ্ঙা হেপ্ লয়্কাই পোইরক্য়ে।। য়ীষুয়্রোয় কে কে মোইরাম্পা চানু।। লয়্মা নামুলখামপী অো।। কাতৌপা নোংয়ায় য়ীম্খই লোম্।। কে কে খুল্লাক্ কোয়পনু।। নাথংলেল্ নোংয়ায় চাখা মোইরেম্পাকি।। মাশানৌ পল্থৌ পামাচা।। পললেম পীমাচা।। সীখোং মাসাইকোল্তা।। ১০ চাকতংখিপা।। নোংয়ায় সীখোং নিংথৌপা।। বায়্রা সাতাকন্পা।। হুয়েল্ লাল্তা থৌপা।। তল্পা মাতুক্হাঙ্।। কাওরেল্ মাপা তাম্পা সল্কুম্পাপু।। হয়েল্ লাল্নেক্লুঅো।। হায়্না পাওতাক্খিয়ে।। লয়্মা নামোইখাম্পীনা।। সীখোং মাসাইকোল্তা আচেন্ খংলয় য়াঙ্কা।। বাইথুংলাপাতা।। খোয়্নৌ মাতাঙাইসিংতা পাওহংখিয়ে।। নোংয়ায় সীখোং নিংথৌপাকি।। মোংপা মাসাইকোল্তী কাতায়্নো।। হায়্না পাওহংখিয়ে।। মোম্নু য়াংলও লম্মা খাঙ্তা।। লম্অোক্নাপীনা।। নোংয়ায় সীখোং লাল্থাপাতী।। য়ীম্চীন্ য়াতা তাওপা সাইনোন্ য়ীতইয়য়্পা।। আসীনে হায়্না পাওতাক্খিয়ে।। লয়্মা নামুল্ খাম্পীনা।। চেংলও মীৎকোয় ২ মাতী।। মাসানৌপু সংনা য়েংপাপু।। মাথংলেল্ নোংয়ায় চাখা মোইরেম্পাকি।। নাতোন্ কোরী নাপোম্ থোং।। চীন্পাল্ মোইকায় য়াৎ।। মীৎময়্নাসংতা।। পুনং লেপ্পাল্থোংপু।। চুনা মাল্য়ে।। হায়না সামু খোঙ্ থাংচিল্খিয়ে।। লয়্মা নামুল্খাম্পীনা।। সানৌ লৈরাং আতোল্পা।। বুনৌ কোন্তে কোন্না হুল্পা।। হুয়াই লীক্লু আথেঙ্ লৈকুম্পাঅো।। অয়্নে নাসাপী নোংয়ায় চাখা মোইরেম্পাকি।। তান্লোয় মাকপীনে।। হায়্না পাওমেল্খিয়ে।। নাসাপী মোম্রেম্পাতী।। খুমল্ নিং

## লায়থোক্কুবা বাহম্বোক :

খুমলনা তৌখিবা অদোল নোংয়ায়্না ঙাওখিবশিংবু নিংশিংনা হায়রকঙেনে। লৈমা নামুলখামবীদি, নোংয়ায় খুমল লৈপাকতা অমুক হন্নকলে। থাঙঙা ময়ুম লৈকোক লৈকাইগী,থাংয়ী ঈখে ফৌগুম, লাংবাল ঈথাঙ শিংগুম্নবী চুবা, নাপদা পোক্লা ইঙৌ ঙৌনা মদোম হৌরবী অহল মতম ওইরবী হনু ময়াই ফানা অহন মতম ওইরবী অমতং থাঙঙা য়ুম লোন কৈরোন্নবা লৈকাইদগী কোয়রকয়ে। ইমৌ নুপী কেগে মোইবামবা চানু - লৈমা লমুনখামবী-ও। করি তৌবগী নোংয়ায় খুমল নয়ুম থাদোক্কুনা কেগে খুনলক কোয়না চৎলুবনো। নপুরোইবা নোংয়াম্ চাখা মোইরেম্বগী মশানৌ মনাও ওইবিবা পম্থৌ মপা অমত্তুনা পোকপা, পলেম মমা অমত্তুনা পোকপা মনাও নুপাদু শিখোং লমলেন লমদা তরা চাক্তাংখিবা নোংয়ায় শিখোং নিংথৌবা বায়বা শাদাল কনবা হুয়েল লালদা থৌবা তমবা নিপা ওইনা লেংবাবিনিংঙই লৈত্রবা কাওরেল শলনা মপা তমবদা মপা ফংদ্রা শলগুম্বা অথৌবা অদুবু হুয়েল লাল নেকল্লু-ও। হায়না মরাহৈ মপাও তাকখিয়ে।। লৈমা নামুলখাম্বীনা, শিখোং লমলেন মশাইকোলদা থুনা-য়াংনা চৎখিদুনা মফমদুদা থুংলবদা চহি লেংগা খোয়নৌ মতাশিংদা মপাও হংখিয়ে। নোংয়ায় খুমল শিখোং নিংথৌবগী মোংবা য়ুম মহাক্লা লৈরিবা মফমদি কদাইরাইদনো হায়না রাহৈ মপাও হংজখিয়ে। মোমনু নুপী য়াংলৌ লম্বীদা লমওকনা উনবিনা, নোংয়ায় খুমল শিখোং লালথাবগী য়ুমদি, য়ুমগী মচি অমদা তাওবা হুইনা য়ুমশংবগুম লৈরিবা য়ুম অসিনে হায়না পাওখুম্নদুনা তাকখিয়ে। লৈমা নামুলখাম্বীনা চেংলৌ মীৎকোই থোং অনিমক্তি মাগী মাশানৌ মনাওবু মুনা য়েংববু, মথংলেন মপুরোইবা নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বগী, নাতোন তাবকপা মফম, মশক মতৌ শকপাম্থোংবু থোইনা হেননা মাননৈদা হায়না শামু মথোং থাংনা চংশিনখিয়ে। লৈমা নামুলখাম্বীনা শানৌ লৈবাং অতোনবা উনৌ কোন্তে কোননা পোকপা ইনাও নিপা অতোম্বা হুয়াই লিকলু অথেঙ লৈগুম্ব-ও। ঐদি নয়াম্বা নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বগী তানলোয় লৈমা নুপী ওইবিনে। হায়না পাওমেন পাওতাকখিয়ে। নহাক্লা পোকমিন্নবা নয়াম্বা মোইবেম্বদি। খুমল্

মবিমকনা খুপাক তাংপুংফু নোয়না ঙমতম হৌনা তাইবং ঙম্নমক পুম্নমকপু থেমখংলে। ময়াথংপু ইননা তাইপঙপালবু ফাওখংহন্দুনা মালেম ঙালনা নোংশানে থরায় পালবা পানবা হৌবে। মানলং অযাংবা অমসুং কক্কয়েল সুকামু অনিনা অকল লালশোক খমথেংনখিবু থৌকাওদনা নুংশিং রানিলদবগী তাঙজা ইকাইরা মানলং নোংশিং খোংবু থৌতু নুঙথোংথিংনা থীথাম রাদগী মাললংবা নুংশিং মহাক্রা মানলং গুমলবানু হুমদ শিংতবনা অশাং-অতেক থরাই পুম্বা কংনা লৈবাক মাঙকে তৌকুম্নবদা, চিঙডু শিতবগী গুক স্না ময়াথংনা হাযখিযে সলাথোঙ অবিবা ও কবিগী মানলং খাম্বনো তাইপঙপালসি ঙম্না মাঙহল্লগে হাযববনা থাদোকং মানলং শিংনাহম্নো, গুক স্না ময়াথংনে হাযখিযে। সলথোং অনিবনা তাববদগী মানলং শিংনহম্নে, খমকোল হমনাহনলে তাইবংপালবা পুম্নমক থরাই নিংশা হৌম্নিবা খৈবিকপু ঙম্না নাওপুনবে। ডপশী মবাং কামন

## পুয়াগী চপ চাবা ঋারোল

থৌ পুল্সীপা মাথৌথাকি। হয়্রেম্ মাপুঙ্ য়ায়্তা নোংহাঙ্লে।। নাসাপীকি তামক্পু।। কয়োংখুৎ খুমল্[1]।। লাংপল্ চেঙ্পুম্ মানাওতোল্কুম্।। লল্সিংলাঅো হায়্না।। ছয়েল্ লাল্নেক্লাপানে।। হায়্না পাওমেল্লাপাতা।। লয়মা নামুল্ খামপীকি। কোন্লোয়্ মাত্তিল্মেল্পু নাতারাপাতা।। য়াবেন্ খোংখৈ চীক্ সায়েঙ্পাল্কা তিং।। তক্লওসিত্তং সোন্না।। অোক্লেল্কুম্ কাচীক্ হৌ।। থীঙ্লওকুম্ মাথি নাইখিয়ে।। সাপি মাতৈ মানাও ২ মাতী।। নোংয়ায়্ মাপুঙ্ য়ায়্তা ঋাইথুংরালে।। নাওবা লাংচেং নাতম্লক্পা।। পাহাঙ্নোংজেং অোইরিপাঅো।। সাপি নাতৈ লয়্মা আয়্না।। ১০ চাক্য়োম্কে ঋাংলৈ খোম্হাল্ কে হায়্খিয়ে-।। মাতৈ লয়্মা নাখুম্পীনা।। ১০ চাক্য়োম্পসুঙ্ মায়োম্ ফায়ে।। ঋাংলই খোম্হাল্পাসুঙ্।। ঋায়্রা সামি হায়েলয়ে-।। সানৌ লৈবাং আতোল্পাতো।। ঋায়্রা সামি ছয়েল্ লাল্য়োম্পু।। পাচুয়ে।। য়ীসানৌ নঙ্পু খোয়্মা নামায়্ অোন্কুনো।। য়াম্চেং নম্ মুককুনো।। হায়্খিয়ে।। নোংয়ায়্ সীখোং নিংথৌচানা। সাপি চাখা মোইবেম্পাক্নী তামক্।। ক্ষারোঙ্ খুৎ কুম্পাপু য়োন্তানা তাল্ফংলক্কে।। হায়্না মাবোং চেপ্য়ালানা।। থেৎথাং চারিখম্ তিমেল্ হুঙ্সোন্।। সঙ্তীঙ্ লাল্লৈথেম্।। ফিমু লাইপোং মাঙাল্না।। আঙাঙ্পা সাতা কইফি।। আমুপা চীঙ্খোঙ্ লালহৌফিপু।। চয়্বয় ফতুং খাওঅোন্ মাঙাল্ নাইনা।। হাওরই খানা পংপারম্তা।। ছয়েল্ লাল্তারক্য়ে।। নোংয়ায়্ সীখোং নিংথৌপনা।। হয়্বেম্ সীঙ্চা ঋাইকোইপা।। নুচা য়েন্লাং থৌপীতা পাওহংখিয়ে।। হয়্রেম্ খাংঙা খোঙ্তেক্অা।। চয়সুপাল্না থৌপা।। হয়্রেম্ কাঙ্পীসু আথৌপাতী।। কাতায়্রম্ সীঙ্চা ঋাইকোইখিপানো।। হায়্না য়েন্লাং থৌচৎপীসিংতা।। পাওহংখিয়ে।। হোয়্তা নোংয়ায়্ সীখোং নিংথৌপাঅো।। লাহাল্ হয়্রেম্ হয়্বেম্ মাবক্সি।। কোল্য়া থয়্থোক্পাল্তা।। চায়্না নোংকি মাখৈ হেবওনানা য়াফংপকি হুম্লেল য়াইপী মারু তুপনা।। আমল নোংগায়াঙ্লয়্ য়াংলৌ থান্থাথোক্লে।। আসী ক্রুও নুমীৎ ৫ নি সুরে।। হায়েং কৌবা মানোং

## লায়থেক্কুবা ঋাহস্তোক ঃ

নিংথৌ পুনসিবা মহাক্নী মথৌদাগী, হৈরেম লমগী লৈবাক্তা শিরে। নহাক্নী নয়াম্বগীদমক্তবু। খুৎলং লমনবু লাংবন চেঙবুম মনাওতোলগুম্না ললশিংনবগুম্না লমন খুম্নোলাও-ও হায়না ছয়েল লালগীদমক লালনেকপা লাকপনে হায়না মঋাহৈ মপাও-হায়ববদা। লৈমা নামুলথাম্বীগী কোনলোয় মপাও খোলবু তাজববদা, য়াবেল খোংখৈ ময়া ক্রক চিক্তুনা শায়েং মপাম্মোম তিংগা তিংনা তকশি শোননা, তোমচৎনবা ওকলেননা মথুম মরাং হৌবগুম খোইরাং খোইশাওখিয়ে। মনাওনুপা মতৈমা অনিমক্তি, নোংয়ায় খুমল লৈবাক্তা য়ৌবক্রে। ইনথৎলক্রিবা অঙাং ওইবিবা, তলোয নুপীসু থিদরিবা-ও। নহাক্নী নতৈমা লৈমা ঐনানে, তবা চাকয়োম য়োম্লকে ঋাংলৈ য়ুসু হাম্লকে হায়খিয়ে। মতৈমা লৈমা নামুলথাম্বীনা তয়া চাকয়োম য়োম্বসু চাকয়োমগী খুদম ফৈয়ে। ঋাংলৈ য়ু হানবসু অফবা খুদম ফংনা শাফা ঙম্বগী খুদম ফংঙে। শানৌ লৈবাং অতোনবা ইবুংঙো-ও। ঋায়বা শাদানবা ছয়েল লান্দাঙৈদি অফবা খুদম চাংদম ওই, লোয়না ফৈয়ে। নমায় লৈদুনা চেনগনো নবুক্লিংদা নিংহম্নবা তৌগনো হায়খিয়ে। নোংয়াই শিখোং নিংথৌবনা- চাখা মোইরেম্বগীদমকপু। খুৎপাম চাওনা লালথোমঙম্বাবু শোয়বা লৈতনা ফংবা ঙম্বা ওইরগে। হায়না মরোং তাগী চুঙবু চেপনা য়াল্লনা, থাংথেৎনা চাবিখম, তিমেল তা হুঙসোন পাই। শঙতিঙফিদি লাল চৎপদা শেৎনবা ফিমু লাইপোং অহেনবা অঙাঙবা ফিশাদা কৈ লোলবা ফি, অমুবা ফিদি চীঙ্খোঙ লালহৌফি, চৈবৈ ফিদুবু, ফিতুং খাওওন শাদুনা মঙাল নাইনা শেৎনা, ইন্দুনা হাওবৈ খানা পাংবা লমদমদা ছয়েল লালবু লান্দারকয়ে। নোংয়ায় শিখোং নিংথৌবনা হৈবেম লমদমগী শীংজম্বা চৎপশিং, নুপা নুপী য়েনশাং থিবা চৎপশিংদা ঋাহৈ মপাওবু হংখিয়ে। হৈবেম খোংঙা খোঙতেকপা চৈসুগী মতেংনা থৌবা কনবা হৈবেম কাঙবীসু অথৌবদি কদায় মফম ঋাইদা শীং চনবা চৎখিবগে হায়না য়েনলাং য়েনশাং থিবা চৎপীশিংদা ঋাহৈ মপাও হংখিয়ে। নহাল হৈরেম মরকশি হোয়দা নোংয়ায় খুমল শিংখোং নিংথৌবা-ও। নহাল হৈরেম মরকশি কোনয়া থৈথোকপান্দা, চায়না চাংয়েংখিবা নুমিৎ অদুদগী হৌনা হেদো নাহেনখিদুনা নাখিবদগী মনুংশা শ্বর হোনঙমদা শ্বর চনিং-চামাং শম্নদা শিবগদৌবগুম্না ফমশেম্মনা লৈরকপসি ঙসি কোরৌ নুমিৎ ৫ মঙানি শুরে, হয়েং কৌবা নোংবু

১ খুমলনা পুরুকপা থৌতী। পেরুক নোংচেংকো।। পেনুঙতায়্পা। উসোয়্ য়ীবাৎপা। লৈবাবেং, নোংকাবেং তায়্পা।। নুমিৎ-থা লেং তায়্পা। মৈ ঈশিং লেঙ্ তায়বা নোংশিৎ ঈশিং লেঙ তায়পা।। শাবেং ঙাবেন লেঙতায়পা। উচেক-ঋায়া লেঙতায়বা।। ঈনুং সোইয়াইমাপাত কাপ্রেঙ তায়বানে।। (লৈশেমলোন, লঃ ১২৪)

**পুয়াগী চপ চাবা বারোল**

সোয়্বাপাকা।। হাওসী মংথিল্কে[১] হায়্বে।। হায়্না পাওতাক্খিয়ে।। নোংয়ায় সীথোং নিংথৌপাদা।। চাবয় মানীঙ্থম্ সঙ্তীঙ্ মাবোল্লু।। চুঙ্লোং মানম্থাঙ্।। তিমেল্ মাখুৎসুপু।। খোয়্মা নাবোল্নুং।। হয়্বেম্ মাপল্থোঙ্তা।। লোৎলম্য়ে।। য়ীনুং সোয়্য়ামাতা।। য়ীম্লেল্ সাইকঙ্ঙানা নাতাখিয়ে।। হয়্রেম্ মীৎয়েং নাওসুতানা।। খোম্লেল্ তুম্কুন্ তাপানা।। পাওমেল্লক্য়ে।। নোংয়ায় চাখা মোইবেম্পা।। লাল্লু পোল্চেংনুংকিপু।। সীঙ্চেপ্ ময়্রা মুৎকুনো।। হায়্না পাওমেল্ঙাম্পাপু।। নোংয়ায় সীথোং নিংথৌপানা নাতাবে।। তক্লও সিতংসোন্।। তিল্লাং মাথোয়্সাওনা।। য়াইপী কন্হও নীক্পাকি।। নামু মীয়াম্লক্তা চোংথোক্য়ে।। অয়্নে নোংয়ায় চাখা মোইরেম্পাকি।। মাসানৌ নোংয়ায় সীথোংনিংথৌপানে হায়্না।। হয়্বেম্ য়ীনুং মীসেন্ থাঙ্পকি সীঙ্চেপ্ ময়্বা হাইচৌ মুল্না।। হয়্বেম্ লয়্কাই মাপাল্ সাংপু।। থাম্পী ময়্কা থাথোক্লে।। চকমোম্ মাথি নাই। থুম্পী ময়্মাঙ্চল্।। হুয়েল্ লাল্সীঙ্ মুৎলে।। ময়্পী তাঙ্কোইবাপাকি তামক্।। মায়ীম্ হয়্বেম্ মানিল্ নাইপাতী।। থিংপা য়াম্না লাঙ্তক্না।। কওচেঙ্ য়াম্না মীচীক্তাবে।। নোংয়ায় সীথোং নিংথৌপনা।। য়ীনু সোয়্যায্মাতা।। য়াংলও তান্পল্ চেন্গন্ সাসঙ্ য়ুঙ্ইবাল্ তোংচেং কুয়ায় নুংগী।। হয়্রেম্ কাঙ্পীসু আথৌপা।। হুম্লেল্ য়াইবী তুপ্লাপাপু।। লুবক্ কাঙ্তই থি।। খৌনাও লোল্থোঙ্ লোন্লে।। হয়্রেম্ থোংতোক্ অসৈপা।। লেনাও হাওখোম্পা।। হাওতং পুঙতোয়্পানা।। য়ীনুং সোয়্য়ায়্মাতা।। থান্পল্ লাইয়ীন্ ঙাম্পাপু।। থাঙলেল্ চেপন চল্।। লুরক্ কাঙ্তৈথি। খৌনাও লোল্থোঙ্ লেন্লক্য়ে।। হয়্বেম্ সোইথীঙ্নাও।। খুন্চাল্ সোইমা নাওসুঙ্ লোক্লক্য়ে।। মাসাপি নোংয়ায় চাখা মোইবেম্পাকি।। লন্ললু পোলচেংনুংকি।। সীঙ্চেপ্ ময়্বা থাল্পাপু।। চয়্রয় নাওহোংসা পাখু লেংহান্নানা।। হয়্বেম্ মাপল্ খোম্পুকাল্

**লায়থোক্লবা বাহস্তোক ঃ**

ঙাম্লক্রবদি, হয়েংদি অশিবা মশাদু পোৎলোইফমদা পুবসি হায়রগনি, হায়না যাহে মপাওবু তাকখিয়ে। নোংয়ায় শিথোং নিংথৌবনা, মনিংথম চৈরে মফি মরোল, চুঙলেন মখুৎচা মনমখাঙ, তিমেল-তা মাখুৎসুবু নাবক মোংশোং লৈবা, হৈবেম লমগী পলথোঙ্দা লোৎসিনলময়ে। তাংলৌ অহিং অথেংবদা, হৈবেম মাগী য়ুমলেল শঙ্গাই চংনা ফক্লাং নপনা ঙাংনবশিংবু তাখিয়ে। হৈবেম মাদি অহিং নুংথিল তুমবা য়াদ্রবনা মবাহে মপাও হায়বকয়ে। নোংয়ায় চাখা মোইবেম্বগী লালু মকোক অকক্পা পোলাং মনুংদা থল্লিবা অদো শীংচেপ মৈবা থাল্লিবদো মৈ মুৎহনগনো। হায়না মবাহে মপাও হায়ববু। নোংয়ায় শিংথোং নিংথৌবনা মনামক্লা তাহৌবদা তকশি শোল্লদুনা, থোয়দৌ শিকপমথৈ য়াম্না শাউ, মথবায় শোকনা থাঙবা ঙমদ্রদুনা ঙাংনবিবা মীয়াম মরক অদুদা চোংথোরক্রে। ঐনে নোংয়ায খুমল চাখা মোইবেম্বগী, মনাও ওইবা নোংয়ায় শিথোং নিংথৌবা হায়বদো হায়না, হৈরেমগী অহিং য়াবেক মীশেন থাঙবশিংগী শীংচেপ মৈরা থানববু মুল্লদুনা, হৈবেম লৈকাই মাপল শাংনা খুন্দাদুনা লৈবদা থাম্বী মৈ চুনা থাদোক্রে। কননা হৌদুনা চাক্রিবা মৈবক্তাপু, হুয়েল লালশিংনবা অমতা লৈত্রে। মৈবী তাংকোয়না ওইনবা মৈথাববগীদমক হৈবেম লমগী মচিল চৎপশিংদি থংহৌদবা থৌদোক্তুদা লাঙতক্লদুনা, অমগা অমগা হংননা লাংবা হৌরক্লে। নোংয়ায় শিথোং নিংথৌবনা, অহিং চাবুক অথেংবা অদুদা শবক শিহনদা থুনা য়াংনা। য়ুঙৈরাননা অশিবগী য়ুম থাঙপোক মনুং অশিবা মশা থল্লিবা য়ুম, মশা হাপলিবা তোংজেং কু-মনুংদা লৈবিবা হৈবেম কাঙবীসু অথৌবগী নুংশা শ্বব হোনপ্রববু মকোক লুবেল কক্থংনা খৌনাও লোনথোঙ মঙক লেনলে। হৈবেম থোংতোক শৈশকপা, লেনাও হাওখোম্বা, হাওদং পুঙয়েবনা অহিং তাংলৌ চাবুক্লা থানবল লাইয়ীন য়ুম শঙলমববু থাঙলেন চেপনা য়াননা মকোক কক্, খৌনাও লোনথোঙ লেননা মঙক লেনলে। মকোক সুরেল পুবক্লে। ময়াম্বা নোংয়ায় চাখা মোইবেম্বগী অকক্পা মকোক হাপ্লিবা পোলচেং মনুংগী শীংচেপ মৈরা থালনা থল্লিববু লৌনা চৈবে নাওহোংশা মনমদা পোশিন্দুনা, হৈরেম পলথোং মরমথৈবু কালনা লাম্না

১ **হাওসী মংথিলকে ঃ** তাইপংপালপা অসিপু মনুং ওইননপা। মা-মামা মানা থিরে।। মরাচিঙ্ কৌয়ে।। মাবাচিঙ্না । মাইপা লোইশঙ্ লিংয়ে। অোং লাওপা খোনচেল অসিনা মইপোকথায়বে সিপ তালপা। সিলামতাইকী মাইপানা পুইয়ে।। (খুলথোং মসিল্ , লঃ ৪)

**পুন্নাগী চপ চাবা বারোল**

না চোংরক্লে।। নোয়ায় মাপুঙ্য়ায়্তা।। লয়্মা নামুল্ খাম্পীনা মীকপ্খিয়ে।। মোম্নু সংলও য়ীথৌরাঙ।। য়েন্লাং য়ীঙম্তম্কিপু।। সানৌ লৈরাং আতোন্পু।। হয়্রেম্ মাপুঙ্য়ায়্তা নোংমল্লাপারা।। হায়না মীকপ্খিয়ে।। হায়েং কৌপা চীঙ্লেল্ নোংকাসোয়্।। সোরা তৈমা বোন্লক্লাপাতা।। খোয়্নৌ য়ীতা ঙাইরোইনাইসিংঅো।। আসী খোম্লেল্ মঙ্লাং চাল্তা।। য়াওরও সানীকি।। সায়াম্ চল্পা।। হয়েল্ লাল্নীকিতি লাল্য়াম্ চল্পা।। মঙ্পু মঙ্লম্য়ে।। সানৌ লৈরাং আতোল্পাপু থীঙ্লও য়াইথারোইয়ে।। মারোং চম্চেল্লোয়ে।। ১০ চাক্ য়োম্মল্ বাংলয় খোম্হাল্মল্পু।। হাঙ্লক্লোইয়ে।। খোয়্নৌ য়ীতাসিংঅো।। য়ীখোয়্তী নায়ুম্ নোংয়ায় লওরেল্পা।। লম্লেল্ বুচিঙবাতা[1]।। সানৌপু ঙাইখম্লুসে।। হায়্রাঙ্ আসং য়েং তাওচীঙ্ আমুল্ খন্ ।। ১০ চাক্ য়োম্পু বাংলয় খোম্কা হাল্না।। ঙাইখময়ে।। মাসানৌ লোয়্রেক্ অখুপা।। নোংয়ায় সীখোং নিংথৌপাতী।। মাসপিপু নম্তা পো।। সোইথীঙ্ সোইনাও লেংথোংনা।। লাল্লু খুৎতা সু থাঙ্লেল্ নাময় য়েপ্।। মারোং চেপ্য়াল্না।। তিল্মেল্ তাপু য়েৎঅোইনা।। থেৎথাং চারিখম্না। থীঙ্লও নীঙ্না তেরক্পাপু।। লইমা নামুল্খাম্পীনা।। মাসানৌপু খুৎপাক্ লাইখল্ সা। চেংলও মীৎপু কুপ্তানা য়েংপু।। চেংলও মীৎথীৎলে।। খোয়্নৌ য়ীতাসা সানৌপু লাক্লে।। সানৌ লৈরাং আতোল্পানা।। চারয় নাহোংসানা।। পাখু লেংহান্না আসী।। য়ীসাপিপু অোইরিঙ্য়ে।। সামু খুৎতা পায়্পা আসীতী।। য়েন্লাং খুৎতাক্ ঙাইরল্ তীনরিরোই।। লাল্লু পোল্লেম্ মাল্য়ে-।। তওথোপ খল্থাংনায়ে।। মাসানৌনা বাথুংলাপাতা।। লয়্মা নামুল্ খাম্পীনা।। সানৌ নঙ্তী ঙাইরক্খিঅো।। আবা হক্না চোক্ য়েলপী হয়াইতোম্।। সানা লাঙ্চয় চোক্য়েকুম্।। আবা পোক্খিঅো।। নাসাপিপু ফইবা তাল্তা থোংনা।। লাংকোল্খিয়ে।। লয়্মা নামুল্খাম্পীনা।। মাথংলেন্কি।। সাবা লুথাঙ্থৌ লৈরাং আতিংঙাপু ফই

**লায়খোক্লবা বাহস্তোক :**

চোংলক্লে। নোংয়ায় খুমল্ লমদম মপুংয়াইদা। লৈমা নামুলখাম্বীনা কপচখিয়ে। মোমনু নুপীজা ঐগী খুজিন থৌরাংনা, থম্মোই মৈশা লাংবা নেম্লবা হোৎনরুবা থৌরাংদগীবু, ইনাও লৈরাং অতোনবসু হৈরেম লমদমদা শিরবরনে হায়না কপখিয়ে। মথংগী নুমিৎ নোং হেক ঙাম্লকপা, শোরা তৈনা ওম্লকপঙে। খোয়নৌ মতা লুনা চান্না লোইনবীশিংদা অহিং মঙ মঙখিবা মঙবু তম্লক্লে, ইতা লোইনবীশিংও ঙসি খোল্লেন মঙলাংচালদা য়াওরৌ শাদানবা শায়াম ফা, হয়েল লান্দাঙৈদসু লানফা য়াম্না ফানা লান ঙম্নম্বগী মঙবু মঙলময়ে। শানৌ ইনাও লৈরাং অতোনবা অমুক হম্লক্তবা তৌরোইয়ে। মথবাই থারম্লোই, অশোক অপনসু লৈরম্মোই। তরা চাকয়োম য়োমখিবা, বাংলৈ য়ু হানখিবসু লেম্না মাংলক্লোইয়ে। খোয়নৌ ইতা ইমান্নবীশিং-ও। ঐথোয়দি ইয়ুম নোংয়ায় খুমলগী মরমখৈ, লমলেন লমদম উচিঙবা[1] কৌবা মফমদা, চৎখিবা ইনাও নুপাবু ঙাইরুসে। তাওজিং হৈরাঙ অশংবা য়েংনা তাওজিং হৈ অমুনবা খন্দুনা তরা চাকয়োমসু পু, বাংলৈ য়ুসু হালনা পুনা ঙাইনা লৈখিয়ে। মহাক্কী মনাও নুপা নোংয়ায় শিখোং নিংথৌবা কৌবদি, ময়াম্বগী লুরেলবু নমদা নাহোংশানা পো। শোইথিঙ শোইনাও লেংবান্দা হাপনা য়াল। লাললু কোকপু খুৎতা পায়, থাঙলেন থাংসু তুংদা য়েপ, মরোং চুঙসু চেপনা য়াল, তিমেল তাদি য়েৎতা পায়, থেৎথাং চারিখম কোক্তা লৈতেংনা। অশোই অঙাম য়াওদনা য়ৌরকপবু লৈমা নামুলখাম্বীনা মনাও নুপাবু খুৎপাক লাইখল শানা খন্দুনা চেংলৌ মীৎপু কুপপা লৈতনা য়েংজববু মশক খঙনা শেংনা উজবা ফংলেদা। খোয়নৌ ইতা পুম্নমক ইনাওনুপা লাকপা শেংনা উরে। ইনাওনুপা লৈরাং অতোনবনা চৌরৈ নাহোং শানা লেংবান্দা য়ালনা পোদুনা পুরক্লিবা অসি, ইশাবীবু ওইরগনিয়ে। শামু মখুৎতা পায়রক্লিবা অসিদি থোংবা য়ানা চানবা য়েনশাংমক্তি ওইরম্লোই। লাললু কোক হাপ্লকপা পোলাং, তৌনা শাবা পোলাংসু মাক্লে। মনাওনিপা থুংলদুনা য়ৌরক্লবদা। লৈমা নামুলখাম্বীনা ইনাও নিপা ওইবা নংবু ঙাহাক্তা পোথানা ঙাইখো-ও। অবাবনা হকচাংদু চোকথনা উরে, হুমাং লৈরিক কানা নহকচাং অদো হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলে, অবা পোথাখো-ও। মনাওনিপানা পুরকপা ময়াম্বগী লুরেলতোলবু ফৈবা তালদা থোংনা শম্না লাঙ্গোনজখিয়ে। লৈমা নামুলখাম্বীনা মথংলেন মপুরোইবগী হকচাংদগী লৈমায়থক্তা চোয়না কেম্লবা লৈরাংওম্লবা লুরেলতোলবু কেলবা লুরেল,

---

১ লমলেন্ বুচিঙবা (উচিবা) : লমলেন বুচিবো-ও কৌবদি করি তৌবদগী কৌখিবনো। হইতাওখোকতেললাকপীচানা। মরাল পালেম উহোংগে হায়বগী পামেল উ উথুমঙারৌবী তললা উদি কারোবাগু পামেল উবু হোয়ানলে। খোংচিঙ নারেং হৎ উলৌ খোংচা সম। ঔরি লিয়াই নোপনা পামেল উবু হোইয়াললকপদা। তুরেল মোংপা ঈশিংবু ফৈনা তুপলকপদা হিবি খোংচিং পবেং তৎলে। লাইচা ঈশিং ঈরেল পুঙদা তুমখিয়ে (লুপখিয়ে) হইতাও খোঙতেল লাকপীচানা ইদাইরেম খোংনিঙচঙ খুমল লাইসুচা, চৌরৈ ফিতুং থাউলননা পামেল উ মিংথা লাওনা চেলপা ও। লাইজা ইবোলনুংদা খোংচি নারেং হৎলু-ও। থৌজিলখিয়ে। খুমল লাইসচাদি। পামেল উগী মতু ং ইলননা কোয়াং বাদি মাগী উরাও চৈবু লৈরাই মুংবীপকতা য়ুংলময়ে। লাইজা ঈয়োলনুংদা খোংচি নারেং লোলগে, লুপচিলখিববু। হলবাইরকতবে (ফাওগৎলক্তরে) হংেং কৌপা ঈনুং

**পুয়াগী চপ চাবা বারোল**

য়া তাল্তা থোংনা।। থংলেল্ য়ীনেম্ মাচা।। নোংয়ায়্ চাখা মোইরেম্পা আথৌপাআে।। য়ীপল্ ফয়রা তাল্চীন্ থক্কি।। খোয়্মা য়ীহওকি য়ামচেং য়ীতাকিআে।। নাবুম থৌখাম্ খোল্পু নাতাতাপাকি।। হয়রেম্ মাপুঙ্ য়ায়্তা কারম্ নোংমল্লুপানো।। কন্লক্য়ে।। খাচাই লেংঅান্ চুপ্।। পিরেম্ থারুকনানা।। হেপঙায়্ মাপাও চাওনা।। মাল্লেম্ লয়্তা অান্না মীকপখিয়ে।। লুক্লেল্ পীম্নাদা।। ১০ লুক্মায় লেম্না মায়খঙ্খিয়ে।। য়ীসানৌ লোয়্রক্ আখুপাআে।। নোংয়ায়্ সীখোং নিংথৌপাতি কাতৌনাকো।। পল্লেম্ নুখুপীচা।। হয়্রেম্ খুন্চাল্ঙম্পা।। খুন্চাল্ কাঙ্পীস্ ফাপা নোংয়ায়্ সীখোং নিংথৌপাআে কৌসে।। হায়্না মিংহোংখিয়ে।। আতুনোংকিপু।। হয়্রেম্ খুন্চাল্ ঙম্পা।। হয়্রেম্ কাঙ্পীসু আথৌপা।। সাসঙ্ য়ুঙই লাল্কি খুন্চাল্ য়াবোন্সাংপু।। কাইনা ছল্পা।। হয়্বেম্ থোংথোক্ আসৈপা।। লেনাও হাওখোম্পা।। হাওতং পুঙতোয়্পা।। থান্ফম লাল্য়ীন্ ফাপাতী।। নোংয়ায়্ মনিংথৌনা য়োয়্চল্নাখিয়ে।। লম্লেল্ হয়্বেম্ মারক্সি।। কোল্থয় থোক্পাল্তা।। চায়্না খোংফেল্নাপা আতুসুঙ মাতোম্তে।। ৩।।⚹।। ৩।। লম্লেল্ মাতাইমা।। হাওপা তাক্ লাল্য়েংকাই।। নোংয়ায়্ য়ীরাওখু হাওখা য়ীকুম্পাল্।। আতোল্ ঙাল্পা খায়্ফাপানা।। খায়্পাপু খায়্ঙম্তাপারম্ তাপরম্।। থোংঙাই তেম্ফাপানা।। তেম্তাপারম্।। নোংয়ায়্ সায়োক্কোল্।। খুমল্ য়াওবও সাঙাইকোল্।। পুনাচৈনা ২।। চায়্না খোংফেল্নাপাপু লৈয়ে।। নোংয়ায়্-হাওপা অথৌপাকা।। পোইরয়্ ময়্তৈ বাংখৈ খোইয়া আথৌপাকা।। তিমেল্ তা চায়্না।। মারোং চুঙ ফুনায়ে।। আ।। নোংয়ায়্ তিমেল্ মখুৎসুনা ফেল্লাপাতি।। পান্পী লাংপান্তি তুরে।। বাংখৈ খোইয়া আথৌপানা ফেল্লা পাদি খৌরী চাক্য়োৎ লম্তা তাপাল্লে।। নোংয়ায়্

**লায়খোক্লবা বাহল্লোক ঃ**

মতমপাক্তা পল্লা। তেংথান ঐগী চায়জবা নুংশিজরবা ইপুরোইবা নোংয়ায় চাখা মোইরেমবা অথৌবা-ও। ইকু ইনেমনা নহাকপু চাওদ্রিবা ফাও ফৈরা থকতা পল্লা য়োলকপা খোইবি জিশাং তাফম মোংবা নয়ুমদগী হল্লা হল্লা চৎতনবা খামজখিবা য়াবীদবদগী হৈরেম লমদম মফমদা করম তৌনা অসুল্লা শিরুবনো কনলকএ পামুইয়ে। খাজাই লেংওন চুপ মীৎলু পিরাং থলনা হৌনা শিল্পনা, মালেম লৈবাক্তা ওল্লা-থোইনা কপচখিয়ে। লুকলেল শেমনা পুরকপা তরা চাকপু পীজদুনা অরা নুংঙাই খঙনখিয়ে।। ইশানৌ ইনাও অতোনবা-ও। নোংয়ায় শিখোং নিংথৌপদি করিবু তৌনা কৌরুগবনো অদুগী মহৎতা মমাগী মচা অতোনবা, হৈবেম, খুনচালবু ঙমলকওঁঙ, খুনচাল কাঙবীসু ফাবা, নোংয়ায় শিখোং নিংথৌব-ও কৌনসে। হায়না মমিং মিংথোল হোংনখিয়ে। অদু নুমিৎতগীবু "হৈরেম খুনজান ঙম্বা, হৈরেম কাওপীসু অথৌবা শাশঙ য়ুঙৈ লানগী খুনজাল য়াওন শাংবু কাইনা ছনবানা লাল্দা ঙম্বা" হৈরেমগীদি থোংথোক অশৈনা ঈশৈ শৈশকপা, লেনাও হাওখোমনা, হাওতং পুঙবু তোইনা পুংয়ৈনবা থানফম লালয়ীন ফাবতী, নোংয়ায় খুমলগী নিংথৌ ওইরিবানসু অথৌবা মহাকপু লুনা চালনা তৌখিয়ে। লমলেম লমদম হৈরেম মরকসি কোলয়া থৈথোক পালদা চায়না খোংফেলনবা অঙম্বা চাংয়েংনখিবা অসিনসু লোইবা লৈতরি।। ৩।⚹ ।।৩।।

লমলেন লমদম মফম অমদি হাওবা তাক্ লালয়েং কাই,

4 **খুমল্ য়াওবা ১সুং বাংখৈ খোইয়া অথৌব চায়নবা**

নোংয়ায় খুমল ঈয়াওখু, হাওখা ঈকুমপাল, অতোল ঙালবা খায়্ফবনা, খায়ববু খায়্ঙমদবনা খুন্দারম্বা লম, তাবা-লম। থোংঙাই তেমফবানা তেমদবনা খুন্দারম্বা-লম। নোংয়ায় খুমল য়াওরৌ শা শাঙাই য়োকনা থমনবা লমদম অদু মক্তদা, অঙম্বা মশেল চাংয়েংনা চায়না খোঙফেলনববুসু লৈবিয়ে। নোংয়ায় খুমল মচা হাওবা অথৌবগা, পোইরৈ মৈতৈ মচা বাংখৈ খোইয়া অথৌবগা অনিমক্কা তিমেল তাবু থিন চায়না মবোং চুঙবুসু ফুনৈয়ে। আ-। নোংয়ায় খুমল মহাক্কী খুৎশু তিমেল তানা ছলনা লংলকপনা পানবদি, পানবী মপান কক্কা য়ুংলয়ে। বাংখৈ খোইয়া কৌবা অথৌবনা তাঙ্লনা, তা লংলকপদি খৌরী চরমদি চাকয়োৎফমদা তানা পাললেদা।

সোইববদা (নোংঙালবদা) খুমল লাইসুচাদী। লৌবাই য়ুপুঙকোই য়ুনারেক চিপা মৈশাংবা (উচি) ফকলাং লোলচা থেংকোইপাপু ওইনা থোকলকয়ে। কোয়াং মাকি উয়াও চৈবুসুঙ লাংলেল বাপাল ফা লোকলেল শোইরেল ছনলকলে অদু নোংকাঁবু বুচিংবা (উচিংবা), বুচিবা (উচিবা) হায়না কৌযে। (নিংথৌরোল লাইছই, লঃ ৪৯/২)

## পুন্নাগী চপ চাবা বারোল

হাওবা আথৌবনা খোয়্‌মা মমায় লয়্‌না। নোংয়ায় মাপাচা অতোল্ মায়েল্‌লু।। লুফুয় নাম্‌থুম্‌পা সোয়্‌বেল্ থম্‌ঙাক্‌পা।। নোংয়ায় যীসীং ঙাথিপা।। কানা লৈপানু হায়না লাওপাপু।। মাখোল্ খুবে মীবাওখু থোল্‌নাযে।। লম্‌লেল্ নোংয়ায় য়ীবাওখু হাওখা যীকুম্‌পাল্‌তা।। হাওপা আথৌপাতি।। খোইমা মামায় অোন্‌না চেন্‌খিবাপাকি।। বাংখৈ খোইয়া আথৌপাতি।। তল্‌পা মাচীহেন্ লাপা মাবাই লাংনা।। হল্‌বাইবকয়ে।। নোংয়ায় হাওপা আথৌপাতি।। সীকাপাবা সিতাখিয়ে।। হাওপা তাক্ লাল্‌কাই হাওকা যীকুম্ পালতা।। চায়না থোংনাপা আতুসুঙ।। মাতোমতে।।৪।। ꯊ ।।৪।। লম্‌লেল্ সাচীঙ্ লাবোংকোল্ কৌপাতী কানোংকিনু।। কাম্‌পোং চেংখু চেংযাম্‌পী।। মাপাবি ১৫ মা।। মামোম্ ১৫ মানা।। চম্‌লও লাচেল্ নাকে লাক্‌পাতা।। খূন্‌চাল্* লাইরুচেং সিলহৈপা।। চানু লিল্‌কোয়াকি। নোংয়ায় লিক্‌মল্ লাল্‌থাপানা।। কম্‌পোং নাপারম্ লংমাই নাপুরম্‌পু।। নংতে।। নোংয়ায় য়ীপালমতা কবিকি।। চম্‌লও লাচেন্‌নারকানু।। হায়্‌না।। কোয়্‌ন ২ তালনাবে।। কোয়্‌চীঙঅো থোলনায়ে।। মাসম্ মানা বায়্‌না ফাবে।। বায়্‌থৌঅো কৌয়ে।। মাশা লাক্‌না চিংখৎলে মাচীঙঅো থোল্‌নায়ে।। ১ লোংনা কম্‌লে লাবোংকোল্‌অো কৌয়ে।। পূৎথা ২ তাল্‌নাবে। থম্‌পূৎঅো থোল্‌নায়ে।। চীঙ্‌লয়্‌তোল্ সাথীপা থম্‌লয়্‌তোল্ বৌথীপাপু।। থম্‌না ফাবে।। চীঙ্‌থম্ লেল্‌পাঅো কৌয়ে।। কম্‌পোং মাহী মানাইনা নাতা।। সীঙ্‌চা ঙাঙ্‌না সাবে।। ঙাঙ্‌লওঅো থোল্‌নায়ে।। আতোল্ নোংয়ায় থীঙ্‌পাই সাবোন্ পানা।। চম্‌লও লা ঙাক্‌য়ে।। বায়্‌থৌ লম্‌কল্‌য়ে।। বাংখৈ খোইয়া আথৌপা বায়্‌থৌ লম্‌কল্‌য়ে।। চম্‌লও লা ঙাক্‌য়ে।। পোইবয় আখোং সীঙক্রেংনা চাম্‌লও লা হেক্‌নাকপাবা।। হেক্‌নাতে।। নোংয়ায় হাওখোং সিল্‌নাইখুনা।। চানাকাপারা চানাতে।। বায়্‌থৌ লম্‌কল্‌পা চম্‌লও লাঙাক্‌পাতাকি।। হৌনখি পাথৌ নঙ্‌সুঙ্।। পোইবয় লম্‌কেৎপা।। বাংঙম্ লম্‌থোইপানে।। অয়্‌সুঙ নোংয়ায় লম্‌কেৎপা খুমল্ লমথোই পানে।। তল্‌পা য়ীপীঙ্‌ঙা চায়না থোংফেলনাখিসে।।

## লায়থোক্লবা বাহস্তোক ঃ

নোংয়ায় হাওবা অথৌবনা মাইয়োক য়াঙমদ্রবগী খোয়মা মমাই ওননা চেনখিদুনা নোংয়ায় খুমন মলমদমগী মরি মতা মপা মতোল মপা মচা মরূপ মপাংশিংনা ঙাফা ঙানৈনা লুথুম ঈশিং ঙাথিবা, ঙাফাবা কনা কনা লৈবনো হায়না লাওববু। মখোল থোক্লা লাওবা ঙমদ্রে। অদু নোংদগীবু লমলেন ইবাওখু হায়না থোলনৈয়ে। লমলেন লমদম নোংয়ায় ইবাওখু হাওখা ইকুম্বা পান্দা, খুমল হাওবা অথৌবনা মাইয়োক্লবা ঙমদনা খোইমা মমাই ওননা চেনখিবদগী, বাংখৈ খোইয়া অথৌবদি মাইথোং মকা লামনা মমায় পাক্লা হল্লকলে। নোংয়ায় খুমন হাওবা অথৌবদি শিগববা শিঙমদা অবা মৈচাক থাঙনা লৈখিয়ে। হাওবাতাক লালকাই হাওকা ইকুমপালদা, চায়ন খোংফেলনা অঙম্বা চাংয়েংনখিবা অসিনসু লোইবা লৈতরিয়ে।। ৪।। ꯊ ।।৪।।

**৫**

**খুমল্ থীঙবা শারোলবা ১সুং বাংখৈ খোইয়া থৌবগা চায়নবা**

লমলেন মফম শাচিং লারোংকোল কৌনখিবদি কবি তৌখিবা নোংদগীনো হায়বদি- কম্বোং চেংখু চেংয়াম্বীগী মচানুপা ১৫গা, মমোম মচানুপী ১৫গা লোইননা চমলৌ লা হেককে লাকপদা। খুনচাল লাইরুচেং শিনহৈবগী চানু নিংঙোলনা পোকপী নোংয়ায় খুমন লিকমল্ লালথাবনা, হায়খিয়ে। লা হেক্লিবদো, কম্বোং নখোয়গী নপা নপুগী লম লংমাই নপুগী লমবু নংতে। নোংয়ায় খুমল ঐখোয়গী ইবমদগী চমলৌ লা হেক্তুনা পুগনু হায়না, কোয়না কোয়না তাম্নরে -কোয়চীঙ-ও তৌনা থোলনৈয়ে। মাশম মনা বাইনা চিংনা পাইনা ফাবে " বায়থৌ- ও" কৌয়ে, মাশা শাকল লাকনা চিংখৎলে - শাচীঙ-ও,তৌনা কৌনা থোলনৈয়ে। ১ লোংনা হাৎলে লারোংকোল-ও কৌয়ে। পুথ-পুথা তাম্নরে। থম্পূৎ-ও কৌনা থোলয়ে। চীঙলৈতোল শাথীবা থমলৈতোল লৌথীববু। থামনা ফারে। চীঙথম লেলপা-ও তৌনা কৌয়ে। কামবোং মহী মনাইনা নাতা। শীঙ্‌তা ঙাঙ্‌না কাবে ঙাঙ্‌লৌ-ও তৌনা মমিং থোলনৈয়ে। অতোল নোংয়ায় থীঙপাই শায়োনবনা চমলৌ লাকোল ঙাকয়ে বায়থৌ লমবু লমকললে। বাংখৈ খোইয়া অথৌবা কৌবানগু বায়থৌগী লমদম লমবু লম কল্লে। চমলৌ লাপু ঙাকয়ে। মৈতৈ পোইরৈ অখোংশিংক্রেংনা চামলৌ লা হেকনা শিজন্নবরা হায়রবসু লা হেক্লদে। নোংয়ায় খুমল হাওখোং শিলনাই খুনা লা চানগববা হায়রবসু লা চানদে। বায়থৌ লমকনবা চমলৌ লাঙাকপনা বাঙৌখি। পাথৌ ও নঙসু মৈতৈ পোইরৈ লৈপাক্কী মমিং লৈবা লৈমা নিংথৌনা শকখঙ মাইখঙবা বাংঙম লমথোইবনে। অদুগা ঐসু নোংয়াই খুমন লমদা মমিং লৈনা লমকেৎপা খুমল লমথোইবনে। ঙম্বা ঐখোয় অনিমক্তি অঙম্বা চাংয়েংনা চায়না খোংফেলনখিসে।

---

** খুনচাল ঃ লুবাং খুলথিবানা কৌববোল নামোইনু পাম্নদুনা খুনচাল লোন শন্দোকখি। মাগী চাদাদি লুবাং পুজিবা, লুমলোং অহনবা, কমবোং অসিনচিংবা (খুম্নালোল লঃ ১/ চেকখোং লঃ ৫০)*

**পুম্নাগী চপ চাবা বারোল**

হায়না তেল্সীঙ্নখিয়ে।। নোংয়ায় থীঙ্পাই সারোন্পাকি তিমেল্ মাখুসুনা ফেল্লাপাতি।। খোয়্মা লাংতোল্ সম্না মাল্লেম লায়কংতুরে।। বাংখৈ খোইয়া আথৌপানা।। খুৎপাক্ তিলাইমেল্।। খোক্লাং পম্সীৎনানা।। তিমেল্ তা হুল্খিপাপু।। লাপা থানুং থেৎ অুল্পী চাফম্ লেংলে।। আতোল থীঙ্পাই সাবোন্পাতী।। খোয়্মা মামায় অোন্না হয়েল্ লাল্চেন্খিপাপু।। বাংখৈ খোইয়া আথৌবনা।। তুবেল্ মোংপা য়ীপু কাল্না চোংনা।। লাপা তুংয়িল্নানা।। হয়েল লাল্তালখিয়ে।। আতোল্ নোংয়ায় থীঙ্পাই সাবোন্পাপু।। নোংয়ায় মারম্খৈতো তাল্ফংলাপাকি।। লুরক্ কাঙ্তৈ থি থৌনাও লোল্থোঙ্ লেন্লে।। লাল্লু পোল্লেম্ হাল্।। তওথোপ্ খল্থাংনা।। লাপা মাচীহেন্ তল্পা মারাইলাংনা।। আতেবক্যে।। অতু নোংকিপু।। তুপী খোয়্হওরা পাৎয়ায় কোল্থল্ লা।। য়ীমু কোল্মাঙ্লা। লাহয় তোল্লোঙ্ লাইরা সোইয়াম্পা।। বাংখৈ খোইয়া অথৌনা বায়থৌ লমলোক্লা নোংয়ায় থীঙ্পায় সারোংপা নোংমল্লাঅো তৌনা কৌয়ে।। লমলেল সাইচীঙ্ লাবোংকোল্।। বায়থৌ* লম্মাহল্তা চায়্না।। খোংফেল্নাপা আতুসুঙ্।। মাতোম্তে।।৫।। ⁂ ।।৫।। লম্লেল্ কোয়্চীঙ্ খোয়্মা হাওচা।। চায়না খোংফেল্ নাপাপু লৈয়ে।। অতোল্ নোংয়ায় হাওখোংসিনাইখু আথৌপাকা।। পোইবয় ময়্তৈ বাংখৈ লাইকোক্ পাম্পা।। আখোং সীঙ্কাবেঙ্ অথৌপাগা তল্পা চীয়য়্না। কাওবেল্ লাইথেংনা।। মারোং চুঙ্ফুনা তিমেল্ তা চায়্নাপাপু লৈয়ে।। নোংয়ায় হাওখোং সিনাইখু।। আথৌপাকি।। তিমেল্ মাখুৎসুনা ফেল্লাপাতি সোয়রেল্ ফুম্পী তিতুরে।। পোইরয় ময়্তৈ বাংখৈ লাইকোক্ পাম্পা।। আখোং সীঙ্ক্রেং তিমেল্ মাখুৎসুনা।। ফেল্লপাতী।। খোয়্মা লাংতোল্ সম্না।। মাল্লেম্ লয়কং তুবে।। পাথৌঅো য়ীপীঙওাতী।। পোইরয় লম্কেৎপা খুমল্ লম্থোইপা মাসেল্নে।। য়ীপীঙ্ঙানা তিমেল্ তা চায়্নাপা অসিপু।। সীকাপারা সিতারে।। হায়েং পোইরয় চাতোল্না।। নোংয়ায় সুতোল্না নিলাকানে।। হায়্না তিমেল্ মাখুৎসুনা।। থৌতু নুঙ্তা য়ীরম্য়ে।। নুঙ্য়িঅো কৌপাপু।। পোইরয়-তা ফাথীপানা।। নুঙ্কয়্অো কৌয়ে।। লম্লেল্

**লায়খোক্লবা বাহহ্নোক ঃ**

হায়না অথৌবা তেনশিংনখিএ। নোংয়ায় খুমল থীঙ্পাই শারোনবগী তিমেল তা মখুৎশুনা খুৎপাই চেৎনা তা হুনলকপদি নাপী মতোল কক্না শমনা মালেম লৈকং থক্তা য়ুংলরে। বাংখৈ খোইয়া অথৌবনা মখুবাক মতিন থাকনা তাখোক শিংনা নাল্লনা খুদুম চেৎনা পায়, তিমেল তা হুনলকপদদি লাবা থানুং থিৎনা উনবী চফম লেংনা তা পানলবদা অদোন থীঙপাইশাবোনবদি খোয়মা মমায় ওম্না মাইয়োক য়াঙমদনা লাল চেনখিববু বাংখৈ খোইয়া অথৌবানা তুরেল মোংবা ঈশিংবু কালনা চোংদুনা মতুং ইন্নদুনা হয়েল লালবু লালতালখিয়ে। অদোন নোংয়ায় থীঙপাই শাবোনবদি, নোংয়ায় খুমল মরমখৈদা তানবা ফংলবগী লুবেল মকোক কক্না থৌনাও লেনথোং লেনলে। অকক্পা মকোক অদুবু তৌগী পোলাং শাদুনা হাপ্পগা তৌথোপ খল্লাংনা হবাও মথোই কানা মাইথোং মকা লাম্না ময়ুম মকৈ পাংনা লাক্লে। অদু নোংদগীবু তুপী খোয়হৌবা পাৎয়াই কোলথল-লা। য়ীমু কোলমাঙ্-লা লাহে তোললোঙ্লাই লা শোইয়াম্বা। বাংখৈ খোইয়া অথৌবনা বায়থৌ লমলোক-লা। নোংয়ায় থীঙপাই শারোংবা নোংমল-লা-ও তৌনা কৌয়ে। লমলেল্ শাইচীঙ্ লাবোংকোল বায়থৌ লমমাহলদা চায়না খোংফোলনবা অসিনাসু লোইবা লৈতরি ৫।।⁂ ।।৫।।

**৬**

**খুমল হাওখোং শিনাইখু ১সুং বখৈ আখোংসিঙকরেং চায়নবা**

লমলেল্ লমদম কোমচীঙ্ খোয়মাহাওদা অঙম্বা মশেল চায়না খোংফেলনববুসু লৈরিয়ে। অদোল নোংয়ায় হাওখোংশিনাইখু থোইনা অথৌবগা। পোইবৈ মৈতৈ লৈবাক্কী বাংখৈ লাইকোক পাম্বা অখোংসিংকবেং থোইনা লালদা থৌবগা তলবা হামেংনা কননা চীয়েনবগুম, কাওবেল ষণগী মতৌগুম্না চিখোঙ তৎনা বাইনবখিবগুম্না মরোং তাগী চুং ফুনা তিমেল্ মখুৎশু তা চায়নখিববু লৈয়ে। নোংয়ায় খুমল হাওখোং শিনাইখু অথৌবগী তিমেন মখুৎশু তানা হুনবদি শোয়রেল ফুমপীদা পানতুনা তোকলে। পোইরৈ মৈতৈ বাংখৈ লাইকোক পাম্বা অখোং সিঙকরেং অথৌবগী তিমেল তা মখুৎশুনা অমুক হুনলকপদি খোয়না নাপী মতোল কক্না শম্না মালেম লৈকং থক্তা য়ুংলে। পাথৌ-ও। ইবানিমকতি পোইরৈ লৈবাক্তা লমকেৎপা খুমল লমথোইবা মশেল্পনে। ইবানিমক্কা তিমেল তা চায়নবা অসিবু শিনগবরা শিনদেয়ে। হয়েং পোইরৈ মৈতৈ অমসুং খুমলগী ইচা ইওশিংনা ঝারী ওইনা ঙাংনা শক্রহৌগনি হায়না তিমেল তা মখুৎসুনা থৌদু নুঙ মথক্তা ইরম্মে। অদুগীবু নুংয়ি-ও কৌববু। পোইবৈ তাবা থীবশিংনা নুঙকৈ-ও কৌয়ে। লমলেল

* বায়থৌ ঃ বাইথৌ চীঙচেংতা লাই অমা লৈপনে। আতুকি নোংপোক পাংপাতা কোম অমা লৈপাতো, আতুতা লৈপা লাইকী মশকতী হুই আমুপীকী মাশকনে, মাচিন অনি পানয়ে। আতুনা সাচিফু থাতা। লংমাইচিঙ মতোল তমনা পাইবাপাতী লৈপাক লাংই, ফংতে ওককী ঈনা লাংলু (ইবাংলোন)

**পুরাণী চপ চাবা বারোল**

কোয়্চীঙ্ কোমাহাও।। নুঙ্য়ী চীঙ্ময়্খাতা ।। চায়্না খোংফেল্নাপা আতুসু মাতোম্তে ।। ৬।।✳।। ৬।। লম্লেল্ বায়সাপল্তোল্য়া।। য়োয়্পা ফানাম্পা সীঙ্চেপ্ নান্পাল্খল্।। আখোং খরাচীঙ্গারম্।। পোল্পী বায়্রংচেক্ না হুম্নারম্।। অম্পা লম্লাং লাংচাল্ লেংনা য়ী নামুং।। কাওরেল্ ঙৌপা য়ীম্চোংপা।। খোইমোম্ লাইহৎকোল্।। তা।। চায়্না খোংফেল্নাপাপু লৈয়ে।। আতোল্ নোংয়ায়্ বাহেঙ্ খম্কোইপাকা।। লংমাই ককলেল্ সীখম্কোইপাকা ২ মানা চায়্না খোংফেল্নাপাতী।। নোংয়ায় বাহেঙ্ খম্কোই পা।। তিমেল্ মাখুৎসুনা ফেল্লাপাতী।। সোইরেল্ ফুমপীথক্তা।। খোয়্মা লাংপান্তুরে।। লংমাই ককলেন্ সীখম্কোইপা।। তিমেল্ মাখুৎসুনা ফেল্পাতী।। বাহেঙ্ খম্কোইপকি লাপা থানুং থেৎলে।। আতোল্ বাহেঙ্ খম্কোই পাতী।। তুরেল্ বায়্খুপীচাকুম্ নীঙ্না তেনা।। ককলও মান্পল্থোকতা।। পুৎথা পুৎথা চেন্খিয়ে।। লংমাই তিমেল্ মাখুৎসুনা পায়্মা নুংহক্ থেৎলাপকি।। মারিল্ য়াতা চীক্না লাইচা য়ীরান্খিয়ে।। লম্লেল্ লিল্চীক্কোল্আে থোল্নায়ে।। অতোল্ বাহেঙ্ খম্কোইপা।। পুৎথা লাল্চেল্লম্।। বায়্সা লিল্চীক্ কোল্।। চেন্কা লাইকারম্।। লংমাই ককলেল্ সীখম্কোইপা তাপাল্বাই।। লম্লেল বায়্সা পল্য়াতা চায়্না খোংফেল্নাবা আতুসুঙ্ মাতোম্তে।। ৭।। ✳ ।।৭।। লম্লেল্ তাক্নাখা তাক্না লাইআে।। কৌপাতী কাতৌনোংকিন্।। বাংঙম্লোন্ লিল্পা পাল্য়োয়্ নাওহল্ আহল্পী।। মাচী নাওহল্ আহলপা চানু।। বাংঙম্লোন্ লাকহিমোম্* মাসাপী নোংয়ায়্ পুরাম্ খুনৌসিপাপু।। হুল্লালপী।। মাসানৌ চীঙ্য়ায়্ ঙানুচা।। নিংথৌ সরারোঙ্তা।। তাংথাপীনা।। আবাং খোয়্পাচীঙ্ ঙাঙ্লেল্তা পালপা হয়্।। হয়্রাঙ্ খম্কোইপা।। তাওচীঙ্ লোঙ্চুমপাপু।। পোল্চেং লাইচম্ থন্না।। তাওচীং হয়্চেল্নাওয়্তা ।। বাংঙম্লোন্ খোংঙাইথোঙ্না।। সানৌ চীঙ্য়াই ঙানুচা।। নিংথৌ সরারোঙ্আে।।

**লায়খোক্লবা বাহস্তোক :**

কোইচীঙ্ কোইমা নুংয়ি চীংমৈখাদা অঙস্বা মশেল চায়না খোংফেলনবা অসিনসু লোইবা লৈতরি।। ৬।।-✳ ।।৬।।

৭
**খুমল বাহেং খমকোইবা ১সুং লমোই ককলেন সীখমকোইবগা চায়নবা**

লমলেল লমদম বাইশা পনদোলয়া। য়োইবা শীংচেপ নানপল্ খল। অখোং খবা চীঙ্গ-লম। পোনবী বাইরং চেকনা হুমনা-লম। অম্বা লম্লাচাল লেংনা ঈ নামুং। কাওরেল শন অঙৌবা য়ুমচোংবা খোইমোম লাইহৎকোলদা, অঙস্বা মশেল চায়না খোংফেলনখিবনু লৈরিয়ে। অদোল নোংয়ায় বাহেঙ খমকোইবগা লংমাই ককলেন শীখমলোইবগা মখোয় অনিমকনা অঙস্বা মশেল চাংয়েংনা চায়না খোংফেলনবদি। নোংয়ায় বাহেঙ খমকোইবগী তিমেল তা মাখুৎশুনা তাঙ্কলকপতি শোইরেল ফুম মথকতা হৌবা নাপীবু লেংফাৎতুনা য়ুংলে। লাংমাই ককলেন্ সীখমকোইবগী তিমেল তা মখুৎশুনা তাঙ্কলকপদি বাহেঙ খমকোইবগী লাবা থানুং থেৎনা তাপাললে। অতোল বাহেঙ খমকোইবদি। তুরেল বায়খুবীচাগুম মতুং হননা হননা কফুৎ কনাই মরকতা পুৎথ-পুৎথানা চেনখিয়ে। লংমাই অথৌবাগী তিমেল তা মখুৎশুনা তাঙ্জিন থুমনা য়ুংলবগী মরিন য়াদা চীকনা লাইজা ঈশিং ঈরানখিয়ে হায়বগী লমলেল্ লিলচীক কোল-ও মিংথোলনৈয়ে। অতোল বাহেঙ খমকোইকনা পুৎথা পুৎথা লালচেল-লম। বাইশা লিলচিক কোল। চেনগা লাইকা - লম। লংমাই ককলেল্ সীখমকোইবা তাপাল-বাই। লমলেল বাইশা পালতোলয়াদা অথৌবা মশেল চাংয়েংনা চায়না খোংফেলনখিবা অসিনসু লোইবা লৈতরি ।। ৭।।-✳ ।। ৭।।

৮
**নিংথৌ লাইহিতোক পুরাংসু ১সুং খুমল পুরামপুরামসুগা চায়নবা**

লমলেন লমদম তাকনখা তাকনা লাই-ও। কৌখিবদি করি তৌখিবা নুমিৎতগী কৌখিবনো হায়রবদি - বাঙমলোন নিংথৌগী মচানুপী ইবেম্মা লিলপা পালয়োই নাওহল অহনবী। মচী নাওহল অহলবা চনু কাংহুজম চনুদি নিংথৌজা চনু নিংঙোল শাফবী মশাবী নোংয়ায় খুমল পুরাম খুনৌশিবু থৌওইনা তৌদবী মশানৌ চীঙ্য়াইঙানুচা, নিংথৌ শবারোঙগী লোইনবীনা, অবাং খোয়বা চীঙ্ঙাঙলেলদা পালবা হৈ হৈমাং হৈদি খমগোইবা, তাওজীং হৈদি লোঙজুম্ববু থুম্মোক থলনা হৈহেকঙৈদা। শানৌ চীঙয়াইঙানুচা নিংথৌ শরারোঙ-ও।

*বাংঙলোন লাকহিকোম : বাঙমলোন লাকহিকোম হায়না তেংথানবদি নিংথৌজা ওইবা কাংহুজম চনু নিংঙোলশিংদা তেংথানগনি। (পেলোন তেংথা নং ১)

**পুয়াগী চপ চাবা ঋরোল**

লম্লেল্ হাওরৈ লাইনা পাংপাআর্তী।। য়ীপাম্ পোইরয়্ লম্।। লম্লেল্ কোংপারুপু মাল্লয়ে।। হাওরৈ খানা পাংপা আসীতী।। নায়ীম্ নোংয়ায়্ লয়্তাঙ্।। য়ুম্মোইকোল্পু।। কারম্ মাল্পানো হায়্না।। সামু খুৎপু থিল্লনা তাক্লম্‌য়ে।। আতু নোংকিপু।। লম্লেল্ তাক্না[1] রাইতাক্নাখাআে।। থোল্নায়ে।। লম্লেল্ তাকনা রাইতাঙ্ চায়্না খোংফেল্নাপাপু লইয়ে।। নিংথৌ লাইতোঙ্ পুরাসুকা।। খুমল্ পুয়াম্ পুরাম্সুকা।। নিংথৌ লাইতোঙ্ পুরাম্সুকি।। তিমেল্ মাখুৎসুনা ফেল্লাপাতী।। ককল্ লুমায়্ লেংনা।। সোইরেল্ ফুম্পী তুরে।। আতোল্ পুয়াম পুরামসুকি।। তিমেল মাখুৎসুনা ফেল্লাপাতী।। খোয়্মা খাঙতপ্ সমনা।। পান্পী লাংপান্তুরে।। সেল্লোয়্ মাপাতাও ২ মাতী।। পাওহংনাখিয়ে।। পাথৌ নিংথৌ লাইতোঙ্ পারাম্সুআে।। তিমেল্ নাখুৎসুতী।। কারি খোক্নো।। খোক্লাং মামীৎসুঙ্ ক্যা সুপানো।। পাওহংপাপু হোয়্তা পাথৌআে।। আবাং নোংনেম্ চাখুল্খোক্।। চীঙ্তায়্ আরোল্ সৌপোল্ লোইকেল্খোক্।। কংলা ময়্চেল্ খোক্নে।। খোক্লাং মামীৎসুঙ ৯ পাল্‌য়ে।। হায়্না পাওখুম্খিয়ে।। তৌয়ীকির্তী।। পাথৌ পুয়াঙ্ য়াঙ্পা পুরম্সুআে।। খোক্লাং নম্পুনা খুৎশুতী।। করি খোক্নো।। খোক্লাং তাংমীৎসুঙ ক্যা সুপানো।। হোয়্তো পাথৌআে থংচীঙ্ কোয়্রেল্ খোক্।। খোক্মারোয়্ খোক্তাংচুম্ খোক্।। কে কে খোক্ লোয়্নুরাপী ময়্চেল্ খোক্নে।। খোক্লাং তাংমীৎসুঙ্ ৭ পাল্‌য়ে।। হায়্না পাওতাক্খিয়ে।। আতু নোংকিপু তাক্না।। খোক্লাং তাক্আে কৌয়ে।। লম্লেল্ তাক্না রাই তাক্নাখা

**লায়খোঙ্কবা ঋাহহোক :**

লমলেল লমদম অবাং মায়গৈ থংবা লমদম অসিদি ইপাম লমদম মৈতৈ পোইরৈগী লম, লমলেম কোংবারুবু মাললে। খা মায়গৈ থংবা লমদম অসিদী নয়ুম নোংয়ায় খুমল লম লৈতাঙ্ য়ুমমোইকোলবু করমনা মালবনো হায়রদুনা শমু খুৎপু থিনদুনা তাকলম্মে। অদু নুমিৎতগীবু লমলেল্ লমদম তাকনা লাইতাঙ্খা-ও তৌনা থোলনৈএ-।

লমলেল লমদম তাকনা লাইতাঙ লমদা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনো চায়না খোংফেলনববু লৈরিয়ে। নিংথৌ লাইতোঙ্ পুরাংসুগা, খুমল্ নোংয়ায় পুয়াম পুরামসুগা অনিমক্কা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনঙৈদা, নিংথৌ লাইতোঙ্ পুয়াংসুগী তিমেল তা মখুৎশুনা খুদুম চেংনা পাইনা তা ছনলকপদি। ককল লুমা লেংনা শোইরেন ফুমবী মথকতা তানা য়ুংলে। অদোন নোংয়ায় পুয়াম পুরামশুগী তিমেল তা মখুৎ শুনা অমুক তা ছনলকপদি খোয়মা নাপী ময়াই ককনা শমদুনা নাপী মরক্তা তানা য়ুংলে। শেনলোই অথৌবা পাথৌ অথোইবা শামাল লেংমাননবা অনিমক্কা ঋাহং পাওহংনখিয়ে। পাথৌ নিংথৌ লাইতোঙ পুরাঙ্সু-ও। তিমেল নহাক্কী খুৎশু তাগী তাখোকতি করি খোকনো? খোকলাং মমিৎনা কয়া পানবনো হায়না ঋাহংববু হোয়তা পাথৌ-ও। ঐগী তাখোক অসিদি অবাং নোংনেম চাখুল খোক। চীঙ্দাই অরোন শৌবোন লোইকেল খোক্। কংলা মৈচেল খোকনে। খোকলাং মমিৎসু মাপল পাললে হায়না পাওখুম খিয়ে। অদু ওইরবদি পাথৌ পুয়াঙয়াঙবা পুরমশু-ও। নহাক্কী খোকলাং লম্বু তা নখুৎশু অদুদি করি খোকনো ? খোকলাং মতাং মমিৎনা কয়াশুনা পানবনো হায়না অমুক হংলকএ। হোয়দা নোংয়ায় পাথৌ-অথৌবা-ও। থাংচীং কোয়রেন খোক, খোক মরোয় বা, খোকরাদি মতাং চুম্বা খোক, কেগে লমগী খোকলোয়নুরাবী মৈচেল খোকনে। খোকলাং ঋাগী মতাং মমিৎসু তরেৎ পাললে। হায়নবু পাওতাকখিয়ে। অদু নোংদগীবু তাকনা খোকলাং তাক-ও তৌনা কৌনখিয়ে। লমলেন লমদম তাকনা লাই তাকনখা,

১তাকনা লাইতা (তাকতা) : তাকনাকি লাইফমতা লৈপাতী হিকি মাশক মালপা লাই অমা লৈপানে, মচুতী লইচিল মচুকুমপানে। য়ীলাং লৈতে। কোনয়াই পু অমা হুনতুনা খুরুমজো। অতৌপা য়ীসিং লাইখুং খুংপা তৌতোং খুংপা কাপানে। (হৈরাংলোল, লঃ ৫)

**পুন্নাগী চপ চাবা ব্বারোল**

তাক্‌না খোক্‌লাং তাকতা।। চায়্‌না খোংফেল্‌নাপা আতুসুঙ্‌।। মাতোম্‌তে।। ৮।। ✳ ।। ৮।। লম্‌লেল্‌ মাতাইমা।। নোংয়ায়্‌ খোঙ্‌কন্‌য়াঙ্‌ আয়াঙ্‌পানা।। পাল্‌লেম্‌ মামা তম্‌পাক্‌ লয়্‌হৌনুচা।। লংমাই পায়্‌পং লৌথীপাকি।। মাসোইফম্‌ সায়ু লৈরাংসোয়্‌।। ঙাতেক্‌ ঙানৌসোয়্‌কি।। খারায়্‌ চাংতোল্‌ থক্‌কি।। লীক্‌লাং পুক্‌তা য়েপ্‌না।। ব্বাকয়ম্‌ মাখুনেক্‌তা।। সামু মাখোঙ্‌ ২পু কারন্‌ ২ চোংচল্‌খিয়ে।। লংমাই সিংলীয়াঙ্‌ আয়াঙ্‌পা লীক্‌তাল্‌লম্‌।। আতু নোংকিপু লম্‌লেল্‌ খোঙ্‌রালপী।। কৌপাপু পোইতা ফাথীপা।। ব্বাংঙম্‌* হায়্‌মন্‌ তাল্‌পানা। লম্‌লেল্‌ খোঙ্‌ক্রাংপীঅো তৌনা কৌয়ে।। লম্‌লেল্‌ খোঙ্‌ক্রাংপীতা।। চায়্‌না খোংফেল্‌নাপাপু লৈয়ে।। নোংয়ায়্‌ হাওখোংসিনাইখু আথৌপাকা।। পোইরয়্‌ ময়্‌তৈ তেংলয়্‌মাকা, আম্‌পাকা।। তল্‌পা ২ মা চায়্‌না খোংফেল্‌নাপাতী।। পোইরয়্‌ ময়্‌তৈ তেংলয়্‌ মাকাআম্‌পাকি।। তিল্‌মেল্‌ মাখুৎসুনা ফেল্‌লাপাতী।। খোয়্‌মা লাংতোল্‌সম।। হুম্‌ফু নায়াহেপ্‌লো লাইচা য়ীরোল্‌নুংতা তাখিরে।। নোংয়ায়্‌ হাওখোংসিনাইখুনা।। তিমেল্‌ মাখুৎসুপু।। খুৎপাক্‌ তিল্‌লাই মেল্‌।। খোক্‌লাং পম্‌সীৎনানা।। তাঙ্খল্‌খিপাতী।। তেংলয়্‌ মাকাআম্‌পাকি।। ফইব্বা মাতাল্‌তুরে।। তেংলয়্‌ মাকাআম্‌পানা।। পুরুম্‌চাখিয়ে।। পাথৌ নোংয়ায়্‌ হাওখোংসিনাইখু।। আথৌপাঅো।। অয়্‌পু লূরক্‌ কাঙ্‌তৈ থীপীকুনো।। অয়্‌সুঙ্‌ হায়েং য়াইখোঙ্‌সীরম্‌লেল্‌তা।। ব্বায়রা নাসাঅোই।। হুয়েল্‌ নারাল্‌ অোইঙাম্‌কে।। অয়্‌না মাইমায়্‌ চীন্‌অোন্‌লাপাতী।। তিমেল্‌ নানুংচঙ্‌না।। সাথী ব্বাচুম্‌সুনো।। হায়খিয়ে।। পাথৌ তেংলয়্‌ মাকাআম্‌পাঅো।। তৌয়িকিতী।। হায়েং নোংয়ায়্‌ য়ীপুঙ্‌

**লায়খোক্রুবা ব্বাহস্তোক :**

তাকনা খোকলাং তাকতা, অঙম্বা মশেল চায়না খোংফেলনখিবা অসিনসু লোইবা লৈতরি।। ৮।। ✳ ।। ৮।।

লমলেল্‌ লমদম মফম অমদি - নোংয়ায়্‌ খুমল্‌ খোঙ্‌কনয়াঙ্‌ অয়াঙ অথৌবা পম্রেম মমা তম্পাক লৈহৌনুচানা, লংমাই পায়পং লৌথীবগী মশোইফম, শায়ু লৈরাং শোয়, ঙাতেক ঙানৌ ফাফম শোয়গী মফমদা থরায় চাংদোল থক্তগী, লীকলাং ঙক্তা শিথবু পুকতা য়েপনা, ব্বাকয়ৈ হিদি মাগী খূনেৎহিদা শামু মখোঙ অনিমকপু কারলননা চোংশিনখিয়ে। লংমাই শিংলিয়াং অয়াঙবা লীকতাল-লম। অদু নোংদগীবু লমলেল্‌ খোঙলানবী কৌনখিববু পোইরৈ তাবা থীবা, ব্বাংঙম হায়্‌মন তানবনা, লমলেন খোঙ্ক্রাংবী-ও তৌনা কৌয়ে। লমলেন লমদম খোঙ্ক্রাংবীতা অঙম্বা মশেল চায়েংনা চায়না খোংফেলনখিবসু লৈরিয়ে। নোংয়ায় খুমল হাওখোংসিনাইখু অথৌবগা পোইরৈ মৈতে তেংলৈমাকাআম্বাগা তনবা অথৌবা অনিনা অঙম্বা চায়েংনা চায়না খোংফেলনঙৈদদি, পোইরে মৈতে অথৌবা তেংলৈমাকাআমবাগী তিমেল তা মখুৎশুবু খুদুম চেৎনা পায়না তাঙ্খলকপদি খোয়মা নাপী কক্‌না লাংতোল মরক শম্না হুম্ফু নায়া হেপনা লেংদুনা লাইজা ঈশিং ঈয়োননুংদা তাখিয়ে। নোংয়ায় খুমল অথৌবা হাওখোংসিনাইখুনা তিমেল তাদি মাগী মখুৎশুবু খুবাক মতিন তিলাং থাক খোকলাং শিংনা নাল খুৎতুম চেৎনা পায়না তা তাঙ্খলকপদদি তেংলৈমাকাআমবাগী ফৈরা ফৈগলদবু পাললে। তেংলৈমাকাআমবানা খুরুমজখিয়ে। পাথৌ মরূপ নোংয়ায় হাওখোংসিনাইখু অথৌবা-ও। ঐবু লুরেল ইকোক ইঙক ককপিগনো। ঐসু হয়েং লাইরমলেন অশি লম্বীদা নহাক্কী বায়রা নশা ওই, হুয়েল নরাল ওইঙামগে, ঐনা হায়রিবসি শোয়রবদি নহাক্কী য়ুংলিবা নখুৎত তাশিনা শাখি ব্বাচুমনা খঙসনো হায়খিয়ে। পাথৌ তেংলৈমাকাআমবা-ও, তৌবগীদি হায়েং নোংয়ায় খুমল্‌

৯
খুমল হাওখোং সিনাইখু
১সুং মৈতে তেংলৈ
মাকাআমবগী চায়নবা

*ব্বাংঙম : নিংথৌজা শন্নাইবু খঙনৈ। ব্বাংঙমলোন হায়না তেংথাবদি নিংথৌজা শন্নাইগী চনু নিংঙোল ওইবীশিংবু খঙনৈ। (পেলোন তেংখা লা : ১)

**পুরাগী চপ চাবা বারোল**

য়ায়তা।। য়েন্পঙ হীরোইচল্।। লাক্থা লাল্মিং থানারুকে। খুমল্ কংলাতোংলেঙ্ য়ায়তা।। কংলা লাল্পাও তম্লুকে। ফইরা নাতাল্তুপাকি।। ছয়েল্ তলতুসকলুকে।। তিমেল্ তা ঙাঙ্তয়পাকি ছয়েল্ লাপাও তম্লুকে।। তেংলয় মাকাআম্পানা।। অয়না মাইময় চীন্অোয়্লাপাতী।। তিমেল্ তা ঙাঙ্তম্পাপু।। খাম্পী ময়তা হিক্না।। সাখী বাচুনাঅো হায়খিয়ে।। নোংয়ায় হাওখোং সীনাইখুনা।। তেংলয় মাকাআম্পাপু।। লুরক্ কাঙ্তৈ থিতানা।। নোংয়ায় মাপুঙ্ য়ায়তা।। হল্বাইরকলে।। তেংলয় মাকাআম্পা।। মরোং চয়চেল্পা।। থীঙ্লও য়াথাপাসুঙ্।। পোইরয় মাপল্ লমতা হল্বাইরক্লে।। হায়েং লোইতাম্ থাসিরা।। লাঙ্হই কুম অোন্লাপাতা।। নোংয়ায় হাওমাপা খুমল্ নাওতা আসেপানা।। মইতিংঙ্ নোইনাই খুমোম্পাকি*।। মামোম্ তম্পা বাঙমলোন্।। লময়াই কোয়রেল্ থাল্পীকি তামক্পু।। নোংয়ায় কাওচাচৎ।। আতোল্ মলচা হোলঙয়তা।। তেংলয় মাকাআম্পাতী।। য়েংথাঙ্ চারি খমনা।। কংলা থৌগাপাপু।। নোংয়ায় হাওমাপা।। খুমল্ নাওতাতোল্ আসেপানা।। পাওহংখিয়ে।। পাথৌ তেংলয় মাকাআম্পা নঙ্তী।। কারি অোইনা কংলা থৌগাঙাম্পানু।। নঙ্পুতী। আয়ীম্ নোংয়ায় হাওখোং সিনাইখুকি।। বায়রা মাসাঅোই।। ছয়েল্ মারাল্ অোইপা নৎতাপারা।। খমলয় মিনুংকোল্ সাবা মীখুরোন্কি।। হল্বাইরক্পারা।। পাথৌ তেংলই মাকাআম্পা নঙ্পুতি।। নোংয়ায় হাওখোং সিনাইখুনা।। য়েন্পঙ হীনোই মাচল্নারে।। লাক্থা লাল্মিং মাথানারে।। আতোল্ তলতু সকনারে।। হায়না পাওহংপাপু।। তেংলয় মাকাআম্পানা পাওখুমখিয়ে।। নোংয়ায় হাওমাপাঅো।। অয়তী খোইমোম্ লাইসুঙ্ নৎতে।। খমলয় মিনুংকোল্কি কারম্ হল্বাইরক্কাপানো।। হাওখোংসিনাইখু।। আতোল্ চীন্নেন্পা

**লায়খোক্পবা বাহম্বোক ঃ**

ইলৈপাক্তা শাফা লানফারুবগী য়েনপঙ হইরোই চন লাকথা লালমিং থানদুনা শামিং লানশিং কৌনা লৈপাক লৈয়ি চিংনা বাইরা লালকয়কঙৈগী খুমল কংলা তোংলেঙ য়াইদা চংদুনা কংলা লালপাওদি তমলুগে, ফৈরা নতাল তিমেল তানা য়ুংবদি ছয়েল শাফা লানফা লালঙম ঈশৈ শকলুগে তিমেল ইখুংগু তা, ঈঙাঙ তৈবগী ছয়েল লাঙমলালপাও তমলুগে। মৈতৈ তেংলৈমাকাআম্বা ঐহাক্রাসু মাইমৈ ওইদবা বানা চীনওইলাবদি নঙগী তিমেল তা ঈঙাঙ তৈথিবাসিবু খামবী মৈদা ইকনদুনা শাখী বাচুমনৌ-ও হায়খিয়ে। নোংয়ায় খুমল হাওখোংসীনাইখুনাসু তেংলৈমাকাঅম্বাবু মকোক লুরেল কক্তনা, নোংয়ায় খুমল মরৈপাকতা হল্লকলে। তেংলৈমাকঅম্বাসু মরোং চুংগুতাগা লোয়নলা মায়থীরবা অমা ওইনা পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক মরমদমদা হল্লকলে। মতুং লোইদাম থাশিং হৌখিবনা লাঙহৈ কুম চহী ওনলকলবা কুমদা, নোংয়ায় খুমল্ হাওমাপা খুমল্ নাওতা শৈশকপানা । মৈদিংঙু লোইনাই খুমোমবগী মচানুপী ইবেম্মা বাংঙমলোন লময়াই কোয়রেল থালবী চনুবু নোংয়ায় খুমলগীদমক হায়না শিনদুনা কাগোক হানবা চৎঙৈদা তেংলৈমকাঅম্বদি অঙম্বা ফিজেৎ লৈতেংনা কংলা থৌগী থৌকারকপবু উঙৈদা নোংয়ায় হাওমাপা খুমলনাওতা অশৈবনা পাওহংখিয়ে। পাথৌ তেংলৈমাকআম্বা নঙদি করি ওইনা কংলা থৌবু থৌগারমবনো? নহাকপুদি। খুমল লৈপাক্কী নোংয়ায় হাওখোংশিনাইখুগী বাইরা শাফা ওই ছয়েল লালফা ওইরবা নৎতবরা । খমনুং অশি লাইরৈপাকতগী অমুক করমনা হলক্নুনা হিক্সৎলকপরা? পাথৌ তেংলৈমাকাআম্বা নঙদি নোংয়ায় হাওখোংসিনাইখুনা শাঙম লালঙম্বগী য়েনপঙ হইরোই মচলনা শমিং লানমিং কৌনা লাকথা লালমিং মথানরে শাফা লালফা লালঙম ঈশৈ শরুম্রে হায়না পাওহংলুববু তেংলৈশাকাআম্বনা পাওখুমখিয়ে।। নোংয়ায় হাওমাপা-ও। ঐদি খোইমোম লাইসু নৎতে, খুমনুং অশি লৈবাকতগী করমনা হনলকপা ঙমগনি। হাওখোংসিনাইখুবনা অদোল নোংয়ায় ওইদা ঙাঙবা চীম্থিবা

*মৈদিংঙু লোইনাই খুমোমপা। (মৈদিংঙু লোইনাই খুমোমবা) ঃ মৈদিংঙু চীংথং লাম্বাবানা নিংথৌ পোকপী পায়দুনা পুরাহ্ন্বপা খুমোম্বগা পোকএ। অনিমা নিংথৌ ওই। মৈদিংঙু খুমোম্বনা য়াংলৈঙবী পায়দুনা চহি তরামক্তা মৈতৈ নিংথৌ ওই। মানা পায়রম্বা খাঙগী মমিংদি কপ সেন্ লাইরোবা কৌয়ে। (নোংব্রং/চৈকু লঃ২৪/নিংথৌ খাঙ)

**পুয়াগী চপ চাবা বারোল**

খুমল্ নাবাংবানা।। অইপু করি আোইনা।। হুয়েল্ তল্তু সক্খিপানো।। তল্পা য়ীতিক্ নাতে।। কাওরেল্ য়ীপা নৎতে।। হায়্না তকলও সিতং সোল্ সিল্নায়ে।। তাংজা য়ীকাই বাকি য়াথং বাপয় হায়খিয়ে।। হায়েং নোংয়ায় মাপুঙ্ য়ায়তা।। কংলা থৌগাপাতা হাওখোং সিনাইখুতা পাওহংখিয়ে।। নঙ্তী আয়ীম্ নোংয়ায় লয়কোইপুঙ্তাতী।। তেংলয় মাকাআমপাপু।। হুয়েল্ তাল্তুম্ সক্নাপাতি।। তেংলয় মাকাআম্পাতী।। য়েৎথাং চীরিখম্না।। কংলা থৌগা ঙামপাপু বুরক্য়ে।। তেংলয় মাকাআম্পানা।। হুয়েল্ মারাল্ নৎতে হায়্রক্য়ে।। হাওখোংসিনাইখুনা।। নোংয়ায় মাপাচাপু তাঙ্চা য়ীকাইখিয়ে।। লাহাল্ হায়্না নোংকিপু লৈবনে।। তিমেল্চা ঙাঙ্তয়্পা নঙ্না বাচুম্আো।। হায়্না তিমেল্ মাখুৎসুপু।। থাম্পী ময়্তা থাথোক্লে।। তেংলয়্মাকাআম্পাতী।। আমল্নোংগা য়াঙ্লে।। নোংয়ায় কংলা থল্পানা।। তেংলয়্মাকাআমপা য়াথং বাপয় হায়্পাকি।। আমল্ নোংকায়াঙলে।। নোংয়ায় কংলা থেল্পানা।। পুঙ্নীঙ্ থাচা থোইখিয়ে।। হায়তাপারা।। লম্লেল্ থোঙ্ক্রাংপীতা চানাপা আতুসুঙ্ মাতোম্তে।। ৯।।✱ ।। ৯।। নোংপোক্ লাইনা পাংপারম্।। অবাং সায়েপ্ লোল্ খল্লাং।। থুম্পী লয়্হৌ চীঙ্।। তা।। চায়্না খোংফেল্নাপাপু লৈয়ে।। সায়েপ্ লোলম্ল্লাং থুম্পী লম্হাওচীঙআো।। কৌপাতী কাতৌনোংকিনো।। মাপল্ লীঙ্লাপীচা নোংতংনু লিল্কোয়্কি।। থোইতোম্ মাল্তোম্* ২ মানা।। য়াওরও সাতাল্পাতা।। থাম্পী ময়্চেল্নারে।। সঙ্তীঙ্ মারোল্ লুপু হাওতুমা হাওনা চাক্লে।। লয়্হাওআো থোল্নায়ে।। চক্মোম্ কল্পাতা।। চয়্রয় মায়িল্ ফিপু থুম্না চাক্লে।। থুম্পীআো কৌয়ে।। য়াওরও সাসুঙ্ পামেল্ বুকারক্তা।। য়েপ্না সিরময়ে।। আতুকিপু সায়েপ্আো কৌয়ে।। আংবাং সায়েপ্ লোল্মল্লাং থুম

**লায়থোক্রবা বাহস্তোক ঃ**

খুমল নবাং, লমহেনবনা ঐবু করি ওইনা খন্দুনা হুয়েল লালঙম লালফা ঈশৈ শরুবনো ঐগা লম্বা পাবা মতিক নত্তে। কাওরেল ইপা মতিক চাবা নত্তে। হায়না থওই উশিংতা তকশি শোনশিন্নেএ। মমাই মাইথোং ইকাইজা বাদগী ওইদ চুমদবা অরানবা মীনম বাহৈ হায়খিয়ে। অদুই মতুং নোংয়ায় খুমল লৈপাক্তা খুমল কংলা য়াইপুঙ থৌগারকপদা হাওখোংশিনাইখুদা বাহৈ পাওহংখিয়ে। নহাক্তি খুমল ঐখোয়গী ইরৈপাক নোংয়ায় ইরমদম লৈকোইপুংদদি তেংলৈমাকাআম্বাবু শাফা লালফা ওইনা লালফা ঈশৈ শরুবদি তেংলৈমাকাআম্বাদি অঙম্বা ফিজেৎ লৈতেংনা মৈতৈ কংলা থৌগারকপাবু ইমিৎমক্না উরকয়ে। তেংলৈমাকআম্বানাসু হুয়েল লালঙমখিবা নৎতেসু হায়রকয়ে।। হাওখোং শিনাইখুনা, বাহৈশিংদু তাবদা নোংয়ায় খুমল লৈপাক্কী মপা মতোল মরুপ মপাং মচা মনাওশিংগী মমাংদা মথনতা ইকাইজখিয়ে। নহাল অদুঙৈ হায়নখিবা বারম থৈবিকপু লৈবনে। তিমেল ঐগী ইখুৎসুতা ঈ অঙাঙবা তৈরকপা নহাক্না বাচুমলকও হায়না শোলদুনা তিমেল তা মখুৎশুবু খাম্বী মৈদা ইকনা থাদোক্রবদা, তেংলৈমাকাআম্বা ওইনা বাপৈ হায়বদি খঙহৌদনা শিরে। খুমলগী অঙম অথৌ ফম্বাই অথৌবশিংনা তেংলৈমাকাআম্বানা ওইদবা বাপৈ হায়বগী শিবনে হায়না নোংয়ায় খুমল কংলা ফম্বৈ ফম্বশিংনা মপক্কিংদা হেন্না থাজা থোইখিয়ে হায়নখিদবরা। লমলেল লমদম থোঙ্ক্রাংবীদা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনা অথৌবা মশেল শকয়েং লেংঙানখিবা অসিনসু লোইবা লৈতরি।। ৯।।  ।। ৯।।


নোংপোক মাইকৈ থংবা লমলেল লমদম।

**১০**

**অঙোম হিজালাঙলোইঙম্বা ১সুং কেংগে মোইরাং পুঙক্রাচাগা চায়নবা**

অবাং শায়েপ লোনমল্লাং, থুমবী লৈহৌ চীঙদা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনা চায়না খোংফেলনখিবসু লৈখিয়ে। শায়েক লোলমল্লাং থুমবী লৈহৌ চীঙ-ও কৌখিবদি করি তৌখিবদগী থোনখিবনো হায়রবদি মাপল লীকলাবীচা নোংতংনুগী সনা পীবুকনুংদা নাওপুদুনা থোইতোম মালতোম মচিল্ল মনাও অনি পোকমিন্নবনা য়াওরৌ শা শাদালঙৈদা খাম্বী মৈনা কন্না চাকশিনলক্রদুনা হাকচাংদা শেংনা ইনবা মফি মরোল বাইনা হৌনা চাকলে, লৈহৌ-ও থোলনৈয়ে।। অচাকপা মৈ কনবদা মহাক্কী ইনলকপা ফিবু থুমনা তুমনা চাকলে- থুমপী-ও কৌয়ে। য়াওরৌ শাসু পামেল উ কারক্তা য়েপনা শিরময়ে। অদু নোংদগীবু শায়েপ-ও কৌয়ে। অবাং শায়েপ লোলমললাং

* **থোইতোম মালতোম(থোইদোম মানদোম) ঃ** *চীঙবাংলক্কী পুরৈরোম্বনা লিক্লাবিচা নোংদমনু পান্নদুনা মানদোম থোইদোমগা পোকয়ে, ময়াম্বা মানদোমদি লুহাং ওইজ্রে, অদুগা মনাও থোইদোমদি অঙোম লৈহৌবা মরমনা ইবা মতমদা থোইদোমনা হান্না ইবা থেংনৈ। (শাগৈ শালাইবোল, লঃ ১০/ খাগেম্বা যুম্বী)*

**পুয়াগী চপ চাবা বারোল**

পী লয়হৌ চীঙ্তা।। চায়না খোংফেল্নাপাতী।। আঙৌপা হিতা লাঙ্লোই ঙম্পাকা।। কেকে মোইরাং আোক্চীয়াচা পুঙক্রাচাকা।। মারোয় কেনোঙ্সা আথৌপাকা।। থুমপী লমচলকে।। লয়হাও লম্লোক্কে লাক্পাতা।। সেল্লোই মাতাইমা।। লংমাই মাখন্মাতা চায়না খোংফেল্না।। মরোং চুঙ্ফুনা তিমেল্ তা চায়নাপাতী।। আঙৌপা হিতা লাঙলোইঙম্পানা।। তিমেল্ মাখুৎসুনা নম্না ফারে।। লুরক্ কাতে থি খৌনাও লোল্থোঙ্ লেন্লে।। হক্চেং সম্মা মাল্লও।। লাল্লু চোম্মায় ফোয়রে।। লম্লেল্ থুমপী লয়হৌচীঙ্তা চায়না খোংফেল্নাপা আসুঙ্।। মাতোমামাতে।। ১০।। ⚹ ।। ১০।। হাওরৈ খানা পাংপারম্।। হাওতক্ লমফম্পাল্।। খুখাপামাতুয়া।। খুখাপা মায়তোঙ্পা লাইহোইরম্।। খুখাপা লাইচিংলম্।। লাইরা রয়মা লায়সল্থাল্পী।। মারানুহোঙ্ খোঙ্তোংলম্।। নিংথৌ য়েন্লাংপামল্চংলম্।। থংচীঙ্ কোয়রেল্ নিংথৌ তুসাবাই।। কেকে খাঙ্ত্রা লৈনৌপা পাওচেল্পানা।। তাঙচা লৈকক্লম্ খুখা তোরয়থেক্তা।। চায়না খোংফেল্নাপাপু লৈয়ে।। থোংনাং তাখেন্ কেনোঙসা।। লল্লোন্পা খুকা য়ীরম্ য়ীল্পাকা।। কেকে সাংতোল্ কপা রাকুসু অথৌপাকা।। ২ মাতী।। পাথৌ লল্থোইতাল্পাকিবু হৌনখিয়ে।। থোংনাং তাখেন্* কনেঙ্ লল্আোন্পা।। তোমান্ খাখোয়্ সেৎপানা।। মোইপুঙ্ পোৎতম্পাপু।। লীক্কোল্ খাওচাও হাল্না কা য়াচু সায়্পা।। থাঙ্লেল্ আোইরম্হল্পাকা।। তিমেল্ তাসু তা।। মারোং চুঙ্সুতানা।। থাঙ্লেল্ খুৎনা ফংনা য়াননাপাতী।। টাখেন্ কেনোংসা আথৌপাপু।। সায়েঙ্ মাতাল্পোম্পু।। পাংমা য়ান্থেক্লে।। থোংনাং টাখেন্ কোল্নোং লল্বোন্পাতী।। চারয়্ ফিঙৌ আকুইপাপু।।

**লায়খোক্রুবা বাহস্তোক ঃ**

থুমপী লৈহৌ চীঙদা চায়না খোংফেলনা অঙম্বা চাংয়েংনখিবদি, - অঙোম নিপা অথৌবা হিতালাঙ্লোই ঙম্বগা, কেগে মোইরাং ওকচীয়াচা পুঙক্রাচাগা মাগী লোইনবা মরোয় কেনোঙশা অথৌবগা লোয়ননা থুমপী লমদমবু খুদুম চনগে লৈহৌ লমবু লৌরগে হায়না লাকপদা, শেললোই লমগী মফম অমদা লংমাই লমগী মরমখৈ অমদা অঙম্বা মশেল চায়না খোংফেলনা চাংয়েংনখিঙৈদি মরোং চুঙবু চেৎনা পায় তিমেল খুৎসু তা খুৎদুম চেৎনা পায়নদনা চায়নদুনা চাংয়েংনবদি - অঙৌবা হিতালাঙলোইঙম্বা অথৌবনা মাগী তিমেল তা মখুৎশুনা নমদুনা শামানববু ফারদুনা লুরেল মঙক মকোক কক খৌনাও লোলথোঙ, লেনলে শম্নাং খুদাপ ফানা পায়না লালু মকোক অককপবু ফোইনা লৌরে, লমলেন লমদম থুমপী লৈহৌ চীঙদা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনা চায়না খোংফেলনবা অসিনসু লোইবা লৈতরি।। ১০।। ⚹ ।। ১০।।

১১

হাওরৈ মাইকৈ খানা পাংবা লমদম হাওতক লম্ফমপান খুখাবা মাতুয়া খুখাবা মাইতোঙবা লাইহোইলম, খুখাবা লাইচিংলম, লাইরা লৈমা লাইশনথানবী মরাল লুহোঙ খোঙতোং-লম। নিংথৌ য়েনলাংপামলচং-লম থাংজীং কোয়রেল নিংথৌ তুশা-বাই। কে গে খাঙত্রা লৈনৌবা পাওজেনবনা তাঙজা লৈকক লমখুখা তোরৈ থেক্তা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনা চায়না খোংফেলনববু লৈরিয়ে। থোংনাং তাখেল ময়াং কেনোঙশা লৈবাক কোয়না চৎনা লল্লোনবা খুগা য়ীশিং য়ীরম য়ীল্লকপগা, কেগে শাংদোল কবো রাকুশু অথৌবা মখোয় অনিমক্তি পাথৌ অথৌবনা ললথোই তাল্লবগীবু হৌনখিয়ে। থোংনাং ময়াং তখেন কনোঙ লল্লোনবা তোমান খাখোয় ফিশেৎপা মোইবুঙ পোৎতম-পু, লীককোল খাওচাও হাল্লনা য়াল, কা য়াচুম্না শায়না চাবনা থাঙলেল ওইরম য়ানবগা তিমেল তাদি খুৎশু পায়দ মরোং চুঙসু পায়দনা থাঙলেল মখুৎশুনা হাকথেননা ফংনা য়ানথেক্লবগী। তখেল কেনোংশা অথৌবগী শায়েঙ মখুৎ মতাল পাম্বোম নামাবু য়ানথেক কক্থৎল্লে। থোংনাং ময়াং তখেল্ কেনোঙ্ সলওনবদি চরৈ ফিদি অঙৌবা ফি অশাংবা

তাখেল কেনোংশা ১সুং কেগে শাদোলকপা অথৌবপা চায়নবা

* থোংনাং তাখেন ঃ তাখেল কুমফিরোলদি মৈমিংল্লু নিংথৌ খোমপা হাকথক্তা পোরকপা কুমফি গুলবা য়িলপা কলওসিংকি য়ুমতি - ফুপাতাপা ( তাখেল কুমফিলোল)। তেসারোংনা পোকয়ে কৈকন মচানে। ( খুম্বারোল )

**পুন্নাপী চপ চাবা বারোল**

কাইরয় য়েল্লুমকু মাহাল্না।। তায়ম্ নাই আেন্কে লাক্পাপু।। খুকা য়ীমায় মেল্না নোংহাঙ্লে।। থোংনাং তাখেন্ কনোংসাকা।। কেকে সাংতোল্ আথৌপাকা।। চায়্না খোংফেল্নাপা আতুসুঙ মাতোম্তে।। ১১।।✳।।১১।।
কে কে লম্লেন্ মাতইমা।। ঙাইতে লওকোল্নুং কোল্নুং আচাল্পা।। লয়্মায়ায় ঙায়্তে পল মরু চেকায় লয়্য়াথৌ।। নুঙনম্ খুৎপীপোক্ পুল্থোং থাম্পাল্ নোংরওআে।। কৌপাতি কাতৌ নোংকিনো।। নিংথৌ মায়াংচাওপা[১] য়ুফা বায়্থং নেন্পানা।। ঙায়্তে পল্মারুতা।। লাইচায়ীয়োক্ কোল্পু সেম্না য়ীয়োকুয়ে।। য়ীনুং সোয়্য়ায়্মাতা।। সরারেল্কি মামোম্ লাইরা ৭ মানা।। লাচা য়ীফুসানাপাপু।। নিংথৌ মায়াংচাওপানা চয়্রয় ফীমুল্খিয়ে।। খোইমোম্ লাইরা ৭ মানা।। য়ীনুং সোয়্পানা হাল্লাকানে।। য়ীপা সরারেল্কি।। লাইরয়্পাক্তা গারাকে।। চয়্রয় ফি পীআে হায়্পাপু।। নোং নিংথৌ মায়াংচাওপানা* পাওমেল্লকয়ে।। চয়্রয় ফি পীআে হায়রাপাতী।। নাসানৌ লৈরাং আতোলপীপু পীরমআে।। হায়খিয়ে।। লৈরাং তোল্ আতোল্ পীআে।। চয়্রয় ফিসেংতানা নোংতা কমগাসীপানো।। হায়না কম্লম্য়ে।। লাইরা ৬ মানা মাসানৌপু লাক্কাপারা হায়্না।। হল্না ২ য় য়েংলম্য়ে।। হায়ীঙয় হল্না য়েংপাপুতী তেপাআে কৌয়ে।। ঙায়্তেআে থোল্নায়ে।। লাইচা সান্তেংপাতা।। থৌতুনুঙ্না সামু মাখোঙ্ নল্লময়্।। নুঙনল্ খুৎপীপোক্ চেকায়্ লয়্য়াথৌ কৌয়ে।। চয়্রয় ফিসেংতানা আসাই গাঙয়্কি থম্পাল্ নোংসারও কৌয়ে।। সানাপুলপু লুতা থোংনা গাখিয়ে।। পুল্থোংপা লয়্মায়ায় থোল্নায়ে।। ক্রুও আখোং নিংথৌ চান[২] বাঙ্পাল আরাই লইমাকা।। হাওনু লম্চীন্ মারয়্মাপী।। হাওনু লায়াংনুকা।। মাসল্ মাল্পী চীঙ্লোই তম্লোইপাকা।। বাংলেল্ মাপুঙচা য়াইআেইপাকা।। ৭ সেল্ফাং য়য়্না তোয়্বাংপা চীঙ্।। তোঙ্তোয় লম্নুংসিতা।। চায়্না খোংফেল্নাপাপু লৈয়ে।। কে কে মোইরাং নিংথৌ পুল্সীপা।। খুরেল্ চল্পা মাপারি।। য়াইখু আহোঙ্পা খেন্লয়্

**লায়খোরুবা বাহল্লোক ঃ**

কাইরৈ য়েনগী মরুম হালজিনবগুম্না তায়ম মীনাই ওইনবা লৈগে লৌগে লাকপবু খুগা ঈশিং ঈমাইদা অককপা মশাদগী ঈনা ঈমায় মচু শংগুম্না শিরে। থোংনাং তাখেল কনোংশাগা কে কে শাংদোল অথৌবগা অঙম্বা চাংয়েংনো চায়না খোংফেলনবা অসিনসু লোইবা লৈতরি।। ১১ ।।✳ ।। ১১।।

১২
কেগে য়োইখুঙহোঙবা ১সুং থোংনাং অশিথা অথৌবগা চায়নবা

কেগে লমলেন লমদমগী মকাইফম অমদি। ঙাইতে লৌকোলনুং কোলনুং অচানবা ঙায়তে পলমারু চেকায় লৈয়াথৌ নুঙনম খুৎপীপোক পুনথোংপ লৈময়াই থম্বান নোংলৌ-ও কৌনখিবদি করি তৌখিবা নুমিৎতগী কৌখিবনো হায়রবদি নিংথৌময়াংচাওবা[১] য়ুফা বায়থং নেমবানা, ঙাইতে পলমরুদা লাইজা ঈশিং ঈয়োক কোম পুষ্টি তৌনা শেমশিজনবা অরুবা ঈশিং য়োক্পা থমঙৈদা। নোমগী অহিং নোংয়াইমদা সোরারেলগী মমোম মচা নুপী ইবেম্মা লাই নুরা তরেৎনা হরাও মথোই কানা ঈশিং কুমদুনা ঈফু নাদুনা শান্নদুনা ঈশিং নৈখায়ঙৈদা ময়াংচাওবনা চৈরৈ ফি মুলখিয়ে। নিংথিবী খোইমোম লাইনুরা তরেৎমকনা নোং ঙানলকপনা হাঙ্কুগনি ইপা সোরারেনগী লাইরৈপাক কারগে চৎলগে হায়না লৌখিবা চৈরৈ ফি পীরো হায়ববু নিংথৌ মায়াংচাওবনা পাওমেলনা বা হায়রকএ। চৈরৈ ফি পী-ও হায়রবদি নখোয়গী ননাউনুপী অতোনবী অসিবু পীরম-ও হায়খিয়ে।। মচেশিংনা মনাউনুপী লৈরাংতোল অতোনবীদা হায়খিয়ে- ইনাউ ইবেম্মা খোমদোল লৈরাংতোল অতোনবী-ও ঐখোয়বু চৈরৈ ইফি শেৎনা নোংমদোল সরারেলদা করম কাদুনা চৎকদগে হায়না কপলম্মে। লাইনুরা ৬ মকনা মশানৌবু লাক্পরা হায়না হল্লা হল্লা য়েংলম্মে। হয়িঙৈদা হম্না য়েংববুদি তেবা-ও কৌয়ে ঙাইতে-ও থোম্নেয়ে। লাইজা ঈশিংদা ঈরুজঙৈদা থৌদু নুঙনা শামু মখোঙ নুরা নললময়ে নুঙনল খুৎপীপোক চেকায় লৈয়াথৌ কৌয়ে। চৈরৈ মফি শেৎচনা অসাই কাঙৈগী থম্বাল নোংশালৌ কৌএ। সনাপুনবু লুরেল কোকতা থোংনা কাখিয়ে পুনথোংবা লৈময়াই মিংথোন্নেএ।। কোরৌ অখোং নিংথৌ চনু[২] বাংবল আরাইলৈমাগা হাওনু লমজিন মরৈমাপী, হাওনু লায়াংনুগা, মাসল মানবী মাগী শল চীঙলোই তমলোইবগা বাংলেন পুংদি পুং য়াইওইবগা তরেৎ শেনফাং য়ৈনা তোয়বাংবা চীঙ তোঙদোয় লমদি লমনুংশিদা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনা চায়না খোংফেনখিববু লৈরিয়ে। কেগে মোইরাং নিংথৌ পুনশিবা খুরেনচনবাগী মচা ইবুংঙো য়াইখু অহোঙবা

১ নিংথৌ মায়াং চাওবা (নিংথৌ মুয়োং চাওবা) : পাখংবনা মোইরাং উতোয় কাওজহোংবী ইবাং চনু পান্নদুনা মুয়াং চাউবা পোকয়ে। মুয়োং চাওবনা সোরারেন মচানুপী অকোনবী (কোরৌ অখোং চনু পান্নদুনা তাঙমুক লুমিক পোকয়ে। মুয়োং চাওবগী মমি পাখংবগী মনি।(চকপালোল লঃ৫/খাগেম্বা মুখী লঃ ৪-১৭)।
২ ক্রুও আখোং নিংথৌ চানু (কোরৌ অখোং নিংথৌ চনু) : সোরারেলগী চাবা চনু নিংতোলশিং তেংথাবদি কোরৌ অখোং নিংথৌ চনু হায়না তেংথানে।

**পুন্নাগী চপ চাবা বারোল**

পাম্পাকা।। থোংনাং লম্চিংপা মায়াং আসিখা আথৌপাকা।। থাঙ্লেল খুৎনা ফংনা য়ান্লাপাতি।। মাল্লেম্ লয়্পুয়িনা থাঙ্লেল খুৎনা ফংনা য়াননখিয়ে।। খেন্লয় পাম্পাকি কল্তা চুঙ্কোয় মাখুৎসুপু।। থোংনাং থাঙ্লেল্ মাখুৎসুনা য়ান্থারে।। কেকে খেন্লয় পাম্পাকি থাঙ্লেল্ মাখুৎসুনা। থোংনাল্ সামু মারেংপানবু।। নাক্লু মোইফাং বুনা য়ান্থারে।। কে কে লাইমুপুল্সীপা মাপারি। কে কে লয়্তাঙলাল্থাপাআে।। তল্পা থায়াঙ্ নাথৌমল্কি।। য়াংনম সীঙমীৎমাপু।। নঙথোইনা খুনাআে।। খোক্লাং য়াইফুমাপু নঙথোইনা লোন্নাআে।। পারি কোন্লোয় মমিংথোংপু।। কে কে খেন্লয় পাম্পা লয়্য়ি লাল্থাপা নোংয়ায় থীঙ্কোল্ লীক্পাতী কাতৌনাকো।। পারি য়াইখু আহোঙ্পা থায়াঙ্ নাথৌমল্কিপু।। মিংঅানকে।। কে কে খেন্লয়্পাম্পা।। থোংনাং আসিখাফাপাআে মিংহোংখিয়ে।। হায়েং কে কে য়ীপাচানা কাওরাকানে "মোইরাং য়ীয়েল্লুনা নিল্লাকানে।। হায়্না কোয়্লোয় মিংহোংপাকিপু।। কে কে ৭ মাসেল্চা।। সেলচাও পাল্পোক্থোকতাপা।। তল্মু মায়্রেঙ্ হওপা।। খুনুং হাওরোন্ সংসঙ থোঙ্পা সেল্পু।। সেল্চাও নাথঙ্লোন্।। বাংলেল্ মাখোয় য়ায়্না পাওচেলয়ে হায়তাপারা।। আতু নোংকিপু।। কে কে খেনলয়্পামপা।। থোংনাং আশিখাফাপাআে।। মিহোংখিয়ে।। কে কে ঙায়তে লওকোলনুংতা।। মাললেম্ লয়পুয়িনা।। চায়না থোংফেল্নাপা আতুসুঙ মাতোমতে ।। ১২।। ✳ ।। ১২।। কে কে চাওপা য়ায়্ মোইরাং সাংপা লইতেম্পাল্ নিংথৌ থোয়্রী হায়্পা খুল্তাবাই।। থোংলেল্ হয়িং থোইচানা*।। চায়্পি পুঙ্মং চীঙ্ চীঙ্য়ায়্।। কোয়্রেল্য়ী মোইরাং লাইখুরোঙপী থোংলেল্ য়ায়্তা।। থাঙ্লেল্ খুনা ফংনা য়ান্পাপু লৈয়ে।। থোংনাং চুবরাচা বাসকপাকা।। কে কে কপা বাকুসুকা।. থোংলেল্ পাইপয়থকতা।। থোংনাং চুবারাচা আথৌপা।। থাঙলেল্ মাখুৎসুনা য়ান্লাপাতী।।

**লায়থোক্লবা বাহঙ্খোক :**

খেনলৈপাম্বগা থোংনাং ময়াং লমচিংবা ময়াং অশিখা অথৌবা, অথৌবা অনিনা খুৎতা থাঙলেল মখুৎসু খুদুম চেৎনা পায়নদুনা হাকথেংননা য়ানঙৈদি মালেম লৈমাইদা লৈয়িবু চিংনা মাইয়োক্লদুনা হাকথেংননা থাঙ য়ানবদি, খেনলৈপাম্বগী শমু গগা চুঙকোয় মহাককী খুৎসুবু থোংনাং থাঙলেন মখুৎসুনা য়াম্বরে, অদুগা কেগে খেনলৈপাম্বগী থাংলেন মখুৎশুনদি থোংনাং ময়াংগী শামু হকচাং মরেংবানবু নাকলু শরূ মোইফাং উনা য়াম্বরে। কেগে মোইরাং নিংথৌ লৈমু পুলশিবাগী মচা ইবুংঙো কেগে লৈতাঙ লালথাবা-ও। তমবা নিপা থাঙয়ান নথৌমলগী য়ানেম শীঙমীৎমাবু নঙ থোইনা খুনা-ও। খোকলাং য়াইফুমবু নঙ থোইনা লোননা-ও। পারি ইচানিপাগী কোনলোয় মমিং মিংথোনসু কেগে খেনলৈপাম্বা লৈয়ি লালথাবা নোংয়ায় থীঙকোল লীকপা কৌবদি করি তৌনগবনো। ইপারি ইচানুপানা য়াইখু অহোঙবা থাঙয়াঙ নথৌমলগীবু মমিং হোংলগে। কেগে খেনলৈপাম্বা থোংনাং অশীখা ফাবা-ও তৌনা কৌনা মমিং হোংখিয়ে। হয়েং কেগে মোইরাং ইচা ইশুশিংনা নিংশিংনরোই মোইরাং ইচা ইশু মরি মতা খুদিংবু খঙহনলগে হায়না কোলোয় মমিং হোংবগীবু কেগে লৈকাই তরেৎমক্কী লৈবাক মচাশিং শেলচাও পালপোক থোকতবা তলমু মাইরেঙহৌবা খুনুং হাওরোন শাশঙ থোকপা শেনবু শেঙ্গাও নাথংলোন বাংলেল পুংখোল থোকনা কলনা য়ৈনা পাওচেলখিয়ে। হায়নদবরা। অদু নোংদগীবু কেগে খেনলৈপাম্বা থোংনা অশিখা ফাবা-ও হায়না মমিং হোংখিয়ে।। কেগে ঙায়তে লৌকোলনুংদা মালেম লৈবাকতা লৈয়িবু য়িনা অঙম্বা মশেল চায়না থোংফেলনবা অসিনসু লোইবা লৈতরি ।। ১২।। ✳ ।।১২।।

**১৩**
**থোংনা যুবরাজ**
**বাশকপা**
**১সুং কেগে**
**কপবাওগা চায়মবা**

কেগে চাওবায়াই কেগে মোইরাংদি শাংবা লৈতেমপাল্ নিংথৌ খোইরী হায়না মিজৌনবদি খুলদা-বাই। থোংলেল্ হয়িংখোইচানা চায়পিপুঙমং চীঙ্ চীঙ্য়ায় কোয়রেল-ঈ। মোইরাং লাইখুরোঙবীনা লৈরম্বা থোংলেল য়াইদা, থাঙলেল খুৎনা ফংনা হাকথেংনা য়াম্ববুসু লৈরিয়ে। থোংনাং ময়াং যুবরাজ বাশকপগা, কেগে কবোবাকুসুগা থোংলেন পাম্বৈথক্তা থোংনাং যুবরাজ অথৌবগী থাঙলেন মহাক্কী মখুৎশু অথোইবা থাংশানা য়াম্নবদি

* **থোংলেল হয়িংখোইচা :** থোংলেল হয়িংখোইচাবু নোংতমসুচা (মোইরাং কানসি থৌবা) খোয়োল ককলেন নোতম সুচা অথৌবা, নিংথৌ থোংলেন হয়িংখৌচা অবিবা হায়নসু খঙনৈ। অথে বা অসিগী মতাংদা অসুম্না খেংলৈ - অথৌবগী নুপী লৈমা হাওনু কৈশিতোনবীনা মচা পোকনা লৈবিঙৈদা মপুরোইবনা মহাক্কী নুপী অজ্ঞাং পোকলিবা ওইবনা থবক তৌবা তমখিবোই হায়না থোংলেন হয়িংখোংচানা মাগী নুপী হাওনু কৈশিতোনবীদা হায়রককই, হয়েংগী নুমিৎতি ঐদি কেকে পাংকী লমদা মোইরাং ঙাতালমদা চংতুনা ঙাকা ঙাথিরগে। নউবা তৌকোন হৌনা-লা, ঈমু থায়োম শান-লা, লৈরক মীশম তোইতৌ-লা, খোংপাল চমলৌ-লানচিংবসু হেক্রকে, কেকে অমাইনীশিংনা নাউকল য়ুপান থাসে। ঐনা চংখিরিঙৈদা নঙনা য়ুমগী পৌরোননা লৈরমও। নশাবী ঐনা চংথোকখিঙৈদা কনাগুম্বশিংনা য়ুমগী থোঙলেন্ পৌরোল হাঙঙো হায়রবদি য়াইর শাখীরা? হয়েন

## পুয়াগী চপ চাবা বারোল

থোংলেন্ মাপাল্পয়্পু।। য়ানথেক্লে।। কে কে মোইরাং কপা বাকুসুকি।। থাঙলেল্ মাখুৎসুনা য়ান্লাপাতী।। থোংনাং ফইরা মাপালপাংমা য়ান্থেক্লে।। আতুসুঙ মাতোমতে।। ১৩।। ✳ ।।১৩।। লম্লেল্ মাতাইমা খাম্পী লয়মা কোঙ্য়াম্পী মারওপাল্।। তওমু পাল্ফোইয়া আমাই সিলোন্খা।। খাম্পী লয়মা তওরিংকোল্।। বোক্লও হুইপাল্মনুংসি। খুয়োল্ হইতা চানু লওকুম্লম।। কে কে ফুপাকআতা* চায়না খোংফেল্নাপাপু লৈয়ে।। খম্লাং লয়্সাপাম্পা চয়্রয় ফিচোনপানা।। ক্রও নুমিৎ মাতা।। লওবায় হাওয়াম্ মোই।। চেক্লা মোইমায়্কাঙ।। ফিঙাঙ্ কিসি নানা।। য়াম্পী পাতম্পাপু পাচুরে।। তৌয়ীকিতী লওবায়্ হাওয়ম্ মোইআে।। কে কে মোইরাং মোইপা নম্পুসু।। তুসাং কৌরোঙ্ হল্পা।। মাতীঙ্ কোকৃহি নাওসা।। মাসোইরু হীরুতোংপা।। থওরী মিতম্চিংবা।। চেকপ্ লুরোয়্লাক্পা।। তীন্থোক্ য়াংতৌ লেংনা খোইয়া চীন্তাইমেল্পা।। সায়েঙ্ মাসাপাংমানা।। খুমু নওরোং ফান্পা।। সামু মাখুৎপাংমানা লাইচা য়ীপুক্ কাপ্পা।। ঙামুতোক্ তও থেম্পা।। চাতানা তন্দ্রুন্ হৌপা।। থক্তানা য়ুচাও কাপা।। তওমু কুম্খায়্পা কারাং হীআেন্পা লোক্তাক্ ফিয়িল্ খাল্পা।। মাতোম্ হিতা কুম্মইহৌপাপু।। ফাকে হায়্নাপাপু পাচু থোইরে।। খম্লাং লয়্সাপাম্পানা।। চেক্লা থাফা বাকি।। ১০ মাচাক য়োম্পাপু।। চেনবায়না।। বাংলই থাঙ্তম্থোম্পু।। চেন্বায়্নানা সঙ্তীঙ্ লাল্লৈথেম্।। কুম্চেং লোল্নীঙ য়েৎনা।। মারোং ঙকৃতা হুক।। খোক্লাং তুংসোল্না খেরে মাঙয়ীন্নানা।। হাওরই নোং নোংচুপ খানা পাংপারম্তা।। হয়েল্ লাল্তাখিয়ে।। খম্লাং লয়্সাপাম্পা চারয় ফিচোন্পাকা।। কে কে মোইরাং মোইপা নম্পুসু।। আথৌপাকা।। তওমু পালফোইয়া আমাই সিআেন্খা।। লম্লেল্ পুপাল্বাতা লমআেক্নাবে।। পাথৌআে।। আসী কওরও নুমীৎতা কাওরেল্কুম লাথেংনা।।

## লায়থোক্লুবা বাহস্তোক :

থোংলেন পাম্বে পৈবু য়াম্বেকলে। কেগে মোইরাং কবোবাকুশুগী থাঙলেল মখুৎশূনা অমুক য়ানবদদি থোংনাং ময়াংগী মফৈবোম নামা য়াম্বেকলে, অসিনসু লোইবা লৈতরি।। ১৩।। ✳।। ১৩।।

**১৪**
**খমলাং লৈশাপাম্বা**
**১সুং কেগে মোইবা নম্বুসুবা**
**চায়নবা**

লমলেল লমদম মকাইফম অমদি খামবী লৈমা কোংয়াম্বী মরৌপান তৌমু পালফোই-য়া অমাই শিলোন-খা, খাম্বী লৈমা তৌরিং-কোল্, ওকলৌ হুইবা লমনুংশি, খুয়োন হৈতা চানু লৌকুম-লম। কেগে-ফুবালবাতা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনা চায়না খোংফেলনবসু লৈয়ে। খমলাং লৈশাপাম্বা চৈরে ফিসু ফিচোননা শেৎপনা কোরৌ নোংমগী নুমিৎ অমদা লৌবায় হাওয়াম মোই চেক্লা মোইমাই-কাঙ, ফিঙাঙ কিশিননা য়ামবী চেক্লা চাদা মায় পাক্কবরা পাক্রোইদরা হায়না খুদম চাংদম য়েংববু অফবা খুদম ফংঙে। তৌবগীদি লৌবায় হাওয়ম মোই-ও। কে গে মোইরাং নম্বশু তুশাং কৌরোঙ হলপা, মাতীঙ মকাং কোকহি নাওশা মশোইরু হিরু তোংবা। থৌরী মিতমচিংবা, চেকপ লুরোই লাকপা, তীম্বোক য়াংদৌ লেংনা, খোইয়া চীনতাই মেল্লনবা, শায়েঙ মশা নাকল নামনা, খুমু নৌরোং ওইনবা। শামু মখুৎ মসা নাকল নাম্মনা লাইজ্জা ঈশিং ঈপাক কাপনা ঙামু তোকলৌ ফানবা থেম্বা চাদনা তনদ্রুন হৌবা। থক্তনা য়ুচাও কাবগুম ঙাওনা লৈবা। তৌমু কুমখায়বা, করাং য়ৌনা হি ওনবা। লোক্তাক কোইনা ফিয়িল খনগুম খলবা। মদোম মথন্তা হিদা কুমমৈ হৌববু ফাগে হায়না চাংদম্ববু অফবা খুদম ফংয়ে। খমলাং লৈশাপাম্বনা চেক্লা চাদা খুদম য়েংনবাদগী তরা চাকয়োম য়োম্বসু বাংলৈ য়ু নিংথিনা হানবসু পুনা শাফি লালফি শেৎ কুমচেং লোলনীঙ য়েৎনা।। মরোং চুংশু ঙকতা হুক, তাখোক খোকলাং তুংদা থম খেরে তাজিননা মমাঙ ইন্না পায়, হাওরৈ মাইকৈ নোংচুপ খানা থংবা মাইকৈ লমদা হয়েল লালবু লান্দাখিয়ে। খমলাং লৈশাপাম্বগী চৈরৈ ফিদি ফিচোন চোনবগা, কেগে মোইরাং মোইবা নম্বুসু অথৌবা অনিমক্তি তৌমু পালফোইয়া অমাই শিওনখা লমলেন লমদম ফুবালবাদা অনিনা মাইয়োকনা উম্নরে। পাথৌ অথৌবা-ও। ঙসি কোম্নৌ নুমিৎ অসিদি কাওরেল শলগী মতৌগুম,

---

* **কেগে ফুপাকবা (কেগে ফুবাকবা) :** কেগে লবাইচাও মেইরাং ফুবাকবা-ফু যা হৈলোকতা লাফু হৌবা অতুগী মখোঙতা লাই অমা লৈয়ে মচু মুবনে অতুনা হিকি মশাক ওইনা মচু ঙৌনা থাঙচিঙ তমনা থাংলপাদ মোইরাং লৈপাক অবাবা ওই। অসুম্বা তেংথই। ফুপালবা লাইনিংতোংনা কানলম লাইপাখংনা ভালমলম লাই পাখংনা হুললাবদি লাইনুবানা ওক, লাইনুংবানা হুলবদি লাই পাখঙ্না ওক (ইরাৎলোন/কেগে কংলো নং ২৬)

*লালমীরা? হায়না হাননা হংঙো। মাইবা শামীনে, হায়ববদি থোঙলেন পৌবোন হাঙঙো। হয়েন লালমীনে হায়ববদি থোঙলেন পৌয়োন হাঙগনো হায়না লোনহায়না ঙাংনবসু অহিং ঈনুং মতমদা লুরাংলোলোয় তরেং য়েকলবা য়েংশিনবানা তুমিন লুমনা নাতাখিয়ে। মথং নোং ঙানলবদা, হিনী নৌবেং লেংদা থোংনা শোয়রু তুংগোল নমদা থোংনা পুনা কেকে লোক্তাক য়াংফুবেলদা ঙাথি না ঙাফাখিয়ে। অসুম ঙাফাবিঙেদা নুমিৎনা ফনা*

**পুন্নামী চপ চাবা বারোল**

মাল্পীকুম্ চীয়য়্নাসে।। হায়্না তেল্সীঙ্পাপু।। আসী ক্রুও নুমীৎমাতী পাথৌআে।। লেম্লয় ঙারম্ তাঙাময়ে।। মারোং চুঙ্সুতা।। তিমেল্ তাসু হাঙ্য়ে।। কে কে য়ীপল্ লম্।। মোইরাং আয়ীম্নাক্কি।। তিমেল্ তা চেন্লুখিকে।। ঙাখক্ সোইরেল্ ফুম্পী থক্তা।। আবা পোৎথারম্আে।। কে কে মোইপা নম্পুসুনা।। চুঙ্লোং মাখুৎসুপু চেন্বায়্না।। তিমেল্ মাতাচাপু চেন্লাক্না।। সঙ্তীঙ্ লাল্লৈথেম্।। কুম্চিং লোল্খোঙ্ য়েৎনা।। ছয়েল্ লাল্তারক্য়ে।। কে কে মোইপা লম্পুসুনা।। পাওমেল্লক্য়ে।। পাথৌ আবাং পোইরয় মইতৈ।। খম্লাং লয়্সাপামপাআে।। মোইরাং য়ীরম্খৈতা নঙ্না।। ছয়েল্ লাল্সীঙ্লায়ে।। তিমেল্ নাখুৎসুবু ছল্লক্আে হায়খিয়ে।। লয়্সাপাম্পা চারয় ফিচোন্পানা।। হোয়্তা পাথৌআে।। বাংঙম্ আতাম্পাতাকি।। হাওচেং পল্ময় তুপ্।। সারেল্ য়াংতে য়ীপু কাল্না চোং।। কে কে আোক্নারেল্* মোইরাং থংনারেল্বু।। নাতৈনা য়ীকুম পাথৌ মোইপানম্পুসুআে।। কে কে নাপল্ লম্ মোইরাং নাতুয়ানে।। নঙ্না হাল্না তীমেল্ তা ছল্লক্আে।। হায়খিয়ে।। মোইরাং মোইপা নম্পুসু আথৌপানা।। তিমেল্ মাখুৎসুপু।। খুৎপাক্ তিলাইমেল্না তিমেল্ তা ছল্লক্ পাপু।। কক্লু লুমায় লেংনা সোইরেল্ ফুম্পী তুরে।। খম্লাং লয়্সাপাম্পা।। চয়রয় ফিচোন্পা আথৌনা।। খুৎপাক তিলাইমেল্না।। তিমেল্ তা ছল্খিপাপু।। মোইপা নম্পুসৃতী।। লাপা থানুংথেং।। অুল্পী চাফম্লেংলে লুরক্ কাঙ্তৈথি খৌনাও লোল্থোঙ লেন্লে।। লাল্লুপোল্লেম্ হাল।। তওতোপ খল্মাংনানা।। পোইরয় মাপল্লমতা।। তম্পা মাচীহেন।। লাপা মাইবাংনা।। মারাল্ আোন্তেরক্য়ে।। খম্লাং লয়্সাপাম্পা আথৌপাতী।। খম্লাং লয়সাপামপা আথৌপাকা।। কেকে মোইপা নেম্পুসু আথৌপাকা।। লম্লেল্ তওমুপাল্ফোইয়াতা।। চায়্না খোংফোল্

**লায়থোক্লুবা বাহুঙ্লোক ঃ**

মালবী শলনা মচি চিরেন খৎনা বাইনবগুম অঙস্বা চাংয়েংনসে হায়না লালশীংনববু অথৌবনা ঙসি নুমিৎ অসিদি পাথৌ-ও, লৈম্নে ঙারম থিনা ঙাতা ঙাফরিয়ে, মারোং চুঙসু য়াওরক্তে, তিমেল ইখুৎসু তাসু লোয়নরক্তেয়ে। কেগে ইরমদম মোইরাং ইয়ুম ইরানদগী খুৎসু তিমেলতা লৌরুখিগে - ঙাখক শোইরেল, ফুমপী মথকসিদা অবা পোখানা লৈরমও। কেগে মোইবানম্বুশুনা চুঙলোং মখুৎশুবু পুরক, তিমেন তা মখুৎচাববু পায়না শাফি লালফি শেৎ, অমুবা কোকশেৎ কোকথোনদি অমুবা কুমচিং লোলখোঙ য়েৎনা। ছয়েল লান্দারকঙৈদা কেগে মোইবনম্বুসুনা বাহে মপাও হায়কয়ে। পাথৌ অবাং পোইরৈ মৈতৈ খমলাং লৈশাপাম্বা-ও। মোইরাং ইরমদম ইরমখৈদা নহাক্লা ছয়েল লালশীংনবা লাকয়ে, তিমেল নঙগী নখুৎসু তাবু তাঞ্জলক-ও হায়খিয়ে। লৈশাপাম্বা চৈরৈ ফিজোনবনা- হোয়দা পাথৌ-ও, বাংঙম মৈতৈ লম অতাম্বদগী হাওচেং পলমৈ তুপ শারেল য়াংদৈ ঈশিংবু কালনা চোংনা লাকপনা কেগে ওক্লরেল মোইরাং থংনরেলবু নাতৈনা ঈগুম পাথৌ মোইবনম্বুশু-ও কেগে নরমদম মোইরাং নরমখৈনে, নহাক্লা হালনা তিমেল নখুৎশু তাদো ছলক-ও হায়খিয়ে। মোইরাং মোইবানমবুশু অথৌবনা তিমেল মহাক্কী মখুৎসুবু খুবাক মখুৎ মতিন থাকনা খুদুম চেৎনা পায় তিমেল তা তাঞ্জলকপদি, ককলু লুমায় লেংনা শোইরেল ফুমপী মথক্তা য়ুংলেরে। খমলাং লৈশাপাম্বা চৈরৈ ফিজোনবা অথৌবনা খুৎপাক মতিন থাক্লা খুদুম চেৎনা পায়দুনা অমুক তিমেল তা তাঞ্জলখিবদদি, মোইবানম্বুশুগী লাবা থানুং থেৎনা উনবী চফম থুমনা লেংনা লুরেল মকোক তলনা কক খৌনাও লোলথোঙ লেনলে।। লালু মকোক পোলাংদা হাল তৌতোপ খল্লাংননা পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক লমদমদা নিপা থোকপা অথৌবনা হরাও মথোই-ক্না মাইথোং মকা লামনা ময়ুম মাইকৈ লমদা হনলকলে খমলাংলৈশাপাম্বা অথৌবদি। খম্লাং লৈশাপাম্বা অথৌবগা কেগে মোইবানম্বুশু অথৌবগা লমলেন লমদম তৌমু পালফোইয়াদা অঙস্বা অথৌবা মশেল চাংয়েংনা চায়না

---

*কেকে আোকনারেল (কেগে ওকনরেল) থংনরেল ঃ নহালঙৈ কৌবরুদা পানখিবা অঙাংঙাগা খুয়োল য়োইথোকচাও থোকচাও অহলবগা অনিমক লমওক্লময়ে। কাইদৈ যোনশু মথালেৎ ওকপী বোকসু মফৈ লৌনা ওকনবে হায়বগী কেগেনা ওকনবেল কৌয়ে, মোইরাংনা থংনরেল-শু কৌয়ে। (কেগে কংলৈবোল, লঃ ৪৬, কংলা লমথোন, লঃ ৩৫)

*নুমিৎনা ফনা বানা থোরক্লবা মতমদুদা লুবাং লালোই তবেৎমক্তি মখুৎনা চুং-তা পায়দুনা থোংলেন হয়িং খোংচাগী মাঙ্গোল কাখৎলক্লুনা হায়বকই, শানৌ হাওনু কৈশিতোনও থোংলেন পোবোল শৎলো হায়বকপবু কনালো বাইরা শামীরা, ছয়েন লানমীরা হায়না বাংম্বনু বাইরা শামীনে হায়না পাউখুমক্লবগী হাওনু কৈশিতোন য়ুমগী নুপী য়ুমশংবিনা মপুথোইবা মশাবী মথংলেন হয়িং খোংচানি শল্লদুনা থোংলেন নাতৈ কানো*

নাপা আতুসু মাতোম্তে।। ১৪।। ✳ ।। ১৪।। লম্লেল্ মাতাইমা কেকে ওকনারেল্।। ঙাংঙোই থংরেল্।। খুয়োল্ মেলনম্তাক্।। খোয়্নাই তাম্পীরও।। পুক্ফাৎ সাপই রও।। কাইরয় য়েল্লুরও।। খোয়্নাই বুয়ুম্পোক্তা।। চায়না খোংফেল্নাপাপু লৈয়ে।। কেকে মোইরাং খোয়্পা লাংমইরেম্পা আথৌপাকা।। নোংয়ায় হায়েন্ আথৌপাকা চায়্না খোংফেল্নাপাতী আতোল্ হায়েল্ আথৌপানা।। তিমেল্ মাখুৎসুপু ফেল্লাপাতী।। খোয়্মা লাংতোল্সম্না মালেম্ লয়্তা তারে।। কে কে মোইরাং খোয়্পা লাংময়্রেম্পা।। আথৌপানা তিমেল্ মাখুৎসুপু।। ফেল্লাপাতী।। নোংয়ায় হায়েন্ আথৌপাতী।। লাপা থানুং থেৎ।। অুল্পী চাফম্ লেংনা।। সাপল্ য়াঙ্পী নম্ঙানানা।। লুতুরে।। কেকে তেংথানা মোইরাংনা মীকৌনাপাতী।। কংফালপু কোংঅো কৌয়ে।। য়ীসিংপুতী লোক্লৌঅো কৌয়ে। আতু নোংকিপু।। মোইরাং খোয়্পা লাংময়্রেম্পা।। আথৌপা কোংকি চয়্থৌপাল্।। নোংয়ায় হায়েন্ আথৌপাতী।। লাইচা লোক্লৌ থক্তা লুতুৱাইঅো কৌয়ে।। লুৱক্ কাঙ্তৈথি খৌনাও সোল্থোঙ্ লেল্।। লাল্লু পোল্লেম্ হাল্না। ঙাংখা লমতাং য়িল্খিয়ে।। খোয়্নাই বুয়ুম্পোক্তা।। চায়না ফেল্নাপা আতুসুঙ্ মাতোম্তে।। ১৫।। ✳ ।।১৫।। লম্লেন্ মাতাইমা থাংপী য়োয়্নৌকোল।। চীঙ্ হওলম্তাইথেৎ।। য়োইপু খোইমোম লাইপুল্সি।। থাংপী চীঙ্মাপীনা।। য়াংলও আবালম্তন্ ঙয়্তা।। য়ীনুং সোয়্য়ায়্মাতা।। চীঙ্লেল্ মাপান্ ফুক্না।। মাপল্ কুপীরম্ মাতুগাপীরম্।। লীৱা পুপীচীঙ্ লোংৱা তাওপীচীঙ্।। লোল্লোন্ লওচীঙ্থাং চীঙ্থাং থাংলাংমইপু।। খোইমোম্ লাইনা থাংখিয়ে।। থাংপীঅো কৌয়ে।। চীঙ্লেল্ মাপান্ ফুক্না হওখিয়ে।। চীঙ্হওঅো থোল্নায়ে।। হেনুচম্ খুৎলঙ্ লোয়্।। খোয়্নাইচম্ সল্পোৎলোয়্।। মোইরাং বুতোয়্চম্ য়াখংলোয়্।। পাখং থাঙখোক্ চুম্পুল্লোয়্।। নুরা তওচেঙ্ ফাম্হায়্রোয়্না।। থাংপী তওচেল্নাঙয়্তা।। ময়্তিংঙ



খোংফেলনখিবা অসিনসু লোইবা লৈতরি। ১৪।✳ ।।১৪।।

**১৫**

**কেগে মোইরাং খোই পালাংমৈরেম্বা ১সুং নোংয়ায় হায়েন অথৌবগা চায়নবা**

লমলেন লমদম মফম অমদি কেগে ওকনারেল ঙাংঙোই থনেরেল খুয়োন মেননমতাক খোইনাই তাম্বি-লৌ; পুকফাৎ শাপে-লৌ, কাইরে য়েল্লু-লৌ. খোইনাই উয়ুমপোক্তা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনা চায়না ফোংফেলনখিবসু লৈরিয়ে।। কেগে মোইরাং খোইবালাংমৈরেম্বা অথৌবগা, নোংয়ায় হায়েন অথৌবগা অঙম্বা লেঙবানা চায়না খোংফেলনখিবদি, অদোম নোংয়ায় হৈয়েন অথৌবনা তিমেল তা খুৎশুনা তাম্নলকপদি; খোয়মা নাপী লাংতোন শমনা মালেম লৈপাকতা তাররে। কেগে মোইরাং খোয়বা লাংমৈরেম্বা অথৌবগী তিমেল তা মখুৎশুবু তাম্নলকপদদি নোংয়ায় হৈরেম আথৌবগী লাবা থনুং থেৎ উনবী চাফম লেংনা শাবন য়াঙবী মথক্তা নমঙাননা লুতুরে। কেগে না তেংথানা মোইরাংনা মিং কৌনবদি কংফালবু কোং-ও কৌয়ে। ঈশিংবুদি লোকলৌ-ও তৌনা কৌয়ে। অদু নোংদগীবু; মোইরাং খোয়বলাংমৈরেম্বা অথৌবা কোংকি চৈথৌপাল; নোংয়ায় হৈয়েন অথৌবা লাইজা লোকলৌ থকতা লুতুবায়-ও কৌয়ে। লুরেল মকোক কক্ খৌনাও লেনথোং সেন লালনু পোললেম পোলাংদা হালনা; ঙাংখা লমদাং লমইনখিয়ে। খোইনাই উয়ুমপোকতা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনা চায়না খোংফেলনবা অসিনসু লোইবা লৈতরি।। ১৫।✳ ।।১৫।।

**১৬**

**কেগে শোংলেন অথৌবগা ১সুং নোংয়ায় য়াইবিং অম্বপা চায়নবা**

লমলেন লমদম মফম অমদি থাংবী য়োইনৌ-কোল, চীঙহৌ-লমদাই থেৎ, য়োইবু খোইমোম লাইপুলশি, থাংবী চীঙমাবীনা, য়াংলৌ-লম্বী চৎপগী অবা পোথাঙৈদা অহিং নোংয়াই চাবুকতা চীঙলেল মপান ফুকনা, মপা মমানা পীবীরমবা-লম; মদুনা কাবী-লম; লীবা পুবী চীঙ লোংবা তাওবী-চীঙ, লোল-লোনলৌ চীঙথাং, চীঙথাং, থাংলাংমৈবু, খোইমোম লাইরেম্বা লাইনা থাংখিয়ে। থাংবী-ও তৌনা কৌএ। চীঙলেল মপান ফুকনা হৌখিয়ে চীঙহৌ-ও তৌনা থোলনৈয়ে। হেনুচম খুৎলঙ-লোই; খোইনাইচম শলপোৎ-লোই; মোইরাং উতোয়চম য়াখং-লোই, পাখং থাঙখোক চুমপুল-লোই; নুরা তৌচেঙ ফামহাই লোইনা থাংবী তৌচেলনঙৈদা, মৈদিংঙু

থোংহাংলুবদি মশাবীবু ওইরমগ্রে। লুরাং লালঙোই তরেৎ ওইবম্রবগী পাখৎখিবনা বাখল লৌশিং পুম্বা মাংনা লৈবাক্তা তুগ্রে। ওহাক য়াম্বরুববগী তুংদা পুক্কিং লৌশিং লাক্রবগী নুপীজা ওইনা নুংশিনা হিক্কা হায়অখিয়ে। লুরাং অথৌবশিং নমোম ওম্রবী ঐসু লুরাং চনুনে. ঐবু য়েংবাঁদুনা অমুক্তা নুংশিবীবু অদুদগ নংতনা নপাবি শাংনবা নমোম লৈবাং মতৌ মানবা ফুইনখ। পোকনবা তাইবং মশেলনে, নমোম মতৌ ওইবী ঐসু নবা অঙাং পোকপা নুমিৎ মথিনি শুবদা ভাই বিয়ে। হায়না হায়জববু য়াবা কৌবা লৈত্রবদা অদুদি লুরাং পাথৌ ও. ইচাবু খোয়াং ইন্দুনা তবা চাক চখোম অমতা চাখিগে হায়না খোইবু মথৌ চাওনা, তবা চাক য়েঙ্গাং থোংনা শাদুনা থৌদু নুংবু থোংদুনা খাঙখিয়ে। নুমিৎ অঙালবা য়াসু নমু কোকতোন থেংলমদগী খবা লৈথবক্রবদা লুরাং লাগ্রোই তরেৎমকতি কোরৌ মৈশা বাই. অয়াকপা বাংদৈ য়ুগী ময়াই হাপনা ঙাওরক্রবগী নুংশি খঙদনা থাঙলেল

**পুয়াগী চপ চাবা বারোল**

নোংপোক্ চাখাখোম্পানা।। কে কে খুৎলঙ্ ওমচিংপী।। মোইরাং সল্পোৎ হল্চাপী।। পোক্পী মাচান্ থীঙ্কুসু।। আরাই মুংতা মাচন্।। হয়চীন্লক্কি হুইয়া লোইনাইতাওপী।। যাম্পী লক্কি।। লৈরোং তাওপী থক্থোল্ লাল্মিংনাইপু।। কাইনা হলঙয়তা।। কারোঙ্ য়ীম্লেল্পম্ পীপা।। লেরা আতোল্পা সেক্কু সেক্পা নাও বাকয়য় হিসঙ্পা।। খুমু নওখোম্ লোয় তেৎনৌ য়োংপু রোয়্।। চারয় ফিপায় রোয় ঙাল্থক্মীরোয়্।। আতোল্পানে হায়্না পাওখুমখিয়ে।। মইতিংঙু নোংপোক্ চাখাখোম্না।। য়ীতাইরেম্ কারোঙ্ য়ীম্লেল্পম্ পীপা।। নঙ্তী তাঙ্চা নারৈতোল্পু।। কারম্ সেংনা পাউখুম্ পানো।। হায়্রম্‌য়ে আতু নোংকিপু।। নোংয়ায়্ হাওসেং পল্তোল্য়াঅো।। থোল্নায়ে।। খৌরেল্ নিংথৌ চানু।। লোক্লৌ লুমায় চাম্সাফাপী।। লয়মা নীঙ্থি তারেংপী।। মায়ীন্ফম্ হাওসেং পল্তোল্য়া।। চীঙ্হও লমতাইথেৎ।। থাংপী য়োয়্নাওকোল্তা।। চায়না খোংফেল্নাপাপু লৈয়ে।। কে কে সোংলেন্ আথৌপাকা।। আতোল্ য়াইথীঙ্ আয়ম্পা কা।। হয়েল্ লাল্সীঙ্নখিয়ে।। মোইরাং সোংলেল্ আথৌপাতী।। কাওরেল্ মাপাতাম্ মাল্পী মাতুপহাঙ্পা।। সলকুম্পানীকিনা।। নোংয়ায় তাসেক্তা খুমল্ মীথাতাপাকি।। মারোং চুঙ্সুতা তিমেল্ তাসুতানা।। হয়েল্ লাল্তারকয়ে।। আতোল্ য়াইথীঙ্ আয়ম্পাতী।। নোংপোক্ খেপাল্থোং নান্তয়্পা।। কম্পোং আতেরা সিল্হৈপা মাখুৎসা।। চুম্লেল্ নানীলোঙ্পা।। লাল্লোই আখমচুঙ্পু।। অোয়্নাপা চুঙসেল্না।। লীরী থামোইতিং লাকা তেল্ময়্লাক্না।। বায়রা তেল্ থাখিপাপু।। পাখং বায়্রা মাতেল্চা।। বায়্কও চীনী লোঙ্পানা।। থাপাক্ নুংহক্ থেৎলে।। আতু নোংকিপু।। সোংলেল্ পান্খোক্ পোক্অো।। থোল্নায়ে।। সোংলেন পান্খোক্ পোক্ য়ীহহা।। য়াইথীঙ কপ্নারম্।। নান্পাসী চুঙ্সেল্কোল্।। লমলেল থাংপী য়োয়্নাওকোল্তা।। চায়্না খোংফেল্নাপা আতু মাতোম্তে।।

**লায়খোঙ্কুবা বাহয়োক ঃ**

নোংপোক চাখাখোম্বনা কেগে খুৎলং ওমচিংবী- মোইরাং শনপোৎ-হঞ্জবী, পোকপী মচান থিংকুশু অরাইমুংদা মচন হুইচিল্লক্কী হুইয়া লোইনাইতাওবী। য়াম্বীলক্কী লৈরোংতাওবী থকথোল লালদা মমিং লৈববু লান্দা ঙমনঙৈদা।। করোং য়ুমলেম্বম পিবাদি লেরা অতোলবা শেককু শেকপানাও বাকয়ে হিদি হিশঙবা খুমু নৌদি খুৎচা নৌখোম-লোই, তেৎনৌ য়োংপু-লোই, চৈরৈ ফিদি ফিপাই-লোই, ঙালথকমী-লোই অতোনবনে হায়নবু পাউখুমখিয়ে। মৈদিংঙু নোংপোক চাখাখোমনা; মদাইরেম ইনাই অচানবা করোং য়ুমলেম্বম পিবা নঙদি তাংজা নঙগী লৈতোনবু করম অদুক শেংনো য়াবা নপাওবু খুম্বনো. হায়রময়ে অদু নুমিৎতগীবু - নোংয়ায় হাওশেংপল তোলয়া-ও তৌনা থোলনৈয়ে।। খৌরেন নিংথৌচনু লোকলৌ লুমাইচাম শাফবী লৈমা খোইনা নিংথিজবী তরেংবীগী ময়ুম য়ুম্ফম হাওশেং পনদোলয়া চীঙ্হৌ লমদাইথেৎ মাংবী য়োইনাওকোলদা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনা চায়না খোংফেলনখিববুসু লৈরিয়ে। কেগে শোংলেল অথৌবগা অদোল নোংয়ায় য়াইথিং অয়ম্বা,তাঙবা অথৌবা অনিমদি হয়েল লালশিংনখিয়ে। মোইরাং শোংলেল অথৌবদি; কাওরেল শল মাপা থিবা বারবা মালবী শলগী লেংবাম্নবা লৈত্রদুনা মাপা হাংনা লৈরবা অথোইবা কাওরেন শলঙমজবা ওইরবসু। নোংয়ায় খুমল মানা উশিং থওই কিদবনা মীথাদবদগী মরোং চুং তিমেল তা মহাক্কী খুৎসু তাবু পায়রদুনা হয়েল লালশিংনা লান্দারকয়ে, অদোল নোংয়ায় য়াইথীঙ অয়ম্বদি নোংপোকলমগী খেপল (খে কৌবা অমুবা মচু তৈবা) থোং নালনা তৈঙম্বা, কমবোং অতেরা মখুৎ মশা হৈবানা শাবা, খে অমুবা মচু তৈবা চুঙদা মতোল অনি লোঙবা, লাল্লোই অখম চুঙবু ওইরম থংনা য়াল্পনা পাই, তেনদোং লিরি থম্মোই য়ৌনা-চিং তেনজৈ তেনমৈ পাইনা।। তেনবু তেনথা তেনকাপলকপদি পাখঙ তেনদি তেনজিন মতোন অনি লোংবনা থবাক মতা ফবদা থুমনা য়ুংলে। অদু নোংদগীবু শোংলেল পানখোকপোক-ও তৌনা থোলনৈয়ে। শোংলেল পানখোক পোক ঈহা য়াইথীঙ কাপ্পলম নানবশি চুঙশেল-কোল; লমলেল লমদম থংবী য়োইনাও, কোন্দা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনা চায়না খোংফেলনখিবা অসিনবু লোই বা লৈতরি।

---

লুরেল য়াওদ্রবা শমু ভাইখিদা, তিমেল তানা ভাইখঙদনা হাওনু কৈশিতোনবু নুংশি মতৌ খঙদনা লুরেল মকোক কক খৌনাও লেনখোঙ লেননা লাম্নু চোমায় ফোইনা লালু কোকপু তৌগী পোলাংদা হালনা পুখিয়ে। মপুরোইবা ককখেল শুজা অথৌবা হয়িংখোইচাদি খেগে মোইবাং ভাফালমদগী ভাফা লোইরদুনা হকচাংনা মালেম লৈদা চোইনা অঙাংবা ঈখেলেক্তা থবাই মিরেল অতিংঙা ওইনা য়াইপনা অককপা লফু শুম যাতাবে। লুবাং লালোই তথেৎমক ও বায়রা শাখিরুববা হয়েল লালখিরুবা হায়না পাউহংবসু লুবাং ময়ুম হুনলকপদা, লুবাং লাওলোয় তরেৎ বাইরা শাখিরুবা হয়েল লালখিরুবা লম্মখাঙদা লমওক্লা থেনববদা হায়খিয়ে, লুবাংশিংও ফারকপা ঙা থরা পুখো তরা চাকয়োম থোকপদা চানৌ-ও হায়রদুনা ভুঙোল মনুঙগী ঙা লৌথোঙ্কুনা তরেৎনা হায়রকয়ে, অথৌবও, বাইরা শাখিরুয়ে, হায়রবদা খোয়োল ককলেন অথৌবনা অদুদি লুবাংশিংও ফারকপা ঙা থরা পুখো তরা চাকয়োম থোকপদা চানৌ-ও হায়রদুনা ভুঙোল মনুঙগী ঙা লৌথোঙ্কুনা।

**পুরাণী চপ চাবা বারোল**

।। ১৬।। ✳ ।। ১৬।। লম্লেল্ লোক্তাক্ বাল্পারেল্।। সল্সেল্ নাওরোয়্ তাক্।। খুরোয়্পা য়ীয়াফাক্ মালয়্পা হল্চল্কোল্।। কে কে হেনুচাম্ মারম্খৈ।। মোইরাং থাংতেক্ কাঙ্পা নাওচা মাতুয়া।। কে কে কাম্পা ওরিখোং। ঙাংঙোই সামুক্কোল।। লোক্তাক্ বাল্পারেল্।। সোইরেল্ ফুম্পী পোক্ ফুম্লাইতাঙ্তা।। চায়্না খোংফেলনাপাপু লৈয়ে।। আতোল্ নোংয়ায়্ খুমল্ চুম্পারোঙ্ আথৌপানা।। মোম্নু তান্লোয়্ মারুম্পী।। পোংনু য়েন্কম্ চানুতা বাহম্খিয়ে।। য়োয়্পুনাই য়ীনেম্ মাচাঅো।। নাথংলেল্ অয়্তী।। কে কে য়ীতুক্না মোইরাং য়ীপানাপাপু।। মাল্পী চীয়য়্না কাওরেল্ লাইথেংনারুকে।। ১০ চাক্য়োম্অো বাংলয়্ খোম্হাল্অো।। হায়্খিয়ে।। আয়ীম্ নোংয়ায়্ য়িনিংথৌ আতোল্ থীঙ্কোল্ হল্পা* য়াহৌয়েন্।। য়াংমোম্ লয়্মা থাংতেক্ আচাপ্ চানু।। মোম্নু তাঙ্চা মাসমস্না অোইখিয়ে য়েন।। চারাং হুয়্ময়্-কক্পু।। সংলও য়েন্ য়োম্অো হায়্খিয়ে।। মারুম্ পোংনু য়েন্কাম্ চানুনা।। বাঅোইখিয়ে।। থংলেল্ খুমল্ চুম্পারেংঅা আথৌপাঅো।। য়াংমোম্ লয়্মা থাংতেক্ আচাপা চানু।। তাঙ্চা মাসম্সিনা অোইখি।। য়েন্ চারাং হুয়্মই কক্ আসিপু ক্রও নোংতাম্তা থাপি নোংলেপ্তানা।। সংলও য়েন্য়োপুপা বামন্লে।। হায়্না সংলও য়েন্য়োম্পাতা সোলঅোইখিয়ে।। খুমল্ চুম্পারেং আথৌপাতী।। তল্পা মীখন্খাইনীকিনা।। মারুম সোল্মোইখোল্পু নাচুংতা।। সঙ্তীঙ্ লাল্লৈথেম্ কুমচেং লোল্খোঙ্ য়েথনা।। খোংকুলাং তুংসোল্না।। খেরে মাঙ্য়ীন্না।। চুঙ্লোং ঙক্তা হক্না।। হয়েল্ লাল্তাখিয়ে।। লোক্তাক্ বাল্পারেল্।। ফুম্পী।। ফুম্লাই তাঙ্তা।। হয়েল্ লাল্তাখিপাপু।। কে কে খাংতেরা আথৌপা।। মাতোম্ য়েন্লাং থৌচংপা।। সীঙ্চা বাইকোইপাকা।। লম্অোক্নারে।। কেগে খাংতেরা আথৌপানা।। খোয়্মা নারোল্নুংতা।। তাঙ্চা লম্ফম্লে লিল্লা নাথেংখিয়ে।। খাংতেরা আথৌবা থীঙ্লও পল্চল্পা।। লাপা নায়ায়্ খায়্পানা।। আতোল চুম্পা আথৌপাপু।। তিমেল্ মাখুংসু।। বায়্কও চিনী লোঙ্পানা।। তল্পা নুংহক থীংনা চয়্পীরে।। লুরক্ কাঙ্তৈ থি থৌনাও লোল্খোঙ্ লেন্না।। তওখোপ্ খল্থাংনা।। কে কে মাপল্ লম্তা।। তল্পা মাচীহেন্ লাপা মারাই

<u>**লায়খোরুবা বাহল্লোক ঃ**</u>

।। ১৬।। ✳ ।। ১৬।।

**১৭**

**খুমল চুমবারোঙ ১সুং কেগে মোইরাং খাংতেরা অথৌবগা চায়নবা**

লমলেল লমদম লোকতাক বালবরেন, শলশেন নাওরোই-তাক, খুরোয়পা ইয়াফাক মলৈপা হলচল-কোল; কেগে হেনুচাম মারমখৈ মোইরাং থাঙতেক কাংবানাওচা মাতুয়া, কে গে কাম্বা ওরিখোং; ঙাংঙোই শামুক-কোল লোকতাক বালবরেন শোইরেল ফুমপী-পোক, ফুমলাইতাংদা অঙখা মশেল চাংয়েংনো চায়না খোংফেলনববু লৈরিয়ে। অদোল নোংয়ায় খুমলচাদি চুমবারোঙ অথৌবনা, মোমনু নুজা মাগী তানলোয় নুপী মারুমবী মতুপোনু য়েনকম চনুদা বাহে মপাও হায়খিয়ে। ইশানৌ ইনেম মচা লৈমা ইবেম্মা-ও, নঙগী নশাবী নুরোইবা ঐদি কে গে ইতিক ইপা য়েং, মোইরাং ঐগী শামান লেংমোয়ববু থিনা মালবী শলমোক চীয়েনবগুম কাওরেল নমঙানবগুম্না শাথেনো বাইনবগুমনা শামায়বগা লালথেংলরুগে, তরা চাকয়োম য়োম-ও বাংলৈ য়ুসু হাললা হাপপো হায়না হায়খিয়ে। ময়ুম খুমল লৈবাক, নোংয়ায় খুমল নিংথৌ অদোল থীঙকোলহলবা য়াহৌ-য়েন, য়াংমোম লৈমা থাংতেক অচাপ চানু, মোমনু তাঙজা মশমজিনা ওইখি-য়েন চরাং হুয়মৈরক, মমৈ শাংগম্লবা অতেলবা য়েনবু শংলৌ য়েঙ্লাং অথোংবা ওইনা হাপতুনা চাকয়োম-ও, হায়খিয়ে। লৈমা মতু পোনুং য়েনকম চানুনা শাওরংলনা বাওইরকখিয়ে, ইশাবী ইবুংঙো খুমল চুমবারোঙ-আ, অথৌবা-ও। য়াংমোম লৈমা থাংতেক অচাবা চনুপী তাঙজা মশমজিলনা ওইখি য়েন চারাং হুয়মৈকক অসিবু য়েঙ্লাং ওইনা থোংনো য়োম্বু কোয়ৌ নুমিং নোংমতা চাকয়োমবা তোকতুনা পোখাদবানা য়েন থোংবা য়েঙ্লাং তোইনা তোইনা থোংমললে হায়না শংলৌ য়েঙ্লাং য়েন য়োমবদা মুরুম মরুম শোনখিয়ে। খুমল নোংয়াই চুমবারোঙ অথৌবদি অকনবা অথোইবা ওইবনা মতু লৈমানা ঙাংজা শোনজা বাবু নাচুং থওইদা শাফি লালফি শেথনা কুমচেং লোলখোঙ অমুবা কোয়েং য়েথনা খোকলাং তাদি তুংদা থং খেরে তাজিন মাঙদা থানা পাই, ময়োং চুঙদি ঙকতা হকনা হয়েল লালবু লালতাখিয়ে। লোকতাক বালবারেল ফুমবী ফুমলাইতাঙদা হয়েল লাল লালদাখিববু। কেগে মোইরাং খাংতেরা অথৌবা নাইতোম মদোম শংলৌ য়েঙ্লাং য়েনলাং থিবা চংপা, শীং শীংজা শীংজনবগা মাইওকনা থেংনরে কেগে খাংতেরা অথৌবনা মাবু উবদা খোয়মা নাপী মরজ্ঞা লুমদুনা লৈখিয়ে। খাংতেরা অথৌবনা শাবু লুমনা ফাবগুম্না নারকতা লুমলমবদগী চোংথোকতুন অদোল চুমবারোঙ অথৌববু, তিমেল তা মখুংসু তাদোল অনি ফাংনা লোংবনা নিপা ওইবা মহাকপু থম্মোই থুমনা লেংথংনা য়ুংলে।। মকোক লুরেল কক, থৌনাও লোনখোঙ লেননা তৌথোপ খল্লাংনা পোলাং হাল পাবোং শেম্না পুদনা ময়ুম কেগে মোইরাং মায়গৈ লমদা মায়থোং মকা লামনা মমায় পাকনা হয়াও থোইনা

* **আতোল থীঙকোলহলপা ঃ** থোংবু শমুকনুচানা ঙানুবোল শংলৈমা পাম্রদুনা, খিঙকোলহলবা পোকএ, থিকোলহলবনা ঙানুরোল শংলৈমা হয়েল থোংতৌবীগা পাশা খুনপু চনু পানদুনা খুমল নিংথৌ ওই। থাঙকোলহলপা কৌথিবদি পম্থৌ মপানা থোঙপু শানুক নুচানা হনু ময়াই কাববদা মপারিবু থাম্না কোম্না পোকএ হায়বগীদমক অদোন থীঙকোলহনবা-ও কৌএ। (শাগে শাম্রাই/খুমন কংলৈরোল পৃঃ ৩৮)

*লিখিয়ে। কেকে খোয়োল অথৌবদি ঙাফাক্লবদগী ময়ুমদা থুংলববগা মশানৌ হাওনু কৈশিতোনবীবু কৌনা চাকপী পৌয়োম শংলো হায়না কৌরুববু মশানৌপী থবায় মীবেললা পাউখুম্রকএ, ইথংলেন ইবুংঙো ঙাইখোও, অঙাং নবা মচানু খোম্নাং ইম্রিয়ে। অথৌবনা করি য়ানো নুপী ও নুমিংসু যাম্না থেংলক্রে, তরা চাকও লামলেনে, থোঙহাংলোনে হায়খি। অমুকও মশানৌপী থবায় মীয়েললা পাউখুময়ে, নবা অঙাং খোমইনলি*

## পুয়াগী চপ চাবা ৱারোল

লাংনা।। হল্ৱাইরকয়ে।। আতু নোংকিপু।। মারুম পোনুং য়েন্কম্ চানু।।
সীথিয়েন্ মাথংলেল্ চুম্পারোঙ্ আথৌপা নোংমল্য়েন্।। চারাং হয়্ময় কক্‌অো
তৌনা কৌয়ে।। কে কে ৱাল্পারেল্তা চায়্না খোংফেল্নাপা আতুসুঙ্।।
মাতোম্‌তে।। ১৭ ।। ✳ ।। ১৭।। লম্লেন্ হাওরা আঙৌসী পারেংকোল্তা।।
চায়্না খোংফেল্নাপাপু লৈয়ে।। পল্লেম্ মামা কায়রংপাসু লিল্কোয়্কি।।
খুরায় ঙারেল্পাম্পাক।। পল্লেম্ মামামেল্‌তে নুখারাপী।। লিল্কোয়্কি
নোংয়ায় তোঙ্পু আথৌপা কা।। কাওরেল্ লাইথেম্‌না।। মাল্পী চীয়য়্না।।
খোক্লাং পম্সীনা তিমেল্।। তা চায়্নাপাতী।। নোংয়ায় তোঙ্পুনু খারাচাকি।।
তিমেল্ মাখুৎসুনা ফেল্লাপাতী।। খুরায় ঙারেল্পাম্পাতী আচোং কন্‌না।।
মাঙ্লও তুলও তুরে।। খুরায় ঙারেল্পাম্পাকি।। তেমেল্ মাখুৎসুনা
ফেল্লাপাতী।। নোংয়ায়, তোঙ্পু নুখারাচাতী।। আনোল্কন্‌না।।
মানম্ চেকায়রম্ সানা ফেলথোক্লে।। খুরায় ঙারেল্পাপুম্।।
সিকাপা সিতাখিয়ে।। নোংয়ায় তোঙ্পু নুখারাচাপু।। মল্কাপারা মল্তাখিয়ে।।
নোংয়ায় তোঙ্পু নুম্রাচানা।। পাওমেল্লকয়ে।। পাথৌ পোইরয় খুরায়
ঙারেল্পাম্পা নঙ্সুঙ্।। আথৌলিচা হেপ্পা মাহাক্‌নে।। নোংয়ায় অয়্সুঙ্।।
হাওয়েল্ য়ীময়্খৈবা য়ৈকোই য়ীতোল্ঙাক্পা।। মাহাক্‌নে।। পাথৌ য়ীপীঙ্ঙাপু
লমকেৎপা মাসেল্‌নে।। তল্পা কোন্লোন্ য়ীমিংথোং।। পাথৌ কোন্লোয়্
নামিংথৌপু।। হায়েং চাতোল্না কাও সুতোল্না।। নিল্লাকানে।।
লম্লেল্ মাতাইমা আসিপু।। পাথৌ য়ীপীঙ্ঙানা তোক্নাপাকি।।
তোকতাকঅো কৌসে।। হায়্না মিংথোংখিয়ে।। খুরায় ঙারেল্পাম্পানা।।
পাওমেল্লকয়ে।। পোইরয় য়ীপালম্ নোংয়ায় নাপালমপু।। তাম্পানীকিনা।
১০ চাপুক্ লাম্ অুল্পী চাফম্ হোংলে।। ১০ চাক্য়োম চামানা।। ৱাংলয়্
খাঙ্তম্ য়োংমানখিসে।। তিমেল্ তামায় পায় খোক্লাং তানিঙ্থক্তা।।
মাচাক্য়োম্পু লাল্চানাখিয়ে।। ৱাংলয় খাঙ্তম্ খোম্পু।। লাল্থ

## লায়খোক্লুবা ৱাহন্থোক ঃ

মকা লাম্না হল্লকএ। অদু নোং নুমিৎতগীবু, মতু লৈমা পোন্নু য়েনকম চনু নিঙোল শীথি-য়েন, মথংলেন মৱা মপুরোইবা চুমপারেঙ অথৌবা নোংমল-য়েন। চরাং হয়মৈ কক-ও তৌনা কৌয়ে। কে গে মোইরাং ৱালবরেন্দা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনা চায়না খোংফেলনবা অসিনসু লোইবা লৈতরি।। ১৭।। ✳ ।।১৭।।

১৮

খুরাই ঙারেলপাম্বা
১সুং খুমল
তোঙবুনুখারাচাপা চায়নবা

লমলেল লমদম হাওরা অঙৌশি পারেকোন্দা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনা চায়না খোংফেলনববু লৈরিয়ে। পলেম মমা অপোকপী কাইরংবসু পীবুক্লুংদগী পোকচবী; খুরাই ঙারেলপাম্বাগা, পলেম মমা অপোকপী মেলতে নুখারবীনা পোকচবী নোংয়ায় খুমল তোঙবু অথৌবগা অনীমক্তি কাওরেল শন্দনা কম্না লেংঙানা মালপী চীরেল য়ৈনা শল অঙম তালনা থেংনা ৱাইনবগুম; অঙম্বা অনিনা তাখোক খোকলা শিংনা নালনবু নালনা তিমেল তা চায়ননা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনবদি নোংয়ায় খুমল তোঙবুনুখারাচাগী তিমেল তাদি মহাক্কী খুৎসু তানা তাঙনবদি খুরাই ঙারেলপাম্বদি অচোং কননা চোংথ্রৈঙেদা মাঙলৌ নাপীনা লৌদুনা তুলৌ তুরে। খুরাই ঙারেলপম্বাগী তিমেল তা অমুক তাঙনলকপদি; নোংয়ায় খুমলচা তোঙবু নুখারাচাদি অনোল কননা পাকথৌহৌবদগী নঙ্গন মনমদি চেগায়রম শানা থিনফাৎলে। খুরায় ঙারেলপাম্বদি শিগবরা শিখিদরে। নোংয়ায় তোঙবুনুখারাচাসু মথাবায় মাঙনা শিগবরা হায়ববু শিখিদেয়ে; নোংয়ায় তোঙবুনুখরাচানা পাওমেলনা হায়রকয়ে।। পাথৌ অথৌবা পোইরৈ খুরায় ঙারেলপাম্বা নঙসু থৌনা ফবা, লান্দা থৌবা নহাক্নে । নোংয়ায় ঐসু হাওয়েল ইরমদম ইরৈপাক্তা কনা লেংবা লৈতনা ইদোম ঙাবনা লৈবা ঐহাক্নে। পাথৌ অথৌবা ইবানিবু লমকেৎ লমহেনবা মশেলনে, নিপা ওইবগী কোনলোই ইমিংথোন। পাথৌ নঙগী কোলোই নমিংথোলবু হয়েং চারোল ইচাশিংনা কাওদনবা শুদোল ইশুশিংনা নিংশিনহৌনবা লমলেম লমদম মফমসিবু, পাথৌ অথৌবা ইবানিনা তোক্লবগী তোক্তাক-ও কৌশে হায়না মমিং মিংথোনখিয়ে। খুরায় ঙারেলপম্বনা ৱাহৈ মপাও হায়রকয়ে। পোইরৈ পোক্লফম লমদম, খুমন নঙগী নরৈপাক্তগী লাম্নবনিনা তরা চাকপু লাম, চাক লান্থনা পুকসে মথক মথা ওক্লে, তরা চাকয়োম চামিন্না ৱাংলৈ য়ুবুসু থকমিন্নখিসে, তিমেল্ তাজিন তামাই পায়না খোকলাং তানিঙথক্তা মাগী মাগী চাকয়োমপু চামিন্নখিয়ে। ৱাংলৈ য়ু খাঙতমখোমবু লান্নদুনা থকমিন্নখিয়ে।

*ঙাইখো-ও হায়না পাউখুম্ববু ককয়েল অথৌবা অশাওবগা লোয়নবা শম খোঙনা খোংলেল কাওথেক্লা য়েংলুবদা মাগী তালোই নুপীদি মকোক লুবেল য়াওদনা অঙাংবা ঈখেংলাক্তা তাদুনা লৈবম্ববু উবেদো। কবম্না থৌওং অসি ওইবনো। অতৈ কনা ওইরম্লোই লুবাং লালদোই তবেং ওইবমগনি কদুনা মাগী তিমেল তা মখুৎত চুঙলেল য়াইওইবা, খাঙলেল মখুৎত নমদা য়েপনা শাফি লানফি তননা শেংনা হয়েল লালতানখিয়ে। মন্দানৌগী থবায় য়াওরবা হকচাংবু মপী তানা য়েং, শানৌ মাগীদমক. চেং পুক চেং শিংবা, ফৌ ওননা লৌরুবা ওননা লুকতা ফৌশিংবগুম্না লনশিংগে হায়না মপী পীবাং শিঙ্গরদুনা লান্দারকঙৈদা. লুবাং লালোই তরেৎমক্তি ৱাংলৈ অয়াকপনা ময়াই কোক্লাবগী লমফাইনা তুম্না লৈরম্নে। খোয়োল কক্লেন শুচা অথৌবনা তানবা ফংলুরে। তাঙজা মখোয়গী শম্নাং মশেল কিশিনলে, তাখোক খোক্লাং খোকনা য়ৈনা ফুনা য়াহৌদোকপবু*

কনাখিয়ে।। নোংয়ায় তোঙ্‌প নুখারাচানা।। পাওহংলকয়ে।। পাথৌ খুরায় ঙারেল্‌পাম্‌পাঅো।। বাংলয় খাঙ্‌তম্‌খোম্‌ খোম্‌লাং নানুংচঙ্‌।। আসীতী কারি খোম্‌নো।। হোয়্‌তা পাথৌ মেলতে নুথ্রাচাঅো।। মারেম্‌ হয়্‌তও তায়োল্‌ খোম্‌ তায়োল্‌।। লোইচল্‌ খোম্‌।। বায়রা খোম্‌তী ঙকচেংপা।। খোম্‌লাং নীঙ্‌না খাপাখোক্‌না থুম্‌পা।। খাপা বুল্‌নংতাপা।। খোম্‌লাং চাইচীপী সিল্‌ফাপা।। পাখং ছয়েল্‌ লাল্‌পাম্‌পা।। লাল্‌তা খোম্‌নে।। পাথৌ তোঙ্‌পু নুখারাচাঅো।। খোম্‌লাং নানুংচঙ্‌তী কারি খোম্‌নো।। পাওহংখিয়ে।। হোয়্‌তা খুল্‌পী লোন্‌লাং খোম।। থাঙ্‌সা ঙাইখোং খুন্‌ঙম্‌খোম্‌।। ঙাইখোং লোইচল্‌ খোম্‌।। খোম্‌লাং নীঙ্‌না খাপা কোক্‌না থুম্‌পা খোম্‌।। খোম্‌লাং পিসিল্‌ফাপা খোম্‌।। খোম্‌লাংচাল্‌নে।। পাওখুম্‌খিয়ে।। মপীঙ্‌ঙাকি খোম্‌লাং মানুংচঙ্‌সু।। পায়্‌না পায়্‌না য়েংনোরময়ে।। আতুনোংকিপু।। পায়্‌মা খোম্‌লাং মানুংচঙ্‌অো তৌনা কৌয়ে।। লম্‌লেন্‌ তোক্‌তাক্‌ লম্‌মাহল।। হাওকৈ কৈরেল্‌পুঙ্‌।। হাওরা আঙৌসী পায়েংকোল্‌।। লোল্‌লোয়্‌ লয়মারাঙ্‌তা।। চানা খোংফেল্‌নপা আতুসুঙ্‌ মাতোম্‌তে।।১৮।। * ।।১৮।। লম্‌লেন্‌ মাতাইমা কে কে পল্‌মারু।। নোংয়ায় পল্‌মাতোল্‌।। তেরা বুতোম্‌পোক।। আতোল্‌ মায়রেঙ্‌পা মারওপাল্‌।। তা।। চায়্‌না খোংফেল্‌নাপাপু লৈয়ে।। লম্‌লেন কে কে লৌবাইচাও।। মোইরাং পুপাল্‌বা।। খুপুংতও তওবাংলা তওরেল য়াংনম্‌পোক্‌।। ফুন্‌ফই লম্‌সি খুরোয়্‌ থীংপাকোল্‌।। তোইপী লাইমীঙ্‌ চনু আকোঙ্‌ চারোল্‌পীকা।। খোয়নৌ মাতা য়োংচীন লইকোয়্‌পম্‌ চানু ২ মানা।। থাঙ্‌য়ি লুম্‌পাল্‌ তোং।। লোইমোম্‌ পোপ্‌তেক্‌পাতা।। বাঅোইখিয়ে।। য়ীমাল্‌ মাচা থীঙ্‌মোম্‌পীসু।। য়ীনেম্‌ মাচা আহৌ মইকা য়াংও।। নাপীঙ্‌ঙাতী মোম্‌নু নুচালকৃতা।। সঙ্‌পায়্‌ কুম্‌মিপা।। মাপাল্‌ য়াইতোপ্‌পাপু।। পুকুনো পোংপু তাংখুপাপু নম্‌কুনো।। পল্‌লেম্‌ মামা মেল্‌তেনু আথ্রাপীচা।। খুমল্‌ তোঙ্‌পু আথৌপা।। মাতোম্‌ তল্‌পা মীখন্‌থাই।। হাওয়েল্‌ য়ীময়্‌খৈ

## লায়খোঙ্রবা বাহস্তোক ঃ

নোংয়ায় তোঙপুনুখরাচানা হায়রকয়ে, পাথৌ খুরায় ঙারেলপম্বা-ও বাংলৈ য়ু খাঙদম খোক, খোক লাংনা নুংচঙ অসিদি করি করম্বা তাখোক খোকলাং খোকচংনো? হোয়দা পাথৌ মেলদে নুথ্রাচা-ও। মরেম হৈতৌ তায়োল খোক, তায়োল লোইচল খোক, বায়রা শাদান খোকতি ঙকচেংবা। খোক্লাং নিঙনা খাবা খোকনা থুমবা, খাবা উল নংদবা খোক্লাং বাদি চাইচীপী শিল্লং য়াম্না চনবা, পাখং ছয়েল লাল লান্দাবা পাম্বাশিংনা লালদা খুৎচানা পায়নবা খোকনে। পাথৌ তোঙপুনুথ্রাচা-ও। নঙগী খোক্লাং নানুংচঙদি করি খোকনো হায়না বাহৈ মপাও হংখিয়ে। হোয়দা খুলবী লোম্লাং খোক, মাঙশা ঙাইখোং খুনঙম খোক, ঙাইখোং লোইচল খোক, খোকলাং নীঙনা খাবা কোকনা থুমবা খোক, খোকলাং পীশিল ফাবা খোক, খোক বাদি খোক্লাংচালনে হায়না বাহৈ মপাও খুমখিয়ে। অথৌবা অনিমক্তি খোক্লাং মনুং চঙ্গু পায়না পায়না য়েংনরময়ে অদু নোংদগীবু পায়মা খোক্লাং মানুংচেং-ও তৌনা কৌয়ে। লমলেন লমদম তোক্তাক লমদম লম্মাহল হাওগৈ কৈরেনপুঙ হাওরা অঙৌশি পয়েংকোন লাললোয় লৈথ্রাংদা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনা চায়না খোংফেম্নবা অসিনসু লোইবা লৈতরি।। ১৮।। * ।।১৮।।

১৯

মোইরাং অনীমোংবীসু, অথৌমেকোয়াং অসিনা খুমল তোঙপুনুথ্রাচাগী চয়নবা

লমলেন লমদম মফম অমা কেগে পলমরু নোংয়াম পনদোল; তেরা উতোমপোক, অদোন নোংয়ায় মায়রেঙবা মলৌপালদা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনা চায়না খোংফেলনববু লৈয়ে। লমলেন লমদম কেগে লৌবাইচাউ, মোইরাং ফুপালবা, খুপুং তৌ তৌবাংলা তৌরেল য়াংনমপোক ফুনফৈ লমশি খুয়োই খিংবা কোল, তৌইবী লাইমীঙ চনু অকোং চারোনবীগা, খোইনৌ মতা মমান্নবী য়োংচীন লৈকোইপম চনু অনিমক্না থাঙয়ি ফৌগী লুমপাল তোংনা লোইখোম ফৌদি পোকতেকনা ফৌহোলঙৈদা বাওইননা হায়খিয়ে। ইকু ইবুংঙোগী মচা থীঙমোমবীসু শাবী, ইনেমগী মচা ইবুংঙো অহৌমৈকায়াং - ও। নখোয় অনীদি মোনু নুজা নুপীশিংগী মরক নুংদা শঙবায় কুমমিবা, মপাল য়াইতোপবু পুগনো পোংপু মতাং খুবা তাংখুববু নমকুনো।। পলসেম মামা মেলতে নুপ্থাপী-চা, খুমল অদোল তোঙপু অথৌপা মথন্দা নাইতোম মীথোই মীহেনবা নিপা, হাওয়েল

তাঙজা মন্দম মশেল কিশিনবনা মদোম লম্ফাইদুনা চিংখুনরে। কেকে খোয়োন অথৌবনা ওইদা লৈনা মশমগা খোম য়েংতা লৈনা থাওগা হাইনা লুয়াংশিংগী লুরেল মকোক ককলে। মশানৌ মাইকৈ তম্না হনলক্লে। মশানৌগী মকোকতি মাঙোলদা থম্নে। অদুগা লুয়াং তরেংতী মকোক শাম্বী লাম্বী কৌফমদা থমদুনা ছয়েল লালপাউ তমনা য়েনবুম হিনোই চম্নয়ে। মপারি অঙাং নবাদি থবায় মাওব্রবা মমা, ইখেঙতনা লুপ্পবা অদুগী খোম্লাং ইখৌ লাংবগী পলেম মমাবু কৌওম মথুং মচা পীশক্লা খোম্লাং তাজিন ইনৌ হাঙলববু চুপনা খালেববু অথৌবনা উরুবদা মথবায় শোক্লা কপখিয়ে। পারি ইবুংঙো অঙাং নবা নহাক্তি নমাগী খোম্লাং মছৎশিন শমু নখুৎপীক লোয়নন্না খোমলাং মরুৎশিলনা থরুরম্বা নঙগী কোলোয় নমিং মিংথোলদি মোইরাং খুৎফুপ চৈমিয়াং থীকলেন খোমরুকচামপা-ও হায়না মিংথোলখি। অঙাং অদুবু য়েনো মশানৌ তালোয়গীদমক

পা।। য়াংকোই য়ীতোল্ঙাক্পা।। মোমনু য়েন্থৌ চৎফাতা।। সীঙ্চা বাইকোইফাতাপা।। য়েন্লাং খুৎতাক্ ঙাইরল্ ফংফাতাপু।। তল্পা চীয়য়্না কাওরেল্ লাইথেংনারুঅো।। তৌয়ীকিতী তিমেল্ তা চায়্নাকে হায়রাপাতী য়ীমাল মাচা আথীঙ্মোঙ্পীসু।। আহৌ ময়কায়াঙ্অো।। য়ীম কে কে পল্ মারু নোংয়ায় পল্ মাতোল্ তেরা বুতোম্পোক্ আতোল্ মায়রেঙ্পা মারওপাল্তা।। আ।। তাংচা লম্ফম্অো লিল্লা নায়েৎঅো।। খোয়্পুঙ্ নারৌ চাওঅো।। তীঙ্য়ি নাওকা বোন্অো।। হামুল চারা লেপ্তম্ নৈঅো।। হয়্তৌ নীঙ্খম্ নামুংখা সম্চিল্নাপিঅো।। সঙ্তী লাল্লৈথেম্।। কুমচেং লোল্নীঙ্ য়েৎপীঅো।। চয়রয়্ কাপরং পাল্পু তুংথাংনাপীঅো।। কক্চাক্ সম্খোম্নাপীঅো।। থংলেন্ আথীঙ্মোম্পীসু নঙ্তী।। খোয়্মা নারোল্নুংতা।। তল্পা তিমেল্ নাখুৎসুপু পায়্না।। সাল্থুপ্অো হায়্খিয়ে।। য়ীমাল্ মাচা আহৌময়্কায়াঙ্ নঙ্তী।। নোংয়ায়্ তোঙ্পু নুখ্রাচাপু।। হুয়েল্ লাল্থেম্থোক্লুঅো।। হায়্না থৌনেকখিয়ে।। আথীঙ্ মোঙ্পীসুতী কে কে পল্মারুতা।। হামুল্ পান্পী লেপতম্ নৈনা।। সাল্থুপ্খিয়ে।। আহৌময়্কায়াঙ্তী নোংয়ায়্ য়ীম্লক্চঙ্।। খুমল্ য়ীম্খই ফংনা হুয়েল্ লাল্থেম্খিয়ে।। সুমায় কাইরয়্ য়েন্হৌরা।। য়াংলৈ তাওপা হুয়্হৌরাপা নঙ্পু।। কানানো হায়্না তোঙ্পুনুখ্রাচানা।। পাওহংখিয়ে।। আহৌময়্কায়াঙ্না পাওখুম্লক্য়ে।। আয়্নে পাথৌঅো আসী ক্রও নুমীৎমাতী।। মাল্পী চীয়য়্ কাওরেল্ লাইথেংনাসে।। হায়্না তেল্সীঙ্ পাপু-।। নোংয়ায়্ তোঙ্পুনুখ্রাচানা।। বাকন্খিয়ে।। পাথৌ আহৌময়্কায়াঙঅো।। সাইচীন্ য়ীলুম্ লোল্নাপানে।। কেকে চাক্তাংপা মোইরাং য়ীলুম্ লোন্চা য়ুতাংপকিপু।। চায়নাসে হায়্পারা।। তল্পা য়ীতুক নৎতে।। কাওরেল্ য়ীপা নৎতাপানে।। সুমায়্ কাইরয়্ য়েল্তাল্ য়াঙ্পা।। তাওপা হুয়্

লায়খোক্লুবা বাহঙ্খোক ঃ

ঈমৈখেবা য়াঙোই ঈতোল ঙাকপা, মোমনু নুজা য়েনথৌ চৎফদা। শীঙজা শীঙজন বাইকোই য়াদবা, য়েনলাং য়েঙ্লাং খুৎতাক ঙাইরল শীংজন অথিংবা অপনবা পিববু, তন্বা নিপা থোক্লা চাংয়েংনো কাওরেল শলগুম লাইথেনরু-ও। তৌবগীদি তিমেল তা চায়নগে হায়রবদি ইকু মচা ইবুংঙো অথীঙমোঙবীশু, অহৌমৈকায়াং-ও। ইয়ুম কে কে মোইরাং পলমরু নোংয়ায় খুমল্ পলদোল, তেরা উ উদোমপোক অদোল মাইরেঙবা মালৌপালদা আঃ তাংজা নাকোক নরু লুমদুনা খঙহন্দনা নারোৎননা লৈরু-ও। নতাৎ নরৌ চাও-ও। তিংঙি কৌবা উচেক্লমনা তৌশিননৌ, নাপী অশোংবা মরক য়েংনা লুম-ও। হৈতৌ নীঙখম নামুংখা শমজিল ফিজেৎনা, শাফি লালফি শেং , কুমচেং লোলনীঙ অমুবা কোয়েৎ লোলনীঙ য়েৎপী-ও। চৈরৈ কাবংফি ফজবা অপানববু তুং থাংনবী-ও। ককচাক শমখোংনবী-ও। ইশাবী থংলেন অথীঙমোমবীশু নঙদি খোয়মা নাপী মরক্তা লুমনা, তলপা তিমেল তা নহাক্কী খুৎসুবু পায়না লুমনৌ-ও হায়খিয়ে। ইকুগী মচা অহৌমৈকায়াঙ নঙদি; নোংয়ায় খুমল্ তোঙবুনুখ্রাচাবু হুয়েল লালশিঙ লালথেমথোকলু-ও। হায়নবু থৌনেকখিয়ে। অথীঙমোঙবীশুদি কেগে মোইরাং পল মরুদা হামুল পাম্বী লেপতম নাপী নৈনা, লুমদুনা শালথুপনা লৈখিয়ে। অহৌমৈকায়াঙদি নোংয়ায় খুমল্ য়ুমলক চঙনা খুমল্ অদোল য়ুমখৈ ফংনা হুয়েল লালবু লালথেমখিয়ে। শুমাঙ চাক্তা কাইরৈ য়েনদি য়েনহৌরা, য়াংলৈ হুইদি অথৌবা তাওবা হুইহৌরবা নঙবু। কনানো হায়না নোংয়ায় তোঙপুনুখ্রাচানা বাহংখিয়ে। অহৌমৈকায়াঙনা বাহৈ মপাউ খুম্নকয়ে। ঐনে অথৌবা-ও। ঙসি কোরৌ নুমিৎ অসিদি মালবী শলনা চীয়েনবগুম কাওরেল শলনা লেংঙানা বাইনবগুম লেংবা তৌনা অঙস্বা চাংয়েংনসে হায়না শীংনবরবু; নোংয়ায় খুমল তোঙপুনুখ্রাচানা বাকননা য়াখিদেয়ে। পাথৌ অহৌমৈকায়াঙ-ও। য়ুমলোন্নবা শাইজিন থংনবা মশেলনে, কেগে মোইরাং লমদা চাঙাংলবা মোইরাং লমদাংলবা, ইয়ুম লোন্নবা শানা, য়ুম লোন্নবগীবু অঙস্বা চাংয়েংনসে হায়বরা, নিপা ওইনা নহাক্কী নতিক নৎতে, কাওরেল ইপা চাদে ইপা নৎতেনে, শুমাংদা কাইরৈ য়েল তালবদা হৈবা, তাওবা হুই

*তেংথায়ে। ইশানৌ-গু পারি চাওজিবা অসিবু কনাদা খোম্লাং ইনহনশিংনো পাবিও পলেম নমাদি লুবাং লালথোইগী মখুৎপাক্তা, লাংলেন বাপুম খায়গুম খায়দোক্লে, নিংথম চৈরৈফি খাইগুম্বা তাইবংপানসিদগী খাইনহলমলে হায়না কপ, লুবাং থক্তা মৈশা লাঙবু লালখাযগে হায়না বাশরুখি। কোরৌ নুমিৎ মঙানি শুরবগা তাল্লোয় মাগীদমক মপল হাওশি মংলেনদা বাংলেন পুংখিননা কোরৌ খবাউচিক, থাফম লাইফম উরি হোঙকে হায়না তবেৎ শেনখিঙলে, বালেন পুংখিন হাওশি মংথিনলে, খুনং পাওতাকলে, শিংপাক পাউহোম্নে। মথৌ মঙম পাঙথোক্লে। লুবাং তাঙচা মরুতোল ককলম্নে হায়বগী কক্সা শমকি লমতাইখেন-ও কৌনখি। লুবাং ফাক্তেক নিংথৌ শোক্লাইবনা মোংবা য়ুমচাউ শাঙেদা হাপ্লবা কেকে লমথোইবা মোইরাং লমকেৎপা ককলেন নোংতেম গুজা অথৌবা। (থোংলেন হয়িং থোইচা) ওকলেন তোমচৎ কাওগুখপী তাঙজা লুবেল*

## পুয়াগী চপ চাবা ৱারোল

তাল্ য়াঙ্পানে।। লয়রক্ কোল্সাং ৱাপু কোইচাপানে নঙ্‌তী।। সাচা লাল্চা য়াঙ্পাপু নৎতাপানে। লোইমোম্ ফৌরুক্নাপা।। মোম্নু মাসুং আেইপা নুচা মামাল্ লওপা।। নঙ্না করি আেইনা।। আয়্পু হুয়েল্ লাল সীঙ্লাপানো কন্লক্‌য়ে।। আয়্তী লাহাল্ নোং সেল্লোয়্ য়ীপাতাও।। আবাং পোইরয় খুরায়্ ঙারেলপাম্পাপু।। চায়্না খোংয়েল্নোংতা।। অয়্কি তিমেল্ য়ীখুৎসুনা।। ফেল্লাপাতী আচোংকন্না।। মাল্লও তুংলও তুরে।। মাকি তিমেল্ মাখুৎসুনা ফেল্লাপাতী।। য়ীনম্ চেকায়্রম্ সানা ফেল্থোক্লে।। আতুকিপু সায়ীতোংমা হাল্লওয়ে।। নোংথী লাইমল্ হৌয়ে হায়্না।। সংকাই তোন্নৌপীচানা কুরাং সাঅুন্ য়াংনা।। য়ীমু মাথোঙ্ হাংলিয়ে।। য়াওরও সাপেং চীতুনান্পানা।। লাইচা য়ীচুপলিয়ে।। অসি কোরও নুমীৎমাতী।। কে কে নাপুঙ্য়ায়্তো হল্ৱাইখিআে।। হায়্না পাওমেপাপু।। পাথৌ নঙ্‌তী নাতোম্ তল্পা।। মীখল্থাই নৎতাপারা।। অসি ক্রুও নুমীৎমাতী।। খোয়্মা নামায়্ আেন্।। য়াম্চেং নানম্ মুক্লাকানো।। তৌয়ীকি তল্পা য়ীতুক্ নাৎতে কন্লক্‌য়ে।। য়োয়্পুনাই খুয়োল্ সংলও য়েন্খুরাংপীআে।। য়ীমু মাথোঙ্ লয়্না মেল্না চায়্নকে।। ১০ চাকয়োমআে ৱাংলয় খোম্হাল্আে।। মোম্নু তান্লোই মরুপীনা।। পাওমেল্খিয়ে।। থংলেল্ য়ীপুংঙু তাআে।। আসী ক্রুও নুমীৎ মাতী য়ীমু মাথোঙ্ হাংপা নোংনে।। কারম্ তিমেন্ তা চায়্নাকাপন্ -।। হায়না থৌখাম্‌য়ে।।য়োয়্পু নাইআে।। নোংয়াই য়ীপালম্তা হুয়েল্ আসুম লালসীঙলাপাপু লৈতরিয়ে।। তৌয়ীকিতী নোংযায়্ নাপাচা আতোল নায়েল্লুপু।। হুয়েল্ লাল্পাও চেল্কে হায়্খিয়ে।। মাথংলেল্ নোংয়ায়্ তোঙ্পু লুখ্রাচানা।। পাওমেল্লক্‌য়ে।। অয়্তী হাওয়েল্ য়ীময়্খৈপা।। য়াংকোই য়িতোল্ ঙাক্পানে। নোংয়ায়্ লম্কেৎপা আতোল্ লম্হায়্পানে।। তাঙ্চা য়ীকাই হুয়েল্ লাল্পাও চেল্ফারোই হায়্না থৌখাম্খিয়ে।। মারুম্ সংলও য়েন্খুলাংপীনা।। ১০ চাকয়োমপীপু।। পাচুতে।। ৱাংলয়্ খোম্হাল্পসুঙ।। হাওতৈ মায়েং তায়ে।। থংলেন্আে তাঙাআে।। হায়্না থৌখাপাপু।। হোয়্য়াখিতে।। মারোং ঙক্তা হুক্না।।

## লায়থোক্লবা ৱাহন্থোক ঃ

তানবদা হৈবা, লৈরক কোনসাং খুদিং ৱারেম ঙানো কোইচং চংপা নঙদি। শাফম লালফমদা থৌবা হৈনবা নংতবনে; লোইমোম ফৌ ফৌরুক ফৌবু ওম্নবা, মোমনু নুজা নুপীজাশিংগা লোইনবা নুপীজাশিংগী মতৌ মান্না, নহাক্না করি ওইনা ঐবু হুয়েল লাল লালশিঙলবনো, থোইনা হেননা পাম্মুইয়ে। ঐদি নহান শেনলোই ইপাতাও মরুপ, অৱাং পোইরৈ খুরাইঙারেপাম্ববু অঙম্বা চাংয়েংনা চায়না খোংফেল্লনঙৈ নুমিৎতা ঐগী তিমেন তা ইখুৎসুনা তাঙ্কনবদি, অমদি অচোং কন্না চোংখিবনা মাঙলৌ তুংলৌ তুরে। মাগী তিমেল তা মাখুৎশুনা তাঙ্কনকপদি ঐগী ইনঙ্গনবু চেগাইরম শানা হুদোক্রে। অদুগীবু ইশা অসি ঈ হৌনা চিক-চিক লাওরিরে, নোংথি-নোংমংবসিদা অনা লাইমল হৌরিয়ে হায়রদুনা, শংকাই থাংদোন অতুম্বশিনা অশোকপা কুরাং শাউন য়াংনা হুৎ, ঈগী মথোঙ হাংলিয়ে, য়াওরৌ শা শাপেং মচী তুনানবনা, ঈপুম নাইপুম চিংথোক্লিয়ে। ঙসি কোরৌ নুমিৎসিমদি নয়ুম কেগে মোইরাং লৈবাক্তা হন্দুনা চংথ্রো। হায়না ৱাহৈ পাওমেলববু, পাথৌ নঙদি তলপা নিপা থোকপা অথোইবা মীশিংগী মনুংদা অমা ওইদবরা? অদুদি ঙসি কোরৌ নুমিৎ অসিদি খোয়মা নমাই -ওন য়ামচেং ননম মুকনা নমায় লৈদুনা চেন্নগনু। তৌবগীদি নিপা ওইবা, নহাক্কীদি নতিক নংতে পামুইয়ে। য়োইবুনাই লৈমা খুয়োল শংলৌয়েনখুরাংলী - ও। ঈ চিংথোক্লিবা ঈখুল মথোঙ লৈনা মেলদুনা অঙম্বা চাংয়েং চায়নগে। তরা চাক চাকয়োম-ও ৱাংলৈ য়ুসু নিংথিনা হাললো। মোমনু তানলোই নুপী মতুনা মৱাহে মপাও হায়জখিয়ে। ইশাবী থংলেন ইবুংঙো তাবী-ও। ঙসি কোরৌ নুমিৎ অসিমদি ঈপুম নাইপুম চিংথোকপা নুমিৎনে। করম তিমেল তা চায়নদুনা শাপা লেংপানগবনো হায়না চংতনবা হায়জখিয়ে। য়োইবুনাই লৈমা -ও। নোংয়ায়খুমন ঐগী পোক্লফম লমদম মক্তদা হুয়েল অসুম্না অমুক্তা লালশিঙলববু লৈতরিয়ে। তৌবগীদি, অদুম ওইরবদি নোংয়ায় খুমল নরৈবাক্কী মীশিং শাগৈ নাতে নপা নচা খুমল নংগী লোইনবা মরুপ মপাংশিং থঙহম্না হুয়েল লাল, লালপাওবু লাঙ্গেলগে হায়জখিয়ে। মশাবী মথংলেন নোংয়ায় অদোল তোঙবুনুথ্রাচানা ৱাহৈ মপাও হায়রকয়ে ঐদি খুমল লমগী অরোইবদা লৈবনে। খুমল্লনা কোলবা লম ইরমদম ঙমথৈ ঙাকপনে নোংয়োয় মমিং লৈবা, অদোন মীয়াম্না শক খঙনবা ওইবনা তাংজা ইমায়শি ইকাইজৈয়ে। হুয়েল লালগী লালবাউ তাকফরোই চেনফরোই হায়না য়াখিদেয়ে। লৈমা মতু শংলৌ য়েনখুলাংবীনা তরা চাক চাকয়োম্ববু অফ, খুদম ফংগ্রে, ৱাংলৈ য়ু য়ুহানবসু হাওতৈ মযেং তানা অফ, খুদম উদে। শাবী থংলেন ইবুংঙো পামমুবা - ও। ননাই ওইবী ঐনা অমুক্তা ঙাইথিয়ু হায়না চংতনবা হায়জববু য়াবীখিদে, মরোং চুং ঙকতা হুকনা য়ানশিদুনা

*ককল্লুনবা থাখিবা লুৱাং লালোই তরেংনা মায়োক যাবা ঙমদবদগী অথৌবগী নুপী হাওনু কৈশাতোন অঙাং উনবীবি মকোক কক্লুবদা লাললোই তরেং মকোক খোমনা ককখি। অথৌবা কেগে থোংলেন হয়িং খোইচা মতম কুইনা কেগে মোইরাংগী লমদা হাইনা হুয়া লৈবক্রবগী মতুংদা নোংমদি অথৌবনা যাবৌ শাদানবা চংপা য়াইবা শাথিবকপদা, খুমল য়াইখিঙ অয়ম্বসু খোইমা নায়োলানুংদা, নাবক শিংলক্তা য়ারৌশা শাদালনা শাথীরিঙৈদা নারক শিঙলক্তগী অথৌবা থোংলেন হয়িং খোইচাবু উথা ফংবদা অকিবা পোক্লুনা নাপী শিংলক্তা লোননা অথৌবা উদা থঙদনবা চেনববু থোংলেল হয়িং খোইচানা খোংতন অসুম অসুম লিবক্রবগী খুমল য়াইখিঙ অয়ম্বনা খোইমা নাপী শিংলক্তগী লিবি থখোয় যৌনা চিংদুনা শুয়া নকনা তেন থাদুনা কেগে অথৌবা পোংলেন হয়িং খোইচাবু থানুংখিংনা তেনপাম্নদুনা, পু তুরে হায়বগীবু খুমল য়াইখংঙ ওয়ামপা কাপনলম থোংলেন তুনালম ও তৌনা কৌয়ে। ( মোইবাং নিংথৌবাল লম্বুবা, লঃ ৮৫-৮৬, কংলৈ লমথোন, লঃ ১৩-২১, মোইবাং কংলৈবোল লঃ ৪৬-৪৭)*

**পুয়াগী চপ চাবা বারোল**

তিমেল্ মাঙয়ীন্নানা।। আহৌ ময়কায়াঙ্পু মাঙ্থানানা।। হুয়েল্ লাল্তাল্লক্য়ে।। আসাই ঙয়কি।। আথীঙ্ মোঙ্পীসু হামুল্ চারা লেপ্তম্ নৈপাপু।। য়ৌরক্লে মেল্তে খোয়তোঙ্নুখ্রাপীচা।। নোংয়ায় তোঙ্পু আথৌপানা।। হামুল্ পান্লেপ্তম্নৈনা।। য়েৎথাঙ চারিখম্পাপু।। নামু পোংপু খাচীক্লাপকি।। পাখং তিমেল্ মাখুৎসু।। বায়কও চীনীলোঙ্পানা হুলখিয়ে।। তিমেল্ তা সুতারাপাতা।। আথিঙ মোঙপীসু খোয়্মা নারোল্তা। তাঙ্চা লম্ফম্পানা তিমেল্ তাহলকপাপু।। নোয়ায়্ তোঙ্পুনুখ্রাচা আথৌপাকি।। লাপা থানুং থেৎলে।। নোংয়ায়্ তোঙ্পুনুখ্রাচানা পাওমেল্লক্য়ে।। মোম্নু নুচা মাসুং মালপাসা ঙাইরাখিআে।। য়োয়্পু নাই খুয়োল্ সংলওয়েন্খুরাংপা চানুনা।। ১০ চাক্ য়োম্লক্পা বাংলই খোম্হাল্লক্পাপু লৈয়ে।। থংমানখিসে।। হায়্না খোক্লাং তাতোল থক্তা।। ১০ চাক্য়োম্ মাপু লাল্চানাখিয়ে। বাংলয় খাঙ্তম্ খোম্পু সিল্থক্নাখিয়ে।। আথীঙ্মোংপীসুকা আহৌময়্কায়াঙ্কানা।। বায়রা শামুল্না হুয়েল্ লাল্মুল্নাপাপু। তোঙ্পুনুখ্রাচানা।। পাওয়াল্লক্য়ে।। মোম্নু নুচাসিংআে। কাতৌপা বায়্রা সামুল্না।। হুয়েল্ কাতৌপা লাল্মুল্নাপানো।। আয়্পু য়াংলৈ তাওপা তম্না।। কঙ্লী থোক্লায়ে।। মাচেঙ্ কাইরয় তুকম্পাপু পোল্তাই লাক্লৈয়ে।। আয়্কি বায়্রা সাসীঙ্ ১০০ মাপু নঙ্ থানাখিআে*। আথীঙ্ মোঙ্পীসু নঙ্তী।। খোয়পুঙ্ নারৌ চাওঙাম্য়ে।।অয়্পু লাপা থানুংথীৎনা চয়্পীয়ে।। অয়্কি হুয়েল্ লাল্সিঙ ১০০ মা আসীপু নঙ্ থানাখিআে।। হায়্না বায়্রা সাখাইখি হুয়েল্ লাল্খাইখিয়ে।। পাথৌসিংআে অয়্পু থাঙলেল্ চেপ্না।। চল্ পাপু মাচল্ ফাপীআে।। থাঙ্য়ী লয়্রোল্চল্।। য়াম্চেং

**লায়থোক্লবা বাহস্তোক ঃ**

তিমেন তাদি তাপাকনা মাঙদা ইননা পায়, অহৌমৈকায়াঙবু মাঙদা থাহননা চৎহননা চায়নগে হায়না হুয়েল লালবু লান্দারক্লে। ঙসাইঙৈদগী অথীঙমোঙবীসুনা নাপী হামুল চরা লেপতম নৈনা নাপীলক্তা লুমনা লৈরিবগী মপাদুমক য়ৌরকলে, মেলদে খোয়তোঙবু নুখ্রাবীচা থোইনা হেননা অথৌবদি ওইরিবা, নোংয়ায় খুমল তোঙবু থোইনা হেম্না অথৌবনা, নাপী মরক নৈখাইনা হামুল পনলেপ তমনৈপা নাপী অশোংবা লুমনাবা নমু মীওবা ওইরবসু মীগী লমচৎ-শাচৎ চৎতবদুবু শাওনিংবা হানখিবনা নিপা ওইবগী তিমেল তাদি মহাক্কী মখুৎসু তাদোন মচিল অনি ফাংনা লোঙববু তাহুনখিয়ে। খুতা তিমেল তা পায়দ্রবা মতমদুদা, অথীঙমোঙবীসু কৌবদি শকউদা নারকনুংদা লুম্বনা শকক্ষা শকক্ষা উননা, পাংদবা অয়স্বা মাগী তিমেন তানা তাহুনলকঙৈদদি নোংয়ায় তোঙবুনুখ্রাচা অথৌবগী থম্মোই থুমনা তাজিন য়ুংলেদো। নোংয়ায় তোঙবুনুখ্রাচানা মরাহে মপাও হায়রকয়ে। মোমনু নুজা নুপী মানবা পাংদবশা ঙাইখো-ও। য়োইবুনাই য়ুমগী নুপী খুয়োল শংলৌয়েনখুরাংবা চানুনা তরা চাক চাকয়োম্লকপা, বাংলৈ য়ু খোমহানলকপবু লৈরিয়ে, থকমিন-চামিম্লখিশে হায়না খোক্লাং তাদোল থক্তা তরা চাক চাকয়োম অমবু লাননা চানখিয়ে। বাংলে য়ু থক্লবা খঙতম খোমপু অমুক অমুক শিম্ন-শিন্দুনা থকমিম্লখি। অথীংমোংবীশুগা, অহৌমৈকায়াংগনা অমনা লেংবানবনিসু খঙদা, বায়র শামুম্লবা ওই, অমনা হুয়েল লানশিংনা অঙস্বা চাংয়েনবসু নৎতা হুয়েল লালমুম্লববু ওইনা অমত্তা মাইয়োক্লবা নৎতবনা, তোঙবুনুখ্রাচানা বাহে মপাও য়াম্লকয়ে। মোমনু নুপীমচা মানবশা, করি তৌবগী বায়রা শামুম্লবা, হুয়েল করি তৌবগী লালমুম্লবনো। ঐবু, য়াংলৈ তাওবা হুইগুম তমনা হুইগং থাংনা থম্লববু হুইগং মরি থাদোকলৈয়ে, মচেঙ কাইরৈ য়েনগুস্বা অদুগুস্ববু য়োনকোন্দগী ফারবগুময়ে। ঐগী বায়রা শা, শা মশিং চাম্মাবু নঙ থানখি ও। অথীংমোংবীসু নহাক্তি নরৌ নতাৎ তৌরম্মে। ঐবুসু থম্মোই থুমনা তানা লেংঙময়ে। ঐগী হুয়েল লালশিঙ চাম্মা অসিবু নহাক থানখি-ও। হায়না বায়রা শা, শাখাইখি হুয়েল লালখাইখিয়ে পাথৌশিং-ও। ঐবু থাঙলেল খুৎয়ান খুৎকক ফজনা ককপী-ও। শতুম ওইরবা হাকচাং অদুনা নৈপাক নিংথিজনা তৌথোকপীদুনা লৈনুংদা

* **সাসীং ১০০মাপু নঙ থানখিআে ঃ** শা-লান চৎলুবগা শা লান ঙম্লক্কুনা হল্লক্লবা মতুংদা পুবক্লিবা মকোক নৎত্রেগা শা অদুগী কংলো লানবাও তমনা নুংগোইবী লালু চনবগী বাহৈদি 'চীঙ্গুঙ্ খোইমোম লাইরেম্মা, চেংজা নুংগোইবীদা নঙ হেবুংথৌ তাইবং শোবারেল নমু পোংহনবা।। বাইবা শাচৎলুবা ভয়েন লানচৎলুবদি হুয়েল লালফা থুবক্লবগী চিঙ্গুঙ্ নঙগী নখোঙ খুয়াথাদা লালু চোইমাই চম্লরবনে।' মসি নত্তবা তোঙান তোঙানবা লাই অহমগী মিখে খেম্লবসু থেংনৈ। (শাকা লানকা)

লয়্কুপ সীপাপু।। মাসী ফাপীআে।। হেম্পা লোই কাক কাক অমুপা সীঙ্লেল্ লৈপাম্থিল্পা।। থাঙ্চী মীতম্ চেল্ল।। সারেল্ হিংসোঙ্ সায়্না।। পামেল্ বুতোল্থক্তা পাওতোয়্নারাক্নে।। হায়্খিয়ে।। আথীঙ্ মোঙ্ পীসু আহৌময়্কায়াঙ ২ মানা।। নোংয়ায় তোঙপুনুথ্রাচাপু।। লূরক্ কাঙ্তৈথি।। যৌনাও লেল্থোঙ্ লেন্।। তওথোপ্ খল্থাংনা।। লালু পোল্লেম্ হাল্না।। মারাল্ বোন্তেরক্লে।। লম্লেল্ খুরোয়্পা থিংপা কোল্তা।। থোইপী লাইথীঙ্ চানু আকোঙ্ চারোল্পীকা।। খোয়্নৌ মাতা য়োৎচী লয়্কোয়্পম্ চানুকা ২ মানা।। থাঙ্য়ি লুম্পাল্তোং।। লোইমোম্ পোপ্তেকফু।। বুপল্ চয়্রোঙ্ ফুনা নীঙ্খন্নাঙামুয়ে।। খোয়্নৌ য়ীতাআে নেম্নেম্ লাক্পা।। আসিতী কারিনো।। লাবায় মুরও খোই লওখোই হাপ্লম্পীচা।। লওসীৎ হাম্পোইপা হামুল্ চারা লেপ্তম্।। তোংপা চেক্ পান্পী লেপ্তম্ নৈপা ১০০ তোংতারিপাতী।। য়ীচীঙ্ হল্রাইরোই।। খোইচেং ১০০ হৈতারিপাতী।। য়ীরাল্ বোন্তেরোই হায়্না।। তেল্সীঙ্পা চেক্সূঙ্ মারাল্ বোন্তেরাই তম্ফংতারিয়ে।। নারিরোই। পাওখুম্খিয়ে।। তৌবীকিতী খোয়্নৌ য়ীতাআে।। য়ীমাল্আে।। য়ীমাল্ মাচা আথীমোঙ্ পীসু।। আথৌময়্কায়াঙ্ নোংয়ায় তেল্সীঙ্পা।। খুমল্ লাল্তাপানে।। য়ীমাল্ মাচানা সামু খুৎতা সুরক্পা।। আসিপু কারিনো।। খুৎতাক্ লাসোই পোললা।। সংলওলা য়েনপুললা।। পাওহংপাপু হে খোয়্নৌ য়ীতাআে।। আয়ীম কে কে মোইরাং নমপুচম্ নীঙ্ঙোল্পী।। হাওকুরা রাইমাতোম্পীনা।। ময়্পুন্ য়াতাপীক্না লোক্তাক্* কুম্সাতারি।। তওমু কুম্খায়্তা ক্রাং হিআেন্তা।। থাঙ্সা থেল্তম্তারিয়ে।। য়েন্লাং খুৎতাক্ ঙাইরল্ ফাহিরোইয়ে।। থুমনাও পোল্সীন্ তুহাও লয়্না লিংহীরোয়্য়ে।। হায়্না পাওখুম্খিয়ে।। তৌয়ীকিতী য়ীমাল মাচা ২ মানা।। সামু খুৎতা পায়্পা আসীতী।। নোংয়ায় তোঙ্পুনুথ্রাচা।। হাওয়েল্



**লায়থোক্রুবা রাহস্থোক :**

ফুমঙৈদা মথক্তা অকুপা লৈবাক ফজনা শিজনবীদুনা ফুম্বী-ও। অশিবা শাদুম পাম্বা চীঙ্দা য়ারেকপা কাক, কাক অমুবা শাহিং শাদুম মনম খঙ্গনবনা, হকচাংগী শাদুম শেংনা শেংনা শায়, শাদুম চেলনা পামেল উতোল থক্তা তোংনা লাকনা লাকনা খোংনগনি হায়খিয়ে। অথীংমোংবীশু, অহৌমৈকায়াঙ অনীমক্কা নোংয়ায় তোঙবুনুথ্রাচাবু মকোক লুরেল কক্ যৌনাও লেলথোঙ লেননা তৌগী পোলাং শানা অকক্পা মকোক হাপনা ময়ুম মাইকৈরোমদা হল্লকলে। লমলেন লমদম খুরোইবা থিংবা কোল মোইরাং লমলেন মফমদা। থোইবী লাইথীঙ চনু নিংঙোল আকোঙ চারোলবীগা, খোয়নৌ মতা চান্নবী য়োৎচী লৈকোয়বম চনু অনীমক্কা থাঙয়ি ফৌদি লৌয়ৈঙে ফৌবোল ফক্পালদা থম, লোইমোম ফৌদি ফৌবী লাক্না হায়না ফুনা, উপল উনা শাবা উগী খুৎশা মানবা উশা ফাংবা চৈরোং পায়না লৌ য়ৈরিঙৈদা হায়রকয়ে, খোয়নৌ চান্নবী ইতা-ও। আ-দা পীকনা নেম নেম লাকপা ওইনা উরিবা অসিবু করিনো। লবাই মুরৌখোই, লৌখোই হাপলম্বী-চা, লৌশীং হামরোইবদা হৌবা নাপী হাবুং, হামুল চারা লেপতম খল্লনা খল্লনা তোঙ্গন উচেক, পাম্বী লেপতম নৈবা খুদিং তোংদ্রবদি লৈঙদবী, হাবুং লৈবা চামা চামা তোংনদ্রবদি চেক্লা মহুম নিংশিংদা খোইচেং চাম্মা হৈতারিবদি চেক্লা য়ারেকফম ময়ুম মাইকৈ হল্লোই হায়না শীংনবা চেক্লানসু ময়ুম কাইদোংফম লোমদা চেক্লা মাইওননা নরিরোই তৌরিরোই হায়না পাউখুমখিয়ে। তৌবগীদি খোয়নৌ চান্নবী ইতা-ও। ইকু-ও ওইবদি, ইমাল ইকু ইবুংঙোগী মচা অথীংমোংবীশু; অহৌমৈকায়াং অনীনা, নোংয়ায় খুমল অশীংনা তেলশীংবা, খুমল লমদা লান্দাখিবনে। ইমাল মচানা শামু মখুৎতা পায়না পুরকপা অসিবু করি ওইরিনি, খুৎতাক লাশোই পোল্লাং পোললা। শংলৌ য়েঙ্গাং থোংনা মনা মশীং মপুনলা হায়না রাহংববু, হে খোয়নৌ চান্নবী ইতা-ও। ইয়ুম কেগে মোইরাংগী নমপুচম নীঙঙোলবী হাওকুলা লাইমাতোনবীনা মৈবুন থালনা লোক্তাক কুমদরি। ঙা ঙমু কুমশিগী ঙা ফানবা হি হোনদ্রি, থাঙগা থেল তমদরিয়ে। ঙাফা ঙাতা ওইরবসু য়েঙ্গাং চারা খুৎথাক চাশিং ফাখিবোইয়ে। কক্সী-ককনাও মচা মশু ঙাক ওই, থুমনাও পোলশিন লৈনা লিংহিরোই। পীশক পীক্রমখিনিয়ে হায়না বাহৈ মপাও খুমখিয়ে। তৌবগীদি ইকু ইবুংঙো মচা অনিনা, শামু মখুৎতা পায়না পুরকপা অসিদি নোংয়ায় অদোন তোঙবুনুথ্রাচা,

* **লোক্ তাক :** কে কে লোকতাক বাঙলপবেল কৌপতী, কাওবেল কোনতে লাংনুপীনা লাইজা ঈশিং-ঈপুঙ খইনা বানা লানলকয়ে মাপুক মনিল-তেনা থুংলায়ে।। কেকে শলমুকোল মোইলাং শলশেল নাওদা লৈঙামবা কেগে মোইরাংনা পুবা নমপী শোইশেলহলবগী মাংদা কাওবেল কোনতে লাংনুপীনা শাফোংনা লৈবম্বী তায়না তাকলময়ে হায়বদগীবু কেকে লোকতাক বালপালেল্ পুকতৈপী ঈনামুং কেগে শামুকোল মোইরাং শলশেল নাওরোই তাক ও হায়না কৌনখি। (মোইবাংনা ঈশিংবু লোক কৌয়ে) (কেগে কংলৈ ; লঃ ৯৮)

য়ীয়মখৈপা।। য়াংকোই য়ীতোল্ ঙাক্পা।। মাতোম্ তল্পা মীখন্থাই।। নোংয়ায় য়েন্লাং থৌচৎফাতাপা।। আতোল্ সীঙচা ৱাইকোইফাতাপাপু নারিঙয়নে।। লাল্লুনে পোল্লেম্নে।। তওথোক্নে খল্থাংনে।। হায়্খিয়ে।। আথীঙ্মোঙ্পীসু আহৌ-ময়্কায়াঙ্তী।। তল্পা থায়াঙ্ মাথৌমল্।। চুঙ্সেল্ মারাল্ হওকিপু।। মোমনু নুচারক্তা।। সংপায় কুমলীপা মাপাল্ য়াইতোপাপু।। পোৎপু লেংনম্ থোংতানা।। কে কে মানিংথৌ ৱুরা লাইচীঙ্খু চীঙ্খু*।। তেন্হৈপানা লাংকোল্নাখিয়ে।। হায়তাপারা।। লম্লেন্ কে কে পল্মারু নোংয়ায় পল্মাতোল্ তেরা ৱুতোম্পোক্ আতোল্ মায়রেঙ্পা মারওপাল্।। খুরোয় থিংপাকোল্তা।। চায়না খোংফেল্নাপা।। আতুসুঙ মাতোম্তে।। ১৯।।✱।।১৯।। লমলেন মাতাইমা য়ীরাল্ ময়চারাও।। পাসি ফম্তম্ লও সেপু লয়্মা মারওপাল্।। আঙৌপা নওমি-খোংতা।। ৱাকয়য় ঈীরাল্নানা।। চায়না খোংফেল নাপাপু লৈয়ে।। আঙৌপা খুরাম্পাম্পাকা।। খুমল্ তাল্তে খুৎহৈপা।। ময়পী তোংহুম্চল্পা তেৎনৌ নীঙ্কাঙ্ময়পাকা।। লম্লেন্ সেপু লইমা মারওপাল্ তা।। চায়না খোংফেল্নাপাতী।। আঙৌপা তীমেল্ মাখুৎসুনা ফেল্লাপাতী।। ৱাকয়য় হীনম্খেৎনা।। সোইরেল্ ফুপী তুরে।। খুমল্ তাল্তে খুৎহৈপা তিমেল্ মাখুৎসুনা ফেল্লাপাতী।। আপাখুরাম্পাম্পাকি।। খুপোম্ চংলয়্তুরে।। য়াম্চেং মানমমুক্না খোয়্মা নারোল্নুংতা।। সাল্থুপ্খিয়ে।। আতোল্ তাল্তে খুৎহৈপাতী।। ৱাক্য়য় মারাঙ্হৌ তোংমা থিনাইনা।। হুয়েল্ লাল্তাল্লক্য়ে।। আঙৌপা খুরামপাপু।। খুমল্ খুমু মানওরোংনা।। থিল্না ফারে।। আতু নোংকিপু আঙৌপা নৌথিখোংতো থোল্য়ে।। য়ীরাল্ ময়াচারাও য়ীরাল্ লোইথারও।। আথৌপা নওথিখোংতা।। চায়না খোংফেল্নাপা আতুসুঙ।। মাতোম্তে।। ২০।। ✱ ।।২০।। লম্লেন্ মাতাইমা।। ৱায়সেল্ পুলইপাল্ ঙাংচা চয়্হুল্লম্।। চীঙয়ায় ঙানুথুম্পী খুতারম্।। সেল্পামীমাপা ৱায়চাপাল্।। ৱায়সেল্ ফৈপাক্ য়ীতা।।

লায়থোক্লবা ৱাহন্থোক ঃ

খুমল খুন্দোল, খুন্দাবা, খুমল মরমথৈ য়াঙ্গোই খুন্দোল ইতোল ঙাকপা, মদোম তমবা নিপা অথোইবা, নোংয়ায় খুমল লমদা য়েঙ্গাং থিবা য়াদবা; অদোল নোংয়ায় লমদা শীংথি-শীংজন য়াদবা মহাক্কীদুম ওইরমদননে। অককপা লাললু মকোকনে। মদুবু হাপ্পবা পোললাংনে, তৌথোক পোললাং খলথাংনে হায়না হায়খিয়ে। অথীংমোংবীও, অহৌমৈকায়াং অনীদি তমবা নিপা থোকপা থবক পাংনা, চুঙশেল মরাল হৌঙৈদগীবু। মোমনু নুজা নুপীলক্তা, শংবাই ফৌ-অোন থুমোক কুমলীবা, মপাল য়াইতোপ্পা পোৎপু লেংবান্দা থোংনা ফৌ হোনবা তোকহন্দুনা কেগে মোইরাং নিংথৌ উরা লাইচীঙখু তেনহৈবনা লৌশিনবীখিয়ে হায়নদবরা।। লমলেন লমদম পলমক নোংয়াই পল মতোল তেরা উতোমপোক অদোল মায়রেঙপা মারৌপাল খুরোই থিংবা কোলদা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনা চায়না খোংফেলনখিবা অসিনসু লোইবা লৈতরি।। ১৯।।✱।।১৯।।

২০

অঙৌবা খুরামপাম্বা
১সুং
খুমল তালতে খুৎহৈবগী
চায়নবা

লমলেন লমদম মফম অমদি ইরাল মৈজরাও পাশি ফমতম-লৌ, সেপু লৈমাগী মারৌপান লৌয়া, অঙৌবা অঙোম নৌথিখোংদা ৱাকয়ৈ হিদি হিরালনদুনা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনা চায়না খোংফেল্লখিবশু লৈরিয়ে। অঙৌবা-অঙোম খুরামপাম্বগা, খুমল নোংয়ায় তালদে থাঙশা য়োৎসু হৈবা মৈবু উতোং চলনা মৈহুমনা তেৎনৌ য়োৎপু মৈ ঈকনা, মৈঈক য়োৎপু নীঙ্গাঙননা য়ৈবগা। লমলেন লমদম সেপু লৈমা মালৌ পানদা, অঙম্বা মশেল চাংয়েংনদুনা চায়না খোংফেল্লখিবদি, অঙৌবা অঙোমগী তিমেল তা মখুৎসুনা তাঙ্গলকপদি ৱাকয়ৈ হিগী হিনম খেৎনা শোইরেল ফুমগী মথক্তা য়ুংলে। খুমল নোংয়ায় তালতে খুৎহৈবগী তিমেল তা মহাক্কী মখুৎশুনা অমুক তাঙ্গলকপদদি অঙৌবা অপান খুরামপামবাগী খুবোম মতা ফবদা তানা য়ুওলে। মদুদগী মমায় লৈনা চেনখিদুনা খোয়মা নাপী অশোংবা নারক্তা লোৎখিয়ে। অদোল নোংয়ায় তালদে খুৎহৈবদি ৱাকয়ৈ হিবু খুৎহোৎ নৌহোন কন্না য়াংনা হোনজিনখিদুনা হুয়েল লালবু লান্দারক্লে। অঙৌবা খুরামববু খুমল মাগী হিহোন খুমু নৌনা মনৌরোংনা থিলনা ফারে। অদু নোংদগীবু অঙৌবা নৌথিখোং-ও তৌনা থোল্লখিয়ে। ঈরাল মৈজরাও, ঈরাল লোইথা-লৌ, অথৌবা নৌথিখোংদা✱ম্বা মশেল চাংয়েংনা চায়না খোংফেলনবা অসিনসু লোইবা লৈতরি।। ২০।। ।।২০।।

২১

খুমল মখীঙকোংঙাবা
১সুং
মৈতৈ অকাংপুগা চায়নবা

লমলেন লমদম মফম অমদি ৱাইশেল পুলৈপাল, ঙাংচা চৈহুনলম। চীঙয়াই ঙানুথুম্বী খুলদা-লমদি মিকৌবা। শেলবা মীমাবা ৱাইচাপাল, ৱাইশেল ফৈবাক ঈদা

* ৱুরা লাইচিংখু তেনহৈপা (উরা লাচীঙ্খু তেনহৈবা) ঃ উবা কোংয়াম্বা ফাইনৌসু চনু পান্নদুনা পুরিকলাই লাইচিংখু তেনহৈবা পোকএ। উবা লাইচিংখু তেনহৈবনা হৈবেম লৈমা নিংথৌয়াংরম চনু পান্নদুনা মোইরাং নিংথৌ ওই। (শাগে শল্লাই/মোইবাং নিংথৌরোল, লঃ ১৩৮)

**পুয়াগী চপ চাবা বারোল**

চায়্না খোংফেল্নাপাপু লৈয়ে।। আতোল্ নোংয়ায় মীথীঙ্কোঙ্ঙাপা
আথৌপানা।। থেৎথাঙ্ চারিখম্ লাংময় পুংলেল্ চীল্না।। সাঙ্তীঙ্
লাল্লৈথেম্।। কুমচেং লোল্ কোক্য়েৎ।। মারোং চেপ্য়াল্না তীমেল্।।
হুঙসোন্ লয় থাঙ্লেল্ নাময় য়েপ্না।। পোইরয় য়ীতীক্না বাংঙম্ য়ীপানাপু।।
চায়্না খোংফেল্নাকে হায়্না।। হুয়েল্ লাল্তারক্পাতা।। পোইরয় ময়্তৈ
আকাঙ্সুনা।। বায়্সেল্ ঙাতাঙাম্পাতা লম্আোক্নারে।। পাথৌ পুল্সী
আকাঙ্সুআো।। য়ীপীঙ্ঙা চায়্না খোংয়েল্না।। তিমেল্ তা চায়্না।। মারোং
চুঙ* ফুনাসে হায়্না।। তেল্সীঙ্খিয়ে।। পুল্সী আকাঙ্সু।। পায়মা লৌসিং
থোইপানা।। পাওখুম্খিয়ে।। পাথৌ মাথীঙ্কোঙ্ঙাপাআো।। ঙাইরাখিআো।।
লেম্লয় চাসীৎফাতা।। তোঙ্পোল্ বায়্রও থল্তারিয়ে।। লয়্রায় মুংপীথক্তা
ঙাইখম্খিআো।। আতোল্ মাথীঙ্কোঙ্ঙাপানা।। বুরোং মায়্থানা।।
খোক্লাং ঙৈখঙ্নানা।। মীৎয়েং নাওসুম্খিয়ে।। খোম্লেল্ তুম্কানখিয়ে।।
পুল্সী আকাঙ্সু।। বায়্সেল ঙাতাপানা।। চেংলও মীৎথীৎলে।।
আতোল্ মাথীঙ্কোঙ্ঙাপু।। সামু তুংপুল্না।। পারয় লাল্কাসা
সম্লাং তারয়্নারে।। নোংয়ায় মাথীঙ্কোঙ্ঙাপানা।। পাথৌ পুল্সী
আকাঙ্সুআো।। আসি কওরও নুমীৎমাতী।। হুয়েল্ নারাল্ আোইরে।।
পোইরয় নাপল্ লম্তা।। য়েন্পোৎ হীনোই চল্নারুআো।। লাক্থা লাল্মিং
থানারুআো।। নোংয়ায় অয়্পু পুঙ্মা থোল্নাআো।। চীঙ্য়া থেল্খেৎনাআো।।
অয়্তী হংয়েং য়াইথোঙ্ সীরম্লেল্তা।। মায়্ময় চীন্আোন্তানা।। বায়্রা
নাসাআোই হুয়েল্ নারাল্ আোইঙাম্কে।। অইকি লাংচেং য়ীরুথেৎকা।। চুঙলোং
য়ীনম্খাঙ্কা।। তিমেল্ য়ীখুসুকা।। কংলা লাল্পাও তম্নরুআো।। আইপু
সামু তুংপুনাপাপু।। থাথোক্আো।। হায়না তাঙ্চা মারৈতোল্না।। পুলুম্খিয়ে।।
পুল্সী আকাঙ্সুনা।। মীথীঙ্ কোঙ্ঙাপাপু লুবক্ কাঙ্তৈথিতা
খৌনৌ লেল্থোঙ্ লেন্তানা।। থাঙলেল্ চেপ্না চল্পীতানা।। হল্বাইখিয়ে।।
পুল্সী আকাঙ্সুতী তল্পা মাচীহেন্।। কাওরেল্ মারাই।।

**লায়থোক্লবা বাহস্তোক ঃ**

অঙম্বা মশেল চাংয়েংনা চায়না খোংফেম্নবসু লৈরিয়ে। অদোল নোংয়ায় খুমন মথীঙকোঙ্ঙাবা অথৌবনা, শার্ফী লালফী শেৎ, নীংখম লৈতেংনা উচেক লাংঙৈ পুংলেনগী মতু চীলনা থেৎ, লালফি কোকথোলদি কুমজেং লোল কোয়েৎ অমুবা কোক্তা লৈতেংনা মারোং তাগী চুংশু চেপনা য়ালনা, তীমেল খুৎসু তা হুঙশোন লৈনা পায় থাঙলেল মখুৎসুনা তুংদা য়েপনা। পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী মীশিং বাংঙম মৈতৈ মচা অথৌবগা শাবান লেংবানগে, অঙম্বা শামান্নবশিং চাংয়েংনো চায়না খোংফেম্নগে হায়না হুয়েল লান্দারকঙৈদা পোইরৈ মৈতৈ মচা অকাঙশুনা বাইশেল লমদমদা ঙাফারিঙৈদা লমওকননা থেংনরে। পাথৌ মরুপ পুলশি আকাঙসু-ও, ইবানিদি অঙম্বা চাংয়েনশে, চায়না খোংফেলনা তিমেল তানা চায়নসে, মরোঙ চুঙবুসু ফুনসে হায়না লালশীংনখিয়ে। পুলশি অকাঙশু পায়মা পুক্রিং থোইনা লৌশিং লৈবনা পাওখুমখিয়ে, পাথৌ মরুপ মথীঙকোংঙাবা-ও ঙহাক্তা ঙাইখো-ও। লেমলৈ ঙা ফাবা অসিবু চারা ফাওবা ফাদরিয়ে, ঙাহাপ তুঙ্গোন থন্দরিয়ে। লৈরাই মথক্তা লৈদুনা ঙাইখো-ও। হায়রবদা অদোল নোংয়াই মথীঙ কোঙঙাবনা, উশা খরা লৈদা থা উরা য়েংনা খাঙ তাখোক খোক্রাং য়াওনা মোনখাঙনা মিৎ উইশিন্দুনা তুমখিয়ে, খোম্লেল য়াতাদানা তুম্লিববু পুলশিঅকাঙসু বাইশেল লমদা ঙাফাবনা মমিৎনা হেক উরদুনা অদোল মথীঙকোঙঙপু শামু মশা মতুং পুল অশাংবা মশমবু পরৈ লাকনা চিঙনা চেৎনা পুলনা থম্লে। নোংয়ায় খুমল মথীঙকোঙঙবানা, পাথৌ মরুপ পুলশিআকাঙসু-ও ঙসি কোরৌ নুমিৎ অসিদি নহাক্কী লালফা, নখুৎ চল্লবা হায়বদু ওইরে, পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক নরমদমদা য়েনবুম হইরোই চল শামী লাম্মী কৌনারু-ও লাকথা লালমিংসু থানারু-ও। নোংয়ায় ঐপু লালঙম্বাগী হুয়েল লালু চল কংলা লানথাউ তমনা থেলখেৎ নৌ-ও। ঐদি হংয়েং অশি শিরমলেন খুম্মুং লৈবাক্তা ইমাই ওন্দনা নহাক্কী লুখা থারবা শাফা লালফা ওইনা ওইনরগে। ঐগী কোক্তা থেৎলকপা লৈতেং, চুঙলোং নঙ্গলনা খাঙলিবা; তিমেল তা ইখুৎসুশিং অসি লৌবি পুবিদুনা হুয়েল লালঙম্বগী কংলা লানবাউ তম্নরু-ও। ঐবুদি শামু তুংবুম্নববু থাদোকপী-ও হায়না তাঙজা মরৈতোল অমেংবা বাহৈনা খুরুমজখিয়ে। পুলশি অকাঙশুনা - মথীঙকোঙঙাববু মকোক লুরেল ককপিবা তৌদনা খৌনাও লেলথোঙ লেনবিবা তৌদনা।

* **মরোং চুঙ ঃ** *ময়িম শেংলোইনা বাহৈনা লংমাইনা তেংথাননা মারোং চুঙ লোং নমমখাংবু লাংও হায়না কৌয়ে। ( মৈতৈনা মরোং চুঙবু - তাগা লোইনবা চুঙ হায়বগা খঙনৈ)* (নিংথৌ লাইহুই , ল ঃ ৪৩)

**পুয়াগী চপ চাবা ৱারোল**

লাংনো মারাল্ অোন্তেরক্‌য়ে লম্‌লেল্ ৱায়সেল্ পুল্‌লৈপাল্।। ঙাংচা চয়‌হুল্ লম্ মাথীঙ্‌কোঙ্‌ঙাপা সিতাবাই।। পুল্‌সীপাপু কাঙ্‌সুম্‌লকাপারা মল্‌তা ৱাইতা।। চায়্‌না খোংফেল্‌নাপা আতুসুঙ।। মাতোমতে।। ২১।। ⁂ ।।২১।। লম্‌লেল্ মাতাইমা।। মথৌ ঙাঙোম্বা তাঙ্‌চা লুহল্ পুঙ্।। ৱায়্‌রা সারোল্ পুঙ্‌তা।। চায়্‌না খোংফেল্‌নাপাপু লৈয়ে।। ময়্‌তিংঙু নোইনাই খুমোম্‌পা*।। য়ীকোপ্ খোংফেল্‌থৌপা।। তেংকোল্ ৭ চাইপা।। সেল্‌পী কাপ্ চাংথ্রঙ চাংনিংসিং।। কাপ্‌পোল্‌থ্রাঙ্ লায়রাপা।। সনা চীন্‌পাল্ থোংনা চাসায়্‌পা।। লুপা য়ীন্‌পাল্‌থোংনা য়ু য়োংপাপু।। কাইনা হুল্‌পা।। লাইরেল্ কৌপা মীয়োম্‌পা।। মাথাম্ লাইচা য়ীপুঙ্‌লোক।। মীয়োম্ মাতাম্ লোক্।। লাংকোই ১০০০ লোক্‌তা খৌসাপা।। মারোই খাংচেল্ চাইপা।। কৌপা পাথুপ্ নেন্‌পা।। তিল্‌পাল্ য়ান্‌পা।। ময়্‌তিংঙু নোইনাই খুমোম্‌পানা।। ৱাকয়য় মাখুনেৎ তোংচেং মানুংচঙ্‌পু।। খোঙ্‌আোইনানা।। লম্‌লেল্ লয়্‌তাঙ্ য়ুমোইকোল্।। নোংয়ায় হাওচা লারিংকোল্।। য়ীরাল্ ময়চারাওপু।। ঙম্‌লোন্ নাতৈনানা।। য়াওরও লাংপল্ সাতাল্‌পাকি।। লাইরেল্ মারাঙ্ থীঙলও নীঙ্‌না তেরক্‌পাতা।। ৱায়্‌রা সারোল্ পুঙপু।। ঙম্‌লোন নাতৈনারক্‌লাপাতা।। আতোল্ পীতোন্ লাইপাকা লম্‌আোক্‌নারে।। মায়্‌তিংঙু নোইনাই খুমোম্‌পাকা।। নোংয়ায়্ খুমল্ নিংথৌ।। পীথোন্ লাইপাকা ৱাকয়য় তেংমায়্‌থক্‌তা।। লীরী থামোইতিং লাকা তেলময়্ লাক।। ৱায়্‌রা তেল্ চায়্‌নাখিয়ে।। আতোল্ পীথোল্ লাইপাতী।। ৱাক্‌য়য়্ নীঙ্‌না তেকে তেঙম্‌তা তোংচেং লুনা হল্‌কে হল্‌ঙম্‌তারাপাকি।। খোয়্‌মা মায়্ আোন্‌তানা।। ৱায়্‌রা তেল্‌ৱায়্‌লক্‌য়ে।। ময়্‌তিংঙু নোইনা কৌপা মীয়োম্‌পাসুঙ্।। লাইরেল্ ৱাকয়য়্ মাখুৎনেৎ।। খমনও লম্‌য়েং হিপু।। তোংচেং মাথিনাই খুমু মারাঙ্ হওনা।। লীরী থামোইতিং লাকা তেল্‌ময়্ লাক্‌না।। হাওরৈ খানা পাংপারম্।। কাপ্‌থাখিয়ে।। হাওরৈ নোংপোক্ পাংপারম্‌কি।। লাংপল্ য়ী সাতাল্‌পা।। ক্বাক্‌পা লিতোল্ পাম্‌পাসুঙ।। ঙাংলও হাওকম্ ফাইতাকি।। খুনপু থীন্‌পী ফাপা কংলা য়ীফাংথৌপানা।। যাম্‌মা নিংথৌ পীথোন্‌লাই পাপু।।

**লায়থোক্‌ক্রবা ৱাহন্থোক ঃ**

থাঙলেন চেপনসু চনবীদা, থাঙনা য়ানবিদনা হনখিয়ে। পুলশি অকাঙশুদি হরাও মথোই কানা নিপা থোক মাইথোং মকা লাম্না ময়ুম মাইকৈ তম্না পাংনা হল্লক্লে। লমলেল লমদম ৱাইশেল পুলৈপান ঙাংচা চৈক্কল-লম মথিং কোঙঙাবা শিদৱাই পুলশিববু কাঙশুমলগববা মলদা ৱাইদা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনো চায়না খোংফেলনবা অসিনসু লোইবা লৈতারি।। ২১। ⁂ ।।২১।।

২২

**মৈদিংঙু লোইনাই খুমোম্বা ১সুং খুমল নিংথৌ পীথোললাইবগী চায়নবা**

লমলেন লমদম মফম অমদি মথৌ ঙাঙোম্বা তাঙজা লুহন পুঙ ৱায়রা শরোল পুঙদা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনা চায়না খোংফেম্নখিববু লৈয়ে। মৈদিংঙু লোইনাই খুমোম্বা ঈকোক খোংফেল থৌবা, তেঙ্কোল তরেৎ চাইবা শেনবী কবো চাংথ্রাং চাংনিশিং, কবো পোনথ্রাং লাইরবা সনা চীনবান থোংনা চাশায়বা, লুপকী কোলবু ইনপাথোং চুপনা য়ু থকপবু কাইনা হুন লালঙম্বা; লাইরেল কৌবা মীয়োম্বা, মথাম লাইজ্জা ঈশিং ঈপুঙ-লোক। মীয়োম মতা-লোক, লাংকোই ১০০০ লোক্তা খৌশাবা মরোই খাংচেল চাইঙম্বা, কৌবা পাথুপ নেনবা তিলবান য়ানবা মৈদিংঙু লোইনাই খুমোম্বানা, ৱাকয়ৈ হিদি মাগী খুনেৎ হি, তোংজেং হিবু তোংদুনা খোঙলেংলকঙদা লমলেল লমদম লৈতাঙ য়ুমোই-কোল, নোংয়ায় খুমল হাওচা লারিং কোল, ইরাল মৈজরাওবু তুংওইনা থনম্নগা লাক, য়াওরৌ লাংপল শাদালকপদগী মৈদিংঙু লাইরেল নিংথৌদি ময়ুম মাইকৈ হনলক্লগে থল্লনা নীঙনা হল্লকঙদা, ৱায়বা শারোল পুঙবুসু ঙমল্লোন তুংওইনরক্লবা মতমদা, অদোল নোংয়ায় পীথোনলাইবগা থেংনরে। মৈদিংঙু লোইনাই খুমোম্বগা, নোংয়ায় খুমল নিংথৌ পীথোললাইবগা ৱাকয়ৈ হি মথক্তা তেলগী লীরি থাম্মোই থুমনা য়ৌনা চিঙ তেলজৈ তেলনিঙ লকা তেলমৈ লাকনা পায়, ৱাইরা তেলকাপননা অঙম্বা চাংয়েংনা চায়নখিয়ে। অদোল নোংয়ায় পীথোললাইবাদি ৱাকয়ৈ হি তুংহননা হোন্দোক্কে হন্দোকপা ঙমদা তোংজেং হিদি হিরুনা হলনা হোলগে হোলঙমদবদগী খোয়মা ওন্দনা মাইয়োক য়ানা ৱায়রা তেল কাপ্পা মাইযোক য়ারক্লে। মৈদিংঙু লোইনাই কৌবা মীয়োম্বসুঙ মৈদিংঙু লাইরেল মাগী ৱাকয়ৈ হিদি মখুৎনেৎ, খমনৌ লময়েং হিবু ইথক ইপোম হৌনা লাইজা ঈশিং, খুসু নৌরেল্লনা কননা হোংনা হোনজিননা তেলগী লিরি থম্মোই য়ৌনা থুম্না চিং তেনজৈ তৈনমৈ লকা চেৎনা পাই। হাওরৈ খানা মাইকৈ পাংবা লমদা তেলকাপথখিয়ে। হাওরৈ নোংপোক মাইকৈ পাংবা লমদগী লাংবল-ঈ শাদালবা, ক্বাকপা লিতোলপাম্বসুঙ ঙাংলৌ হাওকম ফাইদগী খুনপু থীনবী ফবা খুমল কংলা ঈফাংথৌবনা মবুংঙো খুমল নিংথৌ পীথোনলাই ববু

*ময়্‌তিংঙু নোইনাই খুমোমপা (মৈদিংঙু লোইনাই খুমোম্বা) ঃ মৈদিংঙু লোইনাই খুমোমবা কৌদবিঙদা কাউবা মীয়োমব-ও তৌনা কৌযে। মতুংদা মৈদিংঙু লোইনাই খোমচিনবা অতোন ঙাংচলক্কী তিনচিনবা-ও হায়না মিংথোনখি। মহাক্না তোংলম্বা হিগী মমিংদি নিংথৌ লোকপা পুঙলেল খোমপা কৌযে। (নিংথৌবোল লম্বুবা লম: ১৬১-১৬৯/হিয়াংলোন লম: ২)

**পুয়াগী চপ চাবা বারোল**

নোংমল্লাপারা হায়না।। ৱাকয়য় খোঙ্‌আেইনা খুমু নওখপ্লাক।। তুরেল্ মোংপা য়ীপু ফৈনা সম্লক্‌য়ে।। হাওরৈ আৱাং পাংপারম্‌তাকি।। মামা পোংনু য়োয়সক্‌পীচা।। য়ীরেম্ লাইপা খারা লৌতোন্‌পাসুঙ।। য়াম্‌মা নিংথৌ পীথোন্‌লাইপাপু নোংহাঙ্‌লাপারা হায়না।। আৱাং লাইনা পাংপারম্‌তাকি।। খোপ্‌থারক্‌য়ে।। ময়্‌তিংঙু মাতাইরেম্।। আরোং য়ুপাল্‌হল্‌পা।। হোঙনেম্ সুম্‌পা নিংথৌকল্‌পা।। চোয়্‌নৌ সানা খাওচাও পুপানা।। পাওমেল্‌লক্‌য়ে।। ময়্‌তিংঙু নোইনাই খুমোম্‌পা।। লাইরেল্ য়ীকোক্ খোংফেল্‌থৌবাআে*।। নাতাইরেম্ মায়িম্ নোংয়ায় খুমল্‌তী।। মামা পিয়াখোংঙানুচা।। আতোল্ পীথোন্‌লাইপাসুঙ।। ছয়েল্ লাল্‌তান্ থুরক্‌য়ে।। আৱাং লাইনা পাংপারম্‌কি।। মামা পোংনু য়োয়সঙ্‌পীচা।। য়ীরেম্‌লাইপা খারা পাওআেন্‌পাসুঙ।। লাল্‌লোই খাকোক্‌তাওপু।। তম্‌থারক্‌য়ে।। লাইরেল্ য়ীপুংঙু তাআে।। থীঙ্‌লও পল্‌চল্‌পাপু লাল্‌নংলাকানে।। লাইরেল য়ীপুংঙু নঙ্‌তী।। থীঙ্‌লও তেখিআে।। নাতাইরেম্ য়ীখোয়তী।। খোয়্‌মা য়ীমায় আেন্‌তানা।। য়ামচেং য়ীনম্ মুক্‌লারোইয়ে।। নোংয়ায় পীথোন্‌লাইপাপু।। তীমেল্ তা চায়না।। মারোং চুঙ ফুনাকে।। লাইরেল নঙ্‌তী আসাইঙয়্‌কি।। মারা নাখোঙ্‌খুল্ লীখিরো।। আরোং য়ুপাল্‌হল্‌পানা।। লাইরেল য়ীপুংঙু তাআে।। নাতাইরেম্ অয়্‌তী নোংয়ায় থাঙ্‌লেল্।। মাখুৎসুপু সোংকিরারোইয়ে।। আতোল্ তিমেল্ মাখুৎসুপু।। সোংকাঙ্‌লারোইয়ে।। আথম্ মীপোক্‌কে আথৌ লাংকোল্‌কে।। তুপী নাসুংলাংকি আমল্ খমলয় কুম্‌পাপু।। লাইপক্ নোংতম্‌লক্‌পাপু।। কাচেং থাঙ্‌আেইনানা।। য়ীরা চাপু আেইখিকে।। লাইরেল্ য়ীপুংঙু তাআে।। নাতাইরেম্ অইকি মোম্‌নু তান্‌লোয় য়ীরুম্‌পী।। চক্‌মোম্ তেম্‌খাঙ্‌লোন্‌পী।। য়াওরা মাসীঙ্‌সু।। লোইতাম্ থাপু ফারাপীপু।। লৈয়ে।। হায়েং নোংপাল্ য়ীপারিপু সাৎলক্‌লপাতী।। তুপী নাক্‌তা তাইয়াম্ নিংথৌ সেল্‌নাপীআে।। য়ীমোম্ নোংপাল্‌লোনপু।। সাৎলক্‌লাপাতী।। লাইরেল্ নঙ্‌কি তান্‌লোন্ আখুপী।। লুম্‌লেল্ আতোল্‌পী আহিং

**লায়খোক্লবা ৱাহন্থোক ঃ**

হাৎপ্রবরা হায়না নিংদুনা ৱাকয়ৈ হি হোল্লনা, তোংনা খুমু নৌচাও হোল্লদুনা তুরেল মোংবা তুখুল ইল্লনা তুরেল ঈপু ফৈনা শন্নকয়ে। হাওরৈ অৱাং মাইকৈ পাংবা লমদগী মমা পোনুং য়োইশকপী মচা, ইরেম লাইবা খারা লৌওনবসুঙ মবুংঙো খুমল নিংথৌ পীথোললাইববু শিরবরা হায়না, অৱাং লাইনা মাইকৈ পাংবা লমদগীবু কুমথরক্কুনা থিরকয়ে। মৈদিংঙু মৈতৈ নিংথৌ মহাক্কী মনাই অথোইবা অরোং য়ুপানহলবা হোঙনেম শুম্বা নিংথৌ কলবা, চোইনৌ খম সনা খাওজাও পুবনা হায়জরকএ। ইনিংথৌ ইবুংঙো মৈদিংঙু লোইনাই খুমোম্বা, লাইরেল ইনিংথৌ ইকোপ খোংফেলথৌবা-ও। নদাইরেম ময়ুম নোংয়ায় খুমল লৈবাক্কী মামা পিয়াখোংঙানুগী মচা অদোল নোংয়াই পীথোনলাইবাসুঙ ছয়েল লাল তানশিল্লকপা খোংলৈ থুরকয়ে। অৱাং লাইনা মাইকৈ পাংবা লমদগী মমা পোনু য়োইশঙবীগী মচা, ইরেমলাইপা খারা পাউওনবাসুঙ লালদা থৌবা লাললোই খাকোক্তাওবুসু মাইকৈ অসোম পাংনা লাকয়ে। লাইরেল ইনিংথৌ ইবুংঙো তাবী-ও। য়েক্লবশিংনা কোইশিনদুনা লালনংনবা ওইদুনা মতাং চাদনা ফাখিনিনে, লাইরেল ইনিংথৌ ইবুংঙো নহাক্তি অমুক পন্থবা তৌদনা হনবিখরো। নহাক্কী ননাই ওইরিবা ঐখোয়দি, মাইয়োক্লবদা খোয়মা ইমায় ওন্দুনা চেল্লরোই অঙম্বা ঈপাঙল-ইরৌশিং শিজিন্নদুনা নোংয়ায় খুমল পীথোনলাইববু তিমেল তা পায়না অঙম্বা চাংয়েংনা মরোং চুঙ ফুননা চায়নগে। লাইরেল ইনিংথৌ নহাকপু ঙসাইঙৈগী নহাক্কা লাকপা লম্বীদা হনবিখো। অরোং য়ুপালহলবনা; লাইরেল ইনিংথৌ ইবুংঙো তাবীও। নহাক্কী ননাই ঐদি নোংয়ায় খুমলশিংগী থাঙয়নবা অকিবা করি লৈরোইয়ে, অদোল নোংয়ায়শিংগী তিমেল তা অকি তুজুংবা করি লৈরোইয়ে। ইথৌনা ইরিংজেন ফুদোক্লগে তুবী লাইরেল ইনিংথৌ নহাক্কীদমকপু য়াইবী থাৱাই থাঙবা ফংজববু লাইবকসিদা নোংদম্লববু ওইরবদি মুৎলরোইদবা কাওনররোইদ্রবা অবংবা নোংথাং কাচেং থাঙওইননা ঈরাচাবু ওইখিগে। মৈতেংঙু লাইরেল ইনিংথৌ ইবুংঙো তাবী-ও। ননাই ওইবা ঐগী মোমনু তালোয় নুপীদি মীরোনলিবীনি। মকুম মথা শুরক্লবী লোইদাম থাবুং ফারবীবু লৈয়ে, হয়েং নোংপাল অঙোম চাদনা ইচানুপা ওইনা পোক্লক্লবদি ইনিংথৌ নহাক্কা য়েংশিনবী-ও। নহাক্কী ননাই ওইনা থম্বীয়ো। অদুগা ইমোম ইচানুপী অঙোম চনু নিংথোল ওইনা পোক্লক্লবদি। লাইরেল ইনিংথৌ নহাক্কী ননাই তাল্লোয় নুপী লৈমা অতোনবী অহিং তরা

***লাইরেল য়ীকোক খোংফেল থৌবা (লাইরেল ইকোক খোংফেল থৌবা) ঃ** নোংয়াই খুমল লৈকোই পুঙদামমিং মিংথোল ফবনা মৈদিংঙুনা ময়ুম কংলৈ পুংদা হাল্লকপদা খুমল লমগী লম্বী অচেন খোং কৌবা লমদা লৈবা য়োইরেলবা খুরানবা লোইচাওঙনা পোকচবী খম্না লাংমাই নিংথৌ লৈমা হৈপোকঙম্বীগী মচলনুপী পোনচেং ঙম্বী অতোলম্বীবু লৌবকয়ে। অদু নুমিৎতগীবু মৈদিংঙু কাউনা মীশোমক কৌবা অসিনদি কবি তৌনগাবনো হায়দুনা নুরা নিংখিজবী মহাকপু লৈমাশিংদা চনঙমলে হায়বদগী মৈদিংঙু লোইনাই খুমোম্বদি ইকোক খোংফেন থৌবা নোংয়াইশীংচালক্কী খোমজিনবা অদোন ভাংচলক্কী ভিনচিনবা-ও হায়না মিংথোনখিয়ে। মৈদিংঙু লোইনাই খুমোম্বদি খোল্লিবা মিংথোল অসিনা খোইনা হেয়া চায়বনে। (নিংগৌবোল লম্বুবা লঃ ১৬৯)*

**পুয়াগী চপ চাবা বারোল**

১০ চাথোৎপী।। নোংথিল্ সিল্লোন্ লোন্লাংপী।। পু।। আঅোইনাপীঅো।। য়োয়্পু বাক্চীঙ্ লাওকোইহল্পী লক্তা।। য়াংকোই হাল্পীঅো।। লাইরেল্ য়ীপুং তাঅো।। নাতাইরেম্ অয়না সায়য়্পা।। পলয়য়্থা।। লাংখোং য়ীতাসিপা নম্খোয়য় থায়্পাপু।। লাল্নংলাপাতী।। লাইরেল্ নঙ্কি বাকয়য় লময়েং হি* আসীপু।। চেল্পীঅো।। নামাল্ খুরায় লয়্মা।। কৌপা মারোংঙম্পী।। মল্কৌ লীক্ লীক্সংচিনাইপাপু।। য়াংলও থান্পল্লাল্তা।। য়াল্পীঅো।। লাইরেল্ মারান্খোঙ্খুল্পু।। য়াঙ্না হল্বাইখিঅো।। আসুম্ পাওমেল্লাপাতা।। ময়্তিংঙু নোইনাই খুমোম্পানা।। য়ীতাইরেম্ আরোং য়ুপাল্হল্পা হোঙ্নেম্সুম্পা নিংথৌ কলপাঅো।। মায়ীম্ নোংয়ায় লাল্পাম্পানা।। হুয়েল্ লাল্তারক্পাতা।। খোয়্মা নামায়্অোন্।। য়াম্চেং নানম্ মুক্কুনো।। চায়্না খোংফেল্নারওঅো।। মোম্নু হয়্রাঙ্ মাচায়াল্পীনা।। নাপারি ১ সাৎলাপাতী।। তাইয়ম্ নিংথৌসেল্পা লক্তাকি।। তায়াম্ মাপু সেল্নাক্ অোইহাল্কে।। নামোম্ ১ ফুয়রাপাতী।। য়োয়্পু তান্লোয় অখুপী।। লুম্লেল্ অতোল্পী অোইহল্কে।। তায়ম্ নাচারোল্ হায়েং নাসুরোল্ খুতীঙ্তা।। থাঙ্লেল্ কোম্সৎপা।। লাংকোই সারিথোক্পাপু।। লাল্নংহাল্লোইয়ে।। তায়ম্ নঙ্না আমল্ খমলয়্কুম্য়ীকিত্তী।। খম্নও লময়েং হিপু চেল্পীকে।। য়ীমাল্ মল্কৌ লীক্ লীক্সংচীনাপাপু।। য়াংলও থান্পল্লাল্তা য়াল্পীকে।। তায়ম্ হোঙ্নেম্সুম্পা।। নিংথৌকল্পা।। লাইরেল্ অইকি সায়াঙ্ য়ীতাল্সী।। চোইনৌ সানা য়ীখুৎসি।। আসীপু নঙ্ সিনারওঅো।। বায়্রং সানা য়ীনাসিসুঙ।। নঙ্ য়াল্নারওঅো।। মাতাইরেম আরোংয়ুপাল্হল্পা।। হোঙ্নেম্ সুম্পা নিংথৌ কল্পা।। সানা খাওচাওপাপুতা লন্খাইরম্য়ে।। লাইরেল্ ময়্তিংঙু নোইনাই খুমোম্পাতী।। হাওরৈ আবাং লাইনা পাংপারম্তা।। থীঙ্লও নীঙ্না তেরক্লে।। মাতাইরেম্ হোঙ্নেম্ সুম্পা নিংথৌ কলমপা

**লায়থোক্লবা বাহুস্তোক ঃ**

থোৎ, তনৌবী, নোংথিল থবক অবা পোখানঙৈদা মীৎয়েংফম্মু আ-ওইনবী-ও। লৈমা লৈমাবী লৈবাক শিথোঙ খঙবী পুবিশিংগী মরক্তা লোয়ননা লৈহনবি-ও। লাইরেল ইনিংথৌ ইবুংঙো তাবী-ও। নদাইরেম ননাই ঐনা শাফা লানফা ওইখি, অবা খুরৌ ওইনা লাংখোঙ ঈতা শিবা, ঙমখিববু থোক, হুয়েল লালনংনা লাইবক থীনা য়েক্লবগী খুত্তা চক্লবদি, লাইরেল ইনিংথৌ নহাক্কী হিদি* বাকয়ৈ লময়েং হি কৌবা অসিবু চেলপী-ও। নমাল ইবেম্মা খুরাই লৈমা অঙোম য়ুমবুরেম্বী কৌবা মারোংঙম্বী মলকৌ লীক লীকসং লীকতি চিনাইববু য়াংলৌ থানপল লালদা য়ালবী-ও। লাইরেল ইনিংথৌ ইবুংঙো নহাকপুদি খোংলৈ খোঙবাই থুনা য়াঙনা হনবিদুনা চৎপীখরো। অসুম হায়না হায়জরবদা মৈদিংঙু লোইনাই খুমোম্বানা ইদাইরেম ইনাই অচানবা অরোং য়ুপালহলবা হোঙনেমসুম্বা নিংথৌ কলব-ও। ময়ুম নোংয়ায় খুমল লৈবাক্কী হুয়েল লান্দাবা পাম্বশিংনা হুয়েল লান্দারকপদা খোয়মা নমাই ওন্দনা নথৌনা নরিংজেন পুথোক্তুনা অঙম্বা চাংয়েংনা চায়না খোঙফেলনা অকনবা লাল শোক্লরক-ও। মোমনু নুজা য়ুমগী লৈমা হৈরাঙ মচা য়ানবী মকুম মথা শুরবী মহাক অদুনা নহাক্কী নপারি নচানুপা অমা পোক্লবদি, তাইয়ম নিংথৌ শেলবশিংগী মনুংদগী মহাকপু নিংথৌ ঐগী তাইয়ম সেলনাক ওইহনকে। নমোম নুপী ওইনা পোক্লবদি য়োইবু লৈমা তানলোই নুপী অতোনবী লুমলেন চানবী অতোনবীবু ওইহনগে শোয়দনা। তাইয়ম নঙগী চায়োল হায়েং নশুরোল খুদিংদা মীহাৎ-মীপুন, বাথৈ-লানথৈদা অবা লালনংহম্লোইয়ে। তাইয়ম নহাক্না করিগুম্বা অমল খমলৈকুম্মা শিবা থোক্লবসু হিরেল খম্নৌ লময়েং হিসিবু চেলবীগে।। ইমাল ইকুগী মলকৌ লীক লীকশাং চীনববু য়াংলৌ থানপল নঙগী মোঙফমদা য়ানবীগে। তাইয়ম হোংঙনেমশুম্বা নিংথৌবু কলবা লাইরেল নিংথৌ ঐগী পাম্মোমদা লৈতেংনা শিরিবা তাল, সনাগী খুজি অসিবুসু নঙ শিনহৌ-ও। বায়রং সনা ইনাদা য়াল্লিবা অসিসু নঙ য়াম্নহৌররো। ইনাই অচানবা অরোং য়ুপালহলবা, হোঙনেমসুম্বা নিংথৌকনবা সনা খাউজাউ পুবদা খুদাং তাল, খুজি নাশি য়াওনা লল থাইরম্লে। লাইরেল মৈদিংঙু লোইনাই খুমোম্বদি হাওরৈ মাইকৈ অবাং লাইনা পাংবা লমদম লোমদা তলনা অমুক হম্না লাক্লে। মনাই অথোইবা হোঙনেমসুমবা নিংথৌ কনবগা

* **লাইরেল মৈতিংঙু নোইনাই খুমোম্বগী বাকয়ৈ হি ঃ** নায়ু মৈতিংঙু খুমোমপা চিকোপ লালথাপা নোংয়াই শিংচারককি থোমচিলবা।। খুমল যাংচাবককি তৌলচিম্বা নোংয়াই চাওনা পুংদা লাইবেল কোলোই মমিং হুনবাগী বাকয়ৈ হিদি মখুনেৎ তোংচেং সৈনুংচংগী বাকয়ৈ মমিংথোংদি নিংথৌ লোকপা পুংলেলখোমবা ও তৌনা কৌয়ে।। (হিরোল তেংথা ; লঃ ৯)

**পুয়াগী চপ চাবা বারোল**

ক।। নোংয়ায় পীথোন্ লাই পাকা।। মারোং চুঙ্ফুননা।। তিমেল্ তা চায়্নারিঙয়্তা।। মারোয় ক্কাক্পা লীতোল্পাম্পা।। খুন্পু থীন্পীফাপা।। কংলা য়ীফৎ থৌপানা।। খোয়্মা নারোল্নুংতা তিমেল্ মাখুৎসুনা।। হোঙ্নেম্সুম্পা নিংথৌ কল্পাকি।। ফইরা মাতাল্তুনা চয়্পীরে।। নোংপাল্ হোঙ্নেম্সুম্পা আরোংয়ুপাল্ হালপাপু।। নোংয়ায় পীথোল্লাইপানা থাঙ্লেল্ চেপ্না চল্।। লুরক্ কাঙ্তৈথি।। খৌনাও লেল্থোঙ্ লেন্লে।। হকচেংসম্ মামাল্লও।। তওথোপ্ থল্থাংনা।। লাল্লু পোল্লেম্ হাল্না হৈথাখিয়ে।। লম্লেল্ বায়্রা সারোল্ পুঙ্।। হয়েল্ লাল্লোল্পুঙ্।। হোঙ্মেন্ সুম্পা নিংথৌকল্পা।। লাংকোল্ পুঙ্তা চায়্না খোংফেল্নাপা আতুসুঙ্ মাতোমতে ।।২২।। ⚹ ।। ২২।। লম্লেল্ মাতাই মা।। আতোল্ থোঙ্কাপা সোয়্রিং বাই।। খুমল্ থোঙ্গাপা সোইসেমলম্।। তোইপী মাচন্ কুরাওতাওপী।। লম্মারম্কি চেঙ্লৈ সংনা নোংমল্বাই।। মইতিংঙু তাপুংপা* চংপী মাকয়্রেল্।। কয়্রেল্ মাখৎফা।। নোংয়ায় কুরওময় আতোল্ পাইরয়্না।। লাক্কানে হায়না।। চেকায়্নারেং হুৎনা য়ীমকুপ্বাই।। মইতিংঙু তাপুংপা চংপী মাকয়্রেল্তা।। চায়্না খোংফেল্নাপাপু লৈয়ে।। আতোল্ নোংয়ায় হেম্লাইখু আথৌপাকা।। আবাং পোইরয় ময়তৈ।। খাই হেম্লাইয়াঙ আয়াঙ্পাকা।। সেল্লোয় মাপতাও আনীমাতী।। তল্পা চীয়য়্না কাওরেল্ লাইথংনাখিয়ে।। খাই হেম্লাইয়াঙ তিমেল্ মাখুৎসুনা ফেল্লাপাতী।। খোয়্মা লাংতোল্ থংনা।। মাল্লেম্ লয়্তা তুরে।। খুমল্ হেলমাইখুকি।। তিমেল্ মাখুসুনা ফেল্লাপাতী।। খাই হেম্লাইয়াঙ্কি লাপা থানুং থেংলে।। আতোল্ হেম্লাইখুনা।। থাঙ্লেল্ চেপ্না চল্।। লুরক্ কাঙ্তৈথি খৌনাও লেল্থোঙ্ লেন্না।। নোংয়ায় হেম্লাইখুকা।। খাই হেম্লাইয়াঙ্পু।। হৈথাখিয়ে।। আতোল্ থোংকাপা সোইরিংবাই।। মইতিংঙু তাপুংপা মাকয়্রেল্তা।। চায়্না খোংফেল্নাপা আতুসুঙ্ মাতোমতে।। ২৩।। ⚹ ।।২৩।। লম্লেন্ মাতাই মা।। হয়্পোক্ সোতিয়াল্।। লেম্চেং লীহয়্পোক্।। কম্পোং নুবাতেম্পী।। য়ীরোঙ্ য়ীরোইবাই।। খায়োয়্রোন্ তাওথীঙনু।। লাবায় মতীঙ্ নৌকুম্পী।। সংনা ফাপীকি মামাল্ মাচা।। খোয়্রী চীঙ্তোম্ নাওসা ফাপা।। লাংপাল্ ফৌনা মাল্পা হুক্ফাপাকা

**লায়থোক্রুবা বাহস্তোক :**

নোংয়ায় খুমল পীথোল লাইবগা অনিমদি মরোং চুঙ ফুননা তিমেল তা চায়ননা অকনবা লাল শোকনাবিঙৈদা খুমলগী লোইনরকপা খোঙলোই ক্কাকপা লীতোলপামবা।। খুনপু থীনপীশবা কংলা খুমল ঈফৎ অথৌবনা খোয়মা নাপী নাবক শিংলক্তগী লুমনা তিমেল তা মহাক্কী খুৎসুনা তা পাংলদুনা হোঙনেমসুমবা নিংথৌ কলবগী ফৈরা মফৈগন্দা তানা যুংনা চৈবিরে। নোংবাল অঙোম হোঙমেনসুমবা অরোং যুপালহালববু নোংয়ায় খুমল পীথোনলাইবনা থাঙলেল চেপন চলনা য়াল মকোক লুরেল কক খৌনাও লেলথোঙ লেনলে। হকচেং শম মামাললৌ তৌথোপ থলথাং তৌগী পোল্লাং শাদুনা লালু মকোক অককপা পোলাংদা হালনা পুনা চৎখিয়ে। লমলেম লমদম বায়রা শারোন পুঙ, হয়েল লাললোলপুঙদা হোংনেমসুমবা নিংথৌকলবা লাংকোল পুংদা অকনবা লালশোকনা চায়না খোংফেলনা অওম্বা চাংয়েংনবখিবা অসিনাসু লোইবা লৈতে।। ২২।। ⚹ ।।২২।।

**২৩**

**নোংয়ায় হেমলাইখু অথৌবা ১সুং খাই হেমলাইয়াঙ অথৌবগা চায়নবা**

লমলেন লমদম মফম অমদি অদোল নোংয়ায় থোঙকাবা শোয়রিং বাই। খুমল থোঙগাবা শোইশেম লম, তোইবী মচন কুরাওতাউবী লমলেল লমদি চেঙলৈ শংনা নোংমল-বাইনা শিখিবা লমদম। মৈদিংঙু তাবুংবা চংবী, মকৈরেলদা কৈরেল কৈদি মশামক্লা ফাখিবা মফম, নোংয়ায় খুমল কুরৌ-মৈ অদোল নোংয়ায় পাইরৈনা লাককনে পুনগনে হায়না চেগায় নারেং হুৎনা যুমকুম-বাই।। মৈদিংঙু তাবুংবা চংবী মকৈরেলদা অওম্বা মশেল লাল শোক্লা চায়না খোংফেলনবুসু লৈরিয়ে। অদোল নোংয়ায় হেমলাইখু অথৌবগা, অবাং পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী খাই হেমলাইয়াঙ অথৌ অয়াঙবগা শামাল লেংমাম্বা মকপ লেংকা চাবা অনীমক্তি নিপা থোকপা মতৌ ওই, কাওরেল শলনা মচি চীবেল য়েননা লেংবানবগুম্বা লাল থেংনখিয়ে; খাই হেমলাইয়াঙগী তিমেল তা মহাক্কী খুৎসুনা তাম্বললকপদদি খোয মা নাপী মতোল কক্‌না নাপী লাংতোল থকপু ফাওনা মলেম লৈদা যুংলে। খুমল নোংয়ায় হেমলাইখুগী তিমেল তা মহাক্কী খুৎসুনা অমুক তাম্বললকপদি খাই হেমলাইয়াঙগী থম্মোই থুম্না তানা যুংলে। অদোল নোংয়ায় হেমলাইখুনা থাঙলেল চেপন চলনা য়ালনা লুরেল মকোক কক, খৌনাও লেলথোঙ লেলনা নোংয়ায় হেমলাইখুনা খাই হেমলাইয়াঙগী লুরেলবু খোমনা পুখিয়ে। অদোল থোংগাবা শোইরিং-বাই। মৈদিংঙু তাবুংবা মাকয়রেলদা অওম্বা মশেল লালথেংনা চায়না খোংফেলনবা অসিনসু লোইবা লৈতরি।। ২৩।। ⚹ ।।২৩।।

**২৪**

**খুমল পুলসিবা খোইমোম্বা অথৌবা ১সুং শায়াংথৌ কম্বোবা কামুগা চায়নবা**

লমলেন লমদম মফম অমদি হৈবোক শৌদিয়ান লমচেং লিহৈপোক, কমবোং নুবাতেমবী, ঈবোঙ ঈরোইবাই, লমলেন লমদম, খায়োইরোন খুমল চনু তাওথীঙনু লবায় মতীঙ নৌওম্বী চনু নিংঙোল, শংনা ফাবীগী মমাল-চা, খোয়রী চীঙদোল নাওশা ফবদি, লাংবন ফৌনা মাল্লবা

---

*মইতিংঙু তাপুংপা (মৈদিংঙু তাবুংবা) : মৈদিংঙু তেলহৈবনা সনাবেম্বী পাম্নদুনা মৈদিংঙু তবুংবা পোকযে। মৈদিংঙু তাবুংবনা নোংবালোন চনু লমফেলম্বী পাম্নদুনা মৈতৈ নিংথৌ ওই। চহি ৩৫ পালমএ। মহাক্কী অতোম্না খোনখিবা মমিংদি শোংলৌ কৈফৈ কৈফাবা ও হায়নসু কৌয়ে। (শাগৈ শালাই লঃ ৭/ চৈথারোল কুম্বাবা লঃ ১৭/ নিংথৌরোল লম্বুবা লঃ ২০৪)

## পুয়াগী চপ চাবা ৱারোল

ফাপাকা মাহুয় ঙাল্পা থোঙ্পু চাপাম্পা।। ৱায়েং মাঙপা চীঙনু তাংলৈমাল্পা।। পুমনা ফাপাকি হুয়েল লাল্কা মাঙ্পারম্।। কম্পোং হয়্ৱায়্নু সাফাপী ৬ মানা।। তাওচীঙ্ হয়্চেল্লম।। হয়্পোক্ সৌতিয়া লেম্চেং লীপোক্তা চায়্না খোংফেল্নাপাপু লৈয়ে।। খুমল্ পুল্সীপা।। খোইমোম্পা আথৌপানা।। লম্পাল্ কয়্ঙক্পা।। খ্বাই কয়্সঙ্পা।। আপু আম্হল্চাপু ফাকে হায়্না।। হুয়েল্ লাল্তারক্পাতা।। লম্পাল্ কয়্ঙাকপাপু ফাকাপারা ফাতারে।। আপু আম্হল্চাপু হৈকাপারা হৈতারে।। খুমল্ খোইমোম্পা আথৌপাতী।। চুঙলেপ্ ৬ চোংকে চোংয়োন্লে।। কাওরেল্ সল্খাঙ্ ১০ লান্কে লান্য়োন্লে।। সায়্পা ফীয়াল্পা।। তিংখং খোঙ্য়ুপাপু লাল্নংয়ে।। থীঙ্লও নীঙ্না তেরক্পাতা।। খ্বাই হেম্লাইচা থুম্সাপানা।। লাপা খুমল্ পুনা য়াংদৌ সারম্ লীরক্য়ে।। খ্বাই হেম্লাই থুম্সাপানা।। য়াইচাখুল্ লাল্লোয়্য়মাতা পাওমেল্খিয়ে।। মাথীঙ্খাংখাপা।। তুসাং হিনাম্পা।। পাৎয়ায়্ চানম্পা।। থোংতী ৱাইরোক্পা।। তীল্পাল্ কায়্তোংপা।। ৱাক্চীঙ্ ময়্খুপা।। য়াইসুখুল্ য়াইচাপা।। ৭ মাঅো।। খুমল্ পুল্সিপা খোইপাতী।। পোইরয়্ য়ীম্লক্চঙ্না।। লম্পাল্ কয়গারাপাতা।। সায়্পা ফীয়াল্লে তিংখং খোঙ্চঙ্লাপনে।। থীঙ্লও য়াইতারা মারোং চয়্চেল্লাপানে।। লাপা খুমল্পু য়াংতৌ সারম্লীরুঅো।। হায়্না পাওতাক্খিয়ে।। য়াইসকুল্ লাল্লোই ৭ মানা।। থীওল্ও য়াইতাপারম্পু।। লাপা খুমল্ পুরক্য়ে।। মারোং চয়্চেল্পারম্পু য়ীথারক্য়ে।। খুমল্ পুল্সীপা খোইমোম্পা*।। পান্পা কইচেংলাংকুম্পাতী।। আতোল্ খোয়্রী চীঙ্তোম্ নাওসাফাপা।। হুয়েল্ লাল্গারম্।। কম্পোং নুৱাতেম্পী।। য়ীরোং য়ীরোইৱাতা।। খোয়্মা নারোল্নুংতা চঙ্না।। সাল্থুপ্লে।। খোইমোম্পাতী।। খোইপুঙ্ মারৌচাও।। তিমেল্ খুৎতা পায়্না ঙাইখম্লে।। য়াইচাকুল লাল্লোল্ ৭ মানা।। খোয়্মা নাতোল্ লেঙ্পাপু।। মীৎয়েং সান্থইরে।। চেংলও মীৎথীংলে।। তল্পা ৭ মানা তীমেল্ তানা ফেল্খিপাপু।। খুমল্ পুল্সীপানা।। তিমেল্ তাপু সানা লোক্লে।। খোয়্মা নারোল্তা পাওমেল্লক্য়ে।।

## <u>লায়থোক্লুবা ৱাহন্থোক :</u>

হুকফবগা মহুই ঙানবা খোঙবুচাপাম্বা, ৱায়েং মাঙবা চীঙনু তাংলৈমানবা পুম্না ফাবগী হুয়েল লান্দারকপা মাঙবা-লম। কম্বোং চনু হৈৱাইনু শাফবী তরুকমক্তা তাওচীঙ হৈদি হেকনা হৈচেল-লম। হৈপোক শৌদিয়ান লেমজেং লিহৈপোক্তা অঙম্বা মশেল লালথেংনা চায়না খোংফেম্নবসু লৈরিয়ে। খুমল পুল্সিবা খোইমোম্বা অথৌবনা, লম্পাল কৈঙাকপা খ্বাই কৈশঙবা। আপুআম হঞ্জববু ফাগে হায়না হুয়েল লালবু লান্দারকপদা, লমবান কৈঙাকপবু ফাবা ঙম্বরা হায়ববু ফাঙমদরে।। আপুআম হঞ্জববু খুদুম চনগবরা চনঙমদরে।। খুমল খোইথোম্বা অথৌবদি চুঙলেপ তরুক ৱাংনা চোংগে চোংঙদে, কাওরেল শলখাঙ তরা লানগে খনববু লানঙমদে, শায়বা তিম্ফংনা য়ুনা থিল তিম্ফং মচিন অতুম্বনা য়ুবু য়ুদনা মথোং থাবা য়াদনা লালনংনা অৱাবা হায়বদু ওইরদনা অমুক তলনা হম্নকপদা, খ্বাই হেমলাইচা থুমশাবনা লাবা খুমলবু য়াংদৌ লম্বী চৎথিবা শারম খোংগুল লিররে। খ্বাই হেমলাই থুমশাবনা য়াইস্কুল লাম্লোই অমদা হায়খিয়ে। মথীঙ থাংখাবা, তুশাং হিনমবা, পাৎয়াই চানমবা, থোংদীং ৱাইরোকপা, তীলপাল কাইতোংবা, ৱাকচীঙ মৈথুবা, য়াইস্কুল য়াইচাবা, নখোয় তরেৎমক-ও। খুমল পুনশিবা খোইবা কৌবদি পোইরৈ মৈতৈ য়ুম্নক চঙদুনা লম্পাল কৈগারবদা শায়বা ফীয়াননা য়ু, তিম্ফং মখোক য়ৌনা চংনা থিলনা য়ুংলবনে তলনা লালনিং হন্দুনা মাৱোং চুঙখলম্না চেম্নবদি লাঞ্জেনবা হুৱাল লম্নারম্বা অদুগী খুমন শারম খোংগুল লিরু-ও হায়না য়াথং পীনা হায়খিয়ে। য়াইস্কুল লাললোই তরেৎমক্তা, থিম্বা তৌদনা তলনা মাইয়োক য়াবমদনা তুহন্দুনা লাঞ্জেনত্রবা খুমল লান্দাবম্ববু, মারোং চুঙবু চেপনা যালনা চৎখিবা মরম য়েংনা খোংলম খোঙগুল লিররে। খুমল পুন্সীবা খোইমোম্বা পাম্বা কৈচেংলাংগুম লান্দা থৌবদি অদোল খোয়রী চীঙদোমনা উশাফবা হুয়েল লালদি লানকায়রকপা মফম, কম্বোং নুৱাতেম্বী ঈরোং ঈরোইৱাদা খোয়মা নাপী শিংলক লাংলক নারোলনুংদা চঙনা শালথুম্না লোৎনা লৈদুনা খোইমোম্বদি খোইমা মরৌ মতাং তৌনা তিমেল তা মখুৎতা পায়না লুমনা ঙাইনা য়েংনা লৈরিঙৈদা য়াইস্কুল লাললোই তরেৎমক্তা খোইমা নাপী মতোল লেংনা নৈনা লৈবসু মমিৎমক্তা হেক উরে। নুপা অথৌবা তরেৎ মক্তা তিমেল তানা তা ফনশিনখিববু। খুমল পুন্সীবনা তিমেল তাবু মশানা অমুক্তা খোমনা ওকনা লোকলে। খোয়মা নাপী নারোলনুংদগী হায়রকয়ে।

---

*খুমল পুলসীপা খোইমোমপা (পুনসী য়ুমমোইবা) : লাইফংকনা ৱাঙমলোল কাইরৈমা পামদুনা পুনসি য়ুমমোইবা পোকয়ে। পুনসি য়ুমমোইবনা ঙানুরোল পিয়াইরোক পামদুনা খুমলগী নিংথৌ ওই। মহাখক্তা খায়োয়বোন ঙানুথৌ খুমলদা খাইনদুনা লৈবী লুৱাং নিংথৌ পুনশিবাগী তালোয় নুপীগী মচা শেনবা মিমাবনা লুৱাংদগী য়োযপু খোইমোম হী ওইবী লাইবেম্মা য়ুমোইনুপু খুমলদা পুবস্তুনা খুমল লৈপাক চাকতোং ঙাহোংনবে। অদু নোংগীবু নোংমায় খুমন্ নিংথৌ অদোন পুনসি য়ুমোইবা-ও তৌনা কৌয়ে। (লংথাপানলোল লঃ ২০৯/খুমন কংলৈবোল লঃ ১৫)

**পুন্নাগী চপ চাবা বারোল**

লকয়ে।। পোইরয় য়ীসেন্ঙাই পোইরয় য়ীপাই ঙাইপাসিংঅো।। মোম্নু মাসুং অোইপা।। নুপা মামাল্ লওপাসিংঅো।। নঙ্খোয় ৭ মাতী তল্পা য়ীতীক্ নৎতে।। কাওরেল্ য়ীপা অোইতে।। সেল্লোই য়ীপাতাও লংমাই হয়রোয়্নাই।। পাথৌ মাথৌ কম্পোংপা*।। লম্পুন্ সোয়্সেল্পা।। নম্পাল্ সোয়্ঙাক্পাপু লৈপানে।। য়ীপীঙা চায়্না খোংফেল্নাকে।। অয়্তী খোয়্মা য়ীমায় অোন্তানা।। ঙাইখম্ঙাম্কে।। মারোং চুঙ্ সুরক্অো।। তিমেল তা পায়্রক্অো হায়রুঅো।। য়াইসাকুল্ লাল্লোয় ৭ মাতী।। থীঙ্লও নীঙ্নাতেনা।। আচেন্ ৱুফুল্হৌ লোক্লৌ খুতোল্ ফুনা।। মাথৌ কম্পোংপা।। তান্থোঙ সারাংথৌতা।। খুমল্ খোইমোম্পাতী।। পোইরম্ য়ীম্লক্ চঙ্না।। লম্পাল্ কায়্কাসাপাতা।। সায়্পা ফীয়াল্ তিংখং খোঙ্চঙ্লে।। মারোং চয়্চেল্লে।। থীঙ্লও য়াইথারে।। লম্লেল্ হয়্পোক্ সৌতিয়াল্তা।। নোংহম্লিয়ে।। নঙ্পু মারোং চুঙ্ সুরক্অো।। তিমেল্ তা পায়্রক্অো।। তিমেল্ তা চায়্নাসে হায়্রকয়ে।। মাথৌ কম্পোংপাতী লাপা কাচাক্ হৌনা।। সঙ্তীংঙ্ লাল্লৈথেম্।। কুমচেং লোল্খোঙ্ য়েৎনা।। মারোং চেপ্না য়াল্না।। তিমেল্ হঙ্সোন্ লয়্না।। নোংনেম্ খানা পাংপারম্তা ছয়েল্ লাতারকয়ে।। পাথৌ খোইমোম্পাঅো।। নঙ্না হাল্না পোইরম্ য়ীম্লক্ চঙ্না।। লমপাল্ কয়্গারায়ে।। তিমেল্ নাখুৎসুপু।। হাল্না ফেল্লক্অো।। মাথৌ কম্পোংপা কোন্লোয় মাতীমেল্কিপু।। আতোল্ খোইমোম্পানা।। তিমেল্ মাখুৎসুপু হাল্না ফেল্লাপাতী।। মাথৌ কম্পোংপাতী।। খোয়্মা নাতা খেৎখিয়ে।। মাল্লেম লয়্তা পাল্লে।। মাথৌ কম্পোংপাপু।। কামু সৌচীন্তুম্না ঙম্পল্লে।। নাতান্ কুরোল্ হুনা।। থীঙ্লও য়াইতারে।। খুমল্ খোইপানা পাওমেল্লকয়ে।। পাথৌঅো মারোং চয়্চেল্লে।। থীঙ্লও য়াইতারে।। ছয়েল্ য়ীরাল্ অোইপানে হায়্খি।। পাথৌ খোইপাঅো।। লাহাল্ নাওবা নাখুঙ্য়াকি।। সুমায় কাংখোম্ ৱাকুমপাপু।। কারি হায়্পানু।। তিমেল্ নাখুৎসৃতি।। মালেম্ লয়্তা পাল্পানা।। সাখি ৱাচুম্লিয়ে।। নুংপা

**লায়খোক্লুবা ৱাহন্থোক ঃ**

পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী ইশেন ঙাই, পোইরৈ ইবাই ঙাই ওইবশিংও নিপানামোনু নুপীজাওম্বা নুপী মতৌ মানবশিংও। নখোয় তরেৎমক্তি ঐগী ইতিক ইপা চায়বা নৎতে। কাওরেল শলগী লেংবা ওইরবসু লেংবা চাবা ওইদেয়ে। মরুপ মপাং ওইরবসু ইখা থাবা অঙাংগুম্বনে। পাথৌ মরুপ লেংমান্নবা মথৌ কম্বোংবা লম্মুন শোয়শেলবা লমবাল শোয় ঙাকপবু লৈবনে, ইপা ওইবা ঐখোয় অনিদুম অঙম্বা চাংয়েং লালশোক্পা চায়না খোংফেল্লনগে, ঐদি খোয়মা ইমাই ওনবা লৈতনা ঙাইদুনবু লৈরমগে। মরোং চুঙবুসু পুরক-ও, তিমেল তা মখুৎসুবুসু পায়রক-ও হায়রু-ও হায়রক্রে। য়াইস্কুল লাললোই তরেৎমক্তি তলনা হনবা চৎখিদনা চেন্না চেন্না লাকপনা হুমাং লৈরিক তানা উফুল হৌনা চেল্লকপবু মথৌ কম্বোং, ময়ুং তানথোঙ শারাংথৌদা, খুমল খোইমোম্বনা পোইরৈ মৈতৈ য়ুম্লক চঙনা লমবাল কৈ কারকপদা শায়বা তিঙ্খং য়ু, ফীয়াল তিঙ্খং খোঙচঙ য়ৌনা য়ুবগী লালপাওবু মরিক চুমনা থাকপা লৈতনা খঙহল্লে। লমলেন লমদম হৈবোক শৌদিয়াদা ঙাইদুনা লৈরিয়ে, নহাকপুসু মারোঙ চুঙ নখুৎসু পুরক-ও, তিমেল তা নখুৎ চাবসু পায়রক-ও, তিমেল তা পায়না লালশোক্লদুনা অঙম্বা চাংয়েংনশে হায়রকয়ে হায়না পাওদম্লবদা, পাথৌ কম্বোংবদি অথৌবা, নুপা ওইবগী খাঙঙমদা তলনা পম্ববা তৌদনা শাফি লালফি, শাপোৎ শেম-শানা শেৎ, কুমচেং অমুবা লোলখোঙ কোয়েৎ য়েৎতুনা মরোং চুঙ চেপ্না য়াল, তিমেল খুৎসু তাদি হঙশোন লৈনা পাই, নোংনেম হাওরৈ খানা থংবা মাইকৈ লমদা ছয়েল লালবু লান্দারকলে। পাথৌ অথৌবা মরুপ মপাং ওইবা খোইমোমবা-ও। নঙনা হাল্লনা পোইরৈ মৈতৈ য়ুম্লক চঙনা লমবাল কৈকারৈয়ে। নহাক্কী তিমেল তা খুৎসুবু হাল্লনা তাহ্নলক-ও। হায়না মথৌ কম্বোংবগী মরাহৈ ৱাঙাংদগীবু অদোল নোংয়ায় খোইমোমবনা মাগী তিমেল খুৎসু তাবু হান্না তা হ্নলকপদদি, মথৌ কম্বোংবদি নাপী মরক ওই, নাদা খেৎনা চৎখিয়ে। মালেম লৈবাক্তা য়ুংলে পাথৌ কম্বোংবদি কামু সৌজিন থাংকম তুমবু নেৎনা য়ুঙৈদা মনাতোন কুরোল হুনা মাংদা শিংনা তুবাবু উঙৈদা। খুমন খোইমোমবনা হায়রকয়ে, পাথৌ মরুপ-ও, মরোং চুঙ খুৎতা শুঙমদনা চেম্বননা তুরবনে, ছয়েল লালঙম লালফা, ইরল ওইরবনে হায়খিঙৈদা - পাথৌ মরুপ খোইমোমবা-ও, নাহান অঙাং নাওবা ওইরিঙৈদা শুমাং মচিদা শাম্নঙৈগী ঙাংনা-শক্পা ৱাঙাংগুম করিগী অদুম হকনা হায়বনো। নঙগী তিমেল তারেল নখুৎশূদি মলেম লৈপাকথক্তা পাননা য়ুংনা লৈরিবা অসিনা শাখি ৱাচুম ওইনা লৈরিয়ে।

*মাথৌ কমপোংপা (মথৌ কম্বোংবা) ঃ থাঙয়ি তাউবুংখোংতৌবনা নুংবানলোন চনু ইরেমতোইবী লৈমা পাম্নদুনা পাংথং অহনবা য়ুনাইরোই য়াইমবা কামু অতোনবা পোকএ। কামু অতোনবনা যাওবৈবা চনু পাম্নদুনা মথৌ কম্বোংবা কৌনা চেংলৈগী নিংথৌ ওইখি। নিংথৌ ওইখিবা মবমদি, কামু অতোনবনা পাখং ফাবক্লবা মতমদা মমানা হায়খিয়ে। পাবি অতোনবা নহান নপানা নমা ঐনা ইপাম লুবাং লাইবু লাইথুংঙৈ মোমনু খুজিন শোনজিল লাইবু লাইকাঙৈদা নপা থাংমিকনসু ইঙা লৌখোং থৈবগুম্রা থৈদোকঙৈদা নয়াখা পাংথং অহনবগা, য়ুনাওবোই য়াইমবগা অনিমনসু নমা ঐবু মীরাইএ। পলেম নমা ঐবু লাঙ্গোনদে। লম্রেন লম্বল য়াইপলসি ঙাসেপ লাইকা-ত্রী কুম্বা লাইবক ঐবু ঙাপী ঙাকম শোই অচৌবনে। হয়েং পোইরৈ চাদোম্না কাওদনবা ৱাঙম শুদোম্না নিম্নবা লম্বু মুম্রো হায়বগী মচা কম্বোংবনা মমাগী থৌদানা নুমিৎ অমদা ময়াম্বা পাখং অহনবদা

## পুয়াগী চপ চাবা বারোল

ল্ নুফাসীঙ্।। হাকুম্ সীঙ্পী আয়ান্খাক্।। নেম্পী থাক্তেক্ থাক্ আমল্পা।। কামু সৌরাইতাঙ্ আকংপানা।। ঙম্পল্পাকিপু থীঙ্লও য়াইতাপানে।। পাথৌ খোইমোম্পা নঙ্তুম্।। আসাইঙয় পোইরয় য়ীম্লক্ চঙনা।। লম্পাল্ কারাপাতা।। সায়্পা ফীয়াল্লে তিংখং খোঙ্চঙ্লে।। থীঙ্লও য়াইতারে।। নঙ্তুম্ রায়্রা য়ীসানে।। হুয়েল্ য়ীরাল্নে।। হায়্না য়াইপী মানুং হওনা রাআেইখিয়ে।। তান্থোঙ্ সারাংথৌ।। মাথৌ কম্পোংপানা তীমেল্ মাখুৎসুপু।। খুৎপাক্ তিলাইমেল্না।। ফেল্লাপাতী।। খুমল্ খোইমোম্পাপু লাপা থানুং থীৎলে।। রুপী চাফম্ লেংনা লুতুরে।। মাথৌ কম্পোংপানা।। লূরক্ কাঙ্থি খৌনাও লেল্থোঙ্ লেন্।। থাঙ্লেল্ চেপ্না চল্না।। তওথোপ্ খল্থাংনা।। লাল্লু পোল্লেম্ হাল্লে।। থাঙ্য়ী তাওপুঙ্ খোংতওপা মানোংয়ায়্।। তান্থোঙ্ সারোংথৌ মাথৌ কম্পোংপানা।। থোঙ্লেল্ য়াইচাকুল্ লাল্লোয় ৭ মাআে।। আসী ক্রুও নুমীৎ মাতী।। য়ীরাল আেনতেতা।। য়ীচীঙ্ হল্বাইহীকুনোসে।। খুমল্ খোইমোম্পাকি।। সামু লেংলোয়্তোল্ আতিংঙাপু।। পানম্ কাইথঙ্ হেন্না।। পানম্ কাইপুরাপাপু।। হুয়েল্ লাল্পাং আেইনানাপা।। ঙাইখম্খিসে।। সরাতৈমা আেন্লক্লাপাতা।। খুমল্ খোইমোম্পা।। পুল্সীপাকি সেল্লোয়্ মাপাতাও।। লংমাই হয়্রোয়্নাই।। লোয়্না আপাম্পা।। নুংসি য়াওবা খোল্থংনাপা।। নুংআেন্ পুক্তিনাপা।। লংমাই লাপা খায়্থিপানা।। খোইমোম্পা হয়্পোক্ সৌসিয়াল্তা।। নোংহাঙ্পীপু পুকে হায়্না লাক্পাতা।। তান্থোঙ্ সারাংথৌ।। থাঙ্য়ি তাওপুঙ্ খোংতওপা* মানোংয়ায়্।। মাথৌ কম্পোংপানা।। লংমাই লাপা খায়্থিপুসুঙ্।। থাঙ্লেল্ চেপ্না চল্।। লূরক্ কাঙ্তৈ থি খোনাও লোলথোঙলেন।। হক্চেং সম্মামাল লওনা তাওপোপ্ খল্থাংনানা।। লাল্লু পোল্লেম্ হাল্লে।। মাথৌ কম্পোংপা।। লম্পুন্ সোয়্সেল্পা।। লম্পাল্ সোয়্ঙাক্পানা।। লাল্লু খুৎতাসুনা।। কংলা ফম্কা

## লায়থোক্পবা বাহস্তোক ঃ

নুংবাল লুবাংশিংনা চনখিবা শীঙ, হাকুম য়ানখিবা শীংগী থাঙ্গম অয়ানখাক, নেমবী শিংনাং য়ানখিবগী মখাক অকংবা লৈহৌবা, কাসু শৌরাইতা অখাকপা থাঙ্গম অকংবনা য়ুরা থিনবগী তুশিনখিবনে, পাথৌ মরুপ খোইমোমবা নঙবুদুম ঙসাইঙৈদগী পোইরৈ মৈতৈ য়ুম্লক চঙনা লমবাল কৈকারবদা শায়বা তিংখং শৌনা য়ুং তিংখং খোকচং য়ৌনা য়ুরবনে চেনবা ঙমদনা মাইথিরবনে। নহাক্তুম ঐগী শাফা হুয়েন লালদা লালফা ওইনরবা, শাফা লালফা শাশিং চলবনে হায়না অশাও কম্ভি থোক বাহায়খিয়ে। তানথোঙ শারাং নিংথৌ মথৌ কম্বোংবনা তিমেল তাদি মহাক্কী খুৎসুবু খুৎনা মতিন থাকনা খুৎতুম চেৎনা পায়না তাঙ্কনলকপদি খুমল খোইমোম্ববু তানা য়ুং, থম্মোই থুমনা তানা লেংদুনা তুরে। মথৌ কম্বোংবনা মকোক কক খৌনাও লেলথোঙ লেননা লুরেল মকোক ককনা লৌদুনা তৌগী পোলাং তলনা খুদক্তা শাদুনা অককপা লুরেল মকোক পোলাংদুদা হাক্নিননা থাঙয়ি তাউবুঙ খোংতৌবগী চাদা নাওদা তানথোঙ শারাথৌ মথৌ কম্বোংবনা পুবা লম, থোঙলেন য়াইস্কুল লালোই তরেৎমক-ও। ঙসি কৌবা কোরৌ নুমিৎ অসিদি য়ুমদা চৎতা ইয়ুমদা হল্লরোইসি । খুমল খোইমোম্বগী মথবাই য়াওদ্রবা অরেম্বা কান্নদ্রবা অশিবা মশাশে হাপ্লবা পানম কাইথঙ হেননা অশিবা মশা হাপ্লবা কাইপুরববু ফানবা হুয়েল লালপাং ওইননবা ঙইখো, ঙাইখিসি। নোংঙাল্লকবদা, খুমল খোইমোম্বা পুলসিবগী লোয়নবা পাথৌ মরুপ লাংমাই লমগী হৈরোইনাই লোয়না অপাম্বা। লুনা চাননা লোয়নবা, রাহৈ খোনফম মেংনা পুকচেল খোইজেল তিন্নবা মরুপ লংমাই লাবা খাইথিবনা খোইমোম্ববু হৈপোক শৌদিয়ালদা শিনা মকোক য়াওদনা তাদুনা লৈববু পুগে লৌগে লাকপদা তানথোং শারাংথৌ থাঙয়ি তাওপুঙখোংতৌবগী মশুনিপা মথৌ কমবোংবনা লাংমাই লাবা খায়থিববুসু থাঙলেল থাঙয়াল চেপনা চল মকোক লুরেল কক, খৌনাও লেম্থোঙ লেননা অককপা মকোক লৌনা, তৌগী পোলাং শানা লালু লুরেল মকোকতো পোলাংদুদা হাললে। মথৌ কম্বোংবা লমবুল শোইশেনবা লমবাল লমদা শোয়ঙাকপনা অককপা মকোক খুৎতা পায়না কংলা থৌগারকপদা পুনা লাকলে।

*থাঙয়ি তাওপুঙ খোংতওপা (থাঙয়ি তাওপুঙখোংতৌবা) : খোংচি নুংলাইবনা যাউবেম চনুগা , পেনুগা পান্নদুনা য়াউরেম চনুনা নাউফং অহনবা, পেনুনা চিংজোং নাবল পাঙ্গনবা, থাঙয়ি তাউবুং খোংতৌবা পোকয়ে। থাঙয়ি তাউবুং খোংদৌবনা নুংবানলোন চনু ইবেম তোইবী লৈমা পান্নদুনা চেংলৈগী নিংথৌ ওই। (শাগে শালাইরোল; লঃ ১৪)

*হায়খিয়ে, ইয়াম্বা পাথং অহনবা-ও লৈম্রৈ ঙা অকুম-শোই-লম্বুন শোইবেল অচৌবাদি ঙসিদগী ননাও ঐগী লম ওইববনে হায়না হাযখি। ময়াম্বনা হায়রকয়ে, ইনাও অতোনবা-ও। কবি রাবু হাযঙম্বনো, ইপা ইমা অমম্বক্তনা পোকমিন্নবনি, ঐনা অহননি, ঐনা নয়াম্বা ওইবনা লম্বুল শোইঙাক ঙম্বনে। লমলাং শোইশেনবা ঙম্বনে। নয়াম্বা ঐঙোন্দগী কবি তৌবগী লম্বুল লমবু মুনবনো হায়না রাহংবরু মনাও কামু অতোনবা কবোম্বনা*

## পুয়াগী চপ চাবা বারোল

নায়ে।। লম্‌লেল্‌ হয়্‌পোক্‌ সৌতিয়াল্‌।। লেম্‌চেং লীহয়্‌পোক্‌তা।। য়ীরোঙ্‌ য়ীরোই বাতা।। চায়্‌না খোংফেল্‌নাপা আতুসুঙ্‌ মাতোম্‌তে।। ২৪। ।।২৪।। লম্‌লেল্‌ মাতাইমা।। নোংয়ায়্‌ খুমল্‌ নিংথৌ পুল্‌সীপা।। য়াইথী বুসোল্‌ হয়্‌চাং লুম্‌হেক্‌পা।। খুনুলুম্‌থীক্‌ লুময়ান্‌নাপা।। নোংয়ায়্‌ থুকুমলম্‌।। ময়্‌তিংঙু কাইনও চালাম্‌পানা*।। কাইরয়্‌ খুৎঙম্‌ পুঙ্‌।। হুয়েল্‌ ময়্‌পী ময়রাপা ফানাপুঙ্‌।। নোংপাল্‌লোন্‌ লিল্‌থোইঙম্‌পী তাওচীঙ হয়্‌রেল্‌ পুঙ্‌।। থম্‌পা মায়াং চীঙ্‌কি।। হেমচেং লোয়্‌রংতোয়্‌পা ফানাপুঙ্‌নে।। লীবা লয়্‌মা থোংনাং তাথেম্‌পী।। তাথেন্‌ তেংকোল্‌ চাইপী মাসুমাঙ্‌।। বাংঙম্‌লোন্‌ লাইসাংথেম্‌ লইমা কাপুখোম্‌পী।। মেনোঙ্‌ ফাপী লাল্‌লোই সীঙ্‌পৈথেন্দা।। চায়্‌না খোংফেল্‌নাপাপু লৈয়ে।। নিংথৌ লাইতোঙ্‌ পুরাংসুকি।। খুমল্‌ পুয়াঙ্‌ পুরম্‌সুকা।। মারোং চুঙ্‌ ফুনাপাতী।। নিংথৌ লাইতোঙ্‌ পুরাংসুকি।। তিমেন্‌ মাখুৎসুনা ফেললাপাতী।। কক্‌লু লুমায়্‌ লেংনা সোইরেল্‌ ফুম্‌পী তুরে।। খুমল্‌ পুয়াঙ্‌ পুরম্‌সুকি।। তিমেল্‌ মাখুৎসুনা ফেল্‌লাপাতী।। নিংথৌ লাইতোঙ্‌ পুরাংসুকি।। লাপা থানুং থীংলে।। বুপী চাফম্‌ লেংলে।। নিংথৌ লাইতোঙ্‌ পুরাংসুকি।। তাঙচা লুরেল্‌তোল্‌পু কক্‌লে।। কক্‌বাও।। থোল্‌নারে।। মাঙক্‌ তাল্‌না কক্‌লে তান্‌পল্‌ও কৌয়ে।। হামুল্‌ চারাথক্‌তা।। তাঙচা লুরেল্‌তোল্‌ আসাই থম্‌পাপু।। বায়্‌থাখিয়ে বায়্‌চাপাল্‌ কৌয়ে।। মীয়াম পোইরম ময়্‌তৈনা।। হুয়েল্‌ লাল্‌তালক্‌পারা হায়্‌না।। হল্‌না হল্‌না য়েংলম্‌য়ে।। হামুল্‌ চারা লেপ্‌তম্‌ নৈপাপু।। নামু পোংপু থাচীক্‌য়ে।। আইচারু থাচীক্‌পা মারম্‌খৈও।। থোল্‌নায়ে।। লম্‌লে ককবা য়ীথোঙ্‌লেল্‌তা।। চায়্‌না খোংফেল্‌নাপা আতুসু মাতোম্‌তে।। ২৫।। ।২৫।। লম্‌লেল্‌ মাতাইমা।। হাওরৈ নোংচুপ্‌ লাইনা পাংপারম্‌।। য়ীচীক্‌সী য়ুকাংকও মায়ীম্‌ফম্‌।। লম্‌লেল্‌ লোয়্‌য়া কাংকামুং।। লময়ায়্‌ কাই মুল্‌নাপাকি।। সামু খুৎনা ফংনা চায়্‌না।। খোংফেল্‌নাপাপু লৈয়ে।। পোইরয় ময়্‌তৈ চিমারাংপা আথৌপাকা।। নোংয়ায়্‌ খুমল্‌ কাঙ্‌চীন্‌ আথৌপাকা।। লম্‌ওক্‌নারে।। লময়ায়্‌ চিমারাংপানা।। পাথৌ নোংয়ায় কাঙ্‌

## লায়থোক্রবা বাহস্তোক ঃ

লমলেল লমদম হৈপোক শৌদিয়ান লেমজেং লিহৈপোকতা, ঈরোঙ ঈরোইবাইদা, অঙম্বা মশেল চাংয়েংনা চায়না খোংফেলনা লালশোক্লখিবা অসিনসু লোইবা লৈতেনি।। ২৪।। ।। ২৪।।

**২৫**

**নিংথৌ লাইতোঙ পুরাংসু ১সুং খুমল পুয়াঙ পুরমসুগা চায়নবা**

লমলেন লমদম মফম অমদি নোংয়ায় খুমল নিংথৌ পুল্লিবা য়াইথি উসোপ হৈজাং লুমহেকপা, খুনু লুমথিক লুময়ানবা নোংয়ায় খুমলনা খুনকুম লম মৈদিংঙু কাইনৌ চলাম্বানা কাইরৈ খুনবু খুনঙম পুঙ, হুয়েল লালদা মৈপী মৈরাবা কৌববু ফানা পুঙ, অঙোম চনু নোংপাললোল লৈমা লিল্লোইঙম্বীনা তাওজীং হৈদি হৈয়েল পুঙ, থম্বা ময়াং চীঙ্গী হেমচেং লোইরংতোইপা কৌববু ফানঙৈগী পুঙনে। লিবা লৈমা থোংনাং তথেম্বী, তাথেল তেঙ্গোল চাইবী লমলেন লমদম মশুমাং বাংঙমলোন লৈশাংথেম লৈমা কাপুখোমবী; মেনোঙ ফাবী লাল্লোই শীংপৈথেন্দা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনা চায়না খোংফেলনা, লালশোক্লখিববু লৈরিয়ে। নিংথৌ লাইতোঙ পুরাংশুগা, খুমল পুয়াঙ পুরমশুগা, অনিমনা মরোং চুঙ ফুনঙৈদা নিংথৌ লাইতোঙ পুরাংসুগী তিমেল তা, মহাক্কী খুৎশুনা তাজ্জলকপদি ককুলু লুমাই লেংনা শোইরেল ফুম মথক্তা য়ুংনা পাল্লে। খুমল পুয়াঙপুরমসুগী তিমেলতা মহাক্কী খুৎশুনা অমুক তাজ্জলকপদি, নিংথৌ লাইতোঙ পুরাংসুগী থম্মোই থুম্বা তানা পালনা য়ুংলেদো। নিংথৌ লাইতোঙপুরাংসুগী তাঙজা মকোক লুরেলতোলবু ককলে। লুরেল মকোক ককনফমবু ককবা-ও হায়না মমিং থোলনৈয়ে। মঙক তলনা ককলে তানপল-ও তৌনা কৌয়ে, নাপী হামুল চারা মথক্তা অককপা মকোক তাঙচা লুরেলতোলবু ওসাইঙৈদগী থম্ববু বাইথখিয়ে বাইচাপান কৌয়ে।। ময়ুম পোইরৈ মৈতৈগী মীনা হুয়েল লাল হৌবকতুনা লান্দারকপরা হায়না তুং হলনা হলনা য়েংলময়ে।। নাপী হামুল চারা লেপতম নৈববু নমু পোং মীওইনু থাচীকয়ে, শাওহনলে, ওইচারু থাচীকপা মলমখৈ-ও, থোলনৈয়ে। লমলেন লমদম ককবা ঈথোঙলেন্দা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনা চায়না খোংফেলনা লালথেংনখিবা অসিনসু লোইবা লৈতে।। ২৫ ।। ।২৫।।

**২৬**

**মৈতৈ চিমরাংবা অথৌবগা ১সুং খুমল কাঙচিন অথৌবগা চায়নবা**

লমলেল লমদম মফম অমদি হাওরৈ মাইকৈ নোংচুপ লাইনা পাংবা লমদা ইচীকশি য়ুকাংকো ময়ুমফম, লমলেল লমদম লোইয়া কাংকামুং লময়াই কাই মুলনবগী শমু খুৎনা ফংনা অঙম্বা মশেল চাংয়েংনা চায়না খোংফেলনা লাল শোক্লখিববু লৈয়ে। পোইরৈ মৈতৈ চিমরাংবা কৌবা অথৌবগা, নোংয়ায় খুমল কাঙচিন কৌবা অথৌবা অনীমকনা মাইওক্লনা থেংনঙৈদা, লময়াই চিমরাংবা কৌবনা, পাথৌ-মরুপ নোংয়ায়

---

* মৈতিংঙু কাইনও চালামপা (মৈদিংঙু কাইনৌ চলাম্বা) ঃ শানোংবা লাম্লুমথোম্বনা নোংবানলোন চনু তাউচোংঙম্বী পান্নদুনা খোংনম্বাগা চলাম্বগা অনিমা পোকয়ে। চলাম্বনা লামথেনঙম্বী পান্নদুনা চহি ১৭ মৈতৈ নিংথৌ ওইখি। (শঙ্গাই ফম্মাং, লঃ ২৪৮/ চৈথারোল কুম্বাবা লঃ ২৬)
ইয়াম্বা-ও নংদি ইপানা পামদবী মচানে, ইমা নুংশি দনীগী মচানে ননাওনি ইপানা অপাম্বা মচানে, ইপানা হনাজিনবগী মচানে ইপানা পাম্বী মচানে হায়না খুম্নবদা মমাম্বা পাম্বং অহনংনা থমোইদা বনখিয়ে। পালেম ইমাগী বাইহেনগীনে শঙ্কবদগী মকোক মক লৈবাক লুক্কুনা শাওনিংবদি থাঙদুনা মবাইবক খুৎনা নম, মপি ইবা ওবং হৌনা চেঙ্গবদুনা মীকপলমএ। অদু নুমিৎতগী লমলেন লমশুন হেকপাদ হেসোনপান ভাসেপ লাইকং ইকুম্বা লৈবক ঈ লাম্লোই চীঙতাবেং খইলমা লৌথোং শোই ও তৌনা কৌয়ে। তালথোং মনিল নাই লেমখোং মকৈ পাক্লা কামু অতোনবা মথৌ কংম্বংবনা পাম্লম্মে। (শঙ্গাই ফম্মাং ১৬৯/ চেংলৈরোল লঃ ৩৫/৩৬)

**পুযাগী চপ চাবা বারোল**

চিন্ আথৌপাওো।। পোইরয় আয়ীম্নাক্।। বাঙম্ য়ীকাইফম্ আসিতা।।
কাতৌরাপানু।। পাওহংখিয়ে।। নোংয়ায় কাঙ্চীন্ আথৌপানা পাওখুম্লকয়ে।।
হোয়্তা পাথৌ লম্য়ায় চিমারাংপাওো।। লম্লেল্ লোয়্য়া কাংকামুং আসীপু।।
পোইরয় নাকাইফম্ বাংঙম্ নায়ীম্ নাকপু নৎতাপানে।। পাথুপ্ নোংলোল্ লেম্পা
থায়াল্।। হাওরোক্ মায়ীম্নাক্।। কোন্থৌ মাকাইফম্ আসীতী।। হাকুম্ অয়্কি
লম্য়ায়্।। সানাফম্পু আেইনা লম্চল্লাপানে।। নায়ীম্ পোইরয় নারম্খৈতী।।
থীঙ্ কোল্ নাসিরেঙ্।। য়াওরও সায়েংকাই।। কাইপী লয়্য়ান্থোং।।
সিনাই থোয়্রীসুম্পা।। শুয়েল্ লাল্য়েংকাইনা খৈরাপানে।। পাওখুম্লক্য়ে।।
লম্য়ায় চিমারাংপা আথৌপানা পাথৌ কাঙ্চীন্ আথৌপাওো লম্লেল্ লোয়্য়া
কাংকামুং আসীতী।। হাওরোক্ আয়ীম্নাক।। কোন্থৌ য়ীকাইফম্নে।। নায়ীম্
নোংয়ায় নারম্খৈ খুমল্ নাকাইফম্তী।। নোংয়ায় য়াওসু য়েল্হায়্চীঙ্।। খুমল্
ঙৌপোংপা মাসোয়্মাঙ্।। পাসি খেল্বাং খাইবাংপা মাচীঙ্সাং।। লুবাং চেংঙা
খোঙ্তেকচানু।। তারা খল্পল্থীপী মারম্খৈ।। লাংকোই সাকোন্ আপাইপা।।
থয়্থাচীঙ্।। সেপু লয়্মামাচীঙ্ চীন।। য়ীরোঙ লয়্মা তেল্বাইখা।।
সানা হাইনুমল্।। লোক্পা ফওআোইচীঙ্।। য়ীসোক্ লাংয়াথেল্।।
য়াওরও সানাপাল্।। হাওকৈ য়াইসীঙ্ খোঙ্চাওপা নোংমল্বাই।। হাওকৈ
কৈরেলপুঙ্।। চুম্পা লম্আেন্থোক্। মাল্থা লম্মাহল্।। লোল্লোয় লম্মাহাল্না
খৈরাপানে।। পাথৌ কাঙ্চীন্ আথৌপাওো।। লম্লেল্ লোয়্য়া কাংকামুং
আসীতী।। পোইরয় নারম্খৈসুঙ্ নৎতে।। খুমল্ য়ীকাইফম্সুঙ্ নৎতে।। মায়ীম্
কে কে মোইরাং লম্নে।। তওয়ীকুম্।। হায়েং য়েল্তামাঙ্ আঙল্পাতা।।
আয়ুক্ চামায়্লাংনা।। নোংপাল্ কানাপা* চুম্ময়্সাংপানা।। চীঙ্ঙু নোংথৌ
সরারেল্পু তেল্সীঙ্ বুপান্পা কৈরোনসীঙ্।। খোইমোম্ লায়্কল্নু কোবও
থাক্পা পাল্তম্বু মানা য়াংলৈ তাওপা হুইরৈ মাল্পা।। মাপাল্ হুয়্রোং লুফা
মাল্না হেন্থোইপা পামেল্ বু খা থঙ্তা পাকোন্ ঙইথোম্নন্না।। বুরোং হাল্না থা

**লায়খোক্লবা বাহস্তোক ঃ**

কাঙচিন অথৌবা-ও। পোইরৈ মৈতে ঐখোয়গী মৈতে লমদম অসিদা নহাকপু করি তৌরম্বনো হায়না বাহংখিয়ে। নোংয়ায় খুমল কাংচিন অথৌবনা পাওখুমলকয়ে। হোয়দা পাথৌ মরুপ লময়াই চিমরাংবা-ও। লমলেন লমদম লোয়য়া কাংকামুং অসিবু পোইরৈ মৈতৈগী লম বাঙম মৈতৈনা পুবা পালবা লমবু নৎতাবনে। পাথুপ নোংলোন লেমপা থায়ান হাওরোক য়ুমনাক কোন্থৌ লমদম মকাইফম অসিদি হাকুম ঐগী লময়াই হইমু লৈমগী চাদা নাওদানা মঙাং নিংথৌ চারোলশিংনা লৈবা মকাইফম অসিদি হাকুম ঐগী লময়াই শান্নফমবু ওইনা লমজাউ লম্মাংসি ঐগী লম ওইনা লৌশিল্লবনে। নয়ুম পোইরৈ নখোয়গী নরমখৈদি য়িথোল নাশিরেঙ য়াওরৌ শায়েংকাই কাইবী লৈয়ানখোং শিনাই খোয়রিগুম্বা হুয়েল লালয়েংকাইদা মৈতৈগী লমখৈ লোইরবানে হায়না পাওখুমখিয়ে। লময়াই চিমরাংবু অথৌবনা পাথৌ মরুপ কাঙচীং অথৌব-ও। লমলেল লনদম্ লোইয়া কাংকামুং অসিদি হাওরোক্না লৈনবা মফম্ কেন্থৌনা তানা তাবা মফম্নে। নয়ুম্ নোংয়ায় খুমল্ নখোয়গী নরমখৈ খুমল্না পালবা মফমদি, নোংয়ায় য়াওশু য়েনহায়চীঙ খুমল ঙৌপোংবা মশোইমাঙ, পাশি খেলবাং খাইবাংবা মচীঙশাং, লুবাং চেংঙা খোঙতেক চানু তারা খল পলথীবী মরমখৈ লাংকোই শাগোন অপাইবা থৈথা-চীঙ, সেবু লৈমা মাচীঙ-চীন। ঈরোঙ লৈমা তেলবাইখা সনা হাইনু-মল লোকপা ফৌওই-চীঙ। ঈরোক লংয়াথেল; য়াওরৌ সনাপাল, হাওকৈ য়াইশিঙ খোঙচাওবা নোংমল-বাই, হাওকৈ কৈরেল-পুঙ; চুম্বা লমওন-থোক মালথা-লমমাহল, লোললোই লম্মাহল্না খুমল নখোয়গী ঙমখৈ লোইরবনে খৈরবনে। পাথৌ মরুপ কাঙচীং অথৌবা-ও। লমলেন লমদম লোয়য়া কাংকামুং অসিদি পোইরৈ মৈতৈগী নরম-খৈসুঙ নৎতে খুমল ঐখোয়গীসু নত্তে। ময়ুম কেগে মোইরাংগী লমনে; তোইগুম্বসুঙ হয়েং য়েলনা খোংদ্রিঙৈ অয়ুক অঙনবদা অয়ুক চরা বালনঙৈ, নোংবাল অঙোম কানবা চুমমৈশাংবনা অদুঙৈ চীঙঙু নোংথৌ শরারেলবু তেন শিংখিবা উপাল উ দি কৈরোনশীং। খোইমোম লাইদি লাইকলনু কৌরৌ থকতা থাক্রা লাওনা ব্রজানা তারকপদা পাতমনবা উপাল, উপাল মাগী মনা তাবতবু য়েংলে য়াংলৈ তাওবা হুইগী হুইরৈ মালবা, মপালতাবু য়েংলে হুইরোং লুফা মালনা শীংঙেল লৈরাং লৈশক ভম্বা লৈতেংনবা পামেল উদি বুখা থঙতা পাপোন ঙৈথোমননা। উরোং উদি হালনা - থা

* **নোংপাল্ কানাপা (নোংবাল কানবা) ঃ** চেংলৈগী নিংথৌ থাংয়ি খোংজ্রোম্বগী মনাই ওইবা নোংবাল কানবা কৌবনা। নিংথৌ থাংয়ি খোংজ্রোম্বদা সোবাবেলগী মচানুপী পেনু কৌবীবু পুবক্তুনা শিন্নবদা থাংয়ি খোংজ্রোম্বনা পেনুবু মাগী নুপী ওইনা লৌখি। মদুগীদমক শাবারেলনা শাওরদুনা নোংবাল কানববু চায়ন খোংফেম্নখি। কানবসু শারারেলবু মাইয়োক যাবদুনা পামেল উয়ুং উকারক্তা লৈদুনা যাইয়োক্লখি। কন্নাবা না

**পুয়াগী চপ চাবা ৱারোল**

পাকোন্ খুরৌতা।। লাল্সি্ লয়্পুঙ্ থোল্কুম্পাতা।। তেল্পা মামায় লাইতাপা।। য়ীঙাঙ্ থক্ফেল্ হওপাতা।।পুক্নীঙ্ সাওফিংতা।। লাইপক্ নোংতম্লক্পাপু।। কাচেং থাঙ্আোইনাপা।। আখম্ মীপোক্পা।। আথৌ লাংকোল্পা।। ৱায়রা সারাওখোল্ হুয়েল্ লাল্লাওখোল্পু তাফাতাপা।। তল্পা খুমাঙ্ কোক্তাপা।। কাওরেল্ লাইথেং য়োই। মাল্পী চীয়য়্ কন্পা।। সল্কুম্পা মাসেল্।। তল্পা তিমেল্ মানুংচঙ্।। লাপা থাঙ্লেল্ মাখুৎসু।। চুঙ্লোং মানম্ থাঙ্।। সেম্না লম্কেৎপা।। পান্পা কৈসক্পা।। কৈরেল্ তেংথাপা।। খুপোম্ য়াইসী লোল্পা।। সায়াঙ্ তাল্চাও সিপা।। মাক্মারয় নুল্কোয় থোংপু য়েৎপা।। ৱুরেক্সেক্ নোইনিং খোইপু।। চেপ্থেৎনাপা।। থেৎথাঙ্ চারিখম্পা।। লাংময় পুঙ্লেল্ চিল্পা।। চয়্রয় কাপারং ফিপু তুংথাংনাপা।। ফিকল্ল পোৎফি তুখাওআোন্নাপা।। থাঙ্খুম্ সাংনা খুম্পা।। ফিরাল্ নামাথোইপা।। চয়্রয় নিংথৌফি তুপী মায়েক্ থোক্পাপু।। নম্তা কুপ্পাপু তাল্ফংপা।। চক্থাঙ্ য়াংকতাল্পা।। ফইরা মাতাল্ পাংমানা।। লাইরায় সোয়্ৱু পল্তাই আোইপা ৱুরা মাতাল্ পাংমানা সেক্সুক্ পল্তইপা।। লাল্ফম্ কোংপা লয়্রেল্ কোংপা পোৎলুম্।। থোল্ঙম্তাপা তুকুপ্।। তলপা মামায় আোন্তাপা লয়্রেল্ ৱুরেল্ লয়্না থোংনা।। য়ীথিং পল্থিং থাঙ্য়ান্ তেলয়ান্ খৌসা কাপ্লোং সারাঙ্ লাল্লাঙ্।। আরয়্আরা।। তল্পা ৱয়াম্ হায়্তাপা।। কংলা য়ীফাৎ থৌপা মাসেল্পু।। ২৭ সুনা মারেংলেংনা তীল্ময়ে।। ।। য়ীমাল্ চীঙ্থংলাং পাংপা আোন্না।। নাতু নুংপাল্ হোঙ্নেম্ লুৱাং নিংথৌ পুল্সীপা মারইখঙ্।। নামু পোংনা ৱাৎপারা কুরাও ফাল্না থোইপারা কুরাও ফাল্ ৱাৎপা।। নাপু পোংনা থোইপা লৈথেৎপ্ য়োম্ সোইয়োম্ লৈ।। চাতী ৫ লোন্চীল্ সুতী ৬ ৱায়্চিল্ লৈনা।। হায়া লাওনা কোল্লম্কে।। হায়ি চা হায়া হায়ম্।। ।।

**লায়থোক্পা ৱাহন্থোক :**

পাকোন খুরৌতা। হুয়েল লালদি লাল তৌনগে হায়না লালশিঙ লৈপুঙ থোলগুম্বদা কোরৌ খাকপা তেলনা উয়াং খায়না লাইতাবা।। ইঙাঙ থকয়েল হৌবদা পুক্লিং অশাও অফিং য়াওদনা লাইপক নোংদমলকপবু কাচেং অরংবা নোংথাংবু ওইনবা মফমনি। অথোইবা অখম মীপোকপা অথৌবশিং ঙাকপী য়োকপী শেনবীনা লাংগোনবা, শাদানবগী শারাওখোল, লান্দাবগী হুয়েল লান্দা লালাওখোলবু হাংবা হনবা লৈতবা তলপা হামেং খুমাং কোক্তবা, কাওরেল শলদি মচুম তারবা অকনবশিংনা লেংবাননবা মচি চিরেল য়৾েনা খৎনদুনা শাথেংনবা অকনবা ৱাইনবগুম্না চাংদম্নফম, তলবা হামেং খুমাঙ কোক্তবশিংনা কোককা কোকক়া য়৾েনা কাওরেল শন্না ৱাইন-শিংনবগুম্না, তিমেল তা শিংনা থিম্নদনা লেংথৎনবা; খুৎচাবা থাংলেল মখুৎওবু পায়না চুঙলোং মনমদা পো, শামাম্নবা লেংবা থিনা চাংয়েং চাংদম্নিংবা লিংজেল খাবশিং, পানবা কৈরেল কৈওম্বা অথৌবশিংনা খুপোমদা য়াইশী লোলনা, শয়েঙ পাম্বোমদা তালচাও শিবা, নুরেল থক্তা কোকয়েৎ নিংথিজনা য়েৎ, উরেকশেক নোইনিংখোইবসু চেপ্তুক থোননা লৈতেংনবা খুৎশু থাঙলেল য়াল, লংমৈ মতু পুঙলেন চিলনবা, চৌরৈ কৱং ফিবু তুংথাংনাবা ফিকল পোৎফি খাওন তুখাও ওন্নবা, থাংখুম শাংনা খুমবা, ফিরাল নমা থোইবা চৌরৈ, নিংথৌগী মনা ফি, তুপি লাইরেলগী ময়েক থোকপবু নমদা কুপনা ফংবশিং চকথাঙ থাঙলেল য়াকতালনা ফংলবশিং। ফৈরা মতাল নাকল অমনা লৈরাইদা য়ুংবা থোংখোংগুম্বা, মপাম্বোশিংনা উগী মরাগুম্না উইবা। শাফম লালফম থেংনবা হালেংবা নাইদববু অরুম্বা পোৎ পুঙদবশিংগুম্না খনজরবসু করি নাচুংবা লৈতবা, শারাও , লাললাও, মরৈ মরা হালেংদবা নিপা থোকপা ৱায়াম ঙাঙনদবা। কংলা থৌপুবা অথৌবা ককথৎনা, য়ানথেকনা, হাংতোক্কবদা নাচুংবা লৈত্রবা মশেলশিং কুনতরেৎ শুনা মথং মথং লেংনা ফমথৌশিং তীনলময়ে।। ইমাল চীঙথং লাংপাংবা ওননা। নতম্বাক্তা পোকচবী নুংপাল হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুনশিবনা পুল্সি নুংশাংনা পানখিবা লমদম।। অথৌবা পোকপনা ৱাৎপরা, ফম্ফম কুরাও ফালনা হাংনা থোইদুনা লৈরবরা হায়ববু ফম্ফম কুরাও ফাল ৱাৎপা, অথোইবা নমু পোংনা হেননা হেম্নদুম শাৎলক পোক্রকপা, লৈদি মঙা লৈশাংনা চারোল মঙা লোনচিন লৈ, শুরোন তরুক মথং মথং শুথাং লৈবু শমথরকনা থৌনা লিংজেন লৈনা পানফরম্বা ইপা ইপু ইপুথৌশিংগা শমথনা হয়া লাওনা কোললমগে। অমত্তা ওই বা তাই বং শেম্বীবিবা নহাক্কী নখুৎশেমদা চংজরিয়ে ।। ।।

হায়খি। শারারেল-ও নহাক্কা তেলহৈ হায়বদি ঐবু পানদমজৌ হায়ববদা শাবারেলনা শাওবদুনা কোরৌ নোংশিংজংবু খাদবকখিয়ে। কনাবাসু নংশিংকুম থুনা য়াংনা চোংদুম চোংনা চোংথোকখিবদগী উয়ুং উদা ওইনা হননা হননা পাল উয়ুং উবু খাইদেকপা নংতনা কবি তৌবা ঙমখিদে। তেলথা খুদিং পানঙমদনা উকাবোং শেৎনা পান্দুনা তোকলবদগী শারারেলসু মায়োক য়াঙমদনা মচানুপীগী খলদুনা হনখিয়ে, থাংযি খোংজোম্বনা পেনুবুগু ফংখি। (চেংলৈবোল্ , লং ৬)

## চায়নরোলদা য়াওবা অরিবা ৱাহৈশিংগী ৱাহন্থোক খরা

**লমাই ১ ঃ**

*হায়া* = নিপা নুপী ওইবা ঙম্বা লাই; তাইবং শেম্বা অমত্তা ওইবা লাই।
*হে লীক্লাইঅো* = হে তেংবানবগী অহানবা মপু।।
*য়ীপুংথৌ নোংথৌরেল্ পুমাপাঅো* = পুম্নমকপু শেম্বীবা মপুও।
*লাহাল্ নোং* = থাইনা মমাংঙৈ।
*নাতাইরেম্* = ননাই অথোইবা।
*তল্পা* = নিপা।
*মীখন্থাই* = নিপা থোক্লা লিংজেল খাবশিং।
*অথৌ লীচাহেপ্পা* = থৌনা ফবা, লিংজেল লৈবা।
*থয়াঙ্ কোল্তাইলোন্পা* = থাংয়ান থুৎহাই হৈবা, থাং হৈবা।
*থীক্ক* = ঈশিং অমশুং কংফালদা হৈনবা অমুবা উচেক মখল অমা।
*লমপাওখোল্* = লাল লাকপগী মখোল।
*য়ীরাওখোল্* = ঈশিংনো শাফু কম্না চেঙ্বগী মখোল।
*চীঙ্সাং নায়ইখোল্* = চীঙদা নুংশিংনা উপাল ৱাপাল হুম্বদগী থোরকপা মখোল।
*তাম্না* = চীঙদা হৈনবা উচেক মখল ১।
*নাচুংতাপা* = থৌওইদবা, করিসু খনবা লৈতবা।
*সাইপা* = তিম্মং মখল অমা, শাই' তিম্মং।
*পলয়ইথা* = ঈশিং পল থিংবদা হাপপা।
*লাংখোং য়ীতাসি* = খোংলম লাম্খোংদা ঈশিংদা তাদুনা শিনা লৈবা।
*সোংকিতাপা* = অকিতুজুঙ লৈতবা।
*মরোং* = তাগী চুঙ।
*তিমেল্* = তা।
*চায়নাপা* = নাইতোন অঙম্বা চাংয়েংনদুনা লাল শোক্লবা।
*তায়ম্* = মনাই।
*য়ীবাকমনা* = অইবা ঐনা; শৈথাদুনা ইরিবা মী।
*তেংথারক্কে* = অথাকপা থমদনা তেংনা হায়রক্কে, অথাকপা লৈতনা ইরক্কে।
*হাওরৈ* = মাইকৈ।
*চাইরেন্* = কংলৈগী খা মাইকৈদা লৈবা কাংসুপ অমনা লৈবা লমগী মমিং।
*হৈরেম্* = কংলৈগী খা মাইকৈদা লৈরম্বা কাংলুপ অমা।
*অতেংপী* = নীংথিজবী, থোইনা ফজবী, মীৎচুবী খমথেংবী।
*লাইজা ঈশিং য়ীতাসিপীপু* = ঈশিংদা তাদুনা শিরম্বীবু।
*মপল্* = মপা; মকুপোক।
*ক্রাও (কোরৌ) নোংমা* = পুং ৬৪ না শাবা /অহিং অমসুং নুংথিলগী শরুক।
*খোইনৌ মতা* = লোইনদনা লৈবী, থম্মোই খঙনা লুনা তিম্নবী মামাম্নবী।
*ঙাইরোই নাইনা* = ঙাইহাক্তা থান-উনদবা লৈবা ঙম্নদ্রবী।
*অতু নোংকিপু* = অদুগী নুমিৎতগীবু।
*লন্লেল* = অথেইবা লম, খুন্দা-লৈতাবা লম।
*তেল্পুম্ মানা* = তেলজৈ অমনা।
*খোংফেল্নাপাপু* = হকচাং পাঙ্গল চাংয়েংনবা, লেংবা তৌনবা, অঙম তাননবা।
*লাহাল্ নোং* = ঙসি হায়বা অদুদগী মনাংগী হৌখিবা নুমিৎশিং, হৌখ্রবা নুমিৎ।
*লময়াই সনাপা* = লমদা শাদানবা, শা লৈরমগদা মফমদা লমদা চত্নুনা শা হাৎপা, শা ফাবা।
*লমচাও* = পাক চাওবা লম।
*সাতালপাতা* = লমলক্তা লৈবা শা হাৎপা ফাবা।
*য়াংতৌ* = লম্বী মরম।
*সারম্* = শানা চৎখিবা লম্বী, শাগী খোজুল তাবা মরমশিং।
*লীপাতা* = থিবদা।
*খেল্তে* = হৈরেম লমদা পানবা নিংথৌ।
*মোনু* = নুপী।
*তাল্লোই* = নিপা পাম্নদুনা, য়ুম্বাম্নদুনা লৈরবী নুপী।
*মরুম্বী* = মতু, নিপা পাম্নরবী নুপী, অরোনবা নুপী।
*বাংলৈ* = য়ু, থক্রবা য়ু।
*লেপ্থক্ন্পীকি* = লেপ্তুনা থকপী।
*খুৎফাং* = খুৎ।
*খোইরেন য়ু* = থম্মোই পেনবা য়ু, অহাওবা য়ু।
*ময়মীৎ পীতাপা* = মৈ চাং অমদা থাবা, মৈ কন্ননা থাদবা য়ু।
*মারোই* = লোইনবা।
*বাংলৈ আয়াক্পা* = ময়াক কনবা য়ু।।
*হাওতৈ আথুম্পাপু* = থক্লদা মন্থও কন্নবা য়ু।।

**লমাই ২ ঃ**

*খারী* = অয়াকপা।
*খারী খোমকা হান্না* = থক্রবা অয়াকপা য়ু হানবা
*য়ুরাল্ঙাম্পকিতামক্পু* = য়ু থক্রবা পীদুনা ইকাই খুম্নবা উৎপা।
*লোইতাম* = নুমিৎ শিংপুম ৩০ নিগী মনুংদা পানখল্লকপা ১৫ নি শিথবা লোইবদা নুমিৎ ১৫নি অপুনবা অমত্তা ওইবা চমিং, থা অমা।
*লাঙহৈ কুম* = চহি অমা, থা ১২ না ওইবা, অঙ্গং-অশা ওলাং-ওক্নাওবা, অমেংবা, নুঙাইবনচিংবা লাংদগী হেন্দোক্রগা লাকপ্রবা নুমিৎ থাগী অপুনবা মশিংগী মমিং চহি হায়নসু খঙনবা মনিং অমা।
*মোমনু* = নুপী।
*য়ীনফুই মাইরং শোন্* = ঈল চিংনা, ঈল শোলখৎপা।
*তিল্লাং হাইসীনা* = তিল কামথোক-শিংতোক্না ঙামি কৌবা।
*ঙাচোপ্ থেম্পা* = ঙা ফাননবা হোৎনবা।
*য়ুরাল্মলকি* = ইকাইখুম্নবা য়ু পীথকলকপগী মতিক ওইনা।
*১০ লুকমাইলেম্* = নিংথিজবা মীৎ থম্নবা চাক চাকলুক।
*সারেল্ ফাহাপ্না* = অথোঙবা চানবা শাদুম নিঙথিজনা হাম্না।
*ঙাইখম্ঙাম্পাপু* = শকখঙ মায়খংনবাবু।
*খেলতে নিংথৌ* = হৈরেম লমদা পানবা নিংথৌ।
*বাতা থীখিয়ে* = অথিবা ৱাহৈ শিজিন্নদুনা ঙাঙবা, চৈবা।
*পাথৌ* = নিপা থোকপা।
*আইকি* = ঐগী।
*শোইখোঙ তাইথেংনা* = নুপী উম্নবা।
*লমলক লুথুম্বা* = য়ুমদা পুশিনগে খন্দনা

লমদা থমদুনা পাম্নবা নুপী।
*মোংখাংপানা পানারিওইনে* = হকতিম্নরিঁঙনে; নুপী নিপা হাকতিম্নবা।
*কাওরেল্* = অথোইবা শব্দ লাবা, নাইতোম ফজ্জবা শব্দ লাবা।
*সল্ সাআো* = শলগী লমচৎ ওইবা নুপা-ও।
*তাইয়ম্* = ইনাই।
*নাইসাআো* = মীনাই ওইনা শাগী লমচৎ ওইবা-ও, শারমচৎ ওইবা মীনাই।
*নাইফাকে* = মীনাই ফাগে।
*রাআোইবা* = শাউবা, অশাউ রাঙাং, শাওরংনা হায়বা রাহৈ।
*লহান্‌নোং* = হৌখ্রবা নুমিৎশিং।
*লময়াই সানাপা* = লমলক্তা শাদানবা।
*তান্‌লোই নরুম্‌পী* = য়ুম্বার্নমিম্নদুনা লৈমিম্নরিবী নঙগী নুপী, নতু।
*য়ুরাল্‌মলকিপু* = য়ু পীথকলপগী মহুৎ ওইনা তৌবিমল খঙবা উৎচবা।
*লল্‌সিংপীকে* = চানবা মহুৎ পিদুনা কোথোক্লবা, মহুৎ পীবা, মপা চাবা য়েংনা ইকাইখুম্না পীবা।
১০ *(তরা)* = চাকলুক।
*মাইখঙ্ পানে* = শকখঙ মায়খঙনবনে।
*লমলক্ লুথুম্‌পাপু* = অরোনবা নুপী ঙাঙনববু।
*লয়সোন্‌পাপু* = লৈবাক পন্দুনা রাশকপা।
*রাচুনতে* = থম্মোয়দা য়াবা ঙমদবা, য়াদবা নিংঙ্গিবগা খুমদোরকপগা চাম্নদবা।
*সারী মখৈ ফং* = অখঙ্‌বা লাইমখৈ পন্দুনা রাশকপা।
*পাওমেল্‌লক্‌লে* = হায়রক্রে।
*তৌয়িকিতী* = তৌবগীদি।
*রাইরা* = থেংননা।

*চায়না* = লেংবাম্নবা।
*খোংফেল্‌নারাসে* = লাল্ শোক্লরসে।।
*নাপা য়ীপা* = নঙগী অপোকপা নপা ঐগী অপোকপা ইপা।
*লাইনা চুম্‌লাসুনু* = লাইনা রায়েল ওইনা অচুম্বা খঙহনসুনু।
*সীঙনখিবা* = লেংবা তৌনদুনা অঙম্বা চাংয়েংনেসি হায়নবা।
*লমলেন* = অথোইবা লম।
*তেম্‌চাইনখিয়ে* = তেন কাম্নদুনা অঙম্বা চাংয়েংনখিয়ে।।

**লমাই ৩ঃ**
*লীরি* = তেন্দোংগী তেনলি।
*লীরি থামোই তিং* = তেনগী তেললি থম্মোই থবাক য়ৌনা চিংথোকপা।
*লাকা তেলমই লাক্‌না* = লিরুঙ লিরিদা হাপ্পদুনা কাপকদবগী পায়রবা তেলজেগী মনিং থংবা তেলমৈ।
*ক্রও নোংআো য়েংআো* = নোংদোলথক নহাক্না খঙবী-ও।
*মালেম্ লৈআো* = মালেম লৈবাক -ও।
*য়ীপল্-লম্* = ইপানা ঐবু পোকপিবা লমদম: পোক্লফম লমদম, ঐগী খোয়রি নাওফম তাফম।
*রাই রা তেল্‌থাপাপু* = তেল কাম্নবু।
*সোয়রেল* = ঙা ফাফম অথোইবা।
*শোয়্* = ঙা ফাফম।
*লেন্* = অথোইবা মফম।
*ফুম্‌পী* = ঈশিংদা তাওবা নাপীশিংবীশিংনা পথ-পুমথরক্লুনা থাগৎলবা মফম।
*তেল্‌পাল্‌লে* = তেলনা য়ুংলে।।
*ফয়রা* = হকচাংগী ফৈগলগী শরুক।
*পংমা* = নাকল অমা।
*শেল্‌লোই মপাতাও ২ মাতী* = তিম্নবা মরুপ অনিমক্তি।

*লোয়্‌না আপাম্‌পানীকিনা* = মহৌশাদগী লুনা তিম্নরকপা খঙনরকপা।
*খৌনাও লেন্‌থোক্ লেন্‌তা* = খৌনাওদা থাংনা লেন্দবা।
*হক্‌চেং সমমা মাল্‌লওপিতানা* = মকোক লুরেল ককনা লৌবিদবা।
*সামু লেংকোল্‌নানা* = হকচাং অমগা অমগা পাম্বোম পাম্বোম খৌরিদা থম্না নুংশিনা কোম্নবা।
*হল্‌রাইখিয়ে* = চৎখিয়ে।
*পাথৌ য়ীপীঙ্‌তাতী* = মরুপ ঐখোয় অনিমক্তি।
*সীঙ্‌লেল্ অরেম্‌বা* = হেকঙমদবা অরাংবা উজ্জাওগী লৈপাল (মপাল)।
*লৈরাং অতিংঙাপু* = মউ অনেশ্বদা লৈশাৎচরবসু লৈরাং লৈ হেক পীদনা লৈখোক লোইবা লৈ।
*রাআোইনায়ে* = অমগা অমগা শাওনা ঙাঙনৈয়ে।
*খোইরুম্ মোল্‌মোন্ নোক্‌না* = পুক্লিং লিত্নিনা নোকপা, মীৎ অমসুং চিনবাল য়াওনা মখোল কয়া হৌদনা নোকপা।
*য়োংমানানা* = থকমিম্নবা।
*লাংকোল্‌নাখিয়ে* = চাম্ননবা কোম্নখিয়ে।।
*মাতাইমা* = মাগী হৈনবা মফম অমা, মর্চী
*মাহয়্* = মমৌ নুপী।
*নাওরেংপায়্* = মনাউগী মচা-মশু পিবা নম্ভবগী কাঙবু।
*নোংয়ায়্* = খুমল্।।
*তল্‌পা* = নিশা ওইবা।
*কাওরেল্ মপা তাম্‌পা সলকুম্‌পা* = তোমথিন ওইবা লেঙবা থিবা বাবা অথোইবা শব্দ লাবা।

*মারোই* = লোইনবা, লোইনদুনা চৎমিম্নবা মখা থাবা মী।
*রায়খোং* = কংলৈগী খা মাইকৈদা লৈবা লম অমগী মমিং।
*চুঙ্‌লেং ঙকৃতা হুক* = তাগী চুঙ ঙক্তা য়াননা পায়দুনা পুবা।
*খেরে* = তা মখল অমা।
*মারাল্ খৌচংলক্‌পাতা* = ময়ুমদগী তৌগদবা থবক পাংথোক্লবা থোরকপা।

**লমাই ৪ঃ**
*কে কে* = মোইরাংনা পুবা খুম্বকী লম।
*লম্ লোক্‌কে* = লম লৌশিনগে।
*মোইরাং লম্‌চল্‌কে* = মোইরাং লমবু লোইচলগে ঙমগে।
*লমআোক্‌নরে* = মাইগা মাইগা উনরে।
*য়ীতোম্* = ইথন্দা।
*মাসেল্‌নে* = মাম্নবনে।
*আসী* = ঙসি।
*নাপা য়ীপা* = নঙ পোকপা নপা, ঐবু পোকপা ইপা।
*লাইনা রাচুম্‌শুনো* = লাইনা অচুম্বা খুদম পীনা খঙহনবিসনু।
*খম্‌ক্রুম্ আমল্‌তা* = শিদোক্লখিবা মফমদা।
*লমচেল্‌নাসে* = লম মফম অদুবু ওইনসে।
*লাল্‌সীঙ্‌নাখিয়ে* = লাল্ তৌনদুনা অঙম্বা য়েংনশি হায়নখিয়ে।
*খোয়ম্ মামাইআোন্‌তা* = লেংবানিংদদুনা মরৈ মরা তৌদবা, মায়য়োক য়ানিংবা।
*য়াম্‌চেং মানম্ মুক্‌নাতখিয়ে* = মমায় ওননদবা, শাথেং লালথেংননিংবা।
*অতোল* = খুমল্
*লম্‌থোইপা* = লৈকাই লাননা খৌনা উৎনবা।

*লম্‌কেংপা* = লৈকাই খুল মবম লাননা মতিক মথৌনা উৎনিংবা, লমহেন তুহেনবা।

*সায়েঙ্ পাল্‌কা তিংতিংনা* = শয়েঙ মপাম্বোম ফলনা তিংবা।

*পাওয়ান্‌খিয়ে* = হায়নবা পুম্বা অমুক্তা য়ানবা।

*তীমেল্ মানুংচঙ্‌পু* = খুৎসু তাবু।

*তিল্‌লাইমেল্* = তিল থাকপা।

*খোক্‌লাং পুম্‌সীংনা* = মখোক ওইনবা খুৎপাইফমদা তিল তৈশিন নালশিনবা।

*চীল্‌পাল্ কোইহওলাল্* = চীনবানগী মকোই নানবা, মকোই নানবা।

*খোয়ম্* = নাপী।

*তাপাল্‌লে* = তানা য়ুংলে।

*কক্‌লু* = লৈবাক্তা হৌবা অনেম্বা নাপী মখল অমা।

*মালেম্ লইকংতুরে* = লৈবাকতা য়ুংলে।

*সেল্‌লোয় মাপাতাও* = মরুপ।

*পানপা* = কৈ।

*পাওমেল্‌লক্‌লে* = বা হায়রক-এ।

*অুলপী (উলবী)* = পুরিঙ্।

*সামু* = হকচাং।

*হাওমুক্‌না লোংফাই চল্‌খিসে* = মুরা শান্নখিসে।

*সারেল্* = অথোইবা শা।

*মোংপা আচিল্ খুরৌ য়েৎনোরাবতা* = মুরা শান্নরবদা।

*থৌকাওরাপারা* = তৌখিবা থবক্তু কাওরবরা।

*চইরই (চৈরৈ) ফিকোল্‌নুংকি* = হকচাং ফিনুংগী।

*য়ারেল্ খোংখৈতোল্‌না* = ময়া মতোল্‌না।

**লমাই ৫ :**

*নোংমল্‌বাই* = শিখিবা মফম।

*পীরেম্ থারুক্‌নানা* = মপী শিন্থদুনা কপ্পা।

*বাখোং লমচল্ লম্* = বাখোং লমদম লৌখিবা।

*লুরক্ কাঙ্‌তৈ থি* = মী মকোক কককথৎপা।

*খৌনাও লোন্‌থোঙ্ লেন* = খৌনাও লেন্থৎপা।

*থাঙ্‌লেন্ চেপ্‌না চল্* = থাঙ ময়ান চুমনা য়ানবা।

*তওথোপ্* = মতাং পানবা মরিল তাং মরক্তা হোবা পরাং বাংদবা পাম্বী মখল অমা।

*লাললু* = কোক।

*পোল্‌লেম্ হাল্‌না* = পোলাংদা হানবা।

*মাচী হেন্* = মথোই কাবা।

*লাপা মরাইলাংনা* = মাইথোঙ মকা ফলনা।

*হলরাইরক্‌লে* = হনলক্লে।

*আতুসূঙ্ মতোম্‌তে* = অসিনাসু লোইবা লৈতে।

*হয়রেম্ (হৈরেম্) মারক্‌সী* = হৈরেম্ লমগী মনুংদা লৈবা লম অমগী মগিং।

*কাতৌনোংকিনো* = করি তৌখিবা নুমিৎতাগীনো।

*মাসানৌ (মশানৌ)* = মনাওনিপা।

*য়াওরও (য়াওরৌ)* = শা।

*তান্‌লোয় থাচীক্‌না* = মতুগা শাওনবা, থৎনবা।

*লুম্‌লেল্ খাফাংনানা* = মতু লোনবা।

*১০ চাক্‌য়োম্‌তা* = চাক চাকয়োম য়োমদবা।

*বাংলৈ খোম্‌হাল্‌তবা* = থরুবা য়ু হান্দবা।

*অতোন্ মপাচা* = খুমলগী মপাগা পোকমিন্নবা মচিন মনাওশিং।

*খুমল্ মায়েল্‌লুপু* = খুমল লমগী মরুপ মপাং শকখঙ মায়খঙনবশিং।

*তাংচা য়ীকাইখি* = মমাই ইকাইবা নংখি।

*হুয়াই সেন্‌খোয়্‌খিয়ে* = ইকাইবনা মায় ঙাংবা।

*তেংথানা* = খাকপা থমদনা হায়বা।

*মীকৌপাতি* = মমিং থোনবাদি, হায়নবদি।

*কোল্ (খুমল লোন)* = পাৎ।

*য়া (খুমল লোন)* = কংফাল, লৈকং।

*লায়্‌মা খোম্‌নীতিং* = পুক লাম্মনখিবনা চরিতৎ, চনিং চামাং শম্নদবা।

*কোল্‌য়া (খুমল লোন)* = পাৎপানদা লৈবা কংফাল।

*লেম্‌লয়* = ঙা।

*য়ীতাইরেম্* = ইনাই অথোইবা।

*খুমল্ খাথা* = খুমল নিংথৌগী য়েৎতা থৌগাল তৌবা ফম্নাইবশিং।

*লাইথা থল্‌পশিং* = খুমল নিংথৌগীদি ওইদা ফমনা থৌগাল তৌবা ফম্নাইবশিং।

*সিঙ্‌চা রাইকোইফাতা* = শীঙ চনজগে হায়বদা অথিংবা পীবা, শীঙ চলহন্দবা।

*য়েলাং থৌচংফাতে হায়্‌পা* = য়েঙ্লাং হেকপা চংহনদবা, য়েঙ্লাং হেকহনদবা।

*খুল্‌চা* = খুল অদুদা লৈবা মীশিং।

**লমাই ৬ :**

*লয়ক্ কোল্‌সাং* = লম্বী মচা অদুনা কোললিবা লৈকাইগী লম্বী।

*নাতায়ে* = আতাবশিংনা পাওদমদুনা খঙবা, মফম অমদা ঙাংনবা বাফম, খঙবা।

*মারোং* = তাগী চুঙ্।

*কংলা থল্‌প* = কংলা থৌকাবা।

*পাওখুম্‌লক্‌ওো* = বাপা চাবা পাওখুম পীরক-ও।

*পাওহংখিপা* = বা হংখিববু।

*পাওয়াগবরা* = বাফম অদু য়াবরা।

*পাওয়াতে* = বাফম অদু য়াদে।

*চক্‌লাই ফাল্‌তোল্‌কি* = কংলা ফমথৌ মতোল অরোইবদা ফম্বা।

*কংলা ফম্‌গা থেঙ্‌পা* = ফমথৌশিংগী ইরোই লোইবদা লৈবা।

*লাংলেল্* = মপুং-মরৈ ফারবা মরোই ফজবা বা।

*বুনৌ কোন্‌তে* = ইকোন কোনবদা হৌরকপা অনৌবা বা।

*কোল্‌না হল্‌পনা* = হৌগৎলকপা, নহা ইনখৎলকপা, কোলনা পোকপা।

*নাওবা* = অঙাং।

*লাংচেং মাথোক্‌লপা* = মথোক কারকপা, ঈ খেগৎলকলিবা, ইনখৎলকলিবা পাখঙ মচা।

*কোল্‌না* = থেঙনা, কাইনথঙদা।

*সাপল্ লাল্‌থোঙ্‌সীন্* = লাল থেংনবা ঙম্নবা শিন্দোক শিজিন্নদুনা লাগ্লোং শিন্দোকপা।

*হয়েল্ লাল্‌লম্* = লালথেংনবা মওং।

*কোন্‌লোন্* = মরাহে।

*তাঙ্‌চা* = কোক।

*লুতা থোংনা* = কোক্তা থোংনা, ইকোক্তা হাপ্লুনা।।

*তিমেল্ তা চায়্‌নারুকে* = তাগী অঙম্বা চাংয়েংনা লালথেংনরুগে।

*পাওয়াখিয়ে* = হায়রকপা বাহৈ অদু য়াখিয়ে।

*কাইনা হল্‌পানা* = ঙম্বনা।

*কংলা লয়পাক্* = লৈবাক নিংথৌ।
*নাতৃকনাপা* = অথৌবা।
*কাকোক্ চীন্তাইনুংকি* = কা কাকোক মনুং মচিদগী।
*পানা চাতুম* = কা মতপ।
*থৌতোংখিয়ে* = মথৌ হাপখিয়ে।
*য়ীনুং কৌবা সোয়রাপাকা* = নোং ওাল্লবগা।
*কাওরেল্ লাইথেংনারুকে* = শাম্বা পাদুনা লান থেংনরুগে।
*মারু* = কোক।
*মারাল্ থৌকুমথাখিয়ে* = মথৌ লোইরদুনা ময়ুমলোমদা হনখিয়ে।
*মোম্নু তালোয় মারুম্পী* = য়ুমগী নুপী মতু।
*পাওতম্খিয়ে* = তৌরকপা, উরকপা হায়দুনা খঙহনবা।
*য়োয়পানাই য়ীনেম্ মাচা* = ঐগী নুপী।
*নাথংলেল্ অয়না* = নপুরোইবা ঐনা।
*তিমেল্ তা চায়নকআে* = তাগী লাল শোকনরু-ও।
*অয়না পাওয়ারকলে* = ঐনা হোয় হায়না পাংথোক্কে য়ারকলে, ঐ য়ারে।
১০ *চাক্ য়োম্আে* = চাক চাকয়োম য়োম-ও।
*থংলেল্ য়ীপুংগু তাআে* = ইপুরোইবা তাবী-ও।
*লোইতাম থাসিতা* = থা ফাদরিবা।
*লাগুহৈ কুম্ আেন্তারিয়ে* - চহি অমা ফাদরিয়ে।
*পাওয়ারুপানু* = হোয় হায়না য়ারুবনো।
*নরুম* = ননাই নুপী।
*খোম্লেল্* = মগু।
*কাওপী য়ীনাসিপু* = নাদা য়ানবা লৈবু।

**লমাই ৭ ঃ**
*লাইজা* = ঈশিং।
*য়ীতা* = ঈশিংদা।
*মাল্লও য়ীকাল্নকসুগু* = শাগোলনবা ফি, ইলনবা ফি।
*লাইচা য়ীতা* = ঈশিংদা।
*মাল্লও কোক্থোং* = কোকশেৎ।
*য়ীরোয়্নানা* = ঈশিংগা লোয়ননা।
*খোম্লেল্* = মগু।
*মগুলাংচাল্পু* = মগুবা মগুবু।
*য়ীপুংগু* = ইবুংঙো।
*থৌখাম্পাপু* = খাম্বা, চৎতনবা থিগুবা/হায়বা।
*সারেল্ মীসুংলাংপু* = লালফা ওইনা থম্নবা মীশক।
*নথংলেন্ অইতি (ঐতি)* = নপুরোইবা ঐদি।
*খোয়্মা য়ীমায়্ আেন্* = মায় ওনবা মায়য়োক্নবা গুমদবা।
*য়াম্চেং য়ীনম্ মুক্ফারোইয়ে* = হায়দোগ্নবা য়ানগ্নবা বাফমদা মায়ওম্দুনা হন্দোকফরোই।
*নোংয়ায় য়ীপাচা* = খুমল ইচিন্স ইনাওশিং।
*খুমল্ য়ীয়েলল্শিং* = খুমল্ লৈবাক্তা লৈবা মকপ মপাংশিং।
*মোমু মাসুংমাল্পা* = পাংদবা নুপী মানবা।
*আতোন্ চীনেম্পা* = খুমল মচা চীনথিবা।
*খুমল্ নারাংপানে* = খুমল মচা অগুাংগুম্না হায়নিংবদা হায়বগুম্বনে।
*তাগুচা য়ীকাই* = মায় ইকাই।
*হুয়াই সেন্খোয়্য়ে* = মায় গুাংনা ইকাইয়ে।
*থীক্কু (থীগুক্রি) লাল্পাওখোল্* = থীগুক্রি কৌবা উচেক্লা লাক্লা লাক্লা খোংবা।
*হুগুগা মীকপ্খোল্* = পীক্রিবা অগুাং নবানা শিথ-শিথনা কপ্পা মখোল।
*য়ুমীৎ লাল্চেন্খোল্* = য়ুনা ময়াই কারবা মীওইগী তেমশিং বাগুাগু।
*কাক্ লাচেল্খোল্* = কাক কৌবা উচেক্লা লাক্লা লাক্লা খোগুবা মখোল।
*তম্না হুয়্সোন্খোল্পু* = তম্না কৌবা উচেক্লা হিকথনা নাহেবগুম্না খোংবা।
*নোংপোক্ খেপাল্ থোংনা* = অয়ুক্তা নোংপোক মাইকৈদা ফুইনা হৌরকপা নোংহৌ।
*য়ীগুেল্ লৈথেং* = চেকশিননা চিলবা লৈ, তাহৌদনবা চিলবা লৈ মচিল।
*মরোং চুগুমীৎ হেন্পা* = তাগী চুগুদা ফজবদা নংতনা শাফম লালফম গুম্নবগী লৈশি-লৈথোলবা য়াওদবা।
*কম্পোং* = চেংলৈদগী থাইথখিবা চাদা নাওদা।
*সিল্হৈপা* = শিনফমদুদা খুৎলোইবা মীওই।

**লমাই ৮ ঃ**
*হুগুগু মীক্খোল* = অগুাং নবানা শিথ-বাহ্ননা কপ্পগী মখোল।
*য়ুমীৎ লাল্চেল্খোল্* = য়ুনা কোক কারবা মীনা শামাম্নবা লালথেংননিবগী বাগুাগুদা লাও খোংবা বাগুাগু।
*কাক্ লাল্চেল্খোল্* = কাক কৌবা অমুবা উচেক্লা লাক্লা-লাক্লা খোংবা মখোল।
*তম্না হুশোন্খোল্* = তম্না কৌবা উচেক্লা হেক্লা খোগুবা মখোল।
*নিংথাং চুগু* = তুংদা য়ান্দুনা পুবা তা পায়বদা লোইনবা অচৌবা মখলগী চুগু।
*নোংপোক্ খেপল্ থোংনা নান্তয়্বা* = নোংপোক থংবা মাইকৈদা ফুইনা হৌবা অমংবা নোংগী লৈচিলগুম্না মুবা।
*মরোং গুক্তা হুক্* = তাগী চুগু গুক্তা য়ানদুনা পুবা।
*খেবে* = খেরে কৌবা তা মখল অমা।
*বুরেক্সেক্ (উরেকশেক)* = উরোক কৌবা উচেক মখল অমগী ফজরবা মতু।
*খুৎতাং য়াইচেসি (খুদাং য়াইচৌসি)* = লালদা খুৎদাংয়াই পুনবা, শিবা।
*খুপোম্ য়াইসীলোন্ (খুবোম্ য়াইশি লোন)* = লালগী ফিজেৎতা খুবোমগী শরুক্তা খুবোম য়াই হায়না খগুনবা অমা শোক্তবা কিশিনদুনা লৈতেংনবা।
*অগুাগুপা সাতা কাইরোল্ ফি (আগুাংবা শাদা কৈরোল্ ফি)* = অগুাংবা ফিদা কৈ কৌবা শাগী শক্তম লোনবা লালফি।
*চীগুখোগু লাল্হও ফি* = শাফম লালফমদা শেংনবা ফী।
*সগুতিগু লান্লৈ থেম্না* - শেৎলিবা ফিজেৎ অদুনা লান্দারকপা শাদাম্লকপনি খগুনবা ফিজেৎ।
*হাওরৈ খানা পাংপারম্তা* - খা থংবা মাইকৈগী লমদা।
*লম্আেক্নরে (লম্ওক্নরে)* = উনরে।
*ক্রুগু (কোরৌ)* = নোংমাগী নুমিৎ/নুমিৎ।
*মারোম্ চুগুসু* = মহাক্লা পায়দুনা শিজিম্নবা খুৎচারবা তাগী চুগু।
*তাম্* = লাপহৌববা, মনাক্তা লৈতবা।
*তিমেল্ তাসু* = মহাক্লা পায়দুনা শিজম্নবা খুৎচারবা তা।

*মোমনু নুচালক্তা* = নুপী মরক্তা।
*কাওরেল্ তুংনাওসোল্* = শলগী মতুং ইনবা।

*খাল্লৈ* = লৌ।
*খোয়্নৌ* = পুকচেল খঙনরবী মমান্নবী।
*কাওরেল্ তল্পা লেংনাও চয়* = শলপোৎ শাজে।

*মোংপা মীসাইকোল্তা* = ইয়ুমদা।
*তিমেল্ তাচেললু* = তা লৌরুখিগে।
*মরোঙ চুঙচেনলুখিকে* = তাগী চুং লৌরুগে।
*খোয়ম্ য়ীমায় স্পেন্লোই* = মাই ওন্দুনা চেনলোই।

**লমাই ৯ ঃ**
*য়ামচেং য়ীনম্ মুকলোই* = খেংনরোই, খনলোই, মরৈ মরা তৌরোই।
*ঙাখঙ্* = ঙাইহাক।
*মোংপা মাসাইকোল্তা বাইথুংলে* = ময়ুমদা লাক্কুনা য়ৌরক্রে।
*য়ীপাতাও (ইপাতাও)* = মরুপ মপিজা।
*হুয়েল্ লাল্সীঙ্লায়ে* = লাল শোরুশি হায়্না হায়ররে।

*বাংলৈ* = য়ু।
*বুল্পী, উল্বী* = পুক্লিং।
*পাচুয়ে* = অফবা খুদম ওইরে।
*থৌতাংখিয়ে* = মথৌ হাপখিয়ে।
*সেল্লোয়্ মপাতাও* = শামাল লেমান্নবা মরুপ।

*পাওমেন্নকয়ে* = হায়রকয়ে।
*খুৎপাক্ তিল্লাইমেন্* = খুবাক্তা মতিন থাকপা।

*খোক্লাং পামশিংনানা* = মখোক্তা নানবা।
*সামু মাখুতোল্পু* = মহাক্কী খোংদোন্ খোংশাবু।
*তেল্পাল্লে* = তেলনা য়ুংলরে।

*তিমেল্ য়ীনুংচঙ্না* = তানা য়ুংনা লৈবা।
*সামু য়ীখুথোল্পু* = খোংগী খোংশাবু।

**লমাই ১০ঃ**
*খুল্পী কাপ্তীং য়াইচানা* = কাকফেনা।
*য়ীমু তোংকা চিংপকিপু* = ঈ চিংদুনা চিকপগীবু।

*করও (কৌরৌ)* = নুমিৎ।
*হয়রেম্ নাপল্ লম্না চুম্সুনো* = হৈরেম্ লমগী নপা নপুবু পোকপা লাইনা বায়েলদুনা অচুম্বা অদু খঙহনবীসুনো।
*তৌয়ীকিতি* = তৌইগুম্বসুং; অদুগা।
*পাখৌ* = মরুপ।
*তল্পা* = নিপা।
*ফেল্লকপাপু* = লংলকপবু, হুনলকপাবু।
*আতোল্* = নোংমাই।
*থানুংথেৎ বুল্পী চাফম্লেং* = থম্মোইদা থুম্বা লেংনা য়ুংলে।
*সোয়্রেল্ ফুম্পী নমঙাননা* = শোইদা লৈবা ফুমদা নঙ্গলনা ঙানা লোংনা লৈবা।
*ঙাইরিখিঅো* = ঙাইখো-ও।
*য়ীম্খায় পানে* = য়ুম্বুরেলবা ওইরবনে।
*লম্কেৎপা* = লমহেনবা।
*লম্হায়পা* = মলমদা নৎতনা মীরমদা ফাওবা লমহেনবা।

*বায়রা* = শা।
*হুয়েল্ লাল্সীঙ্ মুৎলাপানে* = অমুক হন্না লাল শিনেররোইদবনে।
*য়ীনোং নোংসীঙ্সু য়ীকুম্ কুম্সীঙ সুরপকি* = কৌরৌ নুমিৎ কুমশিং শুরবগী, নুমিৎ মতম শুরদুনা।
*বায়রা নাসোঅোই হুয়েল্ নারাল্ ওইরবনে* = লালফা ওইরবনে।

*নমোম্* = নচা।
*লাল্থক্নখিয়ে* = লান্নদুনা থকমিন্নখিয়ে।
*লাল্চানাখিয়ে* = লান্নদুনা চামিন্নখিয়ে।
*বাংলয় চীন্খুল্ য়োংমানারাপাতা* = য়ু থকমিন্নরবদা।

*থাঙ্লেল্* = থাঙশাং।
*থাওনাও লোল্ঘোঙ্ লেনপাপু*
*মারেন্ ফাপীঅো* = থৌনাও তোংদম লেনববুসু মরেল মকক ফজনা লেনবী-ও।
*সীঙ্লেল্ লৈপাম্ চুচিল্পা* = লৈগী লৈনম খঙবা।

*থাঙ্চী মিতম্ চেল্* = আশিবগী শদুম চেনবা।

*সারেল্ হিংসোঙ সায়্না* = শাদুম হিংনা শায়না চাবা।

*পাওতোয়নাপাপু* = খোঙনববু ঙাংনববু।
*সোংকিয়ে* = কিয়ে।
*পামেল্* = উ।
*সাচানারাকানে* = শাবু চানরগনে।
*থাঙ্য়ি লয়রোল্ চল্* = শাদুম ওইরববু লৈনুংদা ফুমজিনবা।

*য়ামচেঙ্ লয়কুপ্ সীপা* = লৈবাক লৈকুপ মথক্তা হান্না।

**লমাই ১১ ঃ**
*থাঙ্লেল্ চেপ্না চল্* = থাং ময়ান চুম্না য়ানবা।

*লুরক্ কাঙ্তৈ থি* = মকোক ককপা।
*লাল্লু* = কোক।
*পোনলেল্* = পোলাং মখল অমা।
*বাইথুংয়ে* = য়ৌরক্রে, থুংলরে।
*বাচুম্লক্লে* = লাইগী বায়েল অচুম্বা লাক্রে।

*য়ীমু তোংকা চিংপা* = ঈ চুম্না।

*য়াথং বানি কুক্লাকী* = ওইনবা ঙাকবগী।
*হেরওন্না নাফংলে* = অনা চৈথেং ফংলে।
*পল্লেম্* = মমা।
*পাসোনয়ে* = মপা শোন্দুনা নাহেনবা।
*অনা লাইপোৎ ফারক্পাতা* = কননা নারবদা।

*মায়েল্লুপু* = শাগে নাতে মরুপ মপাং।
*সেন্কোয়বকি* = ইকাইবগী।
*পাতাক্তানা* = হায়দোক্তনা।
*আনা লাইরম্* = অনা লাইওং।
*মীৎয়েং নাওসুম্তা* = তুম্বা য়াদবা।
*য়ীনুং* = অহিং।
*মীসেন্ খাঙ্না* = অহিং তুমদনা শংবা।
*সুমাঙ্ মথৌপোম্* = য়ুমগী মমাং থংবা মফম, সুমাঙ।

*মাল্লেম্ মানালোয়্না* = নুমিদাং বাইরম/নুমিৎ মঙাল লৈরক্তরবা।

*মাথংলেল্পু* = মপুরোইববু।
*নোং হাম্পাপু* = ঙাইবাবু।
*সীঙ্চা বাইকোইপানা* = শীঙজনবনা।
*লাংখোং* = খোংলম।
*লাল্নংলে* = লালদা খুদোংথিবা।
*তকলও সিতং সোল্* = তকশি শোনবা।
*হেপ্ঙায় মপাও চাও* = মখোল্ থোক্তা কপপা।

*নুংঅোন্খিয়ে* = পুক্লিং নুংশিখিয়ে।

**লমাই ১২ ঃ**
*বাহম্খিয়ে* = হায়খিয়ে।
*নতাইরেম* = ননাই অথোইবা।
*থংলেন্ য়ীনেম্ মচা* = নুংশিনা লোইনবা মপুরোইবা।

*লয়কাই পুচারুক্* = লৈকাইদা খঙনবা অওন লুক থুমোক।

*অঅোন্লুক্* = চাং খঙনরবা থুমোক।

নুচা = নুপী।
থংলেল্ নুংসী ময়না = মপুরোইবা নুংশি বাখলনা।
কংলা রাফোঙ্লুয়ে = কংলা তিনবদা বাকৎলুইয়ে।
খাথা থল্পা = য়েৎতা ফম্বা অঙম অথৌ।
লাইথাথেল্পা = ওইদা ফম্বা অঙম অথৌ বায়েনবা।
পাউয়াতাখিয়ে = বাকৎ লৌদবা, বাহৈ অদু লৌখিদেয়ে।
নথংলেলকি = নপুরোইবগী।
বাক্নখিয়ে = য়াদখিয়ে।
চয়রয় = ফি।
চয়রয় লুখুমচাও = কোকখুমবী।
বকয়য় = হি।
খোঙআইনানা = তোংনা।
বায়রা সানেক্খি = লাল নেকপা।
য়ীনাও ভালশিংআে = ইচিল-ইনাও ওইবশিংও।
নোংহাঙলে = শিরে।
চায়না খোংফেলনপিআে = লাল শোরুবীয়ো,অঙম্বা লেংপানবীয়ো।
থৌনেক্পু = থবক পাংথোরুবা হায়জবা।
হোয়য়াতে = য়াবা কৌবা লৈতে।
ফৈরা = ফৈবোম।
মাপুঙয়ায়্তা = লমদমদা, মরৈবাকতা।
নোংমলরুপপানু = শিরুবনো।
সীঙচা বাইকোইফারোই = শীং চনবা য়ারোই।
য়েন্লাং থৌচৎফারোই = য়েঙ্গাং নাপী হেকফরোই।
মাপানাপাপু য়াওতে = মাগা মাম্বা য়াওদে লৈতে।
লাইহল্ নোং = হৌখিবা নুমিৎ।

**লমাই ১৩ ঃ**
বাআেইঙামৄয়ে = নাইনু লৈবা বাঙাং। তৌখিবা থৌদোক্তা নুংঙাইখিদবগী বাহৈ বাতা।
তেরক্ = হন্নকপা।
থাঙ্ঙা = য়ুম।
থাঙয়ী = ফৌ।
নাপা সেক্লৈসেক্ আঙৌপানা = কোক্কী পুমঙৌ ঙৌনা হৌরবী।
হানু মায়াই কারাপী = হনুরবী।
শোইরকয়ে = কোইথোরকয়ে, লাকয়ে।
য়ীহয়রোয় = ইমৌনুপী।
কাতৌবা = করি তৌবা।
য়ীমখইলোম্ = য়ুম থাদোক্নুনা।
মাশানৌ = মনাওনুপা।
পল্থৌ পামচা = মপা অমত্তা ওইবগী মচা।
পল্লেম্ পীমচা = মমা অমত্তনা পোকপী মচা।
মাসাইকোল্দা = মফমদা।
১০ চাকতংখিবা = লৈখিবা।
তল্পা মাতুক্হাঙ্ = নিপা মাগী লেঙবা লৈতবা।
মাপা তামপা = মপা লৈতবা।
পাওতাক্খিয়ে = খঙনবা হায়খিয়ে।
অচেল্ থংল্য় য়াঙ্বা = থুনা য়ৌনবা চৎখিবা কননা চেনবা।
খোয়নৌ = মমাম্নবী মতা।
মোংপা মসাইকোল্তী = লৈনবা য়ুমদি।
য়াংলও = লম্বী।
লমমাখাঙ্তা = লম্বীদা /লম্বীময়াইদা।
লমআেক্নপীনা = উনবীনা।
য়ীমচীনয়াতা = য়ুমগী মচিনদা।
সাইনোন্ = শাইজিন।

সংনা য়েংপাপু = মুল্না য়েংববু।
নাতোন্ কোরী নাপোম্ থোং = নাতোলগী তারকপা শকওং।
পুনং = মরেপ।
চুনা মাল্য়ে = চপ মানৈয়ে।
সানৌ লৈরাং আতোল্পা = ইনাও নিপা অতোনবা।
বুনৌ কোন্তে কোন্না হুল্পা = ইনাও নিপা অতোনবা, কোম্না পোকপা অতোনবা।
হয়াই লীকলু আথেঙ্ লৈকুম্পাআে = নচিল ননাওশিং পোকমিম্নবদগী ইতোন তোনবা।
তানলোয় = নুপী।

**লমাই ১৪ ঃ**
লাংবন্ চেঙ্বুম্ মনাওতোল্ঙম্া = মপুং ফাবা খুলং লমনগুনা, চপ চানা খুলং লমন শিংবা চেংপুরা-চেংশিংবা।
কোন্লোয় মাতিলমেল্পু = মবাহৈ বাঙাং পাওদমবু।
নাতারপাতা = নানা তারবা, খঙলবগী।
য়ারেল থোংখৈচিক = অশাওবনা ময়া চিকশিনবা, মখা ক্রুক চিকপা।
সায়েংপালকৃতিং = অশাওবনা মখুৎ মশা মপাস্মোম তিংবা।
তক্লওসিতং সোন্বা = তকশি শোনবা।
কাচীক হৌ = মথুম-মরাং হৌবা।
সাপি মাতৈ = মতৈমা।
নোংয়ায় মাপুঙ্য়ায়্তা = খুমল লৈবাক্তা।
বাইথুংরারে = য়ৌরক্রে।
নাওরা লাংচেং নাতম্লক্পা = ইনখৎলকপা, অঙাংদি ওইরিবা।

পাহাঙ্ নোংজেং আেইরিপাআে = তালোয় নুপী থিদরিব-ও।
আয়না = ঐনা।
বাংলৈ খোম্হালকে = য়ু হালগে।
১০ চাক্ য়োমপসুঙ্ = চাক চাকয়োম য়োম্বসু।
পাচুয়ে = অফবা খুদুম চাংদম ওই।
খোয়্মা নামায় আেনকুনো = নমাই লৈদুনা চেনগনো।
য়াম্চেং নমমুকুনো = নবুক্কিং নিংহয়বা তৌগনো।
কারোঙ্ খুৎ = চৈরোং/ফৌ য়ৈনবা চৈরোং খুৎফাঙ চাওবা।
তিমেল্ = তা।
সঙ্তীঙ্ লাল্লৈথেম্ = শাফি লানফি।
অমপা চীঙ্খোঙ্ লাল্হৌফিপু = শাফম লালফমদা শেৎ-ইলবা অমুবা মচুগী ফি।
হয়রেম্ সীঙ্চা বাইকোইপা = হৈরেম লমদমগী শীংজনবা চৎপশিং।
নুচা য়েন্লাং থৌপীতা = নুপী ওইবী য়েনশাং থিবদা (পুক্রিং চংবী) হৈথোই শিংথোইবী।
সীঙ্চা বাইকোইখিপানো = শীঙ চনখিবনো।
নোংকিমখৈ = নুমিৎতুদগী।
হেরওনা নাফংপকি = অনা নাহেল ওইখিবদগী। আমল্ নোংগা য়াঙলয় য়াংলৌ
থান্থাথোক্লে = শিগদৌবগী ফমশেনলে।

**লমাই ১৫ ঃ**
হাওসী মংথিলকে = অশিবগী পুঙ য়ৈনা অশিবা মশা পোথলোইফমদা পুবগে।

